

Late Chongtham Benudhor Singh
(1902 to 1975)

Dedicated to the memory of my father late Ch. Benudhor Singh, who was a great educationist of his time.

WRITER

# থোংখোঙ কৈথেল

চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

দি ইন্দ্রানী প্রিন্টিং প্রেস, থাঙাল বাজার, ইম্ফাল
মণিপুর




ফোঙবা : কুমারী চোংথাম শৈবালিনী দেবী
কৈশামথোং তোপ লৈরক
ইম্ফাল

মখুম : শ্রী [illegible]জম নদিয়াচান্দ সিংহ
[illegible]জিং বাজার

ব্লোক : শ্রী এন মঙ্গি সিংহ এণ্ড সন্স
রুডণ ব্লোক মেকিং ইন্দষ্ট্রি
কৈশামথোং এলাংবক লৈকাই

অহানবা ফোঙবা
জন্মাষ্টমী নুমিৎ, য়ুমশকৈশা
আগষ্টকি তাং ৩১ ইং শোক ১৯৮৩



মমল লুপা - ৯০.০০

# থোংখোঙ কৈথেল
## য়াওকম তাকপা

মশিং লামায়

| মশিং | | লামায় |
| --- | --- | --- |

# ১

# কাগ্রজ ঘাটকি রাংমদা

নোং লেম্পা লৈতনা তারি। খরগা কুপ্না তারকপগী মওং অমা লৈরি। পুনাগী নোংজ্রুসিদি থাডবা ইয়া য়াদে অাতিয়াসি ইহাও তাওই তায়রবসু খংচোদনা ঝম ঝম হেক চুই নোংনা ইমম মমই তায়রবসু খংহৌদনা হেক পাইখোকখি। মতম অসি য়াম্না থেওলে। মহাত্মা গান্ধী রোড মেনস্ট্রীট হায়না খঙনবা লম্বী অসিগী রাংমদা লৈরিবা লম্বকশিংসি মী কয়া চৎনরে। অদুগীসু মথক্তা নোংনগা লেম্পা লৈতনা তারে পূং অসিসু তরামাথোইমথায় তাশিনখ্রে। রিক্সা নত্রগা বস ফংবগী আশা তৌরবা কান্নদে। সোরাক্কি মৈডালসু ইমম মমশিংখিনবগুম তৌই ঐগী রাখলরা। চাংঙম চারেবা খোঙনাংবট পাম্বা পরেং শানা মশা মরেং শন্দোক্লুনা লেপ্লি। অংকপা যংনা চীকই। খোঙনা চংপা হৌশিরা, পুংক্লিসি কিবা হায়বদি য়াদে অতুবু খল্লকই কনা-গুম্বা অমত্তং খোঙবু ওইরবদি ফনা ভুংডাইনিসে। লম্বী অসিদুদি ঐনা চং-মন্দুনা চিনফা পুরবা লম্বীনি। খোঙনাং মপান্দা থুম্পুনা লৈনা লৈনা হকচাংসি চোংশিল্লকপনা চোংশবা শরুক নম্না ডাইশিল্লক্লু। অঙোম্বা থুপকম অমত্তং থিবদি কমদৌই, চৎনা চৎনা বস ডাইফম অমা য়োরক্লে। বসপুদি লাক্লোই অতুবু নোংসি — খরা পাথরকপা য়েংদবা য়াদে। অংথঙবা অহিংসিদা উনা রানাগী রারা লাংবা মখোল নুংশিংনা তু-তু তুম্বা অমদি নোংনা ডিক্তি চুথবগী মখোল ময়ামসি পুনশিল্লগা ওন্থোক পা মখোল অমা থোকহল্লি। পাথংগী পুক্লিং তুংওনবা মতাংসু অতুম

নিংশিংলক্তবা নত্তে। কবিতা অতু নিংশিংলকই, ঐগা চান্নজনা তিন্নজবা নুপী অমখক্লা ইবনি —ফুদিং ফনা লোং চুরে, শুক্লা মম্ম অহিংদা তুম্বা য়াত্রে নংবু য়েংবদা, ঐগী মীংলু অনিসিদা।

পংলাপ লাপ্তনা মী অমা লাকপগুম তৌইনা। মাস্থ ঐগুম্না খোঙনা চৎকন্‌বা ওইবা তাই। লোং তাখ্রবা অথেংবা অহিংসিনা মানা থোরক্লিবা মফম অসিদি শম্মানঘাটনি, অশিবা মঙামগী ফুম্ফম্নি। পাসি ক্রিমেটোরিয়ম হায়না খঙনৈ। অতুবু নিপা অসিবু করি তৌবা চঙলুরিবনা। হায়নবা অমা লৈ মুংশিনবা নুপী কয়ানা শিথ্রবদা নিপা কয়ানা অহিং অথেংবদা য়েংবা চৎলি ময়মদি, পাসিশিংদি শিবগা মৈ থাদে ফুমস্থ কুমজিন্দে জীবগী কান্ননবা তৌগদবনি হায়তুনা অশিবা হকচাং অতু হিপহল্লগা থমই অতুগা লঙচা কাক্লা শেৎতুনা চাহল্লি।

নিপা অসি য়াম্না নকশিল্লক্লে। ময়াং য়াম্না কংই, মশমছু নোংনা পুংচোং চোংতুনা ইনপ নপশিল্লি য়াম্না শাংলে শউনগী কোলাপুরি চপ্পল অমা তোংই। মহাকস্থ ঘস ওাইফম অহু তম্না চঙশিল্লক্লে নোংনা পুমলুপ লুপ্পবা হকচাংনি। ওকপগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না ওকথ্র মহাক ঐগী মতম অমা লুনা তিন্নবম্বা মরুপ অমনি। পুরুষোত্তম কুলকর্নি—চহী অমা থবা হেল্লবগী মমাঙদা ঐগা লোয়নদুনা লৈরম্বনি মাগী ময়ুমদু ঐগী ইয়ুমগুম্না লৈরম্বনি অদুবু তাঙ্গা অমা চান্নদবদগী অদুম কায়নখিবনি ইথস্তা লৈবম্না তাথেংবা অসিদা মরুপ অসি উদ্ভব দা পুক্লিং অসি থবা লুম্বগুম তৌই। অহুবু, বাহং অমা অনি ঐগী কোক্তা লাক্লমই মহাক্লা লাক্লিবসি কদায়দগীনো কৈদৌবগী মহাক পার্সি ক্রিমেটোরিয়ম অদুদা চৎলুবনো মথং মথং...

—হৈ কুলকর্নি নং কদায়দগীনো?

—য়াম্না হৈনীংদনা থুম্লকই,—নং উম্নবা লাক্লিবনি।

—নং ঐ সিদা লৈ চায়বা করম চায়না খঙহিবা ? নত্তে নংবু কদায়দগীনো
— চইনিংবা মফম-গী চইসন্ন, ঐনা পাম্বদি নংগা উন্নবতুনি, ঙসিদি কংলে, লোট্ট-র। মসিবু ডাঙরবরা ঐ য়াম্না টিংনরে।
হিক হিক টিংহুনা মহাক কন্না হৌরক্লে,—ঐ লোইরে, ঐ মাঙলে নংতনদি ঐবু খঙবনি নঙোন্দতদি রাফম অসি কোঙনোক্লবা খুদোং চাবতু ফংদ্রি য়াম্না হোৎনখি হন্না হন্না।
ঐনা হায়খি,—নং ঐগীদা লাকপদি কৈদৌটি ?
মহাক্না খুক্লকই,— ঐ সমাজদগী ময়াম্না লৈরবা মী অমনি নংগী নমাক্তা লাকপা য়াদে।
মসি হান্নগা মান্নদে অতুবু মানা চৎকাহৌরিবসি কদায়দনো ঐনা হংলকই, নং য়ুমদা হল্লগদবা নত্রা ?
ঐদি য়ুমদা হন্দবা কুইরে, ঐগী লন্নাইগী য়ুম লৈতরে, হৌজিক ঐ অরা অনা লেংনা শাপ্তীদা লৈবা কই।
—কদায়দনো করি লমদনো ?
কাত্রজ ঘাটকি রাংমদা।
মাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা ঐনা হংলমই, কুাকর্নি নংবু করি তৌরবগে ? ঙাইহাক তুমিনা লৈরুরগা হায়রকই — ওলিম্পিয়া শিথে, অহেঙবা অহিং খুদিংগী মানা ক্রিমেটোরিয়মগী থোঙ্গান্দা ঙাইরমই অতুগা ঐখোয়নি নিংতগী উন্ন।
ঐগীসিবু মঙকবাদি নত্তেকো। ঘড়ি য়েংই পুং বারো তারে। মাগী য়াইসি মমে মবাক অমত্তা শন্নদবাদোংই তেই। অতুবু ওলিম্পিয়া শিথে হায়বা। ও: ওস্তোক্না মশক যঙবরা নত্তনা মবুক য়াম্না যবী মকোক লৈবী পার্সি মুপী কূলবনিগা য়াম্না নুংশিজনবনি ঐগী ক্লাসতা তম্মিনরম্বনি। নিংশিংলবই মখোয় অনি পুন্না লৈম্মিনবা মতমদা ঐনা হায়খি কয়ারক ওলিম্পিয়া আইশেল স্পেন্দ মনি ফ্রোম মাই পোকেট এণ্ড ডান্স ওন ডি দে অফ য়ো রমেরিয়েজ পাটি-মানা থরায় তানা লোক্তু না খুমখি আই সেল ডান্স উইথ য়ু এণ্ড য়ু ওনলি অতুবু মাগী ঙসি

হান্নগা মান্নদ্রবা মতৌ অসিদা করম হায়না শিঙ্খিবনা কৈশোইদেনো হংব ওমদ্রে। ঐনা থল্লকখি, মতুং হংনবা খুদাং চাবা লৌরগ ওসিদি ময়ুমদা থিনবীরম্লগে।

ঐনা হায়রমই,—কুলকর্নি তোকও শিঙ্গবদি শিংখু। নংসু ঐসু মতম চুপ্পদা চিংতুনবা লৈগনবদি নত্রেদনা।

মাগী মশা তত্তু পায়গে তৌবদা ফুক তৌগৎতুনা মানা হায়রকই,- ঐগী ইশাদা পায়রক্কসু, হায়রবগা কুডনা চুরিবা লোংজু মরক্কুদা প্রপ প্রপ চৎপা হৈখিরমই।

ঐনা লাওরমই অথেওবা ততুনা, হে কুলকর্নি ঙাইথোনহে····

ঐনা লাওবা অত্তু থোওক্তইদনা নোং মরক ততুদা থুনা ঐগী মীৎয়েংগী রাংমদা মহাক মাঙখিরমই।

ঐনা থনবা হৌরকখি থুনা চৎতুনা মপাদা পাওসি হায়বীরদি কমদৌই মাগীসি নোমেল মান্দে। নোংসু চোৎথে চোৎলসম্ন মসিনা অরুবনি। নোং মরক ততুদা ঐ থুনা মাগী ময়ুম য়ৌরমই। থোঙ থাদমই হন্না হন্না। ঙাইহাক লৈরগা থোঙ হাংদোরকই, কুলকর্নিগী মপানি ঐবু উবদা চওরুনা য়েংই। ঐনা থুনা শোর চনীং চমাং শম্মদনা পূংম্রক্কি মমাঙদা থোকখিবা পৌদাক অত্তু তম্মই। ঐনা সিমস্ত হায়রমই মতু দি মহাক নোমেল নত্রে তমস্তং থুনা চৎতুনা মাবু লৌরুবা কৈ। মপা অতুনা ঐনা হায়রিবা পাও অসিদা থোতাদাক্রা থোওইবা উৎতে। ঐবু চৌকিদ্র অমদা ফমহলি। ঐগী অচোৎপা অত্ত নপথোক্লবা টাউয়েল অনা পীরমই। চুরুপ অমা পূথোক্লগা চমুহুনা শানা শংনা চিংবা হৌরমই অমস্তু টেবল অতুনা ঙারগা লৈমায়দা য়েংতুনা ঙাইহাক লৈরবা নতুংদা মপা অতুনা হায়বা হৌরকই। — নোংম পুরুবোত্তম্মা নুপীমচা অত্তগা লুহোংনিংবগী রাকম হৌদোরকপদা ঐগী সমাজগী য়েংতুনা য়াদবা ভারবদা মহাক য়ুম থাদোক্কুনা চংখি। থরা লৈরগা তাখি নুপী মচা অত্তু মথঙ্গা শিজগে। মহাক হল্লক্কদ্রা য়ুমদা হায়না গনপি অত্তব্, মহাক হল্লকপিদে।

মদুদগী মহাবপু থিবা হৌখি। অহল অদু মথম্নাও ফুনগৎলক্লে রা হায়-দোকপা ঙমদে মমায় অদু ঙাংশিল্লক্লে মচিন্থান অনি অদু থক থক নীল্লক্লে মথুৎ অমনা ঐগী নঙন্দা পোপ পোপ ফুরগা অংভাপ্পা মথুৎ অদুনা মমায় থুনম্ভিন্দুনা কপ্লক্লে।

নোংয়াম্ম মতুং উনরাইমুক ঠিল্লবা নোংম্নু লেপথ্রবা মতম অসিদা উরুবা থেংনরুবা পুম্নমক অঙকপগী মথক্তা অঙকপা ঙাক্তা ওইহনখ্রে।

সুংশাংশার শাংনা ভনিরক্কুং হোন্দোক্লগা অহল অদুনা হায়করই—কুইনা থিবা নংদ্রবা মতুংদা নোংমা নোংনা ফুদিং ফুনা চুবা অহিং অমদা কাত্রঙ্গ ঘাটকি রাংনদা ফংখি ইচাগী থরায় য়াওদ্রবা কংশিল্লবা হকচাং অদো।

# থাউমৈ

য়ুমদু কনামত্তঃ লৈতে। মরাম্নবক থীবনি। নোংচুপ থংবা শরুক্কুদা য়েংসুনবনি য়ুম অদুগী অকায়বা শরুক্কু ময়া খিগৎতুনা নোকপগুম ভৌরি। নাপী অমনি লৈপুং খাংওতনা ইশোঙ শোঙবা ইংখোল অদুগী মরামদা লেপ্লি। কয়া কুইনবু লেপ্পুনা লৈথিগাদগে উপথুদ্দুনা তুমকদবা মাল্লি, কুইররোই। থাউমৈদু হৌজিকসু ঙাল্লি!! নীংথায়ররবা ফল্লাংগী চেক মরক অদু ফাওদোক্কুনা লাক্লিমঙাল, চাক্লি থাউমৈ। ফমথক অদু মচেৎ মচেৎ ভানা নীংথায়ররবনি। য়েংবদা থঙলে মসি য়াম্না কুইরবা পিথ্রাইগী থাউমৈনি। থুব্রপমুক রাংলবা মথোঙ অদুগী মথক্তা কম্বী অদুদা থাও নাক নীক লাওবমথৈ য়াওরি। ঙাইহাক্তী মমাওদা কনানো অমনা হাপ্লম্বা ওইরমগনি।

ঐংখোয়গী টেন্ট অসি য়ুম অসিদগী পংলাপ লাপ্তে। নোংচুপ ঘাটকি নুঙ মখল মখল খরা খিবা লাকখিবনি। মায়গী মায়গোদা চংনখে। ঐগা মরুপ দিপকা মায়গী অসোমদা তাখি। মসি জিওলোজিগী ষ্টুডি টুর অমনি। মী খরদগী তাখি মহারাষ্ট্রগী শ্রীধি খুঙং অসি নুঙ মখল মখল য়াম্ন কংই।

চীংঙ্গুমদোনা য়াংখৎলবা কনাস্থ ভাত্রবা নত্তি। শিঙ্গিন্নদ্রবা গুহা অমা লৈরি। নোংমদি মসিগী ঈশিং ময়াম্না চানরম্বা জাৎনি। নোংপোক-লোম থংবা শরুক্তা নীংখাইরবা লানবনগুম্না তেকথঙলা ভাহুবা লৈরি চেক অমদি নুঙগী য়ুমজাও খরা। কনাস্থ লৈতে। মতম অমদা ফজবা খুদং অমা ওইরম্বা জাংনি, ঙসিদি খুন্থাক লানশিনবগুম্নে।

টেন্ট অসিদগী ওক হেক লীংথোকপদা পংলাপ লাপ্পুনা থাউমৈ অসি উবা ফংই। খল্লকপা হৌরকখি অহানবদা মসিগী য়ুম্বু অসিগা থঙল-থোকপদি কমদোই। দিপকস্থ য়াখি। ঐংখোয় অনি মরম অংগীদমত্রা সন্ধ্যাগী অহুবাইদা লাকখিবনি। খুদা টোর্চ লাইট অমদি য়াওরি। দিপকা লোয়ননা চুমদ্রিং চঙশিল্লকই য়ুমথুগী মাঙান্দা। য়াম্না ফিভম শোক্লবা য়ুমনি, নীংথায়ঙনা কোকথক্তা নহুরক্কদবা মাল্লি। থোঙ অংম্ন অমত্তা লোন্দে। ঙাইহাক হংলি খরে থোঙ থিন্দুনা হংগদরা করে ঙমুক্তংদি হংদুনা য়েংলসি,—কনা লৈবগে? করিগুম্বী অমত্তা মেক লাওখিদে। ঙাইহাক লেপ্পি, নিঙিং মাঙজিনৈ। অমুক তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লি। অঙক-পনি কা লোয়না থোঙ হাংই। লৈমায়দি উফুলঙনা খুউ য়োৎগুম্নে। নুমিৎ তাখিবত্তা মঙাইরি। টোর্চ লাইট কাপত্রবদি উশিল্লক্কে। মী অমত্তা লৈতমালে। অহুবু থাউমৈ অসিবু কনানা থাল্লিবনো। মসিবু মখন্তা হেক্তা ঙানব্রো! থাউমৈ লৈরিবা কা অনিদা অমুক্তং চঙলবদি কমদোই। থোঙ অহু হেক কানশিনবদা থাউমৈ অহু মমথখিবত্তম তোই।

থাউ পীক থল্লি অহুবু মুশি মুশি তৌরক্লে। অতোপ্পা খোঙথাং অমা হেক থাংজিনখদা ভঙকপনি থাউমৈ অহু ফুং লাওনা মুৎখিরমই।

শূক শুনা মমাংদা! অমম্বগী কীজং অমনা য়ুম অহু কুপখিরমই। ইস তু চুংই, মনীং মমাঙ্গ অমম্বা খঙত্রে। দিপক! খুমদি খুংই! মৈখেং পীরকউ। থাউমৈ অহু চুথংনব হোংনরমই। ফুংশিং শীংতবা মফম অসিদা মৈখেং পাংমুৎতা মুৎলিবা করিগীনো। কোক্কি শমশিংসে চপ চপ য়ুংথংখ্রমাগে। দিপকসিবু তুমিন্না লৈরিবসিবু করি তৌখ্রবগে। ইসং কোকথক্তা শিঙ্গেবাক্তা পোমখ্রমাগে কনানো! মীং তন্দন পাইরিবনিবু করিগীনো। ইলেক্ট্রিক্তা চিংখ্রবরা! ঐবু করি তৌরুরগে, ও থাউমৈ অসিদা য়েংলুরমাগে মদিবু পায়বা য়ানবতাংলা দিপক ঐগী খুং তনি পায়রগা নং ঐবু মপান্দা অমুক্তা পুথোকউ।

আরব সাগরদগী হুমকপা অইংবা ফুংশিংনা হুকচাংদা মৈবা ঐ খিৎতং পোখাবা ফংই। অহিং চুপ্পাহুমা অকিবা অমনা ঐগী পুক্নিং খুহুম চনখিরমই।

দিপক্তা হায়রবদা য়াম্না শাওরকখি। য়েংনবগী লোইবা নাইদে। চাওখৎলবা বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা মসিগী মফম লৈরিবরা। থাউমৈ অহু পাম্নবা ইলেক্ট্রিক থাজিল্লগা থম্বা ওইরমগনি।

মথংগী ফুনিংতা য়ানীং য়ানীংদনা দিপক্তা চিংজুনা মফম তহুদা লাকখি। হকচাং পুম্বা জেকেট লিশিল্লে। টুপি অমমম উগ্রে থাঙ অমা য়াওরি ঐগী। দিপক্কি শউনগী খুং দোক্তা অমা উপই, মবম খোংগা থাবা খোঙউপ উপই, ইলেক্ট্রিক্তা চিংবা চমদনবনি।

ঙসিমু থাউমৈ অহু মুংখ্রে। ঐনা হায়, দিপক চংলো চংসি। দিপক্তা হায়রকই, ঐ কম্বী অসি পুথারক্লে। য়েংহংবা খুৎনা থাউমৈ

অত্থুগা মাকুবদা ওন্থোকপনি! তুংশাশোর থবং থবেং হোল্লখা দিপক ঐবা টেন্ট তানা শৌহনা পুরকখি। ঐ চান্নবা কিরে হংসিদি। অত্থুবু কনানো করিগীদমক্তা থাত্তিবনো কনা লৈংবা য়ুমসিদা অসিগুম্বা তত্তকপা থাউমৈ অসিবো। থল্লকখি কনানো তমনা চুথংপা ওইরমগনি অত্থুবু মহাক অহম্বু কনানো, অমুক্তং মশক হেংথোকপদি কমদোই।

মথংগী নুমিৎনি য়াচংবা মতম য়োবল্লে। নৈরোং পাম্বী অমগী মখোংদা, য়ুম্থুংগী পংলাপ লাপনা ঐখোয় অনি পাকথত্তুনা লৈ। তমরা কোরি চেল্লবদগী অমম্বনা তপ্পা তপ্পা লাকশিনখ্রে। থাউমৈ অহং ত্রাইদ্রে!

পংকুই কুইনা চাইদ্রে। লাক্লে! কনানো অমা লাক্লে শোঙলবা নাপী মরক কাচত্থুনা য়ুম অসি তম্মা। ও, মহাক্কা ওইবর থাউমৈ চুথং-লিবাসে। তাবৈ বা ফিজোল শংলি কি অমম্বা ইনবগুম তৌই। বাং চাওবা হকচাংনি। দিপকা ঐগা য়ুম অত্থুগী মনাক তম্মা নক্না চঙশিল্লমই।

নিপা অত্থুনা য়ুম অত্থুগী থোঙ চঙফমদা মখোঙগী খোংউপ থমই, কা অত্থুদা চঙখ্রে। মে অমা চুথংলি অত্থুগা মনাক্তা লৈবা টিন অমদগী থাউ পুথোরক্লমই অত্থুবগী লশিং মচেং অমা থাদরগা খুবাক্তা থমত্তুনা তারমই। অঙকপনি কম্বী অহু তাপ পায়রগা ফিগাং অমনা হুকথোক্লমই। চান্নবা ঙকই! ওরাং থাউমৈ অত্থুদা হেংলুবনা মীৎ তন্দন পাইখি, নিপা অত্থুনা কম্বী অহু পায়হনা শেংদোক্লি। কম্বী অহুদা থাঙ হৈরগা লশিং অহু থাদরগা মৈশং অমা খেংলগা চুথংলমই। থাউমৈ অহু চাল্লে। অশংবা অঙাংবা অঙৌবা মৈরি ময়াম লাক্লফান শারত্তুনা থাউমৈ অহু চাল্লমই। খোঙ্গ্রাই চল্লগা নিপা অহু ফমখ্রে। মচিন্দা মুকুম মুকুম শোল্লি। অমুম্বা ওইহাক লৈরবা মতুংদা মহাক ফুক হেটগংলগা খোংউপ উপশিল্লগা প্রপ প্রপ চংপা হৌখিরমই। ঐখোয় অনি মাগী মতু ইমররমই

নাম্থোকখিবা য়াদে। ভুত হায়বহৃদি নত্তমাসে মহাকস। মহাক খুঙংগী লম্বী পাংখে। মমখিবা কুইত্রবস্নু খুঙংনি, কন্নামত্তা চংতে।

মনাক নকশিল্লুবদা নিপা অহু চডরে। মীয়ায় চল্লবা অহলনি অহুবু করম্না বা হৌদোকনি।

ঐখোয় শকথং মায়থংনরমই, হায়রমই, —লমকোয়বা-- লাকপনি। মাগী মনাক্তা লাকপগী মরমন্নু হায়রমই। অরোইবদা হংলমই, --থাউমৈ অহু মানা পায়বদা করিমত্তা তৌদে, ঐখোয় অনিদনা মীৎ তন্দন পাইরিবা করিগীনো?, মহাক্তা অহুক কুইনা ফমহৃনা লৈবা থাউমৈ মুংতে। ঐখোয়না থোঙকাপ অমত্তং থাংজিল্লুবদা মুংখিব্রা করিগীনো? মৈথেং উপু অমা চঙহৃনা থেং থেংতুনা চথংনবা হোংনবদা ওমখিদ্রবা অহু মহাক্তা মরু অমত্তনা করম হায়না ওমখিব্রনো?

মুরলিধরনা ঐখোয় অনিবু মাগী মথুম ভানা পুরমই। য়ুমদা শুম্বা শঙ্গোম অমদি ইংখোলদগী লোকপা লৈপাক হবাই অঙৌবা থয়না হরাও হরাও সেবা তৌহৃনা কম্প্রায় অমা থারহৃনা মহাক্তা ঐখোয় অনিবু ফমহল্লে। মানা মাইয়োক্লবদা ফমই। পংলাপ লাপ্তুনা লেন্টন অমা ভাল্লি। মডাল অহুনা মুরলিধরগী মমায় অহু মুশি মুশি উবা ফংই, অভিয়ায়োমদা মায় অহু ওনথংলপ তৌরগা রারি হৌরক্লমই।

রারী অসি বাবানা লীবিরমই। চহী চাম্মগী মমাঙদা লৈরমই কোল্লুপ অমা। দৌলতরাও যাধব য়াম্না ধর্ম্ম লৈবা মী অমা ওইরমই। ঈশ্বরনা চানবীহৃনা মাবু লনগী মপু ওইহল্লমই, কোল্লুপ অহুবু লিংথংলমই। মত্তেমনাও চঙহৃনা লিংথংপা শেল্লুপ অহু মীভগী চঙফম ওইরমই। মচা মত্ত পোক্কনা য়াম্না চুংঙাইনা লেংখি। মচা হাক্তক্তা য়াম্না চুংঙাইরবস্নু মশ হাক্তক্তদি মুংঙাইবহু হুম্বরক্লমই। অহল ওইশি

ল্লকপনা চহীদা দৌলতরাও যক্ষগী লাইনানা নায়কপদগী থাউমৈ ঙাল্লিবা য়ুম অসিদা হোংদোক্লনা লৈহনখি। মপুন্সি চুপ্পা লাই নীংখি। থাউমৈ অসি মহাক্লা থাল্লম্বনি। য়েংশিনবিনবা লৈব্রব য়ুম অতুদা হনুবী অতুনা করিসু ত্তৌবাঙমখিদে। মচানিপা অহলগী মশুনিপা অনিথক মাওরিবতুনা কোল্লপ অসিগী মাঙনবা পাপকি থবক ত্তৌবদা হলেংবা লৈখিদে। মুপী, মু অমদি পৈশা মাঙহনবতনা মথৌ ওইবদগী য়ুমদগী লক্ষ্মী চেনখিরমই। মী চঙথোক চঙশিন ত্তৌবা লেপ্:খ্র। মতুগী মহক্লা মরাইবক থীরবী মুপী কয়াগী মমা মপাশিংনা হায়রুবা লাকপদা ঙাইরে। হনুবা অতুনা পাও অতু তারক্লমই অমসুং নেংনা মনম্ভা পুজা ত্তৌকম কা অতুদা শিল্প থিরই। থাউমৈ অহ্ ঙাল্লমই' মৈচাক ফনা চাক্লমই।

হনুবী অতুনা হিংলিঙৈদা য়ুম অহলগী হেন্দোকখিবা লৈতে। নিতীগী থাউমৈ ঙালহল্লি। মহাক্লা হেক হেক হায়,- থাউমৈ অসি হেক ঙানবদা মথোয়গী নপুবোক লাকই। শিরমদাইগী থক্ থক্ নীক্ল ফাওবা হনুনী অতুনা মখুৎমক্লা থাউমৈ অসি থানখি। শিরমদাইদা হায়রনই হায়,- ধর্ম্ম লৈবা অমত্তা বংশ অসিদা থাউমৈসি চুখৎপিনবা লৈররোইত্রা! ঐ লৈব্রবদি মন্দিরগী থাউমৈ ঙাল্লরোই, মাসু লাক্লরোই।

বাবাসু মতমতুদা চহী তরানিথোইগী অঙাংনি, মাগী মশুনি। মহাক্লা মবোক অতুগী থুয়াদা ফমতুনা রাশকখি,- ঐসু বংশ অসিগী মনি, ঐ লৈরি থাউমৈ চুখৎনবা, ঐ লৈরিঙৈদা মন্দিরগী থাউমৈ মুৎলোই নোংমতসু।

থুইরবা মমায় অতদা নোকপগী মমি খজিক্রং তাখি মবোক অতুনা, হায়থীরমই,- নশা নউ শেংনা চঙউ ঈক্লমায়থরগা, পূকিং লোঙদনা নীংউ' থাউমৈ চুথৎলু। বংশগী মী নত্তবা কনামত্তা চঙতুনা থাউমৈতু পায়দবা অমদি ৎথতবা ওইসনু, মসি ঐগী অপাম্বনি।

নিপা অহুনা মথা তারকই, - শিরমদাইগী মতমদা বাবানা ঐভোন্দ অমুক শিন্নরমই মহুদি থাউমৈ অসি মুৎহনগন্থু। মতম অহুদগী থাউ মৈ অসি নিতৌগী চাক্লি। য়াম্না ওকই, মরক মরক্তা মৈরী অসিদা লাকই ইবুধৌগা ইবেনবেক্কা মখোয় ওসিন্থু মফম অহুদা লেঙদনা লৈরি।

# কন্যাগী মবুং

খুরাই য়ৌরক্লে।

কুইনা চঙলুপ্রবা কুমারখোয়গী ময়ুম অহু নিংশিংলক্লে।
চহী থরগী মমাংদদি ঐ কুমারখোয়দতা লৈরম্বনি। অহুবু ঐন্থ অম্ম তাঙ্গা অমা চানদবদগী অহুম চঙখিদ্রবনি। অহুগা বা অমনা কুমারগী মচন মুপী লক্ষ্মীপ্যারিদে: ঐনা কোম্বরে হায়না ময়াম্না লরুবা অহুনি। কুমারগী মমানা নোংমদি চান্নমা হেক্তা হংখ্রবনি। বা অহু নিংশিংল্-বদা ইকাইবনবু শিরে, - ইবুঙো নংবু ইয়া ওইবা কংলবদি লাইথকপু কৈ। ঐগী মায় ঙাংবা অহু উরগা অমুক হায়খি, - ইকাইব্রানে, করি-দোনা ইকাইদৌরিবনো, সিবু মীনা ভৌনদম্রাও?

ভশেংনম্থু ঐবু লক্ষ্মীপ্যারিনা য়াম্না নুনা তৌই। ঐ হেক লাক-পদা তামো লাক্লে হায়হুনা চাক চাদবা য়াদে। অহুদা নত্তনা কুমার গা মাগী ময়াপ্পা অনি অহুনম্থু ঐবু য়াম্না নুনা তৌই।

বাথল অসি থম্না থম্না ঐ কুমারখোয়গী কোম্হোং তম্না চঙলকই ঐগী মরূপ ইমোম্থু য়াওরি। ইমাগী ইবেম্মা, হো ইমাগী ইবেম্মা'

হায়না মুপী অমনা ভেংথাদুনা কপ্পা মখোল তারকপদা ঐখোয় অনি চপ লেপই। তশেংনা কুমারখোয়গী ইখোলদা মুপী অমনা মচানুপী কৌদুনা কপ্পি। ঐ মিহুন পীং পীং চোংলমই, খল্লকই, - কনা লৈত্র-বা জাংনো!

তপ্পা তপ্পা খোঙ থাংজিল্লমই।

খোঙ্গাল হেক কানশিনবদা কোকচাওবী ফুং লাওনা কারমই। সুমাঙ অদু তরু তরু ফান্দোক্লুনা পাক্ল চাওরবা মান্দোব অমা খল্লি। ইংন। সু রা ওাংদে। মতমদু মুংলাংরাইরমনি। ঐখোয় অনি নিংজিং মাঙ-জিংননা সুমাং তম্না চঙশিল্লরুমই।

কপ্লিবীদু কুমারগী মমা ওইরম্লে।

ঐনা য়াম্না হংফম থংদনা, ইমা কৈদৌনরবগে হায়না হংলমই। করি পাওখুম থুমকদগে খনবদা পূক্লিং অসি লাংতক্লবনা লোইরে। "ইবুঙো নচন মুপী লক্ষ্মীপ্যারিদো মসিং সিদা ভোম্বপূ কৌবা নিপামচা অমা লৈ মদুদা চৎখ্রে" কুমার মমানা হায়রকই।

ঐগা ইমোগা হেক নে তাই। মীশি মীনাদি নত্তেদনা তাঞ্জা সিদা কুমারগা ময়াম্বা অহুমগা কা মক্লুংদগী থোরকই। মপাম্না মোরা অমা থারগা ঐবু ফমল্লহগা ময়াম্বা অহল অতুনা হায়রকই, - ইবুঙো লেংগুকপা য়াম্না দুংঙাইরে। হন্দক্কি মতাংসি ঐখোয় য়াম্না পেন্দে। এখোয়গী লৈকাইমক্তা হেক থোকপনিনা ঐখোয়না য়াম্না পামজবা তারে। অদুনা ঐখোয় অহুমদি ঙসি লুহোংবসি য়াঙররোই। অদুনা ইবুঙোনা কনবা মওংদা শীনবীরো।

রা অসি হায়রমমগা কুমারগা মচীন মনাও অহুম অদু ঐনা হায়বা অমত্তা তানদা মরী মরী থোকখিরমই।

ঙসি সিবু ইমোগা ঐগা মুপীগী মবুং ওইবা তারব্রা? পূক্লিং মুংঙাইবা অমবুদাফাওরকই মবুং ওইরগনি হায়বগী রাখন্দা।

নংথ্রবা কুমারখোইগী ইমুংদু চংদুনা য়েংই কায়ববা পুথম হেন্জোং। চাক শংদুদা চাইরি। লা য়াংথিবা খোমদোক্তবা মকুম মকাই কাচিন্দা পৈরি। কুইনা শেমজিনবীরবা ফক্লাং অদু মচি অমদা কায়র-ছনা শিংউং ঙাক্লা উরে। মতম অসিদা ত্তেংথাদুনা মমাছনা পংকপা কপই।

ঙরাং নহান্দগী লাঙলক্লবা আউন পোং অদু মচি অমদা পৈরি। কোক-য়েংচাও য়েংপা পালা ময়াম ঈশৈ হৌনথে অহল অনিনা হায়নথিবা অমা তা.হই, - তাপা ঙসিগী ঈশৈসি মুংঙাইদৌরি, লাকপতিনি ঈশৈ হনগদৌরিবসে। ঐনা থনখি লাকপতি হায়বসি ঈশৈ শকপা য়াম্না হৈবা ওইরমগনি।

ইমোবগী ঐগী হাপলালতেন থাগৎপদা ঙাইহাক পোখাবা শংদে। তাঙ্গা অসিদা বোর লাক্লে, বোর লাক্লে, হায়না ময়াম শিন্নরকই। মতমদি হৌজিনশিবা থংহৌদে থবক্তি ইপাঙ পাঙদে ঐ মবুংনি। কনাগী মবুং।

ছুমাং শোবনা লোইরে। ঐনা লৈংলক্লিবা কোট অদু অমুক্তা য়ানশিনগে হায়দুনা ইমুংদা চঙলকই। কাংথল চৈথোক্লা কোট অদু হেক য়ানশিনখগা ইবুঙো, হায়দুনা কুমার মমানা কৌদুনা কপ্লকই। ঐনা কনাবুনো কুমার মামানা ইবুঙো হায়না কৌরিবসে হায়দুনা হেং বদা ইবুঙো হায়দুনা কৌরিবদু অতৈ কনা নংলমক্রে ঐবু ওইরম্লে।

হন্দক্তি কুমার মমানা ঐবু কোল্লদুনা কপ্পা হৌরক্লে। ত্তেংথা ত্তেংথানা হায়রকই, - ইবুঙো নচন অসিবু কনা লৈজদে মতাঙম অৱৈ-

বী অমা অখোংবী অমফাও য়াওবনা মরু ইকোক কোক্লা থাখিবা তাবব্রানে। ইমুঙো মাই বাঙ্গী লৈতে হায়বা অতাক্লবা তারেনে।

ঐ মবুংনি, কন্যাগী মবুং। খল্লকই ঐনা অভম্বা অমা তোংবন-ছুনা বেগুপার্টি অমত্তদি পুরক্লগে। মতাং অসিদা কুনার মামানা অমুক্তা কপথংলকই,-ইমুঙো পৈশাহ্ ইনা পীরবস্থু পীংগে খোন অমত্তা লৌরুচোনে।

সোমদদি বর লাক্কুনা ফম্বা হৌখ্রে! ঐনা বেগুপার্টি লৌরুগ-নবসি কনায়দগীনো। ঙসাই মথৈ থবক অমা-অমা তৌবদা কোক অসি ঙাওফিং ঙাওফিং তৌদুনা লৈরবনি হৌজিক অমুক থাখল মচোই মচোই থনবা হৌরকপসিদা কোক অসি ঙাওরম্বদগী চৌকপা অমম্থু য়াওরক্লে।

ফক্তা ফন্নম্বা অহল ভাবোক ওইরম্বা অমা ঙসাইমখৈ ঐনুং লৈ-রিবসি কুমৈ য়েংলম্বা জাংনি ফুক চৌংংলক্কুনা ঐঙোন্দা হায়রকই, ইবুঙো পংকুই কুইরম্নসি, সং লোইশিল্লসি হায়ববু করি হায়বগে?

ঐনা খুমই,-খুড়া মমানা হুজিকপু অমুক বেগুপার্টি য়াওদ্রব দি করি হায়বাগে হায়বা য়াকম অমা লাক্লে, অদুনা ঐ হৌজিক বেগু লৌবা চৎপা ভারি তদুনা খুড়া ঈশৈসি ঙাইহাক লেপহনখি তা-মালে।

তাহল অচুনা ইস: হরে হরে হায়না শোলংখেই।
ইমোঝদি নাকল অমদা বেড়ী কন্না য়েল্লি। ঐনা থনা চভুবা য়াদে হায়তুনা সাইকল পুরতুনা বেগু থিবা গোরক্লমই। ঐগী এভোন সাই কল অচু শেম্মীদবা কুইরম্বনি। অমম্বা মরক অচুনা সাইকল অচু কেকে লাওবা মথোল অমা থোকই।

উরিপোক মৌরক্লে। পূং মাপল তাখে। উরিপোক্কি মমিং চৎলবা কামনিবীধু বেগু এসোসিয়েসনগী সেক্রেটরিগী মমুন থি নিতুনা লাক্লমই। নিপা অমা চৎলমই। ঐনা ইমোবা মী লৈবে হংলসি হায়তুনা হায়রমই, - বা অমত্তা হংগেব। নিপা অতুনা খুয়কই - ঐদি মরাল লৈজদবনি অচুবু মী হায়বসি য়াম্না যম্ভেন, কৈ মতৌন হায়বসে সাধু সনাসি শিংনা ফম্ম অবু শউনদি মপাম্মু জার শানুথগোংনি।

ঐ চমম্বগী মথক্তা লাই ওক্লরত্ত্র হায়না চিংনরে। ঐনা ইমা হায়না কৌই। ইমোনা লুম্না হুম হায়না খুমই। তাঞ্জা অসিদা সাইকল থোবা নিপা অমা লাকই। মমৈ মকোক খউদনা ঐখোয়না তৌনরিবা মতৌচু উরগা চক্লা য়েংই। ঐনা হায় বেঙ পার্টি সেক্রেটরিগী মমুনসিবু কদায়দনো নিপা অতুনা খুমকই - লম্বী অসিনা চুম্না চংবীয় মাগুব লৈরমগনি, মচুগা হেক থংনবা ইগী য়ুম অচুনি। চসাইদগী অহানবগী নিপা অতুনা অমুক হায়রক্লমই, - লৈবাক নিংথৌ পাল্লবরাও লৈবাক প্রজাসি য়েৌনা বাহনবা সাইকল থোবা নিপা অতুনা হায় ইবোতোন চংথে। চংলো হায়না লাওহংলমই। অচুগা ঐখোয়দা হায়রকই, - লেংবীরা নিপা অসি অচাওবনি। অচকপনি চিল্লবা মরক অচুসু অচাওবা অমা অমুক য়েংনৈ।

বেণুপাটিগী সেক্রেটরি অহুগী ময়ুম য়ৌরক্লে। ইমোগা ঐগা সুমাং তম্না চংলিবনি। সুমাংদা সুপী অমা ডাংনা ডাংনা পোলাং পোক্তনী কি লৌশিন্নমই।

ঐনা হংলমই, - ইচেমা বেণুগী পাও অমত্তা হায়জগে তৌনি ওঝাবু নৈবা?

সুপী অহুনা য়ানি য়ানি হায়রহুনা ইমুংনা চংশিগা নিপা অমা কৌথোরক্লমই। মহাক অহু বেণুগী সেক্রেটরি ওইরমগে ঐখোয়বু উবদা য়াম্না বেবহার তৌনা হায়রকই, - ইবুঙো লেংশিল্লকউ, ঐসু থবক নৈতবত্তদা চত্তা ফমুংদা হিপ্পুরে, বেণুগী পাওওইরবা, কবি সুমিত্তা ওইরম্নো?

ইমোম্মু ঐসু চাইহাক্তি বা ডংদে। ঐনা তপ্না খুমই, - এঙা সুম তৌবনি ঐখোয়গী ইচন অমা লুহোংবগীনি থচদ য়াম্না ফাগী ভারত্রা হুজিহিনি।

— ইস : অহল অহু পংশিনখিবদোনা তৌই।
ঐনা অমুক মথা তই, - হুজিক্তা মনাহুনা বেণুপাটী য়াওব্রবদি হায়বা হাফম অমা তৌরক্ল অহুদা ঐসু হোংনহুনা অমুক্তা য়েংগে হায়রহুনা লাকচবনি।

অহল অহুনা অমুক হায়রকই, ইবুঙো ইয়াম্বা য়াম্না তৌনিংই অহু-বু ভসিগী ওইরবদি য়াম্না খুম্নৌনগত্রা হায়না থল্লেনে।

থ.মায়দা থঙ্কই পংথীন থীংবা য়াদে মথং অমা অমুক থিহৌরু-বা ফে। থরা চথরগা থায়না ঐগা থঙনখিবা তা য়ুগে ক্লরিওনেট পোংবগী ময়ুখ্দা চংলক্লমই। চিক্কনখ্রবা হুই অনিথক লৈরমই। হুই অনি অ.না ঐগা ইমোগা অমমম চারগে হায়বগী মওংদা হোংচিলকপদা কবি-মভা হনবা লৈখিত্রে তাঞ্জাসিদা ইমুংদগী মুপী অমনা শ্ শ্ হায়না থৌজিল্লকই। ঐখোয় অনি শাওনীংবনা লোইরে। তাল্লক অসিদা চৈ পায়বা নিপা অমা হোংচিল্লরুগা হৈ য়েন হুরানবা লাক্লিব্রা হায়না মায়দা টৌ্চ লাইট কাপশিল্লক্লে। হন্দমুক্তি ঐখোয়নিসু শাওনীংবগী মথক্তা মী কারমই। ইমোনা থিংলপ্পা হায়রমই,—নপাগী হুরানবরা হুরানববু সাইকল পুরগা শুমাংদা চংলকপ্রা, বেও খোংবা তায়ুগে উল্লগে লাকপনি। মুপী অমা অমুক খোরক্লে। তায়ুগেগী মুপী ওইরমলে মানা হায়রকই,—শাও-বীসু শাওবীসু হন্দক মরক অসি ঐখোয় লৈকাইদা হুরান চিংখি থরা লৈবত্রুনা থঙদত্রুনা হুরানবরা হায়ত্রুনা চৈরুবা জাংনি। মখোয় বাবাদি ভসাই লুতোংবা অমা খোংলুনি হায়ত্রুনা চংখিবদগী হনক্লি। বেওগী ওই-রবদি করি মুমিংকিনা হায়বীরমউ য়ানি।

ঐগা ইমোগা ভহাক লেপ্পুনা লৈনৈ। অত্রুদগী ইমোনা হায়রকই,—হয়েং উল্লরগে য়ারনি।

লমজাও য়োরে। ইমোংদি চায়না শাওগৎলক্লে। ঐঙোন্দা চৈবা হৌরক্লে—নংনা তৌবা থবক জুগোং চাবা হৌন্দে, নংবু কুমারগী মচন কোয়রিব্রাও, করিগীনা মাগী লুহোংবদা নংনা সি য়োনা য়াবিবসে হুজিক্তা য়েন হুরানবনি হায়না লক্লরকইবদো মথংদি অঙাওবনি হায়না শোয়দনা ফাহৌরগদবনি।

ঐ খুমদে, তুমিল্লা লৈ, ঐ মবুঙনি, কনাগী মবুং। মবুং ওইর-বনিনা মবুং মাল্লা চৎপা তাই।

ঐ উপায় লৈত্রে মথংগী কোম্থাং তমদা ইংলেণ্ডকি মৈঙান উরমই। ঐনা থীন্দনা চংশিল্লি। নিপা অমা ঙিপ অমা শেম্নথুনা লৈরমই। মান্না তাক্লকই. অরাংংবা য়ুম অসি মনি ক্রেরিয়নেট থোংবগীনি।

ঐ হরাওনা কো.ম্থাংথুদা চংলকই। মম্বনা ইট উ.দ্র। মসিমনি খডই য়ুম অহ ইনা কুপ্পা শেগাইরবা অমনি। মা.ঙান্দা কিনা কিনা কাথংলমই। থোডগী কারকুগী মৈডাল লৈথোরকই। থোডনাও তথো-বদ ঐনা সং য়েংশিল্লি। কা অতুদা পালং অমা মৈ ডাম্না থাল্লি। কমুং তমা লৈরি মহু ফজখ্রবা কাংখল অ.ড্ৰৌবা তমা থল্লি। কাংথোল অদুগী মচিদা হরাই সেন্দল জুরা অনি লৈ। তদুদগী মুপী অমগা নিপা অমগা ৱারী শান্নবা তারক্লে। ঐনা মতম মাডহন্দনা কনা লৈবগে দা অমত্তা হংজগে হায়না থোডদা থীম্লমই। ৱারী শাবহু লেপখ্রগা নিপা অমনা খুম্লকই,—কনানো করি হায়বগে? ঐনা খুমই,—তাদা মনিগী য়ুম সিদা নত্ৰা?

নিপা অতুনা খুম্নবই.—মানি ইবুঙো অদো হয়েং লাকও

ঐনা হাররমই,—এৱা অচাহনবা পাও অমা চেন্নকই ঐ তদুগী লাকপনি।

চাইহাক লৈরগা থোড হংদারক্লে অদুদগী নিপা অদু থোরক্লনা ঐচান্দা য়াম্না শাংগিনা য়েংই অদুগা হায়রকই,—করিনো এৱা অচাং-হনবা হায়রক্লিবাবো?

মাগী মতৌ অহু এহোক্লা শাওনা উখ্রে। তশেংবম্ন মাগী অসি-গুম্নবা মুংচাইরবা মিকুপ অনিদা থুগাইবগী ঐবু মানা হাৎপা কাঙ্বা পাম্নবা জাৎনি অদুবু মা হৌজিক মক্তি অহুম থৌত্রি। ঐ ৱাহৈ পুম্না

শুগাইনা হায়রবদা মানা ভাইহাক থল্লগা য়াম্না ৱেবহার কায়জদবা মী অমদোনা হায়রকই,—লেংবীরমও ঐ শোয়দনা লাকচরগে হন্বীরো।

ঐনা লুহোংকম য়োৎবদা পুং তরামথোই তাখে। ঐ উবদা ময়াম রা রা লাওনরে ইমোবদি হায়না লাক্লমে, ঈশৈ অমুক হৌখে। হৌমাং তাবদা নত্তনা চোকথরবা হকচাং অহু লেংনীংদবা ফাওরক্লে। তাঙ্গা অহুদা কবোক য়েল্লকই। ঐখোয় অনিস্বু ৎসাইমখৈ শোর ফাওবা হেন্দোকপা শংদে হৌজিক্তি কবোক ভাইবা ওইনা শোর শাংনা শাংন হোল্লহুনা ঐখোয় অনি কুৎ কুৎ য়োৎপা লাক্লরমই। তাঙ্গা অসিদা অরাংফম অহুনা ঐখোয় অনি মপা হেক য়োৎবদা ইবুঙো অনিদি থংলমালেকো হায়রম্লগা হেন্দোকখে। ঐখোয় অনিনা শোর চিংশিল্ল-গা য়োৎপা অহুনা কবোক চাবা য়াল্লুরমালে। বর ময়াম অহুনা ঐ-খোয় অনিদা কিরুক কিরুক য়েংলি। কবোকস্বু শোয়রবা অহুদদি কান্নম্রে ঈশিং থিত্তো থক্কে হায়না ইমুংদা চংই। কুমারগী মমান কপ্পু-বগী মমায় মমীৎ ইপোম পোম্না নিপা অমগা কন্না রা ভাংনরি। কুমার মমানা হায়,—ইবুঙো নচন অসি থোন অমত্তদি য়াওরগা থংখি গে হায়হুনা লেক্রবনি, হোরেন দোলাইরেংগী পৈশা হেক পুরকপগা শিংগে।

নিপা অহুনা খুমই—হেরাইন্দোন ঐগী ওইরবদি ইচংগীবু লে-মস্বু পাংবা য়াবনি মীগী শেম্নি অদুনা পোৎ মচা অমত্তং ওইরবস্বু য়াওবা কৈ।

অসি হায়রগা নিপা অহুনা করি হায়গে হায়না মতক অহু ঐচোংদা ওনশিল্লকই। ঐনা খল্লি, ঐ মবুংনি মসি ঐগী দাখিব নত্রা। ঐগী নাকোংসিদা নং কন্যাগী মবুংনি হায়না ময়াম চওহুনা লাওশিল্লকপগুম ভৌই। ঐগী খুদাংদা মারগা য়েংই চহি মচামুকি মমাংদা ঐনা মেহিং

পাস ভৌবদা পাবুংনা লৈবাখিবা ঘড়ি অহু শিরি। ঐনা শং লোথো-ক্লগা পীরমই। নিপা অহুনা থুদক্তা লুপা য়াথৈ থীরমই।

ময়াম যেগু লাক্লে হায়না নিল্লরক্লে। তা অঙাংহল্লা মাগী মখুং খূদোম্বী অহু রাংনা থাঙ্গৎলগা লৈবাকলোমদা হেক য়োবদা থোন য়েবা অহুনা থা··· আ······ হায়না মচিনগা মান্নবা থোন্দা থীল্লমই ট্রাম্পেটকা ক্লরিওনেটকনা "নোংমা যোংন্দোক্লে থগুবা, ঐগী থম্মোয়দা লৈজবা" হায়না খোঙ্গৎলকই। থোনগা সাইত্রমগনা তং তুং তুং থন ত্রগ্র থন হায়না হেক্তা ইল্লি।

ওজা অঙাংহলনা মমীৎ অহু উইথরগা তান চাগ্রি, মুর য়াগ্রি হায়বগী মওংদা হুম হুম হায়না মঙক অহু নোমই। মঙো অহু খোং লিবা অনিহুনা, হেরা ঐখোয়না খোংলকইবসি কুইরপোংনি ঐথোয়না খোংবনবু য়াগ্রি হায়বা শাইবু হায়বগী মভাগুম মমীৎ অহু লাওথোক্তুনা থজায় অনিহু পোংবমথৈ কল্লা কামই। ওজা অঙাংহলনা অহুদগী মচিন্দা থল্লা থবা য়ারকদোরে হায়না শোল্লকই, কুমার মমানা কপ্পহু তোক্লহ্-না থোন য়েরিবহুদা য়েংলগা নোকফেং তৌই। ময়াম পূল্লমক লোই-না হরাওনরে খোংলিবা অনিহুগী খজায়শিংহুম্ হরাওরে। সাইত্রম য়েরিবা অহুনা ঐবু কৌশিল্লকই, সাইত্রম ভারুবা চৌক্রি অমত্তা পীয়ু হায়বা ওইরম্রে। ঐনা য়েংখিবদা চৌক্রি অমত্তা উদে। থংনবগী মুমগী মাঙ্গোন্দা থারিবা য়োঙথম মনাক্তি ফিশা থান অহু প্রপ চেল্লুহুনা শং হেক থাঙ্গৎপদা মুপী অনিথক্লা য়োংথমদা ভারগা মখোং থাঙ্গৎনরম্বা জাংনি ইমা হিংচাবা হায়না লাওরকই। ঐনা ইহে শোকথ্রমালেনেহৈ হায়না হায়রগা প্রপ প্রপ লাকপদা মুপী অনি অহুনা লাওহৌই হো কন্যাগী মবুং নং থোমা কমল্লিকো।

নোংয়াম চবুক অদুদা লুহোংবা পিন্‌বা হৌরে। ঐগা ইমোগা দোলাইরেংনি। চিন্নবা অহিং অদুদা খোন সাইড্রুম য়েবা মশিং য়াম ত্রবগ্নু ওন্থোক্লা হৌনা তাখে। কনামফাওবা য়েংবা থোরক্লে।

মুপী ময়ুম হেক য়োবগা দোলাই থারে। মুপী ইমুংদা হেক পুশিনখিবগা মু ডাওবা অমনা থোরক্লনা কদাই গুণ্ডা অনি লাকই হায়বহুদি হায়ছুনা মীনা থাম্নবা ভমদমমথৈ হাপলালটেন অনি অছুম থুগাইরছুনা ঐখোয় অনিদা হোৎচিল্লকই। ঐনা ইকিং ফিঙ্গৎলুই। ইমোনা ভাইখো ভাই কুম্নি য়েংশি হায়ছুনা লেপ্লুনা লৈ।

ভাইহাক লৈরগা অহল অনিখক্লা ঐখোয়বু বর ময়ামগী ফম ফমদা ফমহন্দুনা চান থক্লবা পিজরমই ভসাইমথৈ ঐগোয়না তৌজক্লবা ময়াম দলাই পুবগী বাবনে মরক অসিদা গুণ্ডানিকা হায়হুনা কুগে চৌরক-ইবসি শাগনিংবনা কাজিনবা চলমদে।

তৌরিবসিগী মরক্তা ঐখোয় অনিগী কোক ময়াদা উ উ উ হায়না নিপা অমা মথুং হাইরকই। ঐমু চৌক্রিদগী ফুক হোগংলি অদুগা ইমো দি চৌক্রিদগী সং পাকথরগা লৈবাক্তা অনিরক ওল্লগা স্টিল চেয়ার অমনা নিপা অদুদা থাগে হেক তৌরকপদা ময়াম থায়ে। হংনবদা থংলে নিপা অদুনা হাররিবদু লুপা চামা পীগে হায়দুনা খুৎছা ভরা উংলিবা জাংনি মহাক মরোল থোক্লবনি ঐখোয়নি অমুক ফমথরমই।

চৎলমদাইদা কন্যাগা উন্নরমই। ঐনা হায়রমই,-ঙ্কে হয়েং মরক মরক্লা পাও হেক হেক তাহল্লকউ ফয়ে মুণ্ডাইনা লৈথোকউ ঐখোয় চৎলগে। ঐখোয় অনিনা লুপা চৎপী অমমম্‌ পীরমই মরমদি ঐখোয় কন্যাগী মরুংনি।

.মুপী ময়ুম অমুক য়োরে। ঙসাই ঘড়ি থম্লগা লৌখিবা লুপা ৫০ অদু ভা অঙাংহলদা পীখ্রে। দোলাইরেংগী লুপা চামা অদু করি তৌশিগে খন্ন খন্ননা লাকই। ইমোনা হায় কনামত্তা য়াওদ্রবসিদবু হয়েং পিক্লিক চৎথোকরসি।

কুমারগা মন্নাম্বা অনিগা ঐখোয় অনি ঙাইহনা লৈরয়ে। ঐখোয় অনি হেক উবদা কুমারনা হায়রকই, ফরে ভাই, ঐনা ঙসাইনা অঙাং থারগা খৌবুম খুলদগী কাদৈ হিদাক পোৱা ত্তাবা লিক্লিহু মঙা লৌহল্লুরবনি লাকও মন্নাম মুংঙারসি ঙহুগা চানববু করি ভোগদগে হৌজিক ফাওবা ভৌদ্রিনে।

য়াইস্কুলনা তাপ ওক্কুনা হায়রকই,--হেরা মী চিঙ্কল্লে হায়দুনা য়ারু মুংজু থোরুহনা লৈরিবা ঐখোয়গী হুরুবী অসে ঙসিদি মত্তাংহুম চারে মারিনবা য়াম্না করে।

কুমারনা হিদাক্কি শোংলুবগী শিংদোকহল্লবা লুপা কুনমঙা অমা লৌখ্রে অদুগা হায়রকই-- ভাই, রৌথোংবা অমা হবাউ, ইরোম্বা লোইনা লোইহৌরবনি চেঙ মেরুক তরামঙা পোংইবনি ঙসিদি ফুধরশি।

ঐনা ঙরা হংই, --অদুক য়াম্বা পৈশাদি কদায়দগী শীল্লি। কুমারনা খুম্লকই নোকফেৎ তৌনা,-- ভাই দোলাইরেংগী পৈশা লাক্লগা হন্দোক্লগা লোইরে হায়দুনা ঐখোয়গী কাংথল চৈখোক্তা য়াল্লম্বা ভাইগী কোট অদু বন্ধক থম্লরবনিনে।

ইমোগা ঐগা কুমার মমা অমুত্তং উন্নরমই। কুমার মমানা ইচা অনিবু য়াম্না রাহল্লে, অদু ভোরে অদা ভোরে হায়না কয়া অমা থাগৎ-

লগা হায়রবই,--ইবুঙো পৈশা কয়া লেমই হয়েং অয়াংকমগী দক্ষিনাগা দোলাই অয়াক্টমনগী পৈশাগা বাংলিনে। ঐনা অরেম্বা পৈশা অমু লোইনা কুমার মমাদা পীরম্লে।

বামোন চাক থোংবা অমুনা কোঁকু মপান্দা কোংকোং হায়না খীঙলদুনা এঙ্গাং হাওরবি মঙাগুম ফুংঙাইরি। ভাজা অসিদা হূই অমা কয়া চৈনাখোল থাঙবগুম্না খোংলি কয়াকয়া খোংলি। ঐনা চেনশিন্দুনা য়েংবদা পুখ্রি মপান্দা নিপামচা অনিথক্তা য়াইস্কুলগনা মমীং অমু লংখং-লদুনা হূই অমদা চৈতুপ্লা কল্লি। হূই অমু থোংবা তোকখ্রে

ইমোগা ঐগী ভপ্না ত্থা য়ুম মাইকৈ পাংলম্লে। নোংঙাম্নমদাইগী ফুংশিংনা য়ৈবদা ঈংখা থম্না কাওবগুমদি ভৌই অমুবু, য়ুম য়োদোবা ঙাইহাক্তা ঙাইরে।

সে, হায়না হায়খিবা অমা তারকই। য়েংথোক্লবদা ইমোনা মাগী জেকেট অমু লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীরগা হায়রকই,—সি লীংশিল্লু, ঐগীদি স্যুইটর অমা য়াওরি য়ানি।

# চহুম চঙবা মফমদা চাম্বা

ঝুইনবু হিংংবাদি অতৌ অনৌবা কয়া অমসু উরকই। অনৌবা অমা হৌদোরকপা হাঙ্কবসি মফম মতম ভাঙ্গা কয়ানা হৌদোকপগী দরকার লৈরক্লুনা হৌদোকখিবা ঙাক্তনি।

ওসাইরবাই অশাং অমনা লংকাইশু়া মুপী অমা চেয়্রে অমুক্তা লাকউ হায়না কৌরম্মনি। চৎলুবদা ঐভোন্দা লুহোংবসি শীনখিদবা য়াদেশু হায়রি। লফোইনা তংগংনা য়াম্না নংবা নিপানি। মাগী মমা হন্নুবী অমা লৈ মচিন মনাওশু লৈত্রবা নত্তে। অতুগা মখোয় নিংথৌখোংদগী হোঙ্গৎলকপনিনা মরুপ মপাং সঙ্গ পঙ্গ অতুক হাল্লা লৈত্রবা নত্তে। মমুম্মি হায়না তৌরিবহুম্মু বাংথেগী কোলুং মমাংগী লমহাঙ মতি অমদা লম মচেৎ অমা খোপ্পগা মখা শঙ্গোয় ওইনা চন্নূনা কুপ্পগা শাবা থাংপোকশংনি।

ময়াম্না হেন্না খঙবিরিবনি, লুহোংবা হায়বসি শেল কোকথোং অমা হেক চঙনব্বিবনি। ঐগী লাইরবা মরুপ অসিগী লুহোংবগী মতাংদা করম্না অনৌবা মথলগী শেল চঙদনা হোঙবা লুহোংবা অমা লৈবা য়াবগে হায়বসিগী মতাংদা ঐমু কোক ওন্থোক্লা শারে। মীগী মতম শুরবা হায়বসে খিংবা য়াবা নত্তে। শামু ময়ানা খিন্দোরক্লবদা মঙ্গে থেঙ্গুনা য়ৈশিনবা য়াবরা। অশাং খরা খরা প্রাইভেট তম্মীহন্নুনা তাত্রবা শেল শজিক্লংদি লৈরে, অতুবু ওকনি ওক্লোই খুঙদনা মাম্মু খুরাইদগী লৈমুংশি হেক চেনশিল্লকই। পাও হায়দোক্লুবা চৎলুববু লৈমুংশিখোয়গী অহল লমন্না য়ান য়ানবা নিপা ময়ুমদা হেক হোঙখ্রে হয়েং কোম্না ওইনা লৌথৎলগে হেক হায়রকই। ফরে, অমরোমদা শেল খরা য়ামদনা শীনবা য়ারনি। নত্তে, পূম্নমক ইহিং হিংলিনে! ফক্লাংশু হান্নদগী হোনা লৈমু, শুমু, শম্মী লৈঙোই ফাওবা অমত্তা তৌদ্রিবনি। ইয়ুংনি হায়না তৌরিবসিশু তেক্কনা শেগাইবা অমা কাওবা তাদে। অরাংকম ফম্বা তা বোলাইচানগা তান্নক্লবদা দক্কিনানে কল্লিনে লা-মুং, কা-হৈ, কবোক হৈবোক, কল্লাগী পোৎলোই অয়াইমন পুম্বা পাশিন্নগা য়ামত্রবদা লুপা সিশিং অনিদগী তাত্রোই হায়রি। অতুগা লফোইমানদি মান্নী তুংশিঙবা শেল লুপা চনিদগীশু হেন্দ্রে হায়রি। ঐদি মুঙ অনিন্নী মরক্তা হা ওইরে। মানদি

য়ানবদা শীল্লুস্থ হায়রি। পৈশা পুশিনবস্থ তৌরবা য়াদ্রি, হয়েং কন্নানা শিংবিনি। লুপা লিশিং অনি শিংনবা হোৎনবদা অনৌবী অনৌবা লুহোংবগী মুংঙাইবা পুন্সি অমফাওবা ফংহৌররোই। মথোয়গী লাইবক অমিবু পুন্সিন্না পুশিল্লুবা লুহোংবগী শেল শিংহনা লেনবা ভাবিদ্রা?

ঐনা মথা থন্থবা হৌরকই লুহোংবা অমদা দরকার ওইরিবা চঙদবা য়াদবসি করি করিনো। কা তাঙ্গা, কবোক, দক্ষিনা, বেঙ্গপাটি, পোৎলোই শেংপা, পাটি তৌবা পুন্নমকসিবু লুহোংবা অমদা চঙদবা য়াদবরা নত্তে দরকার ওইরিবদি ঈশ্বরগী মফমদা শাক্ষী থমহনা মুমিৎ অহৃদগী মতৈ মনাও ওইবা হৌবহ নত্রা? মানি। অদু ওইরবদি লিনস্থ শিবা চৈগুস্থ তেক্কুবা, লুপা চনিনা ওকপা মওংদা অনৌবা মথলগী লুহোংবা অমা হৌদোকপদি কমনোই।

থীক্ষবা কান্নদে, ঐগী চিরবা মহুমদা রা তান্নবা মী ভাগাবতি নৈকাইগী ঐজ্ঞা দয়ানিধী খোয়দা চৎহনা রা তান্নকুবা চুমই; রাথলস্থ শোয়দনা থোকনি।

ঐনা রারী অসি হেক হৌদোকপবু ঐজ্ঞাসিনা মুংঙাইরিবসিস্থ ঐনা হায়রিমথৈ য়ারোই হারবা অগত্তা য়াওথিদ্রে। ঐজ্ঞাসি নহালমথৈ খ্বাইদগী মথৌ চিনবা মীনি হায়বদি লাইরিক্তা হায়রা তর্ক তর্ক তির্থনি। বাকরন্দা মনিপুরদা মাগী মপা থিবদা খরা তাওনা থোকনি। মরম অহনা লাইরিক তৌবা চৎপদা ঙাইহাক্ত শংদে। চাক বোংবদা ওইরে উৎসব মঙানি চাকৌবা কিরেহি কয়াদা নোংমতস্থ লৎপা নত্তে। অদুবু তাব। মুংঙাইতবা পাও অমদি মৈতৈ ময়েক্কা শকপা লুহোংবা অমদা শোনবা রাওরুই হারহনা ব্রহ্মসভানা ইংন্নাক্কে হায়হনা রাথলদা উংহনা লৈবা মতাং অমা ওইরয়ে। লাই হায়বসি লৈতবা নত্তে। ঐজ্ঞবু উন্নবা ফংলিবসে

মরম অসিমক্তনি নৎলমত্রবদি চাক থোংবরা লাইরিক ভৌবরা ওত্তা হৌদুনা থাগী থাত্রং কোয়খ্ৎ্রগদবনি।

ঐনা পৎ কক্ক্না হায়রমই,—মাগী ব্রহ্মসভা মরা লৌদে, ঐগীদি লযোইস্লাগী ল্হোংবসি ষৎং অমা তৌদুনা পাওথোকথ্ৎ্রগা লোইরে। ঐজ্ঞাসি মপুক্রিং থরা চাওথৎনা উই, হায়রকই,—ওসিদি মুমিৎস্থ কৈ থবকস্থ শংই ঐগীদা পুরকও অনৌবী অনৌবা অনিমক রাধারমণগী মমাওদা ওসিমক হেক্তা পাওথোক্লসিনে।
ঐনা চৎলমদাইদা থাগৎলমই,—ঐজ্ঞাসিদি রোকেটকি যুগকি ঐজ্ঞানিহে।

লকোইস্নাগী মমুমদা মরুপ অরিবা তরামুক অমগা পুল্লে। কন্যা ওইগদৌরিবী লৈমুংশি ঐগী সাইকল কেরিয়ারদা পুরদুনা ঐথোর লোইনা হৌদুনা ঐজ্ঞা দয়ানিধীগী য়ুম তন্না লাকখি।

ঐজ্ঞানা পোৎচৈ চওদবা রাদবা করা তৈয়ারী লোইরল্লে। ঐজ্ঞাগী ল্হোংবা অসিদি ল্হোফান, পোৎলোই অমদি কোয়েৎকি দরকার মুকওইবু ওইদে। হুলিমথৈ থোকপা ঐজ্ঞানি কন্যাগী মমারবী রাৎলিদ হায়রবদা ঐজ্ঞানা মচামুগী অনিহু ফনেক মপাম্নাইবা শেৎলগা থোরক্লবা হাবখ্ৎ্র। কন্যাগী মমারবীস্থ রাৎত্রে বরস্থ শেম শাখ্ৎ্র। বর কন্যা অনিহু ঐজ্ঞানা ল্যাইমিং লৌবদা মিনিট অনিমুক্ৎ চওই। অতুদগী বর কন্যা অনিহু থুক্লথুদক কুলহন্নগা ঐজ্ঞানা শাত্রগী মতুং ইন্না লোনবা হৌরক্লে। ঐজ্ঞা দয়ানিধীগী বিদ্যা অংকপনি, লেল ইচও হেক চওদনা হৌজিক্তা মীতোপ ওইনা লৈনরঘা বর কন্যা অনিহু মতৈ মনাও ওইবে হায়না ঈশ্বরগী মিংদা লাওথোকখিবহু ঐ ইনাসিনা হেক তাহৌই, মতমস্থ মিনিট মঙা-তমক চওই। লৈ পরেংস্থ লেংবগী দরকার ওইদে ঐজ্ঞাগী মন্দিরগী রাধারমন্না থেংনবা লৈ পরেং অনীক লৌথোক্লগা বর কন্যা অনিনা নির্মলা থুনবা ওইনা হুরুহল্লমই।

লুপা লিশিং অনিনা শী-ংবদা বাগবি হায়না ভাবোলাইচায়া হায়খিবচু ঐগ্না দয়ানিধীনা ইরায় লায়না পাঙথোকপিরে। ঐজ্ঞাগী দক্ষিনাদি তৌবত্নদা বাংলগদবনি। লুপা য়াম্খেমুক তৌগে হায়না থনখিবনি অদুবু, অমগী পংতোং তোংহন্বা অমগীসু পংমাড় মাঙ তৌ হন্বা য়াদে কৈনৌ বায়েল তৌবা তাবনি। ঐজ্ঞাগী দক্ষিনা লুপা কুন্থু-মাথোইদমক তৌরম্লে।

বর কন্যা অনিদু য়াম্না পেম্না উই। হৌজিক মখোয় বা ঙাংলক্রে। মহাক মশামকী সাইকল কেরিয়ারদা লৈমুংশিবু পুরদুনা লকোইস্না মরূপ মপাং মরক্তা সাইকল থৌদুনা চৎলি। মখোয় অমি বারী কয়াসু শা-গৎলক্লি অদুগা পংহৌ হৌদনা নোক্লি। মরূপ মপাং য়াওই হায়বগীসু মখোয়নি থোইদোক্না কোইবগী মওংসু তৌদ্রে। মখোয়না শারিবা বা-গ্রিদু তুংদা অঙাংমুবী লৈরকপগী মতাং ওইরম্বা য়াই। লাইগী হৈরুক কা, লা, করি কয়ানে বামোনগী দক্ষিনানে পুম্না লুপা য়াম্খেদং চঙই। মানা হোংনবা তুংশিজবা লুপা চনিদগী চাম্ম য়াম্খেবু লেম্মে। লু-হোংবা লোইবা থুদিংদা বরশিংসি লুহোংবগী পুশিনবা শেল শিংবগী বা-খলদা বানবিবনি লকোইস্নাগীদি মদুগী অরাবদু লৈহঙ্গে। মহাক পার্টি অমত্তং তৌনিংবা জাৎনি। অদুবু ঐনা মখোয়গী শেম্লিং খিৎতং লেমহৌনবা হোৎনবদা পার্টি তৌবগী বাথল থাদোক্রে। ঐখোয় লোইনা ঐখোয়গী হোটেলদা হাইজিন্দুনা অঙৌবা অমমম্গা চা অমমমগা তৌরগা কায়-নবে। অয়েম্বা পৈশা লুপা চাম্মা অদু য়ুম্বুরেম্বী ওইপদোরিবী লৈমুং-শিগী মখুৎতা শিন্নবিরমই। মসিগী লুহোংবসি কনা হৈবা মীনা শীন্নকসু লুপা চদ্দমদি চঙগনি ঐনা লুপা চাম্মদং চঙনা শীনবীরবনি।

মরূপ মপাং পূম্নমক কুইনা পুস্নিনবা লাই নীংবিয়ু। কুইনবু পুস্নিরবদি সিঙম্বা অনৌ অনৌবা য়াম্নসু হুংঙাইরবা থৌদোক কয়া উবা অমসুং তাবা কংখিরকখিগনি

# থোংখোঙ কৈখেল

মতম কুইনা উন্নখিত্রবা ইতৈমচু উবা ফংলগনি খল্লবদা ঐগী থম্মোয় অসি মংং অমা তৌরকই। শোর অসি হোনগনি হায়রবা কাওবা কাওচুনা খংফুন খংফুন ফুল্লি। চেল্লিবা বস অসি চেন্দ্রবোই খল্লে। ঐনা য়াম্মা হেন্না উনিংইবদি পিশকমচাচুনি। মহাক লৈশাবী ফারম্লনি।

তাতোম্বীখোয় শ্যামকিশোরখোয় মানা মানা থোকপা থোঙনাও রোমদা ওন্থোরহনা ওন্থোক ওন্থোকপা য়ারী তৌখৎনরকই। চাওবনা লম্বীদা চংলিবী অমদা লক্লরকই,—হো ইবেমা ঐগী ইমিং চাওবা কৌয়ে, কাওনম্লশিকো।

ঐগী য়াখলদি কনাদন্থ থোয়জংলুদে। মথং মথং নিংশিংলকই ইতৈমগা মাগী মচাম্নুপী পিশকমচাচুগা মথোয়গী অবোক অচুগা ঐগা থঙনখিবদো। খল্লকই মথোয়চুবু লৈরমখিগন্না, লৈরম্বা তারবদি ঐবু উবদা ওন্থোক্না হয়াওখ্রিনিদা। অচুদা নত্তনা লেকখ্রোগা থোংখ্রোগা অমুক্কোইবা লোইগদবনি। এয়ার বেগড়া হুমচুনা য়েংই, ঐনা পুর-কপা ইতৈমগা পিশকমচাগগী পোংচৈশিংচু য়াওরি। ইতৈমগা পিশক-মচাগনা পাম্বসি অথুবনি অচুনা ভসাই ঐনা কৈলাস হোটেলদগী লৈ-রকপা ফোং ফোং শাবা জিলিবীচু য়াওরি। নোংমা ঐনা চংলমদাই দা পিশকমচানা খুজি লৈরকউ হায়হোবদো ওসিম্নু কাওত্রি। ওরাংনা

য়াইমা স্টোরদা চৎতুনা পেকি খুজি জুরা মরি তমগা লৈশিন্নবরবি চাবু চাগত্রা খঙদে।

নোংমা ক্লাস সেভেন তম্লিবৈগী য়ানি। পলেলদা এন সি সি কেম্প তাখি। মতমত্থু ঐগী চহী তরানিথোই হৃমদোইতা ভায়রমখি নি। ঐসু কেম্প চৎপা য়াওরকখি। পলেল গেট য়োৌরমদাইদা খু নীংথেক শাবা মকম অত্থুগী নোংপোক পাংনা লৈরিবা থানচেৎ শাবা চীংগোল, মখারোমদা চেল্লিবা ইরৈ কল্লবা তুরেল, ঐখোয়গী লৈনবা টেন্ট মচা ময়াম পরেং শানা লৈখি। ঐগী য়াখলসি আ ফোরেন্দকা লৈরবেই খনখি। নিনিশুবা মুনিং অত্থুদা খঙখি তুরেল তত্থুনা উগী থোং অমা লৈ। থোংখাঙগী চীক্লবা মকম অত্থুদা য়ুমদোম্পোক অমা লৈ। য়ুম অত্থুগী মনমদা চীংগু পান্থীত্না উমং অমা ওইহল্লি। ঙসিসু নিংশিংই অহিংগী মতমদা নমহুই ময়াম খোঙ্গৎলকপদা ঐনা কিত্থুনা টেন্ট মন্নুংদা থিরুক খুমজিনখিবদো।

থোংখোঙ মনাকী য়ুমদোম্পোক অত্থুকান অমা ওইরম্লে। ঐনা কবোক খোইবাক লৈবা চৎপদা ইতৈমগা পিশকমচাগা ইহান হান্না উন্নখিবনি। তিলসংক্রান্তি মুমিং ওইরমই। ঐনা ইতৈদা হায়গি, ইতৈমা থোইদিংগী কবোক শারকউ ইম্ফালদগি থোইদিংগী কবোক চাবা মুমিংনি ঙসিসে। নুংথিল ইতৈমনা কাংগুবী শাত্থুনাথম্লমই। কেম্পকি পেরেড হেক লোইবগা ঐ ইতৈমগা পিশকমচাগগী মনাক্তা হেক্তা চৎলি। মথোয়গী অবোক অত্থুনা ঐঙোন্দা সনা হায়না কৌই।

নোংমগী মুমিদাং য়াইরমনি। পিশকমচানা ঐবু তুবেন্দা পুথরগা হায়খি "নন্না মঙাদা পীথু, ঐ য়াইথু কাবিগে'। ঐনা খুমই,-

হেক কাবগা পীগে হান্না কাও। পিশক মচানা মাগী মুরি মুরি ভৌবা ময়া অহু হিগৎতুনা নোক্লহুনা তুরেন্দা চেম্থখিরমই। মাগী কনেক অহু খুউ কাওবা তাখৎলগা রাইখু কাননবা কন্না হোৎনরমই অহুবু কনা হোৎনহুনম্থ অহুম ভমখিন্রে। কেম্পকি মুমিৎ ভরানিদো মফম মরাং খঙদনা ভহুম হৌখিরমই। অমুক বস ভোংলহুনা ইম্ফালগীদমক্তা যাত্রা ভৌরমদাইদা ইতৈমনে পীশকমচানে ভবোক্লে এবু খিরকই। অবোক্লা লৈপাক হরাই খরা কিমচেৎ অমনা রোম্নহুনা ঐভোন্দা পীরগা হায়রকই,—সনা নং মরক মরক্তা হেক লাকখোকো। ইতৈমানা ইবুঙো নং সিদগীদি ইম্ফাল মচানিনা ইতৈমগা পিশকমচাগা কাওথ্রনিদো হায়হুন হেক হায়রকপদা ঐনা খুমই,—কৈদৌনা কাওদোরিবা, সিদগীদি ঐ ইহৎ ভক্তনা কোয়রক্লগদবনি। ঐনা পিশকমচাদা হংই—হৈ নংগী করি লৈরকউগে মানা মখাঙ অহু নাক য়েৎতা থোক থোক নোম্নহুনা করিনো অমা হায়। ইতৈমনা হায়রকই'—মাগীদি খুজি লৈরকউ হায়ম্লে ঐনা খুমখি শোয়দনা লৈরকনি' গাড়ী চৎপা হৌরকপদা থোঙনাওদা কোক থিন্দোক্লনা ঐনা হায়রমই—ঐ চৎলগেকো। করিগীনো খঙদে মুমিৎ অহুদা পৌনাও ভসি কুনগৎলক্লনা ঐ কপ্পিংলকখি।

মসি পুম্নসি নিংশিং নিংশিং লাকপনা ঐখোয়গী বস অহু খোংজোম মখা লাম্থরম্লে। ময়াম সোসিয়েল রেলফিয়ারগী লিডরসিপ ট্রেনিং কেম্প অমগী সাইট য়েংবা চৎলিবনি। পলেললোমদা য়েংশি হায়বসি ঐনা হৌদোকখিবনি।

পলেল থোং লাম্রিভৈদা নোংপোক পাংনা হায়জিনখিবা লম্বী অহু য়ান্না পাকথোক্লম্লে-ঐনা লাক্লিবসিম্থ চহী ভরাহুমদোইরোমগী মতুংদা ওইরমালে, লমী অহুদা হাইজিল্লহুনা ময়াম তু.রল মপান্দা সাইট য়েংবা চৎলমই। ঐখোয়গী চাক ঈশিংম্থ থোক্তৎপা হৌখিরমই।

চাক চাবা লোইবদা পুং ১ হেন্লে। ঐ এন্নারবেগ অদু পুরদুনা ভাই-ছাক্তুং নাম্থোক্তুনা ইতৈমগী য়ুম তম্না চৎলমই। মণ্ডল মণ্ডল থম্লকই, ইতৈমদু অহল কনা য়াম্না ওইরম্লনি। পিশক মচাদো লৈশাবী কারম্লনি। অবোক্তবু লৈরমখিগদ্রা মঙোন্দনা লুপা মঙাদং হেক পীরগে। থুজিসিনা পিশকমচাদা অথুম্বা অসিনা ইতৈমদা হেক পীরবা, মথোম্মনা ঐবু লেক-েগ্‌াদি শোয়দনা হায়দৌরবা জাৎনি অদুবু কনা য়াম্না হায়দুনস্থু মরুপ মপাং ময়াম য়াওবনিনা লেকপদি য়াম্লে।

থম্না থম্না থোং য়ৌরক্লে। অদুগুৈগী উগী থোং অদু লৈরমদরে অদুগী মহুত্তা চেক্কী থোং অমা লৈরম্লে। থোংখোঙ অদু য়ুমগী য়ুম ঙাক্তা ভাই-রম্লে। ইতৈমথোয়গী য়ুম নিংশিংবা থোক্লে। থোংখোঙ অদু কৈথেল চঃঙনা কারম্লে। ভাইহাক লেপ্লগা থম্লকই, ঐবু হল্লসিরা। তাঙ্গা অদুদা তুকান ফম্লিবা অহল অমনা ঐগী ইঙৌ য়েংদুনা লৈরম্লে। ঐনা চঙশিন্দুনা হংই,— খুড়া চহী তরাহুমদোইরোমগী মমাঙদা ঐনা অসিরাইদা য়ুম অমা থঙনখি ঙসিদি করম্বা য়ুম্লো লাকশিনবা ঙমদ্রে, খুড়াবু থঙবী লাকপিদ্রা হনুবী অমগা মাগী মমোপুপীগা মশুম্পুপী অমগনি অদুগা মৌনহা অদুগী মপুরোইবা অদুনি লৈখিদ্রবনি, মতম অদুদদি অসিরাইদা মথোয়গী য়ুম অদু নত্তনা য়ুম অমত্তা লৈরমদে।

হনুবা অদুনা ঐঙোন্দা য়েংলদুনা ভাইহাক থম্মরগা মখুৎ খিল্লগা হায়রকই,-- খুড়াম্থু সিদা লৈরকপা থা নিপাল মাপলদি শুরে। ঐনা লাকপা মতমদা আদগী য়ুম অসিতমক লৈরমই। অসি হায়রদুনা অহল অদুনা অঙাং থোমপিথক্তুনা ফম্লিবী মৌনহা অমদা খুৎ খিল্লদুনা হায়রকই, ইবুঙোনা হায়রিবা মৌনহাদ্ আদগীসি ওইরম্বা য়াই।

ঐনা ভাইঙমদনা মৌনহা অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লমই। মৌনহা অদু ঐনা চঙশিল্লুবা কুক হেক হৌগৎলি। ওম্থোকপা ফিভম হায়বদুনি—

য়ান্না মোৎলবা হুন্না হন্না লং মচু মচুনা ফেৎলবা ফনেক অরাওবা অমা শেৎলি। মনমগন অদু কংবনা শরূ ঙাক্তা ঙায়খে। মশা অদু রাওবা হৌনবা মথৈস্নু রাওই। অঙাং অদুদি নিংঙাইদনা খোম চিংদুনা লৈ। নাম্বখিগদৌরবা মাগী ফনেক অদু মথুৎ নাম্মনা ফাবা লাররি অঙাং অদু তাখিদনবস্নু হোৎনরি। ঐগা মৌনহা অদুগা মীৎ চান্নরমই। ঐগী থমোয় শীং লাওই, মানি ইতৈমা অদুমক্তি। ঐনা ইতৈমা হায়না খঙহৌদনা কৌ-খোকখিরমই। মুপী অদুনা ঙক্না ঐঙোন্দা য়েংই, মচিন্দা খিত্তংখি নোকই।

ঐনা হায়রমই — ইতৈমা নং ঐবু খঙব্রবরো ? মথা অমুক তারমই, চহী তরাহুমদোই মুকী মমাংদা এন সি সি কেম্প তৌবা লাকপদা খঙনখিবা ঐবু নিংশিংব্রবরো ?

মুপী অদুনা হায়মা হায়মা হায়দুনা ভাব খংতা তাবদৌনদি হৌই। অদুবু ভশেংনা শক খঙলবরা হায়বদুদি খঙদ্রে।

ঐনা হংলমই,— অবোক্তি কমদৌরি ?

মুপীদুনা খুমকই,— শিখিবা চহী মঙামুক ফারে।

মথং ঐনা হংলমই,— পিশকমচানি ?

মুপীদুনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রমই,— ঐখোয়গী ঙানবীবু নত্রা ? ঐবু কা অমদা পুশিল্লমই। নিপা মন্নাম অমা ফান মচা অমমমদা মক্রাং যা-ক্তোক্‌না শানৈ যুনৈদুনা লৈরমই। মদুগী মচি অমদা হৌজিক কালগী য়ক লাওবী মুপী অমা মচিন্নাল লিপষ্টিক ঙাংনা শঙলদুনা চুরুপ অমা চিংলদুনা লাঙবা য়াওরি। ইতৈমনা মুপী অদুদা খুৎ খিল্লদুনা হায়,— তু অসিনি। ঐনা রানিংদনা কৌরমই,— পিশকমচা। মুপীঅদুনা খুমকই,— ও ঐবু খঙবিব্রা চুরুপ অদুদা পেম্মা চিংলগা শাংনা মৈখু কামথোক্লগা হায়রকই— মদুগী ঐগী মিং অদুদি থায়নগী রানি, ঐ ঙানবী কৌই, থোংখোঙ কৈথেলগী ঙানবী হায়বীদো ঐনি। নিপা মুঙাওবা অমনা ওক্-

না য়থা তারকই,—মানি অতুগা ঐথোয় ময়াম্মা মাগী থৌগ্রাল ভাইরিবা ভাকুনি। মথোয় বা লাওনা নোকমিন্নরমই।

অঙাং অমা থোরক্‌লা ঐঙোন্দা তামো অতীংবা তৌগত্রা অশাবা তৌগত্রা হংলরি। মৌ নহা অমনা কয়া লাওরক্লনা অঙাং অতুদা অমুক তম্বীরি,—হায় ওকশাস্থ য়াওই, য়েনশাস্থ য়াওই হায়য়ুনে শক্লা।

কা অচু য়ুনম্মা লৈবা য়াত্রে। থুনা কা অতুদগীমপান থোরক্লে ইতৈমগা নিপা অমগা লৈরমই। ইতৈমনা নিপা অতুদা থিল্লগা হায়রকই ঐঙোন্দা,— নথোয়গী তাদনি। বাহৈ অতুনা ঐবু চময়হল্লি, ইতৈমগী মপুয়োইবতুদি শিথ্‌বনি অলৌবা য়ুম অমা অমুক পানবা ওইবা তাই।

মুপী ময়াম নোকপা অমা ঐগী তুংদা তারক্লমই। ঐনা য়েংথোকখিবদা য়শক মতৌদা পংতা তাদবী মঙাখক লৈরমই। থরা বাং চাওবীদ্‌না মরৈ ভিংথোক্লগা লক্লরদ্‌না হায়রকই, হো তাম্মো ঙানবীদা পাম্বরো ঐথোয়বুদি পাম্বীদবরো ঙসিদি ঐথোয়দা ওইনা পোথাক্লরসি লাকও চাক হাপ্ল্‌রগে।

ঐঙোন্দা কনানো অমনা থংচিং চিংলকই। চাওবা ওইরম্লে। চাওবনা হায়রকই,— ঙসাইমথৈ নংবু ৎবদা কদায় কদায় শাৎলুরে অতুগা নংদি সোমদা মজা লৌরমইবোইরে বোন্ধ্‌। ঐনা থুমই,— হেরা নত্তেদা ঐগা থায়না থঙনথিবা ইমুং অমা লৈ·········

ঐনা হায়বদ্‌ করিমত্তা তাদনা শ্যামকিশোরনা থুম্নকই,— মানি মানি থঙনবা শোয়দনা লৈরমগনি হায়বদি থোংথোঙ কৈথেল হায়রবসিদি মী লোইনা থঙনবনি।

ঐনা অশেংবা ৱারী অদু কমা য়াম্না লীনবা হোংনৈ অদুবু মখোয়না করিমত্তা তাদে। থোং মথক্তা লেপ্লুনা ভাইরিবা ভাতোম্বীনা লাওরকই,-- হৈ মদুগী অভাংহু ফারগা পুন্নগা পুরকউনহৈ নত্রবদি শোয়দনা থোং-খোড কৈথেলদা মাঙহৌবা তারেনে।

# "মাই লিটল ডোটর"

নহান্দ সকাল খবরদা য়াওখিবনি, তশেংনা ঙকপা পাওনি মরাঠি-লোন্দা হাপখিবনি; মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবদি অম্ম্না তাই- "চহী কুনমরি শুরবী কেরোলিনা থোম্পসন পুনাদগী কিলোমিটর তরুক মুক লাপ্না লৈবা বন্দ গার্ডেন কৌবা মফমসিদা অশিবা মশা ওইনা ফংলে। ডাক্তরগী রিপোর্ট মতুং ইন্না মহাক হু চারগা শিংখিবনি। মাগী অভাং নিপামচা অমা লৈহৌরি। মাগী মরী মতা লৈরবদি প্রমান পীরগা ডিষ্ট্রিক্ট কলেক্তরগী ওফিসতগী অভাং অসি লৌরবা য়াগনি। মহাক্না মথন্তা হুন্দ চাখিবরা নত্রগা মশানা য়াদনা নমত্থনা পীজখিবরা থওননবা পুলিসনা তদন্ত চংথরি "

ঐবু থোইবা হেন্না ঙকহল্লিবনা ঙসি ঐঙোন্দা থারক্লিবা রেজিষ্টারড লেটর অসিনি। কনাদগীনো অহানবদা য়াম্না ঙকখি, পোষ্টমেন্না লাম্না পুরক্লত্র হায়নবু থনখি অদুবু, ঐগী এড্রেসতি য়াম্না চুমই। কনাদগী ওইরিগবা হায়না খঙনীংবা অমা য়াওনা হাংদোক্লবদা চিঠী অদু য়াওরম্বনি। লুপা

ভরাচংগী মঙাথক্কা য়াঙরমই। চিঠিগী অরোইবদা থারি,— য়োর্স লিটল ডোটর কেরালিনা থোম্পসন! কেরোলিনা থোম্পসন, ঐনা থঙবা মিংনি। নোংমা ওম্থোকপা তাঙ্গা অমদা মহাক্না থঙনখি। নোংমা মহাক্না ফুলে মার্কেটতা ইঙ্গাং নাপী থরা লৈবা চংলুই। মার্কগী লেম্পনা ঙাল-হনবদা য়োবা ঙমদ্রবা মচি অমদা অমম্বা মরক্তা 'এক্সকুাজ মী' হায়না কৌরকখি। মুু ঙাওরবী মুপী অমা লৈরমই। ঐনা হন্নগা চংকে তৌ-বদা ঐবু থাম্নহনা মহাক্না অসিরাইকাওবদা শৌবিরমগু, হায়হনা ঐগী খুং নাম্মা পায়খে। মানা তৌরিবা মওংহনা ঐবু য়াম্না থোইশাওনহন্নমই। নাম্থোকহৌদ্রবদি ঐগী ইজ্জং মাঙখিবা মাই। ঐনা শাওহনা, পুলিসতা কৌরগা পীথোকউরা হায়না হায়রবদা মানা ফাইরবা থোলনা হায়রক-পি,— "প্লিজ টেক মি এন্ড য়োর ওন ডোটর, প্লিজ প্লিজ"। মতৌ অহ উক্করবসু মুংশিদবসু ঙমদে। ঐনা ময়ুম কদায়দনো হংবদা মানা বুধবার পেঠতনি য়াম্না নকই হায়না হায়খি। মাবু শৌরহনা ঐনা পু-রকখিবদা মীয়ামশিংনা কুম্মৈ ওইনা য়েংনথখনি। অচুমবক য়ুম অহ নক্না লৈরম্মে। বুধবার পেঠ। তাখিব। য়াম্না কুইরে। য়াম্না মমিং লৈবা মযম্নি। কনাগুম্বনা ডানিআপি হায়নসু থঙনৈ। পুনাদী মমিং লৈরবা রেড লাইট ষ্ট্রিট অমনি।

সহরগী ঙাল্লম্বা মৈঙাল মফম অহদা ইমম মমই। য়াম্নসু চীকই। হুই অনি অহম নালা মপান্দা চেন্দুনা শাম্নরি। শল মরি মঙাম্নু লম্বেল মপান্দা কম্নহনা শগুপ শায়রি। মথোল তম্না তম্নামুক বাংলবা মন্নবা বিল্ডিংশিং অহগী মশীং নাইদনা ফাংলিবা থোঙনাওশিং অহগী নামা হাং-দোক্লবা অহোবদগী ফি লীক্না শেংপী অমমম অনিনি মঙক খিন্দোক্লনা য়েংহনা লৈ।

মুপী অহমু শৌরহনা তম্না তম্না ঐ চঙলকখি। হৈনদবতা নক্তনা

হকচাংগী লু-তোং পুম্বা মীৎশিং নাশিংলক্ত্না করিগুম্বা তমথীখ্রা থোদোক অমা থোক্লগনবগুম পুক্লিংদা নীংজিং মাগুজিংনরকই।

মুপী অহুনা থোঙ থীল্লমই। থোঙ চাংদোরক্লমই। মুপী ভরানক লৈমাইদা কমহুনা লৈরমই। নিপা অনি অহুম থংনবগী কাংগী পাং হাইদোক্লহুনা থোরকই। মখোয়না ঐবু উবদা য়াম্না কবেম্না নোকপগুম তোই। ঐনা খল্লকই, গুসাইনা মখমহু থাদোক্ত্না চৎথম থোক্লবদা হৌজিক ফাওবা চৈত্রিখা করিগীনো। মুপীহুনা চৎখিম্ন কোফী গ্লাস অমত্তা থকখো হায়না থামই। থংনবা কাদা মুপী অহুগা কনানো অমগা য়াওী শাবা তাখি।

—হায়। য়ু হেব গোট এ নাইশ পার্টনার।

—ন্না। বট হাও কেন আই আর সমথিং বুইদাউট এনট্রি টেইকিং হিম। অকোনবগী য়াহৈসি ঐ য়াম্না হৈনত্রে। ঐনা চৎলগে হায়না হৌগৎ-লকপদা মুপী অহু অমুক থোরকখি। ঐনা য়াম্না শাওবা উৎলুবদা মানা হায়রকই,-- ঐবু সিদা থিনখিরকপগীদমক্তা থাগৎচরি। অহুদগী অমুক মখা তারবই,-- নংদি য়াম্না নবুকচেল চাওবা নিপানি, ঐহোন্দা পৈশা পিত্তা পীবা ওম্বা, নোংমা শোয়দনা শিংগে।

য়ুনম্না মায় ওনশিনখা য়াত্রে। অহুগীম্নু মথক্তা হৎজাইথ্রবা মকম অহুদা চহী ভরামরী মডাত্তা গুরিবী মুপীমচা য়াম্না য়াওরি। থল্লবনা তুজুংই ঐগীম্নু ইচল ইঁচা য়াম্না হৌরি। য়াম্না শাওনা চৈরম্নগা ঐ হুনিং অহু নাম্বোরকখি। ঐনা থোরকপগী লম্বীদা পরেং পরেং শানা মুপী কি লীক্লা শেংপী ময়াম অমা লৈরি। ঐবু উবদা হৎজাইথ্রবা ফিভম কয়া উৎলহুনা হুইবু খোংবাও মখুৎ থৎলহুনা ঐবু কৌরি। মচিন্দগী চুরুপ ময়াম অহু মশিং থীরবদি কুহ্রামুক্তি ওপনি।

মহারাষ্ট্রগী খ্বায়দগী চাওবা কুম্মৈ গনপতী চতুর্দ্দশীনি। তুমিং অহ্নমক্তা মহাত্মা অমুক উম্লখি। ঐবু মাগীদা চঙলুশি হৌরকখি। পুক্লিংদা খল্লমগি অমুক্তুং কুম্মৈ য়েবা ওইনা মানা কৌরিবসিদা চঙলুরবদি কমদৌই। অশেংবা ঐ চঙস্নু চঙখি। মাগী কা হোংদোক্লম্মে। ঐবু তেক্লবা কনীগী চৌক্রি অমদা ফমহল্লি। পুনাদি কোফী য়াম্না চৎনৈ, ঐবু কোফী থকুত্রা হংই। ঐনা করিমত্তা থক্লোই হায়বদগী কু হায়বা উহৈদু প্লেট অমদা পুথোরকই। মানা হংলকখি,-- হিন্দুষ্টানি লোন্দা ফাদরসি করি হায়? ঐনা খুমই;— বাপু নত্রগা পিতাজীসু হায়দনা, মহাত্মা গান্ধীগী মমিং তারবগনি, মাবু বাপূজী হায়না খঙনরিবসি ফাদর ওক সি নেসন হায়রিবনি।

মানা হায়রকখি,--ঐদি নহান নোংমা নংগা উম্নবছুদা পৈশা থিংতং লৌথোকপা য়াগদরা খল্লমই, অকোনবদদি খল্লকখি ঐ য়াম্না লাল্লে নংদি পাপ চঙত্রিবা য়াম্না শেংবা নিপানি। মানা মথা অমুক তারকখি,— নংবু গুসিদগী বাপু হায়না কৌরগে নং ঐগী বারী অমত্তা তাগেরা। কনামত্তা হংলুবা তৌরুদনা মানা বারী মথা তারকই,— ঐগী মিং কোরোলিনা থোম্পসন কৌই। ঐগী ফাদর রেলবেদা থবক তৌরমই। ঐখোয় অহানবদা মাদ্রাজগী বেসিন ব্রিজ জঙ্কসন কোলোনীদা লৈরকই। ফাদরসু শিখে। হায়না হায়না মাগী মমীংতগী পি তারক্লমই।

কনা ফরস্না তারবসু মহাকসি লমচৎ মাঙলবী বুধবার পেঠকি রেড লাইট ষ্ট্রীটতা লৈবীনি। ঐনা নরুপ মপাং কল্লাদগী তাখে, মহুদি মথোয়গুম্বীশিংসে তৌশিল্লবা য়াম্না হৈ অচুম্বা অমত্তা গুাংদে। ঐনা খাল্লমই, তোক্লো হৌখ্রবা বা মিংশিংগসু, নংনা ঐ ভান্দা বাপু হায়না কৌরগনি হায়বনিনা ঐনা নংবু লিটল ডোটর হায়না কৌবা তারে। মা য়াম্না হবাওনা উথি। য়াম্না ভকখিবা অমনা মাগী অঙাং নিপামচা চহী মরি গুররা অমা

লৈ অমসুং মহাক নাহুনা লৈ হায়। ঐনা মঙোন্দা অনাবা অঙাং হুন্দোক্তুনা সিদা লাওহুনা লৈরিবা করিগীনো হায়দুনা চৈরহুনা লুপা মঙাদং অঙাংগী অচাপোৎ লৈবীখ্রু হায়না পীরমই। চৎলমদাইদা মান মমায় অহু ঙাংশিল্লহুনা নংতনদি ঐগী অরাবা খঙবী হায়হুনা লোল হৌই। ঐনা খনখি মসিগুম্বা মুপীসি ভৌশিন্নবা য়াম্মা হৈ হায়বা সি চুম্বা তারেদনা।

ঙসি তরামন্নিনিমুক্কী মমাঙগী রানি, মুংদাং চাক চাবা লোইরগা ঐ রাকিং চৎলমই। ব্লু ডাইমন্দ হোটেল মপা য়ৌরকপদা পুং তরা মুক তারম্লগনি। হো-টেলগী মমাঙগী স্কুটর ফোরেন কার মন্নম থা-রিবা অহুরাইদা হাইফেৎ লাওনবগুম্বা অমা তারকখি। নিপা অনি অহুমথরুা কনানো অমা নমহুনা কার মসুংদা নমশিনগদবগী ভৌরি অহুগা মীচং লৈজরবা অহুনা কারদা তোংলোইদবগী থাঙলি। অহান বদদি চপ লেপ্তুনা যেংলমই অকোনবলদি চৎলগে হায়না খোঙ থাংবা হৌরকপদা বাপু-বাপু-হায়না হন্না হন্না কৌবা তারকখি। ঐ শৎ য়েংথোক্লমই, অমম্বা মরক্তুদা মৈন গুনন্নিবহু কেরোলিনা নত্রা !! ঐনা কন্না চেনশিল্লমই। ওম্মোক্লা শাথীরবা মঙংনি নিপা অমনা কেরোলি নগী মরেংজুমদা পায়রহুনা চিংথৎপদা মাগী ব্লাউজ অহু লেগাইরে অমনা মনীংদগী ইনথৎলি। নিংথিজনা লৈতেংজরম্বা মশমহু পায়হুনা চিংবি-বদা ইফা কাবদা নত্তনা ইচাই চাইরে। নিপাশিংহুদি হোৎনবা লেপ্পা লৈতে। ঐনা চঙশিল্লকপহুদা মরাল লৈরবী অমগুম কেরোলিনা য়েং হুনা লৈ। রা ঙাংবা ঙমদনবা নিপা অমনা মচিনবান অহুসু মেন-শিনবিরে। ঐ খাঙহুনা লৈবা ঙমত্রে।

ঐনা য়াম্মা কন্না লাওখি-হোরাট ইজ দি মেটর।

নিপা অহুম অমদি ফং ফং হনন্দোথে, অহুগা অমদি হোৎনবা লেপত্রি। ঐনা ফুরিৎকি ঙকশম অহুদা পায়রগা মতুংদগী লাক্কনা চিংবদা নিপা অহু ভুং খংহন হন্দোরকই। কেরোলিনা হন্দোক্কনা লেপ্পুনা লৈ। মথখাক্কদা পায়রগা ঐনা লাওখোংলহুনা ময়ম হংথি। নিপাহু খায়-লেপ্পগীনি হায় নহান তুমিং খরনিগী মমাঙদা পার্টি ভৌবগীদমক্তা মুপী খরা পীগনি হায়বা য়ানহুনা কোরোলিনানা লুপা ৫০ এডভান্স লৌথে, অহুগা ঙসি হায়নখিবা অহু শোয়রে অহুনা মহাক মশামক ঙই-না ফাহুনা পুগে ভৌরিবনি। ঐনা মথবাক্তগী থুং অহু থাদোক্লগা লাওরমই,- য়ু রাসকেল হু য়ু নো হু ইজ সি?

- সি ইজ মাই লিটল ডোটর

ঐনা মথা অয়ুক তারমই, নংবু পুলিসতা পিথোক্লগা জেলদা থবা ঙম্বা মীনি, নং য়েংনিংবরা?

ঐ শাওনিংবা অমসু কাওরক্লে, হায়রমই, নথোয় ইন্ডিয়াগী জেল য়েংনিংবরা?

মথোয় তুমিন্না লৈহুনা মরাল য়াজবগুম লৈথি। ঐনা লুপা ৫০ থক পুথোক্কনা মথোয়দা পীরগা হায়রকই,- করিঙ্ঘদা মীরৈপাক অমদা লৈগে নত্রগা চৎকে খল্লবদি লমহুগী মুপীশিংবু ইকাই খুম্বা তমউ ঙসিদি নথোয়বু কনবিরগে চৎলো।

মীসু খরা ঙমশিল্লে ঐদি মফমহুদা পম্বরমল্লে। কেরোলীনানা ঐবু কৌহৌবগুম তৌই। মথংগী মুমিংতা ঐবু লাইব্রেরিদগী পিয়োন অমনা কৌথোরকই। মপান্দা থোকপগা ঐ খঙলে কেরোলীনানা ঐগা উন্নগে লাক্লি। মহাক পংলাপ লাপ্পনা লৈরিবা উ পাম্বী অমগী মথাদা বেঞ্চ অমদা ফমহুনা লৈ। ঐ মাগী মনাক্তা চঙশিল্লকই মুপী নিপা পুন্না ফ-মিল্লবসি মফমসিদা য়াম্না চৎনৈ। অহুনা মাগা ঐগা ফমিল্লবা থোইনা কায়দে। ঐনা অহানবদা রা ঙাংবা হৌই,--নং সিদা কৈদৌবা লাকপনো, মসিদা নং লাকমু। মতুং অমুক লাক্তে হায়নহু খনগমু, নংনা হায়গে

লাক্লিবা তৌশিন্নবা রা মন্নামছু ঐ তাবা পামদে।

মরক থৎলন্নু। মানা খুম্না হৌরকই,— নংনা লাকনু হায়ংবনি। ঐ লাক্লরোই ঙমুক হন্না। মা কপ্পা হৌরক্লে।

মাগীসিবু কদায়দগী পিনো অশেংবা ওইরিব্রা ঐদি খাজবা কৌবা লৈতে। মানা মখা তাথরকই,— নংনা ঙরাং হায়খিবা— "সি ইজ মাই লিটল ডোটর" ঐগী নাকোংদা ঙংহনা লৈরে। মতুনা অশেংবা ওইরবদি মপা অমনা মাগী লিটল ডোটরবু লৎনবা হৌনব্রা। মাই ডিয়ার বাপু এক্সকুজ মি ঐ চুরুপ থক্লুবদি লৈবা ঙমদে। সি হায়-রগা মানা চুরুপ অমা চমথংখে। যুগী মনম নম্নকই ঐ পঙলে মহাক যু থক্লক্লে, হৈই ঐনা— নং ড্রিংকস তৌরমালেনে। মানা হায়রকই— সোরি ঐগীদি মদি থাদোকপা ঙমদ্রবা লমচৎনি।

মানা হায়রকই,— লাল্লরোই, নংগী ননাক্তা লাল্লরোই অহুবু অরাইবা ওইনা ঐগী বা অমুক্তা তাও। ঐনা খুমই,— তাহুনতা লৈরে, ঐ য়ারে, নং চংলো ঐ থবক য়াম্না চিল্লি।

মানা হায়রকই,— ঐগী হায়দোক্তবা য়াতনা ঐ ফুন্দুনা শিদৌরে, নংদি ঐগী বাপুনি নঙোন্দা লীদনা কনাদা লীনি। নংনা ঙরাং য়ু ডাই-মগুদা নংগী লিটল ডোটরগী প্রেষ্টিজ কনবিখিবা ঐ মহুগী লমন শিংবা ঙম্নোইদৌরে। মহাক মখোল থোক্লা কপ্পা হৌরক্লে। মী য়েংনরকপা তারে। ঐনা মাবু থব্রা লাপ্পা পুথোক্লগা ফমহল্লে। মাবু থুনা থাদোকখিবনা ঐগী মঙ্গল ওইরনি। ঐনা থেম্নমই,— ঐ লৈরিঙৈদা ঐগী লিটল ডোটরগী প্রেষ্টিজ মাঙবা য়াব্রাও, ফরেনে নংগী হায়গদবছু য়াম্না তেম্না হায়রোনে।

মানা হায়রকই,— ঐ এংলো ইণ্ডীয়ানি, ইপুরোইশগা থা অহুম-গুম্না লৈমিন্নরমই। মহাক অতোপ্পা মুপী অমা লুহোংলগা ফোরেন্দা

চখে। ফাদর শিরবা মতুংদা ঐ ম'ত্রাজদগী 'হোংলক্লুনা পুনাদা লৈখি। খণ্ডহৌদনা ঐ হিংনা হিংনবা পাপ ভাক্তা তৌখি! অগুাংসি পোক্লবা মতুংদনা হেন্না শাথীরকখি। অডাংসি নিপানি। মাগী য়েংহুনা ঐ পাপ-ফি থবক তৌবা তোক্লে। ঐনা অহানবদা নংবু উবদা পৈশা থরা লৌ-খোকপা যাগত্রা হায়না হোংনরুই। মহু ঐগী চুমথোককম লৈত্তনা লান-খত্রবা অমনি। নংদি অহুগুম্বা মীশক নত্তলমত্রে।

চুরুপ অহুদা শাংনা অমুক চিংলগা হায়বা হৌরকই, শিরগে হায়-না কয়ারক হোংনখে অহুবু ভমদে। ঐনা পামই ঐগীদমক্তা কনাগুম্বা অমনা থনখিবা অহুবু কনামক্তা লৈতে। নংনা ভরাং ঐগী প্রেষ্টিজ কনবিবহুদা ঐ খণ্ডলে বাপু, নংত্তনদি নংগী লিটল ডোটরগী দমক্তা থনবিবোরে, যাবিবোরে। নংবু হন্না হন্না থাগৎচরি। অদো পাগুখুম অমত্তং খুমউ নংবু নংগী লিটল ডোটরসিবু ভাকপিরোইত্রা?

ঐগী থম্মোয়দা মিন্নুংশি অমা ফাওরকই।, ঐনা খুমই,— করিগী ভাকপিরোইদদগে। নংনা তৌবা নত্তে পুন্নমক ঈশ্বরনা তৌবনি পুন্নমক মহাক্লা খোকহনবা ভাক্তনি। লাই নীংউ অফবা তৌগে থল্লু, নং অফবা মী ওইয়ু।

মানা মখোল থোক্লা কপ্পগা হাররকই,-- ঐগী কোক্তা নংগী নখুং অহুনা অমুক্তা নাল্লু।

রেজিষ্টার লেটর অহুগী চিঠী অহু পারমই---

মাই ডিয়ার বাপু... ... ... ... ... বুধবার পেঠ---

শিরগে হায়না কয়ারক খুনখি অহুবু ঐনা শিরগা কনানা কপ্নি-গনি। দুংশিবিনবা লৈত্তবনিনা ঐ শিবা ভমথিদখনি। অহুবু হসিদি

ঐ খঙই নংতনদি ঐগীদমক্তা রাবিরি অহুনা ঐনা শিরবদা নংতনদি শোরদনা কপকনি নংগী তোল্লবী লিটল ডোটরগীদমক্তা, নত্রা ? ঐ য়াম্না শিনিংলে নত্রবদি তাপ্পা অসি অমুক মাঙথিবা য়াই। অমুক হুং-ঙাইবসিবু কদায়দগী লৌরুগদগে। নংনা চিঠি অসি ফংবা মতমদদি ঐদি নংনা উবা ফংদবা মফমদা মতম পুম্নমকদি ওইনা চংথগনি। নংনা হায়বা অফবা মী ওইমু, অকবা থবক তৌ, ঐ ওসিদগী নংনা হায়বসি ইনবা হৌরগনি। নংগী লিটল ডোটরগী দমক্তা নংনা তিংথিবা লুপা ৫০, অহ ঐনা হাপথিবসিনি। থাজবিধু ঐনা ভার্জিন মেরীগী মিং পন্দুনা রাশক্তি পৈশা অসি পাপ্পা তানবা শেল নত্তে। ঐনা পুন্সিগী ওইনা অঙাং ওইরিঙৈদগী পোষ্ট ওফিসতা তুংশিল্লকপনি। গোড ব্লেস য়ু। গুড বাই

— য়োরস পুওর লিটল ডোটর ---

# লাইব্রীংবা

ডাক্তর হেমচন্দ্রগা খঙনবসি ওসি হয়িদং ঙাইরি। গোলাঘাটতা ঐগী মরুপ নারালকিশোরগী লুহোংবগী পার্টিদা য়াওরমহুনা খঙনরকপনি। হেক উনবদা মানা মৈতৈমচা নত্রা হংলকপদা ঐ য়াম্না ওকথি। ঐনা হংখি, - ডাক্তরবু কদায়দা লৈবীবগে। মানা খুম্লকই,—ইবুংঙো ঐ লাইশ্রম থুনদগীনি ঐবু অমুক্তা হেন্না ওকহনখি, ঐদা অমুক হংই,- গোলাঘাট অসিদমু লাইশ্রমথুনলৈব্রানে ?

মানা খুম্লকই,- ইবুংঙো মৈতৈ ঙাক্তনি লাশ্রম খুনদা নত্তে, থাংজম

লৈকই, নিংথেমখুল, কুব্বিংশাবমখুল, কোম্নুং লৈকাই, বিষ্ণুপুর অমুক্তো ইবা জিশ্মিং মঙাক্তরাগী মথক্তা লৈরিপোংনিদা।

ঐগী পুরিংদা হায়রিবা ময়ামসি য়েংনিংবনা থাডবা ঙম্মদে। মৈ-তৈশিংনা করম্না লৈরমগদগে হায়বদু খঙনিংবা অমা অসুম অসুম য়েঙ্কৎলমই। ঐনা রাহুং মথং মথং হুংবদা ডাক্তর হেমচন্দ্রনা ঐবু মাগী য়ুমদা নোংমা নিনি লৈথহনা মৈতৈশিংগী মওং মতৌ য়েংথো হায়রকপদগী ঐ ডাক্তর হেমচন্দ্রগীদা ঙসি লৈরিবনি।

ইম্ফালদগী মী লাকই ভাবদা লৈকাইগী অহল খরা ঐবু উন্নবা লাকই। ঐগী পুরিংদা অরাপ্পদা ভংবা মৈতৈ ময়াম উবদা হায়কম খঙদনা মুংঙাইরমই।

অহল অমনা ঐংঙোন্দা হংই, - ইবুঙোদি করি মথৌ ভাবগী লাক-পিবনো ?

ঐনা খুমই, - খুড়া মকপ অমগী লুহোংবা লাকপনি ঐনা খঙনীং লহনা হংলমই - খুড়াগী পোকফমবু কদায়দনো? মানা খুম্নকই, - হো-জাইদগীনি, বাবা লৈখিদবা চহী কোতো অমা কারে, য়াম্নাম্নু নংথরক্লে অৎগৈদি য়াকম্নু জীবিকা হিংনবা মসিগৈদা লাকপনি। সোমোয়দি হৌখিবা খঙহৌদে থবক্তা ইপাঙ পাঙদে।

অহল অমনা অমুক হায়রকই, - ইবুঙো ইম্ফাল হায়বদু য়াম্না মুং-ঙাইরমগনিদকো, ঐখোয়দি গোবিন্দগী কাংশি মখোল ভাবা কংদহুন্না সিদা মুম লোইদৌরমালে।

ঐনা হায়রমই, - সিদগী ইম্ফাল পংলাপস্থু লাপত্রে খুড়াখোয় হয়েং নিংথমথাদা হঙ্গামগা য়োংচাক্কা ফরবা কান্দা কোয়বা লাকপিয়ুনে।

চৎলমদাইদা, ইবুঙো ঐখোয়স্থু লেঙঙগে ইবুঙোস্থু পোত্থাহৌরো হায়রম্লগা মখোয়স্থু চৎখে।

বাবাতোম্বী হায়বা মৈতৈ স্কুল অমগী হেড মাষ্টর অমগী ময়ুমদনি, ঐ ইম্ফালদগী লাকপনি হেক তাবদা লৈরম্বা ময়ামন্থু ওক্না য়েংলকই। য়ুম অদু মৈতৈগী য়ুমশানি। শঙ্গোয়দা লৈশাবী অমা ফি শারি মনাক্তা মৌ নহা অমনা ঢেকিদা কাংহুনা ফৌ শুরি। অহল অমনা খুদৈ অরাংবা অমা শেৎলহুনা ইংখোল শেংলমই। য়ুম অদুগী মমাঙদা লৈ অমদি ফজরবা উ পাম্বী হৌরি, য়েন্দম পাম্বীস্থু য়াম্না হৌরি। মৈতৈগী ইংখোল অমগা পংখেন খেন্নবা লৈতে, খেন্নবা অমঙংদি শম্বল অদুগী অকোয়বদা কা পাম্বী খরগা য়ুবী পাম্বী অহুমথকস্থু হৌরি।

ওজ্জা বাবাতোম্বী খোয়ক্ত্না তরাম তরাম তৌহুনা ঐবু ফমহল্লি; অহল অদুনা ইংখোল শেংলম্বা তোক্লহুনা ঐঙোন্দা হায়রকই,—ইবুঙো ইম্ফালদগী লাকপনি হায়রে, ইম্ফাল হায়বা শ্রীগোবিন্দগী কাংশিনা কোন্বা লম হায়বদু ওন্থোক্না মুংঙাইরমগনিদকো, ঐখোয়দি শ্রীগোবিন্দনা চিংশিন্দবা হায়বদু ওইরমালে মাতৃভুমি উবা ফংদনা বিদেশ অসিদা শেষ ওইবা তারমাগ্লেদা।

ওজ্জা বাবা তোম্বীনা ঐখোয়দা লেঙঙকপদি করি চানি হায়হুনা শঙ্গোম গ্লাস অমা পিথল্লকই। লৈশাবী অমনা চেঙপাক প্লেট অমগা চিনি অঙৌবা খরগা ঐগী চানবা পুথোরকই। ওজ্জা বাবাতোম্বীনা

লৈশাবী অদুদা খুৎ থিল্লদুনা হাবরকই,- মরুপ মসি ঐগী ইচলনি, প্রতিমা কৌই, পি ইউ সি তম্নে। মহাক ইমুংগী কু:গ্রামদা ঐখোয়না টে্রনিং কল্লা তৌরি, ইম্ফালদা থাজসিল্লা থল্লি।

খুমকম খঙদনা ঐস্নু খুমই,- য়াম্না ফবা বানিনা, তৌবিগদবনি। মুপীমচা অদু মমায় লুকথরদুনা মোমোন তৌদুনা মচি অমদা লৈ।

ওজা বাবাতোম্বীগী মমা অদু থোরক্লুনা ঐঙোন্দা হংলকই, - ইবুঙোদি য়ুম পাল্লব্রা?
ঐনা খুমই - পাঙ্গদ্রি।
অহল অদুনা অমুক হায়রকই,- ঐগীসু ইচামুপী অনি ময়ুম পাদ্রিনে। অম্নুম্না ওসাইদগী কোয়খৈ কোয়রগা বারী বাতাই শাম্নরুরগা হল্লক-পদা ডাক্তর হেমচন্দ্রগীদা য়ৌবদা মম্নে।

ডাক্তর মাগী ক্লিনিক্তা মী ময়াম অমা লায়েংদুনা লৈরমই। ঐ হেক চঙলকপা উবদা ইবুঙো চেয়ারসোমদা লেঙশিন্নু ছাম্নদুনা ফম হল্লগা, কদায় কদায়দা য়োকরবগে হংলকই। ঐনা শম্না খুমই মথং মথং য়াম্না কোয়রুরে।

ডাক্তরগী য়ুম অদু ছাদ হৈদুনা চেক্লা শাবনি। নাকন অমদা মাগী ক্লিনিক অমদি অনাবা লৈননবা ফমুং মরি থক লৈ। ডাক্তরনা চুরুপ্তা অমুক্তং চিংলগা হায়রকই,- ইবুঙো খঙদে ইতোম্না বাবসি করিদা অমুক হংলুনি, মীনদা খঙব্রবা।
ঐনা হায়রমই,- ডাক্তরগী খোইদোকপা বাৎপম্নু উদে করিদনো

ৱাবিরিবসিবো ?

ডাক্তরন: মথা তারকই, - ইবুঙো ঐগী ইচানিপা অহল অদো পোলিটেক্নিক তমহুনা নগাঁওদা লৈ অহুগা ঐগী ইচাম্নুপী অহল অসি না মপুরোইবনা হন্দোক্লুনা লৈরক্লিবা কুইরক্লে অহুগা ইচাম্নুপী অভোম্বী অসিনা কার্সিয়াংদা বোর্ডিং স্কুল অমদা লাইরিক তমহন্দুনা থম্লুবনি অহৌবু মাস্থু ইলেভেন ক্লাস পাস তৌরে হায়হুনা অমুক থোরক্লে। থওদেদা ইবুঙো মমাম্থু লৈথিদবা কুইরে অহুদদি মনীং থুংত্রবরা হায়হুনা পং-ৱাদা ৱায়।

ঐস্থু থমোয়দদি থনথি মমাহুতং লৈরম্লবদি মুংঙাইবা ফেমিলি ওইরমগদবনি।

ডাক্তরগী মচাম্নুপী অভোম্বী অহুনা চাক লোইরে হায়হুনা ভাক-পা লাক্লমই। ঐস্থু চাকশঙদা চঙলে। পুথম অমদা করি করিনো মথেল মথেল য়াম্না হাপই। চাক্তি মনম মুংশিনা যোহা হায়বা চেঙ অহুনি, কুরি হায়বা ঙা অহুগা হৱাইথরাকা থোংলমই। ঐগী পুক্লিংদা মৈতৈগী হায়নবী অহু নিংশিংলক্লুনা হায়রমই, - ইস: ঙসিদি চংলৈগা ঙাতোনগা পাবা তারেদনা। ঐ চাথা হৌরমই। ডাক্তরনা চঙলক্লুনা মচাম্নুপী অনিগা শকথঙ মায়থঙহনল্লমই। মচাম্নুপী অহল অহুদা হায়-রমই, - লাকইবসে ইম্ফালদগী সাহেবনিসে -। ঐনা য়েংথিবদা উরমই অঙাং অমা পম্নগা ফিজমগী শাড়ী অভোবা শেংপী অমা ঐঙোন্দা নোকমি নোকমি য়েংলি। ঐস্থু য়েংলগা থিংতং নোক্লমই।

অহুদগী ডাক্তরনা অমুক হায়রকই,— ইবুঙো ঐনা হায়বা ইচাম্নুপী অভোম্বী হায়বহু সিনি।

ঐনা উরমই,— চুও ফিরাল চারবী অমনি, মাদি ফনেক শেৎলি।

ডাক্তরনা মথা তারকই,— আই উজ তু আর্ন এবাউত টু হন্দ্রেদ রুপিজ এডে, মদু পুম্বদু ঐগী ইচামুপী অতোম্বীসি ডাক্তর ভম্বা থানবনি। গোবিন্দনা চানবিরবদি ঙমগদ্রা থল্লি!
—গোবিন্দনা শোয়দনা চানগনি, ঐনা খুম্মকই।

ডাক্তরনা চায়রকই,— ঐগী ইচামুপী অহলসি ইস্ফালগী মীনি হায়রবদি য়াম্মা লুনা তৌই। ঙসিগী চাকসি মানা থোংইবনি।

ঐনা খুমই,— ঙাস্থাক্লা হাওথে হায়বদি পীজনিংনা পীজবননিদনা। চাক চাবা লাইরে। ডাক্তরগা ঐগা ভাইহাক ড্রোইং রুমদা ফমদুনা ৱারী শাদুনা পোত্থারমই। ডাক্তরগী মচামুপী অতোম্বী অদু চেনশিল্লক্কুনা ঐথোয়গী ৱারী থুগাইরমই,—বাবা বাবা য়েংও ঐথোয়গী ইচেনা ইস্ফালদা পীথিনবা চিঠী ইরিবা মদুদনে ঐ য়াম্মা ৱারে ঐবু লৌথৎপিরো কা হায়রিবা।

ডাক্তরনা নপা থাজিনচা হায়দুনা শিথ শিথমথৈ নোক্লনই অদুদগী তপা তপা হন্থরক্কুনা মমায় অদু ভাংশিল্লক্লগা চপ লেপথিরমই। ডাক্তর সংসার অসিগা শন্নদবগুম তৌরে। মহাক মপান্থোঙদা নোক্লমই, মহাকী মায়খাঙনা তাক্লি মহাক নোকপা নত্তে, থম্মায় মচেৎ মচেৎ তানা কায়দুনা কপ্রিবনি। কাদু উন ৱাইমুক চাক্লমই!!

ঐগী তুম্ফম শেম্লে হায়দুনা মচামুপী অহল অদুনা পাও পীরমই। ভাইহাক্তং ৱাথদ অমদা উংউবদগী ডাক্তরসু ফিভম সং হঙ্খিল্লক্লগা হায়রকই,-- ইবুংঙো থওদেদা সেবা হুংৱাকাসি মওং অমা চাদ্রেদো ইমুং মুংভাইহং বসু ঙমদ্রে, য়ুমমক্তি থম্মা করিমত্তা কোইদনা পোত্থানবা তৌবিরো।

ঐগী ভুক্ষমদা ঐ চঙলে। মচমুপী অহল অহু কা অহুনা চঙলবই। ঐস্থ চঙরুনা য়েংলহুনা লৈ। শাড়ী মতোন অহু মখুংনা গুরু গুরু নোইয়হুনা তাদা হায়না কৌরকই। ভাইহাক লেপ্লগা হায়রকই,-- তাদা নংবু ইম্ফালদগীনি হায়বদাই, ঐখোয়গী ইবেম্মা মপাহু খঙনব্রা, কুপ্লো হায়বহুনে, ঐ পাও অমত্তা চেঞ্জগেবা।

ঐনা খুমই,— পাওবুদি চেল্লু য়াইয়ে, অহুবু কুঞ্জো হায়ববু কৈ-য়ুমনি হায়গে অহুগা করি লৈকাইদগীনো
মানা খুম্লকই,— মানা হায়রমইবা ইম্ফালগী মী অমদা হেক্তা হংউ খঙ-গনি হায়য়ে তাদবু ইম্ফালদগীনি হায়বদাইনে।

য়াম্না নোক্লিংখ্রবা রানি ইম্ফালদা লৈকমগা য়ুম্নাক্কা খঙদবা কুঞ্জো কৌবা অমা হন্দক মপোক্কিস্থ থিবা ফংলোই। সিগুম্না ইম্ফাল উজ্জিব্রিবা অপঙবী মুপী অসিদা অচৌবা নমথাক অমা তৌবিরি।
ঐনা হায়রমই,— করেনে নং লৈকাইহুনস্থ খঙদ্রবরা? মুপী তহুনা মনাওমুপীদা হংলুখিগে হায়না থোক্লরগা চঙলক্লুনা হায়ররে,-- তাদা সোরবোন খিঙেন হায়বা ওইরমালে। ঐনা হায়রই,-- অহুবু খঙলবনি খিয়গা মরাইনা ফংজনি। চিঠি সিমত্তা মঙোন্দা পীবিরউ, চিঠি অমা শাড়ী মচিদগী পুথোরকই অহুদগী মখা তারকই,-- তাদা ঐখোয় ইবেম্মগী মপাদো মবুক য়াম্না কৈয়ে। নোংমা ইমানা ঐখোয়দা পুরকখিবনি। ময়ুমদগী খৎনহুনা চেল্লকপদগী ঐখোয়গী গোলাঘাট বাজারদা লৈরমই হায়। ঐখোয়দা লৈরবা থামুক্কী মতুংদা ইমানা ঐগা মাগা লুহোংবি-রমই। ঐখোয় ইবেম্মসি পোক্লবা মতুংদা ইম্ফালদা ঐবুস্থ পুবিরনি হায়-হুনা য়ুম য়েংবা চৎকনি হায়হুনা চৎখিরমই। য়াম্না থুনা লাককনি হায়-রম্লগা অহুম লাকখিদরে। ঐখোয় বেম্মসি চহী অহুম হায়রক্লে।

ঐ ঙাইহাক্তংদি মাগী বারবা থম্মোয় অহুবু ইকাইখুম্নবা উংপা ওইনা তুমিন্না লৈরগা হায়রমই,-- নংগী চিঠি অসি ঐনা নখোয়গী ইবেম্মগী মপাদা শোয়দনা য়োৌহনগনি। মানা অমুক্তা হায়জিল্লকই,-- অদো ঐ য়াম্না বাহৌই, ইবেম্মসু চাওহৌরে থম্না তম্বীরমউকো।

তাঙ্গা অসিদা ডাক্তর সং হেক চওলক্লমই, হায়রমই,-- ইবুঙো পোখা-নবা তৌরোকো! ডাক্তর থোকখে। মুপী অহুনা অমুক্তা হায়রক্লমই,-- তাদা ইবেম্মা মপা শোয়দনা উম্নখিরকউকো।

ফমুংদা হিপথরে তুমথবা য়াদ্রে! বাখল মথং মথং লাকই। তাঙ্গা-সিদা রামায়ণগী শ্লোক খীবা অমা তারক্লমই। ফমুংদগী কুমথহুনা ফাঙ-নফম থোঙনাওদা য়েংবদা কনানো অমা থংনবা কাদা রাম সিতাগী মুর্ত্তি মমাংদা থোঙ্গাই চন্নহুনা ফম্নগা মমীৎতগী মপি তারহুনা লাই নিংলি। ঐনা ওকখিবদি লাইনীংবা অহু ডাক্তর অহু ওইরয়ে।

# খোঙচৎ

জেলদা লৈরিবা মরাল লৈরবা ফাদোক ময়াম অসি মখোয় মখোয়গী মরাল অহুনা মরম ওইহুনা লৈরিবনি। মীহাৎলুবা, মুপীগী ধর্ম্ম মাঙ-হল্লুবা, হুরাল্লুবা, অমদি সম্নাজগী মাঙনা তাক্লবা তৌরুবগী মরাল লৈরবা ঙাক্তনি। অহুবু ঙসি মীপুম খুদিংমক্লা খঙনরয়োই হায়না ঐনা থাজবা অমা লৈ মহুদি জেলদা লৈরিবা পুম্না অয়াম্বনা থম্না পংতক শুতকপা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মমিং চৎপা হুরানবা ডাকু কম্না তাঙনা জেলদা লৈ। হুরান চিম্থিগী মাইগৈদসু থম্না শিংবা বাৎপা ঙাক্তনা অরাফম

তাগল্লি। সমাজগী মাওনা তাক্লবা থোকহন্নবা থিংনবা পুলিস,ক্রিমিনেল ইনভেসটিগেসন ডিপার্টমেন্ট অমদি ভিজিলেন্স লৈ। অদুম ওইনমক মীৎমাওদা উনা উনা চাওনা হুরানবা কয়া অমদি অরাফম অসিদগী ল'প্পা লৈ। অদুগা মশাগী হিংনবা হোৎনজবদা খজিক্কং লাল্লবদা অরাফম্না নল্লবা কয়া অমগী পুলিসন্থ লৈ। শম্মা হায়রবদা মেরেরোমদা বর্মাদগী রেকি পোৎ পুশিল্লক্লিবা অচৌবা মহাজন অদু কনানো কনাস্থ খওদে পু- লিসশিংস্থ খওদে অদুবু ইমুং মমুং থাক্পা ওম্নবা হোৎনবদা শেন্দোং খজি- ক্কং ফংবা মাগজ্রা হায়দুনা অদুগুম্ব মহাজন কয়া অদুদগী পোৎশক অনি অহুমদং শেন্দোং খরা লৌরগা য়োল্লবা হোৎনবা অপওবা মহাক অদুবুদি অরাফম অমদি দণ্ডি ফংবা তাই। আইনগী মীৎয়েং রাংমদা ক্রাইম তৌরিবা মহাক অদুগী নাম্বোক্লবা তাঞ্জানা হেন্না লৈ অদুবু মু ওাওবা মু থক্লদুনা জ্ঞান শুনা লৈত্রবা অথেংবা অহিংগী লম্বীচৎপা অপওবা অমদি পুলিসনা ফানবগী মচাক্না নম্না লৈ ক্রাইম তৌরে হায়বা মফমদা পু- লিসনা য়েংশিল্লি হায়বসিস্থ অচুম্বনি অদুবু আইনগী মতু' ইন্না মখৌ তৌ- রিবা লৈবাক্কী মীওই কয়াগী মীৎয়েংদগী ক্রিমিনেল কয়ানা থৈদোক্লবা হোংনৈ হায়বসিস্থ লাল্লোই

হুরানবা, মীহাৎপা হায়রগা খজিক্কং হুরানবা খজিক্কং মরাললৈবা হায়বা অমা লৈতে। হুরাল্লবদি পিক্লবস্থ চাওরবস্থ হুরাল্লে মরাল লৈরবদি পিক্লবস্থ চাওরবস্থ মরাল লৈরে। মরাল লৈরবদি দণ্ডি ফংবা তাই। মতোং অসিদা ঐনা থেংনজখিবা রারি অমা লীজগে তাবিয়ু।

এলাহাবাদনি।

ইম্ফালগীদমক্তা যাত্রা তৌগে হায়দুনা ঐ ওসিমক অহিংগী ট্রেন- দা য়াওখিনবা শেম শারমই। অথেংবা অহিংগী ট্রেন তোংগদবনি।

ঙরিঙৈঙদগী এলাহাবাদ ষ্টেশন্দা ঙাইরুগে হায়রুনা পুং নিপালমুক ভাবা অদুরাইদা থোরক্লমই। এলাহাবাদকী অথুম অহাও য়োনবা মম্লাম অদু উবদা ঐসু থবা লৈগে হায়রুনা দুকান অমদা চংলকখি। পেঠা কিলো মথায় অমা পীয়ু হায়না লৈরগা হেক থোরকপদা শাড়ী অমোৎপা শেৎপী অমা লেংঙু গাড়ী ট্রক অচৌবা অমগী ড্রাইভর অদুগা রারি শারি। বেড়ী অমা চিংলগা ড্রাইভর অদুনা রা থবা ঙাংলি। য়াম্না ত.বা হুংঙ'ইরুনা ঙাইহাক লেপ্পুনা ভারে। নিপা অদুনা ঙাংবদগী খঙই মানা ট্রকতা পুরিবহু চেঙ ঙাক্তনি অমসুং চেঙ পুবসি ইউ পিদা থিংই।

নিপা অদুনা অমুক হায়থরকই,— গেট থুদিংগী চেক পোষ্ট থুদিংগী লুপা অমমম্ পীরগা থাদোকই অদুগা কুইন্টল অমদা এলাহাবাদতগী লুপা ১৮০, দা লৌরগা পাটনা হেক য়েৎবগা লুপা ২২০, শীৎকনি, অদুনা গাড়ী ভাড়ানে চেক পোষ্টতা পীনবা পৈশানে কাইথোক্লগা চেঙ কুইন্টল অমদা লুপা ২০/২০ তোংই।

লুপী অদুনা চেঙ কিলো য়াঙখদা পীয়ু মমল হোঙনা হায়রুনা অমম্বা অদুদা কন্না তক্লহৌই। ঐনা লেপ্লিবহু ঙসাইখে উদবজাংখনি। অদুবু অমুক্তং য়েংথোরকপদা ঐগা মীৎচানরমই, মখোয়গী রারিসু লেপথিরমই। ঐসু মফমদু থাদোক্তুনা রিক্সো অমদা রেলবে ষ্টেশন তম্না চৎলমই। চৎনা চৎনা খল্লি,— চেঙ পুবগী থবকসি অতৈ লমদসু তৌবোরে। মরমদি চেঙ পুবগী থবক অসি ঐদি মণিপুরদদা তায় মণিপুরগী মৈতৈ চেঙ কিলোদা লুপা ভনি পীবা মতমদা হোজায়দা পুবা ঙম্লবদি থিলোদা লুপা মঙা শীৎকনি হায়বসি ঐ মী কয়াদগী তাখি।

ট্রেন থুংলবে পংবা রাদনা ঐগী ফম্ফম ফংলমই। ঐগী ইনাক্তা এয়ার ফোর্স কি ড্রেস শেৎপা জেন্টলমেন অনি অমগা ফম্লমই। কদায়

য়োগদবনো হংনরগা ঐখোয় অহুম থঙনরমই। পুং অহুম মুক ট্রেন ঙাইরগী লেপ্লুবদা ঐস্পু খ্বাঙ নামনখ্রুতনা ফমথরে। ঐগী ওইরোমগী খোঙনাও অতুদা বোরা অচৌবা অমা ইনশিল্লকই। অতুদগী মুপী অমা চঙলক্লুনা ওক্লরি। থোইদোকপা ফমগে খোংকে হায়দে। অতুগী মতুংদা মাগী বোরা অতু ঐগী সিট মখাদা থরা থমগে হায়। ঐস্পু লৌগৎলুনা বোরা অতু ইনশিনবা য়াওরমই। পংচিন তিনব ডাবা নত্রবস্পু মখাম চুরুপ থক্কৎনরকপগী মৈখু অমদি তংহোম্বা মী কয়ানা লৈপাক হরাই খোক্লুনা চাবগী মকু মম্বাম্বা ইচাই চাইনা তাম্বিবা পুম্নমক অতুনা ডাবা অতু ইফুন ফুনবোই মীংলে। অতুম হায়না চুরুপকি মৈখু অমদি মফম মরাং থঙদনা রারি রাতাই মরক অতুদা ট্রেন অতু কম্বা অন্দা মরক অতু ফাওদোক্লুনা চেনশিল্লি। থোঙনাঙদা ঙক থিন্দোক্লুনা অরাঙ্গদা খুঙ্গংদা ঙাহ্লিবা মুশি মুশি অপিকপা থাংমৈগী মঙানশিংতু য়েংবদা পুরিং অসিদা রাখল মথং মথং লাবই।

মুংশিরবা সেহনাইগী মখোল অমা তারক্লই। য়েংথোকখিবদা উরমই, লুহোংবা থিনবগী মীয়াম অমা ট্রেন অচেনবা ওতুগী মনাক নক্না চৎলি। লৈতনা লৈতেংলবা মমায় খুমডিনবী দলাই অতুদা কনা অতু য়াওরি তত্নবু কনামতুনা উদনবা খাডিল্লি। পেট্রোমেক্স পায়বাময়াম অমস্পু য়াওরি। মতুবু হুন্দোক্লমতুনা ট্রেন অতু মাঙলোমদা চেনশিল্লি।

ঐগী খোঙদা করিনো অমা থেংলকই, ঐনা য়েংথোকখিবা মুপী অমনা ঐগী সিট মখাগী বোরা অতু য়েংলি। ঐনা উরমই,— ওসাই মিঠাই য়োনফমদা থেংনখিবি মুপী অদুনি ঐ ঙকপনা লোইরে। ওসাইনৈথেনি উদে মাস্পু ঙকপা ঙাৎনি ঙাইহাক য়েংনৈ ঐখোয় অনি।

ফম্বা ফম্বা ঐ তুম্বুরবা ঙাৎনি।

ঐ মিকপ খংথোক থোকই। ট্রেন অদু ষ্টেশন অমদা লেপ্লমই। খাকি শেংপা চৈ পায়বা পুলিস অনিখক্লা ঐগী সিট মখাদগী বোরা অদু চিংথোক্লি অদুগা ঙসাইগী মুপী অহুনা নিপা তনিতুবু খাম্লি। নিপা অনিদুনা লাওথোংদুনা বোরা অদু চিংথগদবগী কন্না হোৎনরি। হংবদা খঙলে বোরা অদুদা য়াওরিবদু চেঙনি। চেঙ পূবা থিংলি অদুনা পুলিস অনিদুনা ফারিবনি। ঐপোয়স্ যেংদুনা অদুম লৈরে। মুপীদুনা আইনগী মাইয়োক্তা ভৌরম্লবনিনা ঐখোয়স্ উপায় লৈতে।

জেণ্টলমেন অনিদুনা ঐঙোন্দা ইংলিসনা হায়রবই,-- মরুপ য়েংউ অচৌবা হুরানবা কয়া কয়াদি ফাবা ঙমদ্রগা মতু শোনবা অসিগুম্বা মচা মগু থারুবা ললোঞ্জবা লাইরবা কয়াবুদি মথোয়না ফারিষসে।

ঐনা খুমই,-- হোয়, আইনগী মাইয়োক্তা ভৌরুবনি।

অমনা অমুক হায়রকই,-- ভিক্ষা নিববুদি মসিনা থরা হেন্না ফগ্রা, চেঙ বোরা অমদা মানা ভোংগদবসি লুপা ৮/- দগীনা ১০মুক্তনি। হায়না তানবা য়ারক্লবদা মুপী অদুনা পুলিস অদুদা লুপা ২ চৎপী অমা পীরমই। পুলিস অদুনা হায়রকই,-- ঔর ভী দো। মুপী অদুনা অনি চৎপী অমা অমুক পীরমই। পুলিস অদুনা অমুক হায়রকই,-- ঔর ভীদো। তাঞ্জা অদুদা জেণ্টলমেন অনিদুনা মুক হোগৎদুনা পুলিস অদুদা লাওরমই -- হায় ক্যা তুমহারা দিমাক খরাব হো গয়া? পুলিস অনিদু থুনা ট্রেন্দগী কুমথখ্রে।

ট্রেন অমুক খারে।

ঐগী মীত্তা উরকই ঙসাইগী এলাহাবাদকী তথুম অহাও য়োনবা দুকান মমাঙগী ট্রুক অদু। চেঙগী বোরাতনা থম্না য়াৎবা ট্রুক অদু পাটনাগী মাইগৈ তম্না চেল্লমখিগনি অমস্যুং য়োল্লগা শেন্দোং য়াম্না ফংলনি। অমুক ট্রেন মনুংগী মুপী অসি নিংশিংলকই। বারমালে, তুম্লি। পুলিসনস্যু লুপা মরি মঙা লৌখিখ্রে, মানা চেঙ বোরা অসি য়োল্লগা ভোংগদৌরিবসি কয়ানো?

# কৈ অমোম

নুপীগী মগুণ ময়ামগী মতুংদা লোনবা খোংপা য়াম্না হৈবী চাক ঈশিং থোংবদা লক্ষ্মীগুম্বী, মোং হাদবী, ইমুং মতুংগী কুপ্লোম হৈবী, মীচং মীথোক নুংঙাইবী; তরাম তরাম হৌগনবী অসিনচিংবসিনি। অহল লমনশিংনা নুপী ওইবীগী লখিনা অমা চেল্লি হায়বা বাহৈপরেংদুগী ওন্না তৈনবনা নিপা ওইনা পোক্লমগদবদা নোং ঙানখিবা হানবনা নুপী ওইনা পোক্লু হায়নবা নুপী মথল অমসু লৈ। বিনাপানীগী পুন্সিসু অদুমক্নি।

বিনাপানী য়েংবদা চুং ফিরান চাবী নুপী অমনি অদুবু বাখলদি তশেংনা নিপা নহাদোনা হৌই। অঙাং ওইরিঙৈদগী নিপা নহাদোনা নিপাগদা ফুনৈ মী ফুনবা য়াম্না পামই। বিনাপানী লৈশাবী ফারকপা মত্তাংদা মানা থিং শাঙবসি নিপাশিংনা উশিংতবা অসিনি। পাথং অমা ওইবগী কনাগুম্বনা বারী বাতাই শাবা অদুম য়াদবা হৌদে অদুবু করিগুম্বদা উশিং থৌওইনদবগী বারী য়াওববদি খুং হেক্তা থোক্লরকই।

বিনাপানীনা কলেজ কারকপদা ময়াম্না লাওনৈ 'এ টাইগ্রেস কমস'। তশেংনা কৈ অমোমদা কৈ অমোমনি। নহান ওঝা বুদ্ধিদা ইংলিসকি লেকচরর ওইবা ওঝা বালা চেনখে। ওঝা বুদ্ধিদি মচা অদুম লৈবনি। মঙোন্দা করিসু শোক্তবা ৎবক অদুদা মৈ হৌনা শাওদুনা বিনাপানী ওঝা বুদ্ধীগা ওঝা বালাগগী ক্লাস য়াওদবা ঙমইবনি।

মুপী ওইবিশিংনা খ্বায়দগী লাংতক্লবদি চহী কুনমঙামুক ভুরকপা মণ্ডাংসিনি। মতাং অসিদগী হেন্দোকথ্রগা কুইনা লৈশাতুনা লৈবা হায়বসি মমা মপাগীসু অমদি মশাগীসু য়াম্না রাই চিন্নিঙাইনি। অদুবু, বিনা-পানীদি থেংইদোক্না ক্লাংতরবা উদে। মীনা মতম হেনখিগদোরে বিনাপানী হায়নরগা মানা হেন্না হরাওনা খুমই,— মতম হেনবা হেন্দবা করিমত্তা রাবিগনো নথোয়গীদুম হেন্দোকখিদনবা হোৎনৌও, ঐদি পুন্সি চুপ্না লৈশারগা কুম্মৈ য়েংলকে।

মচা য়োক্লুনা মরাগী সেবা তৌদুনা য়ুম অমদা মৌ ওইনা ওডহুনা লৈজররবী মুপী কয়াবু মরানা ওৎপী নৈবিবা কয়া উরু ভারুরগা বিনা-পানী মথোইনৌ থীৎনা শাওরতুনা হায়, ঐ ওইরবদি শিমিন্নগদবনি।

কলেজগী মতমদা বিনাপানীগা তিন্নবা নিপা অমা লৈ। মহাক অদু মায়পাক্লি। মথোয় অনি করম হায়না তিন্নবা রারিবনো খঙদে। মথোয় অনি য়াম্ন তোরাৎ থোগাননা তৌবা উই। বিনাপানীবু ঐখোয়না ফাগী তৌবা য়াদবী মুপী অমনি খল্লবত্ত অরানবনি। মায়পাক্লা ফাগীওই অচুম্বাওই হায়, হৈ বীনা মী খ্বাবগীদি পাথং লৈশাবী তিন্নবগা হেক্তা মুংশিনৈ, ঐখোয় অনিসু মুংশিনরসিনা। বিনাপানীনা খুমৈই,— মুম তিন্নরিবসিনা পেঙ্ক্রদুনা অমুক মুংশিননিংলক্লব্রা? নংনা মুংশিননিংলগা অম্নাবা মীদা তৌরুচো ঐভোন্দগীদি নীংবা কয়া থুংলরোই।

মথোয় অনি অদুমসু চৎমিন্নৈ। কলেজগী ওফতা সিমিত্রি চৎপগী প্রোগ্রামসু অদুম মপায়খৎলি অদুবু মবানিগী রিলেসনসি করি রিলে-সননো অঙকপনি। নোং ফাদোকসু মথোয় অনি সিনেমা য়েংমিন্নৈ।

নোংমা মায়পাক্লা হায়,— বীনা নংসি য়াম্না মুংশিবো। বীনাপানী না খুমই— থেক ইয়ু, ঐবু মুংশিবিবগীদমক্তা থাগৎচরি।

মাষপাক্লা শাওনা হায়রকই,— নংদি পাওখুম য়াম্না হৈরেনা, অহত্রু নংগী পাওখুম অহনা ঐবু পেলহল্লে, হায়য়ু নং ঐবু পেলহনগত্রা ?

বিনাপানীনা খুমই,— ঐ লাই নত্তে, ঐনা ভম্বদা নভোন্দা ভৌবা য়াবা ভৌরিবসিনি। মসিদগী হেনবদি ঐভোন্দগী ফংলরোই, অভম্বা মীদগী থিক্লরো।

নোংমা মাষপাক্লা হংই,- বীনা নং লুহোংগদবা কয়াম রাংলি। বিনাপানীনা করেম্না খুমকই-- সুপীবু মখুৎ চম্নগা মানা তৌনিংবতা তৌবা নিপাশিংসে পারা অমা ভম্বীগে খল্লি। ঐদি পুন্সিচুপ্পা লৈশাগে। ঐনা ঈশ্বরবু শাওই করিগীদমক্তা অসি গুম্বা খেম্নবা অসি থম্নিবনো হায়না মসিগুম্বা লুহোংবগী রাসি হৌদোকউরবদি বিনাপানীমনা পায়বা য়াদমখৈ শাওই। থাগৎকবস্নু হরাওদে, মীনা থীনা ভাংনগনি হায়বগীম্নু নাচুংবিদে। বিনাপানী ভশেংনা অঙকপা মীওং অমনি।

মতম্না ওলকপা মতু: ইম্না বিনাপানী পোকপা মমা মপানা মচাগী তুংগী খনবা হৌরক্লে। মচাগী মতৌ অসিদা লুহোংবগী রা হৌদোক্লুরবদি করি হাম্নরক্কদগে খন্দুনা লৈনরি। অমরোমদা মরমস্নু ওকপা লৈমগোংগী পারার ছাউসভা এস ও ওইভজিবা মধুচন্দ্রদা থাজবগীদমক্তা রা লোইথোক্লখ্রে। রা অহু হৌদোক্লুবনা রা লান থোক্লরগদবোই খম্নহত্নু করিমত্তা রা য়াক্লদনা বিনাপানী লুহোংবা তত্নু য়াখ্রে। থায়নগী মাগা ভিম্নজরকপা মরুপ মপাঙ কক্লা নিংশিংহুনা বিনাপানী বতোন তৌনবা লিস্ট অমা শেম্বা হৌখ্রে। পাও অহু তাবা মমাম্নবী কয়াস্নু হবো লাকই। কম্না অমনা হায়নৈ মী য়াইদৌনা তৌরমদবী ভাওজখ্রবী বিনাপানী ওসিদি ভাব তারবোইরে হায়না। মম্নামশিংগী মরক্তা য়াওরিবি মাগা লন্না ভিম্নজবী ইবেভোম্বীনি হৈজিংপোৎ মুমিংভা ইবেভোম্বীনা হায়খি,-- বীনাপানি নংবু মুংশিজবা কয়ানা হায়বদা, ঐদি পুন্সি চুপ্পা লৈশানিকা হায়দুনা য়াত্রগা হন্দক্লা য়াম্নিবসিদি এস ও ওই হায়বগীরা। হন্দক্তি য়ুমগী

মৌ ওইদৌরবনিনা ছাওজরম্বা কাহু ইনেম নেমখে। ইবেতোম্বীনা মখা তারকই, --নংগী ইবুঙোতোন ওইগদৌরিবা মধুচন্দ্র হায়বহু ঐখোয়গী মথা খংবা লৈরক্তদা লৈবনি ঐগদি কৌনদে। নহানদি ঐঙোন্দা কৌ-রক্লহনা নংগী বা হংলকই। ঐনা ঐখোয় মরুপ অদুদি মুপা নহাদৌ-না ভৌবনি হায়রুবদা মানা হেরা অহুবুদি হয়েং ঐগীদা লৈরগা ঐনা লীচৈনা কারন অমুক অনিরক্তং লাকপদা মুপা নহাদৌনা ভৌবহু অভেবা শল অমদৌনা মরাইনা ভৌজনি হায়রকই। অহুনা ইথেনা নং লীচৈ থরদি চাবা তারিহৈ।

বিনাপানী ক্রং শাওরকই, -- অহুক উশিংহবা, হয়েং কবি থোকপগে য়েংউ।

হৈজিংপোৎ পুবা মুমিৎ অহুদাময়াম হুমখগা বিনাপানীনা মখোয়গী মনাক্কী নিপামচা অমদা মধুচন্দ্র বু মুমিৎ অহুমক্কী মুমিদাং পুং নিপান ভাখদা লাক্তবা য়াদে হায়হনখে।

হংচিৎ লুহোংবনি। শকসু খঙনবা নত্তবা মুপী অহুনা লাও হায়না কৌবা অহুদা মধুচন্দ্রগী থমোয়দা খল্লি মুপী অসি মুপা নহাদৌনা হৌই হায়বহু চুম্বা তারে অহুবু উন্নবনি কবি অকায়বা লৈ।

মধুচন্দ্র হেক লাকপগা বিনাপানীনা ডোইং ক্রমদা ফমহল্লগা চা কপ অমা থুনা লানশিল্লি। মতৌ অহু উবদা বিনাপনীগী মমা মপানা হায়বা ইনবগী-দমক্তা মচামুপীবু থমোয়দা থাগৎচৈ।

বিনাপানীনা মধুচন্দ্রদা হায়রকই,— ডসি ফাওবদি মিং পঙ্গে, ঐবু কয়াম মুংশিবিবগে?

মুপী অমনা ভৌথোরক্লিবা ইচঙ থৌবগী মওং অমদি হংলক্লিবা য়াহং মত্তা অহুদা চঙক মাইওরুনা য়েংহুনা লৈ।

বিনাপানীনা মথা তারকই,-- নংনা ঐবু নংগীদা লৈরগা জিচৈনা কল্লগা শল লাকপংম্না লাকনি হায়না তায়। ঐনা খাইদগী য়ানিংদবদি নিপানা ভমই হায়গুনা মুপীবু ডোমিনেট তৌবসিনি। নংদি লাইরিক মশক উরবা জ্ঞান তারবা মীনি। নং ফাওবনা অচুগুম্বা য়াথল চেনবগী দমক্তা ঐ মুংঙাইহবা ফাংই। ঐ হৌজিক পুং মাপল তাবদা নিপা অমদা চেনখ্রনি। নঙোন্দা হায়রমদে হায়নি, নংসু ঙসি অহিং মুপী অমা থি-হৌরো নত্রবদি হয়েং নোং হেক ঙানখ্রবদি মী তানরক্লগনি, নংসু কৈ-ন্যা লৈতগুনা লুহোংবা কায়রনি। নংনা নথুংডা তাবা মুপী অমবু শল-গুম্না লাক্দৌরিবা লাইবক থীবি অচুগী দমক্তা মুংঙাইভবা কোংদোকই। ফরে মতমসি থেংপে ইশা ইশাগী ইথৌ পাংথোক্লরসি।

মধুচন্দ্রনা থক্লম্বা চাগী গ্রাস অচু থম্নগুনা হায়জবগী খোন্দা লাংতক্লনা হায়রকই,-- য়ে ঐদি হয়েং ময়াম মমাংদা পুনশি শিরনি। ঐ খোঙ পায়জগে ঐনা লানথিবা পুম্বা অমুক্তা ঙাকপিয়ু
বিনাপানীনা খুম্লকই,-- ঐগী খোঙ পায়বিগে হায়রদা ঐ য়ানিংদবা লৈ-জদে অহবু ঐগীদি হায়রিবা অচুনা লোইরখনি। মধুথন্দ্রনা ইমা অমুক্তা উন্নজগে হায়ববু বিনাপানীনা উন্নহনদ্রে।

পুং মাপল তাবদা বিনাপানীনা মায়পাকী ময়ুমগী খোঙ থীল্লমই। খোঙ হেক হাংদোরকপদা মায়পাক্না মঙচু ঙাইরমই। বিনাপানীনা মায়-পাকপু সুরমাং ফাওবা কৌথোক্লগা হায়রকই,-- মায়পাক মোংমা নংনা ঐবু মুংশি হায়মদায়নে, নং ঐবু কল্লু। ঐগা হায়নবা নিপা অচুনা ঐবু শাইগ্লনা কল্লগা থমগনি হায় হায়না তাবদগী মাগ: উল্লরম্লগা বিদায় তৌনরম্লবনি, নংনা ঐবু কল্লবদি ঐ শিরনি।

মায়পাক্না হায়রকই,-- নংগীসিবু চেল্লকইবা হায়বচুরো? বিনাপা-নীনা খুংই,--মানি নঙোন্দা চেল্লক্লবনি, সনা মোহর মঙাথকা য়াওরকই

ঐ নংনা হায়ষতা ইল্লগে খন্দূনা লাক্লবনি।

মায়পাক্লা বিনাপানীগগী লুহোংবচু ঙরাং নিপা ময়ুমদা থোইদোকপা নিংঙাই শংদানব অমত্তা য়াওদনা পাঙথোকখি।

# ঙরাং অহিং

পরিক্ষাগী লাইরিক্লিবু হেক হায়রবদি ফাগে হায়বসি সুকডম ঙম-দে। আউট বুক কয়া পাখে, অমুক্তংবু পাক্লরবদি মীঙোন্দা য়ারী অহুম লীব। ঙমই অহুবু পরিক্ষাগী লাইরিরিবু হায়রবদি য়াথলসে ইপী পীশিনবা ঙমদে। পারিঙৈদা নিংশিংলকই, থাংজীং চীং কাষদা থেংন-খিবা ময়ামদো, লৈহাও।পিরকখিষদো, লাইশ্রম লৈকাইদা চোরফোন পিজরকপিষীদো, ভেরাদগী নোবাপ পুরকউ হায়হৌবদো। নিংশিংবা ভা-রবসু মুংঙাইবা ঙাক্তা নিংশিংউ হায়বা য়াদে, নিংশিংলকই মী ফুনবদা খোঙ তেকখিবা, থাবল চোংবদা রাধেনা খোঙতেকপা হায়না লক্লখিবা মথং মথং ................

লাইরিক্তা পুক্লিং চঙশিনগে হায়বসি ইঙম ঙমদে, অহুবু পরিক্ষানি পাদবদি য়াদে।

অহিং ভুমদনা পরিক্ষাগী লাইরিক পাবা হোৎনরি। ঙসি নোংমা নিনিসে লাইহৌ অরুম তৌহনা হকচাংসে ইঙম ঙমদে, মাতোন্দা হো-ন্দোরকপা শোরশিনা শাবনা মৈহুঙাই, ফোকসিনা চিক্পগা লূম্বগা অমু-ক্তোইবা লোইরে।

ঙসিদি লাইহৌ খরা হেনগৎলবোই নীংদে, লাইব্রিক পাবদা পু, ক্লিংসি ইচঙ চঙউ হায়বা য়াদ্রে। হয়েংগী মথং হংচিত্তি হিসত্রি থোকই অদুনা মুগল পেরিওডকি আকবরগী লাইফ হিসত্রি পাবা হোৎনরি।

অহিং য়াম্না থেঙজিল্লকল্লে। মী পুম্নমক তুম্লখ্রে। ঐখোয়গীদি খু-ভাতোন্নে ইন্দোমচানে অদুগা থাতোম্না পোকপা ঐখোয়গী মেমীমচাগা সনাভোম্বগা ঐগতনি। ঐদি বাবানা থম্লম্বা তোঙানবা য়ুম অদুদা লৈ খাতোনখোয়গী য়ুমগা মাঙ্গোল পুনবগুমই পংলাপ লাপ্পদে চাক চারম-দায়দা খুড়াতোন খোয়গীদা হেক হেক চৎলি।

ঐখোয়গী য়ুমসে মতম অমদা থাবানা লৈরিভৈদা মীনাই মীশংতু-না থম্না লৈরম্বা য়াম্না নুংঙাইবা য়ুম অমা ওইরমই। ইমাদি ত্রিপুরা, নিংঙোলনি ঐশৈ য়াম্না হৈ' ঙসি ফাওবা ইমানা শিজিন্নরম্বা তানপুরা, হারমনিউম লৈরি।

ইমাগা বাবাগা লৈথিদবা অদুদদি ঐসু চহি অমা পুরা ত্রিপুরাগী অথোকখোয়দা লৈরম্রে। ত্রিপুরাদগী ঐনা হল্লকপসি চহিমুক্তি ফাত্রি-মাল্লে।

রিডিং রুমদা কমদুনা লাইব্রিক য়েংদুনা লৈরল্লিবসি কুইরক্লে। টেবল মথক্তা ঘড়ি অদু তেক তেক লাওনা চৎলি। পুং অমা তাগদবা মিনিট তরামঙাতা ভায়রে। কোক লুম্না হেজিল্লকপগুম তৌই লাইহৌ কনথৎ-লক্লমালে অমুক তনিল্লবসু উইবা হৌরক্লে। মতম অসিদা নিংশিংলক্লে ঙসাই ডাক্তর ধনঞ্জয় ল্লাক্তুনা হায়রম্বদো "ইকুঙো খরা পোথাবা দর-কার লৈ লাইহৌ হনল্লেদ ফোর লৈরেনে, কোক ঙাওদুনা তুবা য়াই" অস্লিনচিংবা অদুবু ঐদি নাবা হৈনদে, ঐনা ঙস্নিমথৈদি হৌগত্তুনা চৎ-কনি থনবা মীনি। ডাক্তরনা পিরম্বা হিদাক্তু চারবনি অদুবু ইকান কায়দে।

থওহৌদনা ভুংদা লৈরিবা থোও অদু হাংদোরক্লুনা কনানো অমা চওলকপগুম ভোই। ওসাই থোও মনুংদগী ঐনা লোল্লম্বনি, করম হায়না হাংদোক্লিবা অদুগা কনানো অমুক থেওবা অহিং অসিদা ডিসতরব তৌ-বা য়াক্লিবসিনা? লৈথোক্লুনা য়েংবদা কৈজোম অমোৎপা শেৎপা অহল অমা চওলকই, খুড়া প্রনামসিং ওইরম্লে।

খুড়া প্রনামসিং হায়বা অহল অসি ঐখোয়গী বাবা লৈরিঙৈদা থবক ইনখাং শদুবা ঐখোয়দা লৈরমই, ঐবু য়াম্না লুনা তৌবা অহল-নি। নোংম্মা ইমানা ঐবু ইক্লজবিরিঙৈদা অহল অসিনা ইমাদা হায়খি-বা অমা নিংশিংলক্লে, "মেমসাহেব, হয়েং ইবুঙোসিনা চাওরগা লুহোং-বদা ঐনা বর শেন্নবা ওইনিকো"। ইমানা খুমই, নংনা ওইদনা কন-না ওইনি।

খুড়া প্রনামসিংনা থবক তোক্লুনা মাগী ময়ুম অা সগাংদা চৎখি-বা ওসিগা থানা চহি মরি মওামুক হায়জিল্লক্লে। অহল ওইরবনিনা থবকসু শবা ওমদ্রে। চৎলমদায়দা অহল অসিনা ঐঙোন্দ হায়রমই,- হয়েং ইচাগী অরাবা তারকপা মতমদা ইপা লৈ, নাবা য়েকপা তাক্লকউকো, ইপানা নংবু কোন্নুনা সেবা তৌনি।

অমুক থেওলবা অহিং অসিদা খুড়া প্রনামসিং উবদা ওক্লতুনা ঐনা হংলমই,— খুড়া অমুক থেওলবসিদা কদায়দগীনো?

—অা সগাংদগীনি।

অহল অসি মখোল য়াম্না ওল্লম্মে বা ভাংবদা খোল য়াম্না নীক্লে, ময়াংসু য়াম্না কংবনা লোইরে চহিদি য়ামশিল্লক্লবনিনা। হায়দগী লৈপাক্তা কন্না হৈনবনি ওসিসু লৈমায়দা ভেক লাওনা কমথরমই।
ঐনা অমুক্না হংলমই,— চাক চায়ক্লব্রা?

অহল অচুনা মখুৎ ফর ফর হাইরদুনা হায়রকই,— ফরে,ফরে মচুগী দমক্তা নংবু রাবিয়ু হায়দে, নংবু উদবা কুইরবসিদা অমুক্তংদি নংগী নশক য়েং-গে, নংগী অরাং অপা হংগে, অনা অয়েক লৈতত্রা য়েংগে হায়দুনা লাকপনিনে। ঐনা হায়রমই,— অয়ুক ভল্লিভৈদা লাকপা য়াত্রাও, অদো থোয়দোকপা নাবা য়েকপদি য়াওনদেদনা ? অদুগা মাইনৌখোয়দি কমদৌরি?

খুড়া প্রনামসিংগী মচানিপা অহলগী মমিং মাইনৌ কৌই। ঐগা চপি লেজানি। মতম অমা মখোয়গী ইমুং মনুং লোয়না ঐখোয়দা লৈরমই। ঐগী রাহংদু ভাবদা অহল অদো কপথৎলক্লে। মানা কপ্পগী মরমদি খঙলমদবনা ঐদি ওক্লে।

মপি লৈতথোক্কুনা অহল অদুনা মখোল ইশি শিনা হায়রকই,— কনামত্তা লৈত্রে, কনামত্তা কনবা ডমহৌদ্রে পুম্নমক মাঙখ্রে, ইচানিপা অদুম তুপী অনি নন্দোনস্থ ঐস্থ লোইনা শিখ্রে অমত্তা কনবা ডমহৌদ্রে। ঐনা খল্লি অহলগা ওইরকপা অসিদা খুড়া প্রনামসিংসি ডাওরমালে মরমদি মাদি ঐগী ইমাঙদা ইচাও চাওনা ফমদুনা লৈরি অদুগা মাস্থ পিরে হায়জরিবসে।

ঐনা ডক্লা হংলমই,-- অদুক য়াম্বা মীচুদি করমহাইনা শিখ্রিবা ?

অহল অদুনা খুম্লকই,-- পুকচৎপা নাদুনা।

ঐ রা অমা অমুক নিংশিংলক্লে,-- চহি-মুকী মমাংদা কদায়দনো মণিপুরগী মপি মচিদা পুকচৎপা নাদুনা মী য়াম্না শিনখি হায়বদো। ঐগী থম্মোয়দা হন্নুবহু মুংশিবগী ইহুল অমা ফাওরক্লে

ঐনা হায়রমই,— খুড়া নং হৌজিক্তি ঐখোয়গী য়ুমসিদা লৈরো ঐ ইংভোমওস্থ ভায়রে। হৌথিবমখৈ হৌখ্রে,-- রাকচুনা কায়রে।

হন্নুবত্নুনা রাখল খরা ফাথরগা হায়রক্লমই,— য়েংউ নংগা অরোইবা ওইনা অমুক্তং উন্নহনগে হায়ত্নুনা ঐগী ইচা ময়াম পুরকই।

ঐনা হংলমই,— করম্বা ইচা ময়াম্মো খুড়া, লোয়না লৈখিদ্রে হায়বদাযনে? হায়না হায়না মরি মরি কাহ্নুনা চঙলক্লমই, মাইনৌনে মাগী মনাও অনিধুনে, রাসমনীনে অত্নুগা অওোম্বী অত্নুদি মমিং নিংশিংদ্রে লোয়না মমায় লুকথত্নুনা লেপ্তুনা লৈ, ঐম্নু পাক হেক কৌবা ওমদ্রে। মৈঙাল অত্নুদা মথোয়গী মশকশিং ভশং ভশং উবা ওমদে অত্নুবু মশক লাকশিনবদি ওমই।

অহল অত্নুনা হায়রক্লমই,— ফরে, নংগী লাইরিক পাবস্নু খরা কায়রে ঐখোয়স্নু য়োৎথগে। হায়রম্নগা মরি মরি থুনা অহল অত্নুনা মতুং ইথং থংত্নুনা থোকখে।

মরি মথোও শম্নুদবা মতৌ অত্নুদা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈহৌরে ঐদি। রাখল অমা পল্লক্তুনা ঐনা অহল অত্নু থামহৌগে হায়ত্নুনা মপান্দা চেম্মোক্তুনা হোনা কৌরমই-- হো খুড়া, খুড়াও, খুড়া প্রনামসিং অত্নুবু নোংমাই মতুংগী অমম্বা মরক অত্নুদা কনামতস্নু খুম্নক্তে। ঐনা খুড়া হায়না কৌবত্নু ভারত্নুনা ঐখোয়গী থাভোম্না থোড হাংদোক্তুনা চেম্মোরকই।

হংলকই,-- কৈদৌরে?
মপালগী মৈ কাপখৎলগা ঐনা হায়রমই,-- হুজিক্তা খুড়া প্রনামসিং লাক্লমই, ঐনা থাম্বা য়াদত্নুনা চৎখে। ওসাইমথৈ ঐগী কাদা ফম্নত্নুনা য়াম্না কপ্লমই। থাভোম্না খুম্নকই,-- নংবু ভাওরব্রাও? প্রনামসিং থোয়গী ইমুংদি পুকচৎপদা লোয়না শিখবনি, নংনা অবোকথোয়দা লৈক্লবত্নুদা ভাত্রবনিনে। মথোয় শিবগী ঐ শোরাৎ চৎলুরিবনিনে। নংনা নমতদ' উবা ওইরিনি। ঐনা হায়রমই,-- মংকা অমত্তা নত্তে, মাইনৌ থোয়স্নু য়াওরকই ঐগী

কাদা চঙলমই। খাত্তোম্না পুন্নমক তোক্ক্না হায়রক্লমই,-- নঙ মঙ মঙলুবা ওইরমগনি, অহুদগী ঐগী মীত্তা মুন্না য়েংলগা হায়রক্লমই,-- ঙরাং লাই.হৌ তৌই হায়বহু থরা ফরব্রা?

ঐগী মায়দা খাত্তোম্না খুৎ থম্লহুনা হায়রক্লমই,-- ইস য়াম্না শারপোংনিনা ঙর'ংনা কম্না ঙমদ্রে হায়রবদি হায়রকপা য়াদ্রাও ঐদি ননাঙ অদি থাদোকপা কম্না য়াদে হায়না তৌবনি। ঙমদ্রবদি ঐনা লেকপা লাক্লবস্তু লাক্নি। অসি হায়হুনা ঐবু ফমুংদা পুশিনবীহুনা ফদী অচোৎপনা ঐগী মায় ভাথোকপিরমই।

নোং ভাল্লকপগী অহুদা ঐগী মরুপ ইমোবা রাকিং চৎপা হৌবা লাক্লমই। নিভীগী ঐখোয় অনি রাকিং হেক হেক চৎপনি। ঐনা খা.ভান ভাহন্দনা ইমোবদা হায়রমই,- ইমোবা ডাক্তর ধনঞ্জয়হু ঙরাংস্তু লাক্লম্বনি হুজিক ঙমুক্তা লাবপিয়ু হায়য়ু ঐগী লাইহৌসি ইহন হন্দে।

অহুগা ঙরাং অহিংগী থৌদোক অহু নিংশিংহুনা ঐনা হায়রমই,-- ইমোবা ঙসি অহিংসি ঐখোয়নি থরা লৈমিন্নসি, হোরেন লেকপা লাবইকো”

# ‘শেগাইরব জর্সী’

ঐখোয়গী জোলীনা খোংবদা ঐ মিকপ থোকই। জোলী আনসংসিয়ান হইনি। ঐখোয়গী হসবেঙনা পুরকপনি নিংথীজনা ট্রেন তৌরবনি মীদোনা শিংই।

হেক মিকপ খোকপদা ঐস্ থ না থাঙ্গংতুনা তাবমই। ঐখোয়গী হসবেগুদি তাত্রিমাগে ঐনা মশা নোমতুনা কৌরম্‌ই,— "মহোয় তামো য়েংউসে তাত্রিবরা ঙোলি য়াম্না কন্না খোংগে মী শাক্লমাগে। ঘড়ি য়েংখদা পুং মরি তারে নোং ঙানগদবা পুং মুক্তা ঙায়রে। বে ওফ বেঙ্গলদা সাইক্লোন ত্তৌরি হায়তুনা হন্দক মরকপি নোং নেপ্‌বম্‌খৈ তাই, থৌজিকস্ তারি।

মহোয় তামোস্, ফি শেমজিন্দ্রুনা মপান খোকদবগী শেম শাই। মপান্দগী লাওরকই,- য়ুমসিবু কনামদা লৈত্রাগে? হুইসি অমুক্তা থাম্বিয় চীক্তদৌরে।

ঐনা থল্লি,- অহিংদা মীগী মমুমদা ল ক্লগা কনামতা লৈত্রব্রা হংলিবা নিপাসি কনা ওইরমগবা?
ঐনা মপালগী মৈ কাপথংলমই।

মহোয় তামোস্ থোঙ হাংদোক্লুনা থোকখে। ঐনা পর্দা মরুমদা নিপা অহু কনানো য়েংলি। মতুং ওনশিনকপনা মমায়দি উবা ফংদে। ঐখোয়গী ইনাওনিপা অমগা ইচল অমগা মীরমদা লৈখি। মখোয়গী করম্বা অথুবা পাও ওইরমগবা হায়তুনা ইপা পাথংলি। মহোয় তামো-ইডক ঙক্লা হংলকই,- কনি ওইরম্রে, করি তাকপিগদবা? নিপা অহুনা মাগী তুম্লকপা ছাটিন অত থুপচিল্লগা মানা পায়রকপা টৌচ লাইট অহুনা কাপ কাপ্তুনা শান্নরা হায়রকই,- পুং মরি হেনখে নোং ঙানগ-দৌরে, ওঝাবু অমুক্তা উন্নজগে লাকপনি। ঐখোয়গী স্পিকর ওইবা খোয়-দোঙ সাহেবখোয়দা অমুক্তা লেংউসি নত্রগা ষ্টেট মিনিষ্টর ওইবা ওঝা চাউবাখোয়দা অমুক্তা লেংউসি। ঙসিদি মিনিষ্টর ময়াম পুং তরুক্তা মিটিং লৈ হায় মহু চত্রিডৈদা অমুক্তা উন্নহৌরুশি।

মহোয় তামোদো মকোক মমৈ খঙদনা নিপা অতুদা য়োতুনা লৈরে নিপা অতুনা অমুক মথা তারকই,- ওঝা ঐসু থবক ফংদতুনা লৈ। থবক ফংদতুনা য়াম্ন ন্নারে ভতুনা লৈপাক্কী স্পিকরগুম্বা উন্নরগা ঐগী অরাবসি লীরবদি মপোম্বনা শোয়দনা মতেং পাংবিতুনা থবক পীগনি হায়তুনা ঐখোয় মনাক্কী তা বিতুরনা হায় অতুগা ঐখোয়গী স্পিকর সাহেবকা ওঝাগদি য়াম্না ইনটিমেট ওই হায়বসু ময়াম্না হায়নৈ অতুনা ওঝাদা অরাবসি তমুক্তা লীজগে লাকচরিবনি। ভুম্বা থুগাই হায়তুনা হাৱৌবিত্রা ওঝা? মহোয় তামোনা খুমই,- য়ে য়ে শাওজদে অতুদা ইবুঙোবু শক লাকশিঙ্কবা ওমজত্রে ঐবু

নিপা অতুনা খুম্নবই,- ওঝানা ঐবু খংবিরম্নোই, অতুবু ঐনা ওঝাবু মুন্না খঙই, ওঝা ডি এম কলেজদা ওঝা ওইরি হায়বসি ঐতা নত্তে অয়াম্বা খঙই অতুগা ওঝাগী লেকচর য়াম্না নুংঙাই হায়না ময়াম্না হায়নরি পোংনি, ঐসু ওঝাগী পুকচেল চাওবগী হায়ী ভাজতুনা লাকচরিবনি।

মহোয় তামোনা খুমই- অতুদা ঐদি স্পিকরসু মিনিষ্টরসু অমত্তা খঙনদেনে ফরে নংবু ক্লাস কদায় ফাওবা তমহৌবগে?

—ওঝাবু বি এ থাবা ঙমদতুনা লৈরে, অতুবু ঐ স্টেনোগ্রাফী হে ওঝাগী প্রাইভেট এসিসটেন্ট ওইজগে, নত্রগা ওঝাখোয়গী য়ুমসি য়াম্না ইনাক খুন্না উই ভতুনা ওঝা খোয়গী য়ুমদা চ্চৈনো ওইয়ু হায়রবসু য়াই।

মহোয় তামোনা খুমই,- নংগী থবক্কী ওইরবদি য়েংশি কোম্না হুজিক্তি য়োৎথ্রা, ঐ নংনা চৎপতুদা য়াওবগী কান্নবা লৈতে।

নিপা অতুনা হায়রকই,-- অমুক্তংদি চৎমিন্ননিংবনিসে, নত্রগা ওঝানা লিড তৌবিয়ু ঐখোয়গী গ্রুপ অমা লৈজে মতু ময়ামতু হৌরগা অনএমপ্লোয়মেণ্ট প্রোব্লেম সোলভ তৌনবা মিনিষ্টর মথক্তা ষ্ট্রাইক হৌসি।

মপান্দা শানরিবা রাজী অহু মরি মখোঙ অমক্ত শম্লে। ঐগা থুনা অমুক ঘড়ি য়েংবদই পুং ৪গা মিনিট ভ্রয়ামুক্তা চংঙী। মখোয়গী হারী ভহু তারগা নিপা অহু ভাওবে হায়বসি ঐ থঙলে। মহোয় তামোনা খোল থরা কল্পা হায়রকই,— করে কোল্লা থরকসি ঐ ভূমশিং ফাত্রি থরা তুম্‌শিগে নং চৎলো।

নিপা অহুনা হায়রকই,— চুরুপ অমত্তা থকে শাওরাও? করগা করে ঈশিং থিত্তা থকে য়াইদনা অহু ওইরবদি? মহোয় তামোনা ঈশিং লৌথোকপা চঙলকপদা নিপা ভহু ইম্নরক্তুনা ইমুংদা চঙলক্লে। নিপ ভহু উবদা ঐ খাঁয় লাওই। ঐ কাংখল মরুমদা থুনা লোৎলমই। মহোয় তামোনা ইহে ইহে মপান্দা ফম্বীয়ো ঐ পুখোকচরকে হায়বদগী অমুক থোকখে।

ঈশিং থকপা লোইরগা নিপা অহুনা হায়রক্লমই, ওঝা, মুপী হায়বীসি মথংগোয় য়াম্না লেপ্তখনি। য়েংবীয়ু নহোলগী এম এস এ ওঝা একাশীমি হায়বীহুনা ঐবু খবক হায়রিনি হায়রিনি হায়হুনা কল্লা অমা তৌরমই, ঐস্তু ঐনা অওম্বা শীঙ থায়বা য়োৎপাক তৌবমাচিংবা অহুম তৌই অহুবু মুপী ওইবীগী হৌনশা। তবি তবি চৈহুনা তাল্লকথি। নিপা অহুনা মথা অমুক তারকই, অহুগা ওঝা ঐগা কলেজ তম্বিনরম্বী অমস্তু লৈরমই মাগা ঐগা মুংশি কবিতা কয়া ইনরম্মী। ঐনা মাবু মুংশিবসি ঐ তক্ষম থঙদে। ঐনা মভোন্দা রাশকুনা হায়খি,- ঐ নং নত্রবদি কনামত্তা লুহোংলোই হায়না। মাস্তু ঐ মুংশি হায়রম্বনে অহুবু মাদি অতোম্বদা লুহোংখে। ঐস্তু ঐগী রাশক কায়রোই হায়হুনা ওসি ফাওবা য়ুম পান্নহুনা লৈরিবসিনি। ওঝা ঐদি নিপানা মথমোয় লেংবসে য়াম্না তুকচৈ! নিপা অহু চৎচরগে হায়রগা থোকখে। চৎনা চৎনা হায়রকই.- ওঝানা কম্পোর অঙাংবা ইঙ্লিখদো থমোয় কায়বা মাল্লি য়েংবা মুংভাইজদে অমুবা ইনবীয়ু। মচিন্দা কবিতা খির খিরহুনা থোকখি-- গুলাব কৌবী লৈমুংশি, নংদি লৈকোলগী রাণীনি ............... ।

মহোয় তামো মপান্দগী হজিঞ্জল্লক্লগা অমুক ফমুংদা চঙখে, ঐবুস্থ তুমখো হায়। ঐনা নোং ঙানগদোরে হৌগৎলগে খুমই। ফমুংদগী মানা হায়রকই,- মুংবু মুংশি হুজিক্কি নিপা অদো অঙাওবনি, অনএমপ্লোইমেন্ট প্রোব্লেমা ডাওহল্লবা।

নিপা অহনা ঙসাই ইমুংদা চংলক্লহৈর্দা ঐ মাগী মমায় অহ উহৌই। মাবু উরুবদগী কুইখ্রবা হৌখ্রবা কলেজগী সংসার অমা চিংশিংলক্লমই। নিপা অহ ঐ মশক খঙই। মহাক্কী মমিং ইবুঙো কৌবনি। ঐগা ক্লাস অমত্তদা ডি এম কলেজদা তমিল্লরমই। ঙসি মানা লিংলক্লিবা ঙসি অদো শেগাইরে খুনিং মপা অনি অদো য়াম্না লাওনা হোরে থবাক মপা অহৃদি লং অঙৌবা অমনা ফোংলি মতুমক মহাক্লা পি ইউ পি তম্লিঙৈদগী লিংনরকপনি। মহাক্কা খংনখিবহ ওন্থোক্লা অঙকপা মৎং অমনি।

মুংশা য়াম্না শাবা মতম্লি, সেপ্টেম্বর থানি, নোংমা মহাক্লা লরার ইংকমগী পৈশা লৌথোক্লবা ওফিসকি মাঙান্দা ময়াম ইন্নরিবহুগী মরক্তা মমায় ঙাংশং ঙাংনা পৈশা ঙাইহনা লৈরম্বদা থেংনবনি। ময়াম্না লক্লবিরি, ইবুঙো নংগীদি ঙসি কংলোই হায়না মাস্থ ইখুম থুয়াক্তে। মতৌহনা ঐনা য়েংলুবদা ইকাইনা মমায় লুকথখি।

য়াম্না ঙকপা অমনা ইভং তত্তনা কলেজ কারকপদা ডান্স কলেজ মপান্দা ঐবু ডাইরমই, ঐগী তুং হেক্তা ইল্লকই অহবু রাদি ইঙাং ঙাংলক্তে। নোংমদি ঐনা ইথস্তা লাকপদা আসাম রাইফল মপাদা ঐগী সাইকল তায়ার পোথায়খে। ঐস্থ সাইকলগী কুমথহনা ইল্লপা চংলমই। খহরৌদনা ইবুঙো কদোমদগীনো চংলক্লমই হায়রক্তই ঐঙোন্দা,- গাড়ী অহ ঐ ইংবীগে, ঐগী গাড়ীসি পুবিখে। মাগী মুপী গাড়ী অহ ঐঙোন্দা পীরক্লমই, ঐনা খুম্ফম খঙদ্রিঙৈদা ঐঙোন্দগী গাড়ী মুংশিং তারবা অহ মুনখিয়মই। মুমিং অহ মাগী গাড়ী তাহ থৌরহনা কলেজ তানা চাকখি।

নোংমা ঐগী ফম্-কম্ ফান অহুগী মথক্তা হিন্দুস্থান থাত্তা অমা লৈরমই মথক্তা ইবুঙোগী মীং থারমই। ঐনা ফাক্কে্না য়েংবগী কবিতা অমা ইরমই,

নংগী খুয়াখাদা তুজরি ঐনা,
নুংশী ভিক্ষা নিজরি ঐনা,
নিজরি মতম চুপ্পদা ঐনা
নংতগী শক্তমবু ঐনা।

মথাদা ঐগী মীং লৈরোং মায়া ফজনা ইরমই।
থংহৌদনা চেনশিল্লক্কে্না মানা থাত্তাহু ঐঙোন্দগী মুনখিরমই। ক্লাসকি ময়ামহু বা লাওনা নোক্লমই, ঐস্থ থবা ইকাইরে। মুনিং অহুদগী ইমান্নবা অহৌনা ইবুঙো হেক উবগা ঐঙোন্দা লক্লরকই।

নোংমদি ঐনা ইবুঙো কৌরগা হংই,— ইবুঙো নংবু কবিতা য়াম্না পামরে ?

মানা খুম্লকই,— পামই, অদুবু ইবদি হৈজে অদো মহাকগী কবিতাদো নং শাওব্রাও ?

ঐনা নোক্কে্না খুমই,- শাওদেয়ে, য়াম্না ফজেয়ে। নংদি য়াম্না হৈ রমইপোৎনিনা। মানা মখুৎ তনি অহু নোইরগা মতক অহু য়েংলোম মায়রোমদা তপ্পা হায়রগা মমায় অহু লুকথরহুনা হায়রকই,- কদায়দগী- নোদা হৈজপোৎনত্তেদা। ঐথোয়গী ক্লাসতা অঙাওবা অমগা অঙাওবী অমগা য়াওরে মহু ঐগা ইবুঙোগনি হায়নরক্লে।

নোংমা ঐনা কলেজ অফিস মমাংদা লাকপদা ইবুঙোগা থেংনরমই, ঐ উবদগী ইকাইনা ঐগী ইনাক্তা চঙলকই, ঐস্থ মাগা ওফিস মমাংগী

গ্রাওগু ময়ায় ভন্না চৎমিন্নরমই। আকাশভন্নী লৈচিল ময়ামন্থ উরগা ঐনা হায়,- ইবুঙো আদগী লৈচিল অসি য়েংউ, ফজন্রা?
মানা খুম্নকই,— ফজৈবো।
ঐনা অমুক হায়,- অদু ওইরবদি নং হয়েং মসি য়েংলগা কবিতা অমা ইরকউ।
মানা খুম্নকই,- ঐখোয়গী ক্লাসকি ওঝাদু ঙাইরেনে। ঐ কবিতাকা ইবা হৈতে নং ইয়ু। নংনা কবিতা ইনিংইবা লৈচিল অসে ঐনা হয়েং পাইলোট ওইরগা এরোপ্লেন থৌখিনগদৌরিবনি। ঐ শাওসু শাওনিংলে, নোক্লিংবা অমসু য়াওরে।

নোংমসু কলেজগী মনিংগী খুম্বোংঙানবী লাইরেম্মগী লম্পাক্তা ঐগা মাগা ফমই। মানা বাঁশী অমা পুথোরক্লনা খোঙ্গৎলক্লে। বাঁশী খোংবা ওম্বোক্লা হৈখে অদুসু মী ওমশিন্নরকপা তারে হায়ত্নুনা ঐনা খামই,- ইবুঙো নোংমা ভারগে ঙসিদি তোক্লো মী ওমশিন্নরক্লনি য়েংনরক্লনি।
মানা হায়রকই'- অদু ওইরবদি হুজিক ঐনা বাঁশী খোঙথিবদু কবিতা অমা হয়েং ইরকউ। ঐসু হায়রমই,- নংসু অমা ইরকউ।
মানা অমুক্তা হায়রকই,- অদু ওইরবদি ঐ ঙসিদগী নংগী মিং রাণী কৌগে য়াত্রা? ঐনা খুমই,- য়াম্না য়াইবো, নংদি মিং থোনবা য়াম্না হৈনা মাসু ইকাইনা নোক্লকই। নোংঙাম্লগা মানা হান্না কলেজদা ঙাইত্নুনা লৈরমই। ঐ হেক লাকপদা মানা ইবা কবিতা অদু পীরকই- ফাক্তোক্ল্লবদা ইরমই,--

গুলাব কৌবী লৈহুংশি, নংদি লৈকোল্লগী রাণীনি
নংবু কেনথিনি খনবদা, ভপথদরে থরাম্লসে॥

ঐনা পারগা হায়রমই,- চো সিদি অঙাংগী অনিঙবদা য়াওবদু নত্রা?

মানা হায়রকই,- হোয় চুমই, ঐদি কবিতা থুনা ইবা হৈতে অহুনা ঐনা পামজবা মীং রাণী হায়বা অমা য়াওই হায়দুনা হেক্তা শিন্দোরকপনে। ঐদি নোক্লিংমনখ্রুনা নোক্লমই।

মানা হমুক হায়রক্লমই,— কদায় রাণী নংগী কবিতাদি?
ঐসু মঙোন্দা মানা ওরাং বাঁশী খেংখিবদুগী মরমদা ইবা ঐগী কবিতা অদু পীরমই। মানা চেকশিন্না থুপচিল্লগা য়ুমদা পাক্লনি হায়দুনা ফুরিং থাওদা হাপচিনখ্রে। মীনা অঙাওবনি হায়জরবসু ঐ ইবুঙোসি য়াম্না নুংশিরক্লে। নোংমা কলেজ হল্লকপদা মানা ঐবু থিনবীরমই। ঐনা মঙোন্দা হায়,- ইবুঙো কনানো অমনা হুজিক ঐবু ফারবদি কমদৌনি?

নংনা য়াদুনা তৌহল্লবদি থঙদে নত্রবদি মকোক কায়রেদনা, মানা খুম্লকই। ঐনা হংই,— নংবু ঐগীদমক্তা মী মকোক থুগাইবা ওমগত্রনে? মানা খুম্লকই,— ওমদদি, ঐ নংসে য়াম্না নুংশিয়ে হায়রম্লগা মমায় ঙাংশিনখিরমই।

অদু ওইরবদি হুজিকমক নাগোয়গীদা চৎলসিদনা লৈহন্নিংত্রা? ঐনা ফাগী তৌরমই। ঐখোয়গীদি বাবাসু লৈখিদ্রে ইমাগা ঐগতনে য়াম্না লাইটরনে, মানা খুম্লকই। ঐনা খুয়মই.- করেনে হয়েং নংনা য়াম্না ইনাক খুল্লগা লাকপা তারেদনা মাসু হরাওরমই, ঐসু নুংঙাইবা অমা ফাওয়মই।

পি ইউ সি ফেল ওইবদগী ইবুঙো কলেজ কারক্ত্রে, ঐ য়াম্না নুংঙাইত্রে। মরক মরক্তা থাংমৈবদা হেক হেক লৈরমই বাদি ঙাংলক্তে অহৌম কায়নখ্রে। মসি পুম্বসে নিংশিংলগা ঐ য়াম্না নোক্লিংই। মসি হৌখ্রবা পুন্সিগী কলেজগী সংসার অমনি।

ফল্লাংগী ঘড়িদা তরুকলক থীংলকপদা নোংডাল্লম্নে থংপ্রেক থংই। ঙসাই ইবুঙোনা কয়ম্বা চৌক্রি অহূদা ডাইরি অমনবা অমা তাহুনা লৈরমই। ঐনা লৌখত্তুনা য়েংবনা ইবুঙোগী মীং থারি নাইটন সিল্লতিনাইনগী ডাইরিনি। ফাক্কোক্কুনা য়েংলুখদা ঐগী মীং ফজনা থারমই, বেূকেং মমুংদা রাণী হায়নস্থু থারি মহুগী মখাদা নোংমা ঐনা ইরগা মঙোন্দা পিখিবা কবিতা অহু ফজনা ইরি। পুক্লিংসি ইনৌ-নৌই, কবিতা অহু তপ্না পাথরকই পুক্লিংদা,— মুংশিবা মহাক্রবু নিংশিংহুনা, মপুং ফারবা থাজতবু খৌরাংনা ডাইজরিবীনি ঐদি, থাবলগী মেঙলবা মঙালহুদা রাখলগী জগোই শাজরিবীনি, রাখলগী খোংজী মখোলদা মুংশিরবা ঈশৈগী সুর, অথাম্না মালংদা খোংলক্লিবা খোয়থুম্নরবা বাঁশীগী খোঞ্জেলহুগা, অমত্তা ওইনা তিন্নখিহুনা থাবলগী মগুণ হেনগৎহল্লি, মশকস্থু উদ্রবা খোঞ্জেলদো মহাক্রগী বাঁশীগী শুরদো তাম্নাগী খোঞ্জেনগুম খোয়থুম্নে।

কবিতা অহু পাবা লোইদ্রে মহোয় তামোনা ইমুংদগী কৌরকই। মহাক য়াহৌ য়াম্না ঙল্লি। ঐস্থু হেক হৌগৎকে তৌবগা মানা মপান্দা খোরক্লগা ঐঙোন্দা নোক্লহুনা হায়রকই,— গুড মোরনিং মেডাম ঐস্থু খিঙং নোকই অহুগা ডাইরি অহু উৎলহুনা ঐনা হায়খি,— হুঙ্গিক্কি অঙাওবহুগী ডাইরি ওইরমালে সিদা তারমই।

# পল্লেগফম খণ্ডবা খোঙচৎ

মীওইবা হায়বসে পুন্সিগী অমদা নত্রগা অমদনি অহুম মরাৎলে। পৈশা পায়বদা মপা লৈত্রবা লংথুনগী মপু ওইরবা মহাক অহুস্থু থম্মোইগী শান্তী ফংবা ঙমদহুনা লেনবনা কয়ানি। সমাজদা মীংচৎ লৈবদা মহাক

অদুগুম্ লনথুমগী অরাংপা থাওদুনা লৈবসু য়াওই। নংথ্রবা মতৌ মনাও অমসু পুক্নিং পেন্না মাগী মপী কৈথেল কুমকপা ওকপা চৎলি, লুম্না পুরকইবা পোৎলুম কোকথাং অদু ওর্কপিরদুনা নোক্না নোক্না চৎনিঙ্গথি। শেল থুম পায়বা মহাক অদুসু মচা থারা চেন্দদুনা নত্রগা হুরানবনা মরম মথুম হুথিগত্রা থনবদা তুম্বা ফংদদুনা লেনবসু কোঙ্গাইনি। লাইরিক লাইশুদা মপা লৈভবা মীওই কয়াসু শেনগী অরাংপা লৈষদগী অয়েম্বদা মাঙবসু কোঙ্গাইনি। মপা কয়ানা মচাবু অরাংবা থাক্কি মহৈ মশিং তমহনগনি খন্দুনা লৈজবসু মচাদুনা লাইরিক্কা য়েংথিনবদগী মপাগী নীংবা কায়হনবসু কোঙ্গাইনি।

মীওইবগী অরাং অপা লৈতনা পেনবা হায়বা লৈতে মহুম তৌনবা লাইনা শারক্লবনি। যক্ষ হায়বা লাই অদুনা যুধিষ্ঠিরদা হংখি,- মীওইবা হায়বসি করম তৌরগা মুংঙাইগনি? যুধিষ্ঠিরনা খুমই,- পেল্লগা মুংঙাইগনি। অদুবু মীওইবা খুদিংমক শিরমদায় ফাওবদা পেন্দনা লেনখিবা ঙাক্তনি। পেনবা হৈরবদি মীওইবা শোরদনা মুংঙাইগনি।

পুম্নমকসি ঐগী কোক্তা মথং মথং লাক্কই। ঐগী রাখলসিবু লাল্লগদ্রানো? নত্রগা পুন্সি হায়বসি মরাঠন রেস অমনি হায়বদা লাল্লগত্রা? হেক পোক্লকপদগীনা সমাজ অসিদা তিল্লগা পুন্সি খোঙচৎ অসি তুংইন্নগা অত্রম চঙশিন্নি খোঙচৎ অসিগী পদুং অসি শিরগতা ওই।

নীংবা থুংদবা অমত্তা লৈতে ঐগী ইমা বাবানা লুনা তৌই হেক্তা হুংলকই অমুক্তা মুংথিলদা মুংদাংদা,- মেমীচা নংবু নশা শুমদবরা, মেমীচা নংবু চাক চারব্রা অসিনচিংবা লুনা তৌবীবগী মীমুংশি অদুনি। ঐখোয়গী লৈথিত্রবা অবোক্না লুনা তৌরমই ঐবু। ঐগী হায়ববু ঐনা করিগুম্বা অমত্তা তৌগে ইনিং তম্না থনবসে তাচৌনা হেক্তা য়াদবা।

পৈশাগী হায়রা ঐগী অরাৎপা লৈতে ঐখোয়গী খ্বায়রম্বনগী তুকানগী ভাড়ানে অঙ্গগা উখরুল চেনবা-বস অদুগী তমেংলো, চেনবা ট্রক অদু-গনা লেম পানা কোরহল্লি। ইমান্নবীশিংগা ঐগা চৎমিন্নবদা, ইকাইজে নংনা মমল য়াম্বা ফি ভাক্তা শেৎলতুনা হায়তুনা হেক্তা হায়রকপা। মুপীনা খ্বায়দগী পাম্বসি সনানি হায়নৈ অদুবু ঐদি পেল্লে। ইমান্নবী-শিংনা ঐগী সনাগী লৈতেং উরগা জগোইশাবী কেলেন্দরদা য়াওবহু মাল্লে হেক্তা হায়বা, সনাগী গোখুর তম্ফা তনি থিনবা খুদোপ, খুজীপোক-চাওবী, পাম্বোম ফাবী, থাওনম মরু পরেং অসিনচিংবা।

ঐনবু খরা থেঙনা হক্তিল্লব্রবদি হায়বদি বলেজ খরা থেঙনা কু-ম্লরুবদি তাচৌনা ভাঙবা হৌরে। থঙদে তাচৌনা সি ম্বৌনা য়েংশি, ল্লিবসিবু করিগীনো। মসিদা তোক্লবদি ঐ খ্বায়দগী নুংঙাইবা মী অমা ওইরনি। সোমদদি ঐগী করি হায়নি ইবুংঙোদা, জয়চন্দ্রবুনে ওম্বোক্লা শাওগনখ্রবা মাবু য়ানবা চৎসিরা, তাচৌনা চৈদনবা হোংনসিরা ঐ য়াম্না ৱারেদা। মস্তু থোরকউগা, উন্নসিগা, ভাইখেগনা নুংশিংমুক.কুংই। শাওতুনা থৎনগে হোংনক্লনে অদুবু অভাং ওইরিভদগী নুংশিনরকপনিনা মহুস্তু হেক্তা ভমদবা।

মানা হায়,- ইবেমা নংসিগা হেক হৈলমিন্নদ্রিমখৈ ঐ নুংঙাইরোই-দৌরি ঐনা স্তুম শাবতু নং ডাক্তর অমগা অহল লমন্না ৱা লোইনরে। হায়য়ে নং ডাক্তরতুগী কারতুনে প্রেটস তত্নে তলব অদুগা উবদা ঐবু শোয়দনা কাওবা ভমথিগদবা মাল্লি।

ঐনা খুমই,- হেরা মানী পৈশা-তুংশা কারতুবু ঐনা লৈবা ভমদবস্তু নত্তবা মহুসী য়েংতুনা ঐনা চৎথিগদৌরিবা, মহুদি হয়েং ঐখোয়নি চৎলসি হায়বা স্নমিস্তা বাবাগী বাম্বিদগী কার অমা লৈবা ওরবা পুরক্লগা লোই-রেদনা। মানা মহুদা হরাওবসি ঐস্তু তশেংনা থমোইদগী হায়দোকথিবনি।

নোংমদি লান থোক্লে। ঐগী মতৌ অসি ভাগ্নৌ খঙলম্লে। ইমাগা বাবাগা ভাচৌগা মখোয় অহুম্না ঐবু ভাংবও চৈবও ঐ কপ্পনা লোইরে। ভাগৌনা জয়চন্দ্রবু মখুৎ থুদক্কনি কা হায়রে অহুগা ইমানা, মতুগী নিপাহুদা হেক লৈখিবদা ঐবু ইস্কোক্কনি পুন্সি চুপ্পা, কারগা লু কোকখোক্কনি কাওবা হায়রে। ঐ পল্লেপকম খঙদ্রে। নোংভাল্লগা জয়চন্দ্রগা উন্নরে। হেক উবগা মানা য়াম্না তৌগনবা মখুৎ থাজৎতুনা সলাম তৌরকই। ঐনা শুকথনা লৈবতু উরগা হায়রকই,- কমদৌরিবগে ওস্তোক্লা ওক মুডতা লৈবা উইদা। ঐনা ভরাং তাচৌনা হায়খিবা ইমানা য়াদবগী বাহু হায়রুরে অহুদগীদি মাস্নু ভাইহাক থল্লগা শাওরপ্পা হায়রকই,— হেরা ঐগা পিক্লিভৈদগী মুংশিনবনি ছায়হুনবু নংগা কায়নবা ভমদবগী বানি ঐস্নু নিপানি, নিপা অমা ওইবগী ঐস্নু অভম্বা তৌনিনা, ঐসিনা কয়ামুক য়াম্না ওক্কবা মভিক চাদবা নিপা অমা ওইহুনা ঐবু অহুক হম্বনা লৌরিবনো কৈ, সেরা ঐস্নু পুক্লিংদা য়ম্না চাওবা নিপানি হায়হুনা লৈরিবনি ঐগী মমল হম্ববা থবক তৌবা য়াদে মুপী যিম্রগা করিও শিরোই।

মাগী শাওরবা মতৌ অহু ঐগী থেমজিন্নবা উপাই লৈথিদ্রে। লাকউ হান্নবা কনা পাও চেনববু লাকখিদ্রে কাগী কাগীদগী কায়নরে ঐখোয় অনি।

ঐ ইমা ইপাগী অপাম্বা মতুং ইন্না লুহোংবা তারে। ডাক্তরগী মুপী ওইবা তারে। মাগদি অহুম কায়নবা তারবা। নোংমা মানা হায়খি ঐখোয় অনি হুয়েং লুহোংহুনা লৈনিন্নরবকান্দা পিক্নিক চৎশিবো। ঐস্নু খুমই,— উং।

মানা হায়রকই,— সাইকল পিকনিকনি, ঐনা সাইকল অভাংবা অমা থোরগা ফুরিং অরাংবা লিংলহুনা অনোক অপাকপা উপ্পা অহুগা নংনা ময়াং মুপীদৌনা শাড়ী অরাংবা শেংলগা খুনিংরাংবী তোংলগা ঐগী সাইকল মমাংদা ভোংবা অহুগা ঐনা হিন্দি ফিলমদৌনা সাইকল থৌনা থৌনা

হুই খোংলগা ঈশৈ শকপা ময়াম্না মুংশিদনা য়েংনবতুনি ঐনা পাম্লিবসে তহুম তৌরবদি হিন্দি ফিলম্ "তেরে মেরে সপ্নে"না কদায়দগী হেনগদৌরিবনো?
ঐস্মু খুমই,— ঐনা পাংস্মু মতুমক্তি।

অতুবু ঐ ডসি ডাক্তরগী মুপী ওইনবা লুহোংবা থিল্লে। সনাতোম্বী ঐগী ইনাক্তা কমই। মামা হায়রকই,— য়েংও অফাওবী নংগীদো আ মীরক্তা লেপ্তুনা য়েংহুনা লৈরে।

ঐ পি তাররকই। কপ্পা নত্তনা করি তৌনি। ঐ কপকে। ডসিদি ঐগী ইথৌ কপ্পনি। অদুবু মাদি কপ্পমগম্রা থাজদে মংমোয় কমবা নিপানি। ঐথোয়গী অনৌবদুদি মশকপু য়াম্না কজরল্লে, মপুক্রা মপুক ভণ্ণিবা ডাক্তর ওইবদা ভশেংনা পকচে। কার থৌতুনা থোকখিবনা লেমখিত্রবা হোয়দা জয়চন্দ্রস্মু থোকপা অমা তৌখ্রসনু ঐস্মু অনৌবা পুক্নি অমা ওল্লে।

ঐথোয় ডাক্তরনা অয়ুক অয়ুক কার থৌবা তবী অহংগা নংগী মিংদা লৈবা কারনি কাস্মু হায়। ঐ য়াম্না মুংভাইরেদা কার থৌদনা কোয়রবদা বীনোকুমারীনা কোয়রকুউ হায়রতুনা ঐস্মু কার পুতুনা কোয়রকই। ইমাইপেম্মা ফনেক অরাওবা অমা হেক শেংলতুনা মকোক্ত শঙব ইমুকহেক চাওরতুনা ঐ লাকপা উবদা মেমসাহেব লেংশিল্লকউ হায়মা ফাগী তৌই। অতুদগী ঐবু মাগী কাদা পুশিল্লি। ইসঃ ওম্বোকপা হায়বদুনি য়ুম অহূদলাল ওইনা তৌই। মথক্তা মাগি কানি। হেক কানশিনবদা উরমই, ফক অমদা পেগায়রবা থারাপাত অমগা অহানবগী লাইরিক মধুমঙ্গলনা লেংবা অমা কায়রবা সিলেপ অমা হঙ্গাম মথোক থরা অতুগা কবোক মুরি থরগা পুমতোং তোংনতুনা তারি। অতুগা মরু কোকপা অভাং অমনা ফক্লাং অতু হুংলগা শামরি। মটি অমদা থারগা চাকশঙ অতুম

ৎট মহুদা ষ্টোভ অমা পাণ্ড অমুবা অমা, ভলু অংশাইবা খরনু চাইরি ২নি শেহবা অঙাং অমনা উকাবী লৈরো অমা, ওইনানা পায়হনা চীক্লি। অঙাং অমনা হাৎলবদোনা ছৌনা কপ্পবই মানা চেনশিন্দুনা থাম্লই চৈ অমা পায়রহনা অঙাং অমনা অঙাং অমবু ফুগে ভান্নরি। জুলোজীগী লাইরিক অমা ইনভারটিব্রেট জুলাজী হায়না থাবা অমা মমৈ মকোক ওল্লা চাক মরক্তা ভাহনা লৈ মহুদা হংঙাই অমা য়েক্কই। ৰীনোকুমা-ৰীনা সৎ লোখৎলি অঙ্গা হায়রবই,— ইবমা, তনবু তঙ্গে ঐগীদি অঙাং মঙা শুরে। অমুক্তোইবা ঐখোয় হরেতনা ভোয়নকা লাকপিংপাং নত্তে। ঐনা য়ুম অমা শারসি হায়বদগী মাস্তু য়ুম শারি হায়হনা লাক্লে, যাং ইনবা তল্লি হায়। ঐনা লাইথুরুক্লিবনি করি মুমিং থাদা ইপুরোই-বগী মনাক্তা লৈহনা অরাবনি শরুক য়ামিন্নগদগে। অঙাংসু চাওরক্লব-দি B sc. অমুক্তা থাদোক্কে খল্লি।

মাগী অহনবা নাইত্রবা থৌনা অহুবু থাগৎহনা ঐনা হায়রমই— ওঙ্খাকপগী থৌনা হায়বহনি হন্দোকা নংগী হোৎনবসে। মাস্তু খিত্তং নোকই। ঐ অমুম থোরক্লে। ঐবু কোম্থোং যাৎবা হিন্দোরকই। কোম্থোংদা নিপা মচা অমা শান্নহনা লৈরমই। মাগী মুক্তাফুরিৎ অহুদা International Women's year হান্নরা থারি। চৎনা চৎনা ঐনা খল্লি মাগীস্তু অরাৎ পসি অহুম লৈমাল্লেনেকো ঐগীদি কমদৌবা।

ঐস্তু অঙাং অহুম শুরে। ঐনা খল্লমখদি ভাক্তরগা ঐখোয়নি চাক চাখোল্লগা পংকোয়দা কোয়বা সিনেমাকা পংরেংদা য়েৎবা য়াগদবোই নিং-লুরে। অহুবু অঙাং অমা থরা নারক লৈথোমদা তুশিন্নুরে থরা লাক ঐ তনবনা শিরে। ঐথোয়গী ডাক্তরনা নোং হেক ভানবদা পুং অরেৎ নংবরা কাবহনা মুংদাং হল্লবই অহুদগী অহিং থরা থেঙজিন্নক্রবদি ওপ-রেসন তৌগদৌরে হায়হনা এমবুলেন্স থারক্তুনা হেক্তা কৌরৈ। লৈকাইগী

মী শোক পনবা য়াওরে হায়রবদি হেত্তা কৌবা কাক্লনি। ঐসু হক্লক্লে অঙাংশিংসিরা ঐসিয়া অমা শিরবদি অঙাবা কোক্লনি।

হয়েংদি তাচৌগী মমান্নবা চাক কৌরৌরি ঐবু থদ্না মতেং পাংলরাও হান্নরি। ঐনা হেক য়েৌবগা তাচৌনা নং লাকপা ফয়েদা ভাইতুনা লৈরম্নবনিনে ঐদি হায়রকই চাক কৌরিবদি তাচৌগী মমান্নবা তাসুরেন ওইরমে। য়ু ভাওনি ভাওকিং হৌরদুনা মানা ঐভোন্দা ফারগা বারী লীবা হৌরক্লমই,-- ইবেমা পৈশানা মুংভাইবা লৈগে হাদবনি। ঐ হান্না রারে শিবা পান্মে। য়েংউ, ঐগা হান্না মুংশিনরম্বা তোম্বীমচাগা কায়নখ্রবনি। মা লৈরম্নবদি ঐ সি য়ৌনা বারোইদবনি। তুজিক লৈরিবা নখোয় ইনম্মসি দুকান প্লোট অমগা লৌ পরি মতোগা উনগনি হায়বদগী লৌরুবনি। ঐ লন য়ান্না লৈবা নিপা অমা ওইরে পৈশাগী অৱাংপা লৈতে অহুবু রাথলদি পোথদে। য়ু থকপা য়ান্না মুংভাই। ঐনা, নোং হেক ভানবদা দুকান্দা চংলে তদুগা নখোয়গী ইনম্মনা কদায়দা চংশিবনে থঙদে। অদিং থেঙনা হল্লকপসু য়াওই। ইচাসু মুপী অমা পোক্লবসিনা লোইরে মখা পোক্লরোই ওপরেসন তৌথোবখে মানা মসিবা chance লৌরে। ঐনা মগী রাথল ৎসি ওল্লকপ্রা য়েংগ হায়দুনা গীন্নি পিগ অনিথক লোই অদুগা পেবা অনিথক্কা। মখোয়না মুংশিনবহ্ উবদা ঐসু কপ্লিংলক্লে তোম্বীমচা নিংশিংদবা ভমত্রে। মরক মরক্তা মহাক মতদা লাকই। ঐগী ভারান্দা মচিনা চন্দ্রনা থম্নিবা গুহা মচাতুদা ঐনা থম্বাস তশংবা থাই ভা রৌ থরগা য়োকই। ঐনা থল্লম্বদি ঐনা ভাবিলা য়ৈরগা মানা নিভীগী অহিং জৈশে শকপা অহ্নদগী এপ্লল অমগা খোক্তনা চানিন্নরগা তুম্বা চংমিন্নবা অতুবু ঐ তরেম্বা তারে। ভাবঙ্গা হারমনিয়ম লোম্নবা মপু পান্দবা পোংশক ওন্নে। ঐ শাপ্পী পানই।

ঐনা য়ুম হল্লকপদা জরচন্দ্রগী রাথল থন্দখা ভমদে। ওঃ মাগা

ঐগা তৌমিন্নখিবা প্লান পুম্বা কায়রেদো। ঐগী কারম্ নৈ পৈশাম্ নৈ, ইচাম্ নৈ ঐগী করি হাৎলিবগে ঐসিবু মুংডাইবা হৈত্রবা মীরা? ইসং থেংখ্রমাগে ঐগী কারনা মী থেংলে ইসং কনা ওইরিগবা। মীনা হায়নৈ য়ু থক্লুনা তৌবনি। হৈমা শোক্লিবা নিপা অসে ঐ মশক খঙই-নে জয়চন্দ্র নত্রাও? মাগি মাগী মমার উপঞ্জবা শমহাৎ ওঃ কায়রে-দো। হে ঈশ্বর ইবুঙো ঐসে শিংনবীরো ঐ শিজখ্রগে….।

দোক-দোক-দোক-মেমীমচা, মেমীমচা! কনানো ডাক্তর কৌবা লাকপা ওই-রমগত্রা? থোঙ হাংদোক্কে খন্দূনা কুক হৌগৎলকপদা চৌক্রি মপান্দা খুউ-না কাওরুরে ইসং খুউ কাং কায়খ্রমালে অয়ো ইমা ঐ শিরে অয়ো অয়ো, শিরে। ইমা চেনশিল্লকই। থোঙ হাংদোক্লুনা য়েংবদা তা-গৌ ওইরম্রে। কদায়দগী ডাক্তর. কার, অঙাং-মুবী; জয়চন্দ্রগা কায়-নবা লোয়না ঐনা মোন্দ্রং শান্নবা ওইরম্রে। ইসং অশেংবা ওইরম্ন-বদি কনদৌরমগনি। বিষ্ণু! বিষ্ণু! ইমাইপেম্মা হরে কৃষ্ণ। শাওনা শাওগল্লিবা ঐগী জয়চন্দ্রদো নহান মানা য়ুমশকৈশা মুমিত্রা উন্নসি হায়রম্বনি ঙসি লৈপাকপোকপা নত্রা অত্থু ওইরবদি হয়েংনিদনা। ঐগী খুউনাবা ফত্রিনে। তাচৌনা নানবীরগা হাইরকই,- খৎলবদি লাইনা হারকইনে। তাচৌনা পায়শিল্লকপা অহুদা নামনখ্রহুনা ঐনা শুগৎলগা লাওরমই। ঐনা য়েংথোকখিবদা ড্রেসিং টেবল মথক্তগী মিংশেল অদুম্ ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা শুগৎলকই।

# এলিজা

ভারতকি কোম্নুং দিল্লি হায়বসিদা ফংদবা উদবসি লৈতে হায়-বা তাই। মী পোং, লমকোয়বা, টুরিষ্ট ময়াম, ফোরেন্দগী লাকপা

কয়া, অসিতা নত্তনা ভারতকি মফম অয়াম্বদগী মী লাকই চৎখি। কনাগুম্বা অমনা পোকপদগী অমুক্তা চৎচগে হায়না লাই নীংব. মফম অতু দিল্লিনি। মফম অসিদা লৈবা ইনাক খুনবা অমগা অতৈগী লমদা লৈবা ইনাকখুনবা অমগা পাবা য়াপোৎ নত্তে দিল্লিদা লৈবা ইনাকখুনবা অমনা য়াম্না হেন্নি অতুগুম্নতুনা দিল্লিদা লৈবা লাইরবা অমগা অতৈ লমদা লৈবা লাইরবা অমগা তান্নবা য়াদে দিল্লিদা লৈবা লাইরবা অমনা য়াম্না হেন্নি অসিগুম্বা অহেনবতনা থল্লবা দিল্লি সহরনি।

দিল্লি ইউনিভর্সিটিদা লাইরিক তমতুনা লৈরকইবসি ফনা কুইরে। অঙকপা পূন্সিনি। য়াম্না কংবা মরেক মহাও য়াওদবা পূন্সিনি। মরুপ মপাং অয়াম্বা ঐঙোন্দা মা মাগী গার্ল ফ্রেণ্ডগী রারি হেক হেক শাই সিনেমা য়েংলুবগী লমকোয়রুবগী। ঐগা য়াম্না তিন্নবা রাকেশনা নহান মাগী গার্ল ফ্রেণ্ডগা সিমলাদা কোয়রুবগী রারি অতু তারুবদা খোয়রাং খোয়শাওনবা পোকই। ঐনা অসুম থনবদা ঐনা মী তিন্নবা হৈতবগী ওইবা ভাই ঐগী মরুপ রাৎলিবসে। পৈশা মুংশাগীদি ঐগী অরাৎপা লৈতে। ঐগী ফাদরদি অকাওবা গভর্নমেণ্ট কণ্ট্রেক্টরনি। ষ্টেট বেঙ্ক ইণ্ডিয়া ইউনিভর্সিটি ব্রাঞ্চতা ঐগী একাউন্ট অমা হাংই মতুগী পৈশা অতু রাৎতনবা বাবানা অতুম ডিপোজিত তৌরকই।

ঐখোয়গী হেড ওফ ডি ডিপার্টমেণ্ট ডাক্তর কে,বি, কেলকরনা ঐবু য়াম্না লুনা তৌই। মরক মরক্তা ঐ মাগীদা চৎলি। নহান মাগীদা চৎলুবদগী পূন্সিগী অনৌবা ঈচেল অমা হাংলে। মথল মথেলগী পূন্সি অমনি। অঙকপা তাক্কক অমনি।

ডাক্তর কেলকরগী ময়ুমদা ইন্টরনেসনেল পেন পাল এসোসিয়েসন হায়বা চেফোঙ অমা লৈরমই। মতুনা পেন ফ্রেণ্ড ময়ামগী মিং য়াওবা লিষ্ট অমা লৈরমই। মতুগী এসোসিয়েসন অতু দিল্লিদা লৈবা ওইরম্নে।

ম্বাখল অমদগী ঐস্মু চত্তুনা মিং চল্লুরে। মেম্বর ওইরবা মতুংদগীদি ঐ-গীস্মু লেপ্তুনা থা খুদিংগী চেফোঙ য়ৌরল্লমই। ঐগা পেন ফ্রেণ্ড শান্ন-নবা ঐনা মিং মথং মথং থিরমই। ইণ্ডিয়াগী মফম কয়া কন্নাদগী মী মুপী নিপা কয়া অমা য়াওরি অদুদা নত্তুনা পৃথিবীগী মফম কন্নাদ-গীস্মু য়াওরি। মিং ময়াম অদুগী মরক্তা ঐগী পৃক্লিংনা য়াম্না খোয়দরু-বা মিং অমা য়াওরে। নিউ য়োর্কতগীনি মমিং এলিজ: কৌই চহি ২৪ শুরে হোব্বিদা পেইন্টিং, গার্ডেনিং অমস্মুং পিক্লিকনি হায়! ঐনা মীং উইশিল্লগা শক্তম অদু লাকশিল্লি অমুক্তস্মু উথিদ্রি অদুবু ঐনা থল্লি মহাক শোয়দনা কলাকার অমা ওইরমগনি হায়না অদুগা এলিজা শক-হেনবী অমা ওইরমগনি।

পেন ফ্রেণ্ড শান্নরে, চিঠিগা ফোটোগা থারকই, মপা লৈতনা ফজৈ। ডকশমদা ফর হাপ্পা ৱুলগী কোট অমা লিংলগা অতোর গুলাব-কি লৈকোল অমদা নম্বনি। খোইরপ তৌবা মশম অদু ইপোঙ পোঙ-লদুনা নোক্নফং তৌই। য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে মাগী মশকসে পূন্সি অসি খরা ময়োন চেংলকপগুমই। চিঠি অদুদি তশেংনা খোয়থুম্নে। মদুদা হায়রি- "ঐখোয় অনিগী ফ্রেণ্ডসিপসি পূন্সিগী তংনগুমসি অদুতা নত্তুনা, করিগুম্বদা ভেকেসনদা নিউ য়োর্কতা কোয়্যরকউ„ হায়না।

চিঠি থুনা হনখ্রে ঐস্মু হায়খ্রে ঐখোয় অনিগী ফ্রেণ্ডসিপ অসি পূন্সিগী তংনগুমসি হায়না। এলিজাগী ফোটো অদু উবদা ঐগী মরুপ লোইনমক কল্লক্লরে ঐস্মু হায়ফেৎ মুংঙাইবা ফাওরে মসিনিদনা পূন্সি হায়বসিদি।

মথংগী চিঠিনা হেম্না ডকখ্রে, এলিজাগী মকোক্কি শম অদু চি-ঠিগা লোয়ননা থারকই শম অদু সনাগী শমগুমই য়াম্না ইংলব মুংশি-ৱবা লৈনম অমস্মু নম্নকই ঐ চান্নলা মুংঙাইবনা ঙাওরমই। হন্দকমুক্তস্মু হায়রক্লে ভেকেসন্দা নিউয়োর্কতা শোয়দনা কোয় র

ঐ ৱাখল খনবা হৌই এৱোপ্লেন টিকেট-কা কৱিগা পূন্না লিশিং মাঙা পায়ৱবদি কোন্ননি নিউ য়োর্ক য়ৌবসে। থুনা চত্তুনা ঐগী একাউণ্টতা কয়া লৈবগে য়েংলুই লুপা লিশিং অহুমগা চনিদি লৈৱম্মে। ঐগী খুদোপ অনিগা ঘড়িগা য়োম্হেক্লে লুপা লিশিং মরিদি থয়া হেন্না পায়ৱে। পাসপোর্ট লোবা ম্নানবা অমুক হোৎনবা তারি। বিহারগী এম, পি,গী রেসিডেন্সতা ঐ এম পি উন্নবা চৎলমই। মানা মুমিৎ মঙানিগী মঙ্গুৎদা ষ্টডি টূরগী পাসপোর্টফংনবা হোৎনবিৱগে হায়ৱে।

পাসপোর্ট ফংলে ঐ থা অমগী ষ্টডি টূর ওইনা নিউ য়োর্কতা চৎপা য়ারে। ঐ ডাইডমদ্রে কলিকাতা তান্না ট্রেন্না চৎলে অহুদগী দমদমদগী প্লেন্না নিউ য়োর্কফি দমক্তা যাত্রা তৌৱমই। বি ও এ সিগী চাওৱবা প্লেন পুন্সিগী অহানবা চৎবতা নত্তনা পুন্সিগী অহানবা উবনি। পুক্নিং অসি তয়াং তশোই ঐনা চৎলিবসে এলিজ্ঞা উন্নবনি। মা তশেংনা ওক্কনি ঐনা লাকপা উবদা। করম হায়না রা হৌদোক্কনি মা লৈশাবীনি ঐনা পাখঙনি থোক্লবা অমা লাল্লনি। লন্ডন্দা ডাক্তৱ তম্বা চৎখিবা কয়াম্ম ইংলিস মুপী লৌৱকই এলিজাগা হেক উন্নবদা ঐ মেরিয়েজগী ৱাফম হৌদোকনি মাম্ম য়াফম থোকই ঐগী কৱি ৱাৎলি। ঐগী ইম্ফালদা আর সিসি ডবল ষ্টোরিড বিল্ডিং অমা লৈ বাবাগী এম্বেসেডৱ কাৱ অমা জিপ অমা লৈ। তাঞ্জা চাৱবদি বাবাদা হাংনৱগা ফোরেন কাৱ অমগা লৈনবা হোৎনৱগা লোইৱে। মেরিয়েজ তৌবা তাৱবদি চর্চতা তৌসি হায়ৱক্কনি ফৱে ঐম্মু মতম অদুগী ওইবা মিং অমা ওনবা তাৱে জোনসন নত্ৰগা ভিক্তৱ হেক্তা কৌৱগা লোইৱে। চাবা থকপগী মতাংদি ইম্ফালগী মনা মশিং চাৱগা মৱাইনা হৈনজৱক্কনি। ইম্ফালদা ঐথোয়গী ইখোলদা শাবা অবোক্কী মথারোমগী ইগী য়ুমহু অবোক্কা ঐথোয়দা হোৎজিহললগা মহু শীদোক্লগা এলিজাগী লৈকোল অমা শেম্মীৱগে। ইমাদি

শকাপ্তেনবী মমৌ পাম্বনি এলিজাদগী হেল্লা কত্তবা ইণ্ডিয়া অসিদা থবা তাকপগনি।

নিউ য়োর্ক য়োরে। এলিজাগী এড্রেস থিবা পংবা রাদে। য়ুম তম্বদা ঐ চঙলকখি পূক্লিং তসি শয়াং তশোইবা অমা ফাওই। খোঙ-জিনগী বেল বটন নেংলমই। য়ুম তত্থু মাম্না ইনাক খুনবগী য়ুমদি নত্তমানে থল্লি। নৈকোল অমা লৈরি আতোরগুলাব মখল মখল শাংলি।

খোঙ হাংদোরক্রে! নিপা মশম ইফং ফাবা অমা অনাক অমা উপ্পী ইস্ত্রি তক্কবা কোট তমূবা অনা লীংলি খোঙ্গাও অরাংবা অমা শেংলি ঐহাক্দা ঙক্না য়েংই। ঐনা থুনা ইশাবু লাকশিঙ্করগা ঐ ইণ্ডিয়া-দগীনি হায়না ইণ্ট্রোডুস তৌগ্গরগা এলিজাগী মরম্পি মাগা উন্নগে হায়রমই।

নিপা অত্থুনা ঐবু ড্রোইং রুমদা ফমহল্লমই অথুদগী অয়েকপা লাই কয়া অমা পুরকই এলিজানা য়েকপা ওইরম্লা য়াই। লাইশিংথুগী মনুংদা এলিজাগী অমা থাংই মত্থুদা ঐম্বু মাস্থু য়েংই রা অনম্বা চুংনবে। ঐ চিংনরকই নিপা অদু এলিজাগী হসবেণ্ড ওইরমগদ্রা হায়না। নিপা অত্থুনা রা ঙাংবা হৌরকই,- চহি হরাগী মমাংদা মহাক নুপী অমা লুংশিনরমই লুহোংগনি হায়না রু লোইনরগা প্লেগনা নারক্কুনা শিবি মত্থুদগী মহাক নাইতোম তাব নিপা অমা ওইরক্লি। নুপী মথুগী রাখলদি কাওদনা লৈহৌরি। নুপী অদু এলিজানি!

ঐ শ্বায় লাংবা অমা কাওরকই। নিপা অত্থুনা মখা তারকই নুমিং অত্থুদগী এলিজাগী মমিং মাওথিনবা মহাক্না এলিজাগী এড্রেসতা এলিজা শারগা পৃথিবীগী মচি মতিদা। নৈবা নুপী নিপা কয়াগা পেন ফ্রেণ্ড শারম্ব। লাকপা চিঠিশিংগী পাওথুম পূম্নমক মানা হল্লি। ফোটো থা-রকউ হায়রগা এলিজাগী ফোটো নিগেটিভত্তগী কাপথোক্লগা হেক হেক থায়।

নিপা অত্থুনা হায়রকই,-- অত্থুক্কি মতিক এলিজাগী এড্রেসতা চিঠি

লাক্লগা মহাক মুংঙাই। ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়রকই,— এলিজাবু মুং-শিবীহ্নুনা নিউ য়োর্কতা লাকপসি নংনা অহানবনি নংনা লাপ্না মকম অসিদা লাকপিবগীদমক্তা হন্না হন্না থাগৎচরি।

# ইন্দোন

অথেংবা অহিংদা হিদাক থক্লগা হাইহ্নুনা চৎপগী মুংঙাইবা অমা লৈ। অহানবদা য়ু থক্লমই, মথংদি গঞ্জানি অমুম্নাপারা মথং মথং লাম্থোক্লুনা ঐ কানিদা অমুক তারে। রা অসি অচৌনা অপনবা লৈতনা মথং মথং হায়থরকই।

ভশেংনা হায়রবদি য়েংববু হৈরবা তাববু হৈরবদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্লনি।

অমুম্না অচৌগা হেক ৱেংনরবদি হিদাক থককমগী রারী হেক্লা লীরক্লনি। হিদাক থককমগী মমুংদা থ্নাইদগী মুংঙাইবদি খুড়া ধরমশিংগী কানি চাকমগী রারী অহ্নুনি।

অচৌনা হায়রকই- রারী হৌরগে মিঠাপত্তিদা এম্নোবিস অমগা গোল্ড ক্লেক অমগা লৈরো।

কা অহ্নু হুকচিল্লগা চুরুপ অমা শৎলগা চম্নগা রারী হৌরকই,--

খুড়া ধরমশিং হুম্ফ্লুনিপালমুক শুরবা অহল অমনি, কুচু মুই ময়াং কংই। অহানবদা খুড়া ধরমশিংগী মুপী অমা লৈরমই। চহি তরামুক লৈমিন্নরম্নগা থাইনথিবদগী হৌজিকি ইন্দোন অসি লৌরকই। ইন্দোন

অসি চহি কুননিপাল মাপন্দগী হেন্নমথিরোই মমিং থোইবীবৈ কৌই, অ্া ডাইথোংদগীনি।

খুড়াগা ইন্দোনগা চহি ৰুনা নিংথিনা থেৱৈ। ৰুরিগুবা কান্দা শোয়ফুনা, ইন্দোন কা হায়না কৌরকবদি য়াম্না শাওরকই। ইন্দোন হায়বসি মাগী অশাওবীনি। অফুদগী ঐথোয় লোয়নমক্না খুড়াখোয়গী ইৈভেম: হায়না খঙনরে।

ইন্দোনসি ওন্থোক্না ফজগে ভগৎ ভগৎ তেকই খুড়াগদি ওন্থোক্না থেন্নখে। খুড়াগী শকফম ও.ফু ফনা হোৎনফুনস্থ নহা মান্নু য়ারোইদ-বনি অফুবু খুড়া হোৎনদবদি নত্তে। নিঙীগী চাকচামাঙদা খুড়ানা পাফোই অমনা থদাংগী কোই অফু ফুক্রোকই। ফেজোম শেৎলগা তোক্কুনা খুড়া থেঙ্গাও লাওজক ভৌবা অমা শেৎপা হৌরে। অহলগী ভুইনগী ফুরিং তেক্কুনা ওকশম অরিংবী আমেরিকান সার্ট লোমদা ভারক্লে। বাটাগী খোঙউপ লোং লাইফ থরা চাওরপ ভৌবা অমা তোংই। হৌবদা খুড়ানা খুমথি হয়েং কুইরফাওবা চানবনি হায়ফুনা।

ইন্দোনগী শম অফুদি কয়াক য়োই হায়বফুনি য়ান্নগা ওন্থোক্না শাংই, ফুচু অফু পাল অখোকপমুক ভোই। শাবাল কাদি নিংথিজবা ফজবনা করমহায়নবু থাগদগে খঙল্লে। মফুনা ফি নহেক সনামচু অমকা ইন্নগা খোরকপফুদি কনামজা মীৎফম হোৎনদে।

খুড়ানা ইন্দোনবু লুনা ভৌবসি হায়নিংঙাই লৈরে। ইন্দোন নহা-নিংকা থনবনা সাপোন মনম নুংশিবা, নাইলান ফি, কোকলুনবা শাম্পু লেকমি পাউদর, লিপষ্টিক, খোউপ থুনীং কাবা কন্না অমা বাজারদগী লৈবী। মফু ময়াম অফু য়েকশিন তৈশিন্নগা ইন্দোন্না হেও বেগ অমা পান্নগা নোংকাদোক ১২থোক খোৎতোরকপদি থল্লি ইন্দোনগী লাইমচা-মুক ফজবীসি ঙাইথোংদা করম হায়না পোক্লমইবনো।

মরক মরক্তা ঐবু হেক হেক কৌরক্লগা মাগী অরা চুঙাই রাগী কয়া লী। লোংমা খুড়ানা নুংঙাইতনা হায়খি-- অগৌ ইবুঙো ঐনা তৌরিবা শিনফম অসি ওস্থোক্রা ফজ্রপোৎনিদা অহুবু হিংবা ভম্নবা হোৎনবদা ঐস্মু অচাপ অরেম থিদ্রেদো। নন্দোন অসিমু নহানিদো অহুনা হমুবীদৌনা লেহনবসু পামদ অহুনা শেৎপা চাবা নীংবা থুনবা শেল দরকারনি।

ঐনা খুমই-- হেরা খুড়া ওস্থোক ওস্থোকপা ভম্না ভম্নবা হোৎনবনু কৈদোই হায়বগে, কনাগী মথো লৈবগে।

মাগী য়ুমদা হুদিং হেক তারবদি নিপা অহল নহা চৎথ মগল মখল কয়াগী মীওই কয়া চঙলক্কনি, ঐস্মু মরক মরক্তা য়াংরিবনি। অহুদগী ইন্দোম্মা তরাম তরাম ওক্লুনা ফান মচা অমমমদা ফমহল্লি।

ঐগদি য়ুমথংনবস্মু ওইবা হিদাক থকপস্মু মরক মরক্তা চঙবনিনা অয়াম্বা মতমদা মথোয়গী কুম্মে অসি উই।

ফক্লাংনা খরবা চাকশঙ অহুদা পোদোন থাংমৈ মঙান্দা খুড়ানা হিদাক শেল্লিঙদা ইন্দোম্মা মম্মাইহু রারি শাহুনা নোক খেরহুনা চৎথিদনবা হৌই। ঐখোয়দি হিদাক থকপা হৌরকপদা ঙাইরিবনা খঙদে অহুবু কুইনা হিদাক থক্লবা অহনশিং য়াংরিবশিংহুনা চহাও মনম হেক নয়কপা মতম অহুদা লোইরে লোইরে হায়হুনা শোম্লি। ইন্দোম্মা হান্না পৈশা লৌশিল্লি। হিদাক তাংলেকপা মতাংনগা ওইবনে অমুক চিংবদা সিকিহুম্লি। মৈ চাকপা নিপা অহুনা তনিরক চিংগনি। মথং মথং ময়াম দম তৌরকই। শোর তৎপা মথৈ কম্মা চিংলগা মানা মানা পুরকপা অচাপোৎ চিনি অঙাংবা, কবোক খোইহুম্মা চিংবা অহু মৈথু অহুনা য়ান্নুংদা লৈরিঙৈদো নমশিল্লিবনি। মহু উরগা ইন্দোম্না শিথ শিথমথৈ নোকচৈ।

অস্মুম হায়না হৌহুনা খুড়া কাবক শেল পায়বা নিপা অমা ওইরকলে। ঐঙোনদা হেক হেক হায়-- ইবুঙো অচৌ নন্দোন অসি লৈরমজ্রবদি ঐদি ওস্থাক্রা রারমথনিদা।

মজি কৌবা নিপা অমা হেক হেক হিদাক থকপা লাকই। খুড়াগী মীৎনাবা থবক তৌরুরমালে খুড়ানা ঐডোন্দা লোম্না হায়রকই— ইবুংো মজি হায়বা নিপা অমা লাক্লিবসি ওস্থোক্ত মীয়েং চুমখিদ্রেদা; করমগদবা মানখিদ্রেদা।

অশেংনস্থু মঙ্গিসি ইন্দোনগা কা হেন্না ত্রোঢ্রো তৌবা হেনবা অমনি পৈশা পাঙ্গরিবনে হায়তুনা পৈশাকা কা হেন্না ইন্দোন্দা পীশিনবা নিপানি। অতুবু ঐনা খঙশিন্নদনা খুমখি— করি তৌরবগেনে খুড়া? কারবার হায়বসিদি কারবারনি অকবা কয়া থেংননি কত্তবস্থু কয়া থেংনগনি মীওং য়েংবগী কান্নবা লৈত্তে, শেল ফংলগা লোইরেনে।

খুড়ানা জুরু জুরু তৌতুনা অতুম নৈশিন্দুনা পাওখুম পীরক্তে।

ইন্দোনসি ঐখোয়গী পুখিদা ঈশিং শোকপা হেক লাকই। নহান্দি মানা ঐডোন্দা হায়রকই,-- ইবুঙো নংগী পুন্সি অসি মুংডাইরমনিদা, ঐদি মৌ ওইবা তোক্কুনা অমুক লৈশানিংলে, য়ুম পানবা হায়বসে তৌহৈ-পোৎ নত্তে।

ঐনা খুমই,— করিনোনে খুড়ানা অমুক লুনা তৌরিবসিবো? ইন্দোন্না হায়রকই,- ইবুঙো চানীংবা ইঙ্গাং হাওই মুংশিবা মশক ফত্রে হায়বত্তুনি। চাক য়াম্না লায়বদি পুক থন্নবা চাগদবনি ফি ফজনা শেত্তুনা কেরগা ফরোইদা। ঐগী পুন্সি অসি নঙোন্দা ওইরম্নবদি থঙ-দবনি ঐগী থমোয়দা লৈরিবসে লাইনা থজনি।

ঐস্থু ঙহাক খন্থৈ ফিরোল, শেৎপা চাবা পুম্নমক মনীং থুংহনবা ইন্দোনসি মুংডাইবা হৈত্রিবা করিগীনো, ঙসি মানা মরি মখোঙ শম্নদবা বা ডাক্তা প্রমান ও পান্থৈ ও ডাংলিবসি করিগীনো।

নিন্নি শুরে খুড়াখোয়গীদা চঙলুদবসে। অহুদদি ঙরাং হিদাক থকপা ওইনা খুড়াখোয়গীদা সন্ধ্যা য়াচংবদা চংলুবদদি অঙকপনি।

য়ুম অদু নিতীগীদি মীনা ৱা ৱা লাওবনি ঙসিদি উন ৱাইমুক চীকই। লোনশিল্লবা থোঙ অদু ইল্লুবদা হাংদোকখে। কনামত্তা লৈতে ঈমুং অদো। ফুজা মপান্দা খুড়া ফম্মি। ঐ চঙলকপদু উদনা উংদুনা লৈ। ঐনা খুড়া হায়না কৌরমই।

খুড়ানা ৱা ঙাংদনা মোরা অম' থাই।

ঐনা হংই,-- কৈদৌরে ঙসিদি মী অমত্তা লাক্লে না?

খুড়ানা হিদাক অদুদা শিজ্জরগে মত্তাগুম কম্না চিংলগা হৌরকই,-- ইবুঙো নন্দোদো চৎখে।

করি হায়বা। ঐ থংপ্রেক থংই।

খুড়ানা হায়রকই,-- নন্দোনদো নহান মুংদাং মঙ্গি হায়বা হুরানবা বাল্লিবা অদুদা চেনখে। মুংথিল সিনেমা ইংলিস ফিলম মুংঙাইবা অমা ঙৌহ্রি য়েংলুনি চৎখিবনি অদুদগী অদুম হল্লক্লে।

ইবুঙো অচৌ খুড়া হিদাক য়োনবা তোক্লে।

ঐনা হায়রকই,-- করিনোনে ভারিবা প'ওসিবো।

খুড়ানা হায়রকই,-- ইবুঙো খুড়ানা নন্দোনদো নহা ওইরি হায়বা কাও-রুগনি নহান মুংদাং অমা নন্দোনগা ঐগা নিংঙাই শংদানবা অমা থোকখি মতুদা মতম কুইনা নন্দোনগী মবুক্তা 'কুমহুনা থম্লবা ৱা কয়া হায়দোরক-ল্লি। ঐসু মফম মরাং থঙদনা মচিং লাকুনা খোঙনা হেক কাওরুবব অদুদগীদি মাসু খ্বাঙচেৎ হেক লাকশিল্লহুনা ওনখত্তুনা হায়রকই'- হল্লবা হুরানবা, নংবু নিপারা, নংদি নিপা নত্তে, ঐদি নিপা অমদা য়ুম পাল্লিং বনৈ নংগুম্বা নিপা নত্তবা অমগী মুপী ওইহুনা লৈনিংদে।

ঐসু খুক্কম থঙদে খুৎ পেল্লবা ফুখে কোন্নদি য়াম্না মুংঙাইরক্লে। ঐনা পেলহনবসু ঙমদ্রবা, য়ুম পানবগী মুংঙাইবসু পীবা ঙমদ্রবা নন্দোন অদো ঙমই হায়দুনা পাংঙৌ তৌখে

হিদাক ডাওফিং ডাওফিং তৌদুনা খুড়ানা হাৱদোৱকই,- ইবুঙো খুড়াদি নিপা ওইবগী শক্তি হায়বদু য়াওৱক্লবনি। ঐনা ডাক্তৱ ফনা য়েংলুই পৈশাদা তিংদুনা তোকই। অদুদা নত্তে নিংথৌথোং মায়বীদা নন্দোন পুদুনা কয়া অমা য়েংই। নিংথৌথোং গোপীনাথদা উৎসোব কয়া তৌদুনা লাইরুক কয়া কৎতুনা ইচা অমত্তং ফংনবা নিববু পুম্নমক অৱেম্বা তাই। খুড়া পাপ তৌদুনা শেল তাল্লৱোই ইংখোল শম্বল শুৱগা ইঙ্গাং নাপী থাৱগা শিবা ডাইৱগে।

কা অদু ইচীক চীকই। ইন্দোনগী ফমুং অদু থরা নাল্লপ অদুম লৈরি। মথা থংবা ফল্লাংদা ইন্দোদগী নোকফেৎ তৌবা কনেক মপাল্লাইবা শেৎপা সনারৈ মরক্তা নম্বা ফোটো অমা থেৎলি। ফিয়ানখোক আল-মারি পুম্নমক ইন্দোন্দগী কি য়াওরি খুড়ানা পুম্নমক অমুক্তং ওন ওন্দুনা য়েংলগা শূৎ শূৎ কপ্পগা মপি অদু খুদৈ মচিনা তৈথোক্লগা ইবুঙো অচৌ নন্দোনদো মুংডাইজরুসহুকো হায়দুনা হিদাকুনা ক ফ ফ লাওনা চিংখি।

# চাউখৎপা

ঐদি খুঙ্গংদা পোকপনি। ঐনা হেক খঙলকপদগী ঐনা খঙনীং-বসি চাউখৎপা হায়বসি কদায়বু কৌবগে হায়বসিনি। লৌশি পাথকি মতাইদা ইরেংবন কৌবা খুঙ্গং অসিদা ঐথোয়গী য়ুমনি। ইমাদি ডমু-লৈরৌ উকাবী লৈরৌ ললোনবা ককচিং কৈথেলদা শুগমু কৈথেলদা কোয়না চৎলি। পাবনা মীগী লৈরং তাবা য়ুম শাবনচিংবা চৎলি। অঙাং ওইরিডৈদগী পাবনা ঐবু লাইরিক তমহল্লকই। মেত্রিকতা তম্বা

ইংলিস লাইরিক্ক য়াওব৷ মহাত্মা গান্ধীগী "মাই এক্সপেরিমেন্ট বুইথ টুথ" হায়বদুদা য়াওবা ইট ইজ নোট দি এক্সটরনেল ইটিকেট বট, কেরেক্তর এণ্ড কণ্ডক্ট মেক্স এ মেন জেন্টলমেন হায়বসি লাইরিক কন্না ফবা ছাত্র নত্রবসু স্পূর্থ মুন্না খঙই, অদুগা ঐগী লাইনীং ওইনা মতম চুন্নদা কাওদে। ঐনা তায়,— ফী য়ান্না ফজবা শেৎলগা পাখং লৈশাবী ময়াম ইম্ফালদা নোংমাইজিং মুমিৎতা সিনেমা য়েংবা হাইগৎনখিবা, অদুগা ইম্ফালগী লৈশাবীশিংনা মনাদা সনাগী লৈ য়ানবা তোক্কনা লংহুম য়ানবা পীগুম কোয়দৎলগা পীকহল্লিবা পুন্নমক অসি চাউথৎপা হায়বদুনি হায়ন:।

থম্মোয়দা খুঙ্গংগী অচৌকপা অসিবুদি য়ান্না পামই। ফাইরেন খাদা পাৎয়াগী তেরা পাম্বীনা অঙাংবা মপাল শাৎপা কান, মুমিদাংবাইরমগী মতমদা অহাঙবা লৌবুক্তা চরু মকুম খোমজিল্লগা মৈ তীকপা, য়াও-শঙময়াদা খুড়া চাউবগী ই.খোলদগী কোবী হুয়াল্লগা লম্পাক্তা শাক চাবা মুমিদাংবাইরমদা তেলঙা কোৎনবা, মুংশিংপুদি পাংখোক্লানা ঙম্মে হায়না লাওনবা, অদুবু অসিগুম্বা অসি য়ান্না পাজরম্মু ইনান্নবা অতোপ্পদা পুক্নিং তিংখোক্কনা রারী শাদোকপা ঙমদে, ঐবু চাওখৎতে হায়খিনি হায়না।

য়াচংবা মতম হেক য়োৎরক্লবদি অঙৌবীগা থারিক্কনা ফিশাবা হো-রক্লনি। পাখং কয়া অমা কোয়বা লাকই, ঐমু ময়ামদুগী মরক্তা অমা ওইরুবা কন্না অমা য়াওরিবনি। করি রারিদি শানি ইম্ফালদা সিনেমা য়েংলুসি, লং লৌবা কৈদৌঙৈ চৎকনি অসিনচিংরা। খঙদে খুঙ্গংগী অচৌকপা অসিবুদি ঐ পামদে হায়বা মুকঙম ঙম্মোই। ঐগী পুন্সি অসি মফম অসিগী মুংশিং মুংশা, লৌবুক লম্মাং, অরা-মুংঙাই, মুংশিবা-য়েরুবা কন্না মদুতনা তাশিন্দুনা শাখিবনি। কাওবা য়াদবা থোদোক অমনা ইবেতোন্না মখোয়গী ইমা শিখিবা মুনিৎ অদুনা হরায়মকোন্না থন্না হৌবা লম্পাক অদুগী চিথেক্তী কৌবুলিয়া পাম্বী মখোঙদা কপখিবদুনি। মহাক্না রাওরবা

যফেক অমা শেংলহুনা হাৎপিদ্রবা মশম অহু ফাদোক্লহুনা ফি মচা অমা ইল্লহুনা থেম্বীনবা কনা লৈহনা কপখিবহুনি। ঐনা ইবেতোন তোক্লো হায়না তুংলোমদগী মরেংজুম অহু পায়রহুনা থেম্মুবদা অমুক্কা হেন্না হিক হিক চিংহুনা কপখিবদা। পীশক পীক্লিংদগী ঐখোয় অনি শান্নমিন্ন-রকই। নুংমিদাংবাইরমগী মতমদা নুংশিংনা হুম্বা মতম চাইহুনা ঐগী তেলঙ্গা থাগৎনবা মানা চাইহুনা লৈ। মানা লৌবুক খোন্থাং য়ৈনা লাণ্ডই "নুংশিংপুদি পাংথোক্লানা ঙম্মে ঙম্মে।" খঙহৌদনা নুংশিং হেক হুম্নকই ঐনা থাগৎলকও হায়না লাণ্ডবদা মানা থাগৎলি। লৌ লোইরকপদা ঐনা পাংতা ঙা ফাবদা ইবেতোন্না মপান্দা ফমহুনা ঐবু চাইহুনা লৈখি। মৈতৈ ঙমু কাৎবদি মানা পুখিবা শোয়দ্রে। খজিং ফারকপা য়াণ্ডরবদি মানা মকোই অহু পং হেক থদৎলগা হিংনা ঐডোন্দা অমা ইনবিরকই মাস্থু অমা হেক চায়। অহুন্না চামিন্নখিবা অহু ঐ কাণ্ডবা ইঙম ঙমদে। ঐগী নুংচাইবা হায়রবদি মতম অদুনি।

নোংমা ইবেতোন্না হায়খি,— ঐখোয়নি কৈদৌঙৈ লুহোংনি? ঐ খুম্ফম খঙখিদ্রে। মানা হায়রকই,— হয়েং নংনা স্কুলদা ঙজা ওইখ্রনি, ঐনা মতমহুদা ফি শাহুনা ইমুংগী কুপ্পোম ময়াম তৌনিদনা। পাওখুমহু খুমখিদ্রে। ইবেতোনবু য়াম্না নুংশি অহুবু থম্মোয় শেংনা হায়রবদা ঐনা খ্বায়দগী কিবসে মীনা চাউখৎতে হায়খিনি হায়বসিনি। ঙসিদি ঐ খঙই, মানা হায়খিবা ময়ামসে কয়াদা চন্না নুংশিখ্রনো।

ঐবু মাদ্রাজদা পোলিটেক্নিক তম্মুনবা গোর্ভনমেণ্টকী নোমিনি ওইনা খুদোংচাবা অমা ফংবা মতমহুদা ঐনা থনখি, ঐ চাওখৎপা মরক তিল্লুগ দৌরে। ঐগী পুক্নিংদা লায়না অমা ওইনা লবায়দা পোক্লগা চাওখৎতে হায়বসি করিনো ঐগী পুক্নিংদা ঙংহুনা লৈবগুম তৌই। ইম্ফালদগী মুপী

নিপা খরা ইউনিভর্সিটিগী এম এ তমত্থনা লৈরমই। রোহিণী কৌবীত্থনা নোংমা হায়খি,— নিপা ওইরগা চুরুপ অমা ফৈনা থিংবা হৈত্তবো নিঠা-পত্তী এক্সোবিস জরদা কা মত্তপ অমা চাংবা করি নিপানো, নিপা হায়বত্থদি কোই খাক্কদবনি মরক মরক্তা ড্রিকিং তৌগদবনি। রোহিনীগী মন্ত্রদগীনি ঐনা হৌসি হৈদ্রিবা চাউখৎপগী পারা ময়াম অসে। অত্থবু থম্মোয়দদি তত্তনা হংই, চাউখৎলিবসি কদায়দনো, পাওখুমদি খঙদে ঐ। সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা ফি নিক্কা শেংপী নুপী নিপাশিংসি চাউখৎপগী খুদম্নি হায় অত্থবু কদায়দনো চাউখৎলিবরা হায়না হংলুবদা রোহিনী নংদি লরায়দা পোকপনিনা নকোক্কুনা থনবা চম্পোং নঙভনে শম্পোং লাঙ্গোন্দগী হেন্না থংডোই হেক হায়বদা ঐসু নেক খল্লি ঐনা হাংলুরিবত্থ চাউখৎপা নত্রমাল্লে।

শাড়ী য়াম্না ফজবা শেংপী, শম তেক্কা ককুপী, অকৌবা স্কার্ট শেংপী চীন্বাল লীপষ্টীক অভাংবী পুম্নমকদি উরুংগা ঐনা খল্লি মখোয়সি য়াম্না চাউখৎপী নুপীনি। তত্থনা খুঙ্গংগী ইবেমহান অত্থগা থেম্মরিবদি করিনো, ঐনা চাংদম্নরগা হেক্তে খঙনীংই মখোয়না চাউখৎলিবসি কদায়দনো? ইবেমহানগী নীত্থ হৈবা অমুবা শম চীংখী মনম নুংশিবা, তরু তরুবা মীৎ অদি, য়াম্না চপা থম্মোয়, অত্থগা অমরোমদা মখোয়শিং অসিনা অত্থনবা শম, মচু শংলেবা চীনাল, অকায়বা খুনীং অমুবু ইংলিস ব্রেং ব্রেং হাংবা ও সিদা হৈনা তাই থেম্মরিবনে। মসি শোয়দনা ওইনা য়াই চাউখৎপা।

নোংনা ঐহোয়গী ইন্‌স্টিটিয়ুটকি লাইব্রেরিয়ান কুম কুন কৌবিত্থনা ঐবু হৌরমই। মানা ঐবু হোটেল অমদা চৎসি হায়না হৌরমই। চাইনিজ রেষ্টোরা অমনি, ওর্ডর তৌখি চানব খরা। প্লেট অমদা মরী মরী শন্নবা অভোংবা প্লেট অনি চানবা পুথোরক্লমই। মানা হায়, মমিং

মুডল পোর্ক কৌই। পোর্ক হায়বদি ওক হায়বনি হায়বসি ঐ খঙই। য়ুমদনি মমিং পল্লুবদা পাবনা লীচৈনা কন্দুনা ইরুক্তহল্লদবনি অহবু, ঐ চাবা হৌরে। ঙসাইমখৈ প্রাক্তিকেল তৌরুবগী কোক চাওফিং ঙাওফিং তেবহুদা মরী মরা শম্নবা মরেং মরেং চৎপা অচাপাং অহু উবদা পুক মথক মথা ওল্লি, অহবু ঐ চাখি। মরমদি ঐনা খ্বায়দগী কিবসে ঐবু চাওখৎতে হায়খিনি হায়বননি। বিল লুপা কুহ্রামাথোই তাখি অহুগা ঐনা বিল অহু পীখি। বিল চে অহু হাপ্লকপা প্লেট অহুদা কুম কুম্না তাকপা মতুং ইন্না লুপা চংপী তমা থম্নমই। ঐগী ইমাগা পাবগদি অরাপ্প ঐগোয়গী খুঙ্গংদা ঙমুলরো য়োন্দূনা য়ুম শাবা কোয়না চৎতুনা ঐহোন্দা থাননবা কন্না শেল তাল্লমগনি। তাঞ্জসন্নু ঐনা তম্লিবদি চাউ-থংপনি অহুগা মসিদি চাউখংপা ঙাক্তনি। অহুবু ফল অমদি তাল্লি, লল্লায়দা চম্না হিংলগনা চাউথংতে হায়বনা করিগীনো।

মাদ্রাজগী তরং তরংবা মরক্তগী চৌতিক অমুক ঐগী পোকফম চৌরককমদা থিল্লরে। হেরামপাল অঙাংবা, নুমিদাংৱাইরমগী মতমদা ঙংসিংনা তম্ব মতমদা হেলঙ্গা পাইখিবা লমহাং কয়া ইংনা চীক্লা অওনবা অনভ্রা নৈরমদনা নৈরমই। এম পি এস সিনা পরিক্ষা লৌহুনা ইলেক্ট্রি-সিটি ওফিসকি এস ও য়াম্না লৌগদৌরি হায় ইমাগা পাবগনা তা-মঙ্গি এম এল এদা নহান শেল থরদি য়ৌহল্লুরে হায়, হন্দক্তি ইম্ফালদা থবক তৌনবা চান্স অমদি ফংলগনি।

ঙসাই নুংদাংৱাইরম পুখি্রচৌ মপান্দা ইবেতোন থেংনৈ। য়াম্নদি কৌনীংই, পূক্লিংগী মিহুনস্থু পিং পিং চোংবগুম তৌই, অহুবু ইকোই কোইরে। ৱারি থরা শানীংই অহু থৌনা ইফ কবা ঙমথিদ্রে। মহাক অঙাং অমা পোরহুনা সনাবুল অমা নাকন্দা য়েপলগা লম্বীদা লাকই। ঐবু উবদা মমায় অহু ঙাংশিল্লগা নোক্লগা ইকাইনা হংলকই, য়াম্না

পোংলেকো, কৈদোউদে লেঙথোরকপগে ? লেপ্লম্বা ভৌদনা মাস্থু অস্থুম চৎখিরমই। ঐদি খম্ফম খঙহৌদরে য়াম্নস্থু নীংঙমহৌনরে। ইচে লৈ-রিক লম্বীতুদা লাকই, ঐবু উবদা থাম্নতুনা ৱা কয়া হংই, অতুদগী হায়-রকই,— ইবুঙো ইবেহোনসে ঙাইখ ঙাইরম্বনিদো, নংভা হংতুনা লৈরম্ব-নিদো, হৌজিক্তি মীগী ওইখ্রদো মচা নিপা ফঙখ্রবা অমখুম ফংখ্র। স্বায় লাওই, পুক্রিংদা অস্থুক য়াম্না নিংঙমদবা করিগীনা। ঐনা হংনিংখি ইচে কনানো মাগী নিপানো, কয়াম চাউখংপা মাওইনো, অহুবু মতুগী মহুত্তা আর্থ থোক্তবা মীনোক ভমা নোকখি হি হি হি।

থম্মায়গী মৈশা, কায়না মৈচাক কয়া থাঙগদবনি চাউখৎপনা মরুনি, নত্রা ? ইম্ফালদগী মুপী অমা ঐগী হায়নরুরে, ইচেথায়না, কক্রাদগীনি পি ডবলিয়ু ডি ক্লার্ক ওই হায় য়াম্না ফৈ হায়। ঐ ইম্ফালদগী মুপীগা লুহোংগদোরে অতুবু মসি চাউখংপা হায়বতু ওইরমগদ্রা ঐ খনবা লোইদ্রি।

# ফরগী টুগী

শাইবা কল্লগা ওইনমই, নোম্বা কল্লগা ফমেন ফমই। অহল লমনশিংনা হায়নবা পাওভাক অসিগী হায়রুরবদি ঐগীস্থু, ঐগা ওইবা পুন্সিদা করি ওই-গদগে হায়বসে লাইবক্তা অমা ভস্লিবতু করিনো হায়তুনা থিতুনা পুথোক্নবা হোৎনবা ভাবনি। হোৎনবতনা ঐগী মায় পাকপা ওইগসি হায়না ঐনা খঙ্গে। শিত্রিফাওবতদি ঐ শোয়দনা হিংতুনা লৈগনি। অতুনা হিংদুনা লৈরিউে অসিদদি ঐনা মীগী নত্রগা সমাজগী করি কান্নবা ভৌবা ঙমগদগে

হায়বসিনা ঐগী রাখল অসি চনৈ নহল্লি। ঐখোয়গী ওঝা অমনা হায়,— ঐনা ঙসি ওঝা অমা ওইহনা ছাত্র ময়াম তম্বীবা ঙম্নিবসি ঐগী লাইবক ফবনি করিগুম্বা ঐনা ওঝা ওইবা ঙম্নমদহনা ভিক্ষা নিবা অমা ওইনা পোক্লম্লবদি সমাজগী কান্নবা তৌবদি লায়রবহনা সমাজগী মাঙননবা ওইরম্নগদবনি অহনা সমাজগী কান্নবা তৌবা হায়বদি নংনা অওকপা মী অমা ওইরগস্থ হেক্তা য়াব্রে। ঐস্থ য়ানিংই ওঝানা হায়রিবদো। অহুবু লৈপুং কম্বা পাখংশিংনা হেক হেক হায়নবা "শরেংস্থ থোংবা থাওস্থ থাকপা হায়বহু য়ারোই" হায়নবহু খরা চুমগদৌরিমালে। ঐগী থম্মোই শেংদোক্লা করিমত্তা লোৎপা তৌদনা হায়জগে,—

মরমদি ঐ লৈশাবীনি। তেনবা য়োকপদৌনা পোন অমগী মমুংদা উইহে রাহৈ খরা থম্বীরগা হেক্তা য়াব্রানে। সংসার অসিদা হেক পোব্রকপদা অঙাং অমদা কনামত্তা তম্বীরুদনা চাবা থকপা অহুম হৈরক্লবনি। মমাগী থোম থকপদা খোম নাম্মা খুৎনা পায়শিন্দুনা থমই মরমদি মা হিংনিংই মাগী রাত্তনবা থল্লি। ঐস্থ হিংনিংই। অহুবু হিংবা তারবদি মুংঙাইনিংই অহুগা মুংঙাইনবগী পাম্বৈদি য়ামখ্রে। হায়বদি লৈশাবী অমা ওইনা ঐস্থ নোংমা থগুখি ঐগী মরুপ পাখং অমত্তং লৈজরবদি অহুবু ঐস্থ চিলহাও থিগনবিনি হায়বা তাই। মরমদি পাখং অমনা হেক্তা য়াদে ঐগীস্থ অপাম্বা হায়বা অমা লৈ।

স্কুল কারিঙৈদগীনা, কলেজ কারক্লে অহুবু অওকপনি ফাগী ফাগীদগী ঐসি স্থম নাইত্তোমদা লেললক্লিবসি কুইরে। ইমাম্নবী ময়ামগী নোংমা নোংমগী প্রোগ্রাম, পিকনিক, সিমিত্রি, সিনেমা য়েংবা মখোয়গী মুংশিনবা মরুপ অহুগা হায়বা তারে চৎমিন্নবগী রারী তারগা শাওনিংবা অমস্থ য়াওরক্লে। ইমাম্নবী অমত্তগা চৎশিন্নবা, ভিম্নবা ফংব্রে। থঙব্রে মাইগৈ তসোমদদি ঐ য়াম্না শোখরে। ইক্লুই কুইত্রিঙৈগী রানি। কনা কনানো থরনস্থ ঐবু মুংশিনশি হায়হু। হৌরক্লবনি অহুবু ঐনা শাওবদগী অনিরক

অহুম হল্লক্লে। মখোয়হুগী মন্নুংদা ঐনা য়াম্না য়ানিংখিবা অমদি য়াওখে। বি এ পাস ভোরে হায়রে মশাম্নু য়াম্না নাল্লি ১৯৬৯ গী পাখং ওইরমাল্লে খোংগ্রাও অথুবা অমা শেংলহুনা। ঐনা খল্লি হয়েং অমুক্কুংগা হায়রক্লবদি য়ারগে অহুবু, অহুম লাকখিদ্রে ঐ অম্নুম কোসা ভাবা ভারমালে।

রাখল ময়াম অসি খল্লহুনা ঐ ফম্লিবসি কুইরে। আলিগড়গী শারবা ওমচাক্লবা মুংশা অহুগা ঐগী ফোং ফোং শারবা রাখল ময়ামসিগা পাবসিদদি ঐ চান্নবা মৈদা লৈবহু ভাইরে। কালেনদা ইউ পি গী মুংশাদি হায়নরিবনি। হেক লৈরিবা পোৎ চৈ পুম্বা অইংবা অমত্তা লৈত্রে। রিফ্রিজেরেটর মহুংগী উন মতুম ভহু ফাওবা মৈমুক শারমগদবোই খল্লি।

সরোজিনী নাইডু হোস্টেল মতোন্দা লেপ্পুনা য়েংবদা ইউনিভরসিটিগী কেম্পসকি অয়াম্বা শরুক উবা যংই। ক্লাস লোইরকপা অংরাইদা জুমা মসজিদতগী কোরান থীবা মখোল তাবদা চান্নবা পুক্লিং নুংশিবা পোকই। রষ্ট্রপতী ওইরম্বা জাকির হুসেন লৈরমই হায়বা জমাল হোল হায়বহুসিদগী লেপ্পুনা য়েংবদা থায়নগী নবাব অমগী য়ুম মাল্লি। সাইন্স ফেকটিদগী গ্যাস শুংবগী মৈথু কাবা উই। অহুগা থেলা গাড়ী ইল্লহুনা পোৎয়োনবশিংনা খরবুজা য়োল্লি, লাপ্পা য়েংবদা মাইরেন মাল্লি। ইকং কংবা লৈমায় অহুদা অশংবা নাপী চাংবা শনশিংনা তুম্বক তুম্বক লেপই। ময়ামদগী ভমুবা ফি অমনা মখোঙ ফাওবা য়োমশিনবা মুসলিম নুপী ময়াম পরেং পরেং চৎলি। শারবা মুংশা ভহু কুইনা থাংহুনা লৈররোই খনবদা পুক্লিংদা য়াম্না মুংভাইরে। হয়েং হংচিৎকি মন্নুংদা কনসেসন ভাম্নরগা ঐ য়ুমদা থোক্লনি, ইমাল্লবা ময়াম থেংনরনি, ইমা বাবা অঙাংশিং লোইনা উম্নরনি অহুবু ঐনা য়াম্না হেক উম্ননিংবদি অমা লৈরিনে, নিংশেমবুনি।

ঐগা নিংথেমগা খঙনখিবা অহু য়াম্না ঙকপা মওং অমদনি। আলিগড় মুসলিম ইউনিভরসিটীদা এম এ তম্বা অরোইবা চহি অহুদনি নোংমা ওক্তোবরগী মেঙলবা মুংশিংনা লিরি লিরি হুম্বা, থাখলম্নু হকচাংস্নু নুংঙাইবত্তনা থনবা অয়ুক অমদা বিয়ারার অমনা নিপা অমনা মৈণিপুর মচা লৈত্রা অমত্তা উম্নগে হায়রহুনা পাও লাকই হায়না পাও পিররে। মৈতৈ মুপীদি ইথম্বনি। ঐনা থুনা হোষ্টেলগী মথাদা কুমথরকল্লমই।

নিপা অমগা মুপী অমগা ঐবু ঙাইহুনা লৈরমই। ঐবু হেক উবদা নিপা অহুনা হংলকই'-- মৈতৈ মচা ওইবীরবত্রা?
ঐনা খুমই,— অহোয়।
নিপা অহুনা হায়রকই,-- মুপী অহুদা খুং থিল্লহুনা,- মহাক ঐগী ইচম্নি, দিল্লি ইউনিভরসিটিদা এম এদা মিং চল্লুরে, অহুদা ঐনা আলিগড় আগ্রা কোয়বা পুবিগে হায়হুনা পুরকপনি, ঐগীসি হোষ্টেলদা ইমান্নবা অমা লৈরে অহুনা মাগী লৈফম স্নুম থল্লকপদা সোমগী নাক্তা ঙসি নিনিদা থমজগে হায়ববু য়াম্না কায়রগত্রা?

ঐনা খুমই,- করিস্নু কায়দে ঐগী গেস্ট ওইনা ঐগা লৈমিন্নগে। মচন মুপী অহু ঐঙোন্দা শিন্নরম্নগা চৎখে নোং ঙাল্লগা ঐবু উন্নবা অমুক লাকই। অহুদগী মাগী মচন অহুনা হৌহুনা ঐখোয় অহুম বসত্তা আগ্রাদা চৎমিন্নথি। আগ্রাগী তাজমহল অহানবা উবনি তশেংনা ঐগী থম্মোয় মথুম মরাং হৌই।
মথংগী নোং ঙানবদা মচন মুপী পুরগে হায়হুনা লাক্লে। চৎলমদাইদা মানা হায়রল্লমই,- তশেংনা সোমগী লমন তোল্লে, করিগুম্বা সোম থেংনরমদ্রবদি তশেংনা ঐ য়াম্না ৱারমগনি, মতাং চাবা কান্দা লমন শিংবা ঙম্নবা শেম শাজরি। অহুগা হয়েং এম এ ওইহুনা থোরক্লগা তৌবা য়াবা যোব হায়বদি কলেজগী লেকচরর নত্রগা এম সি এসকি পাও য়েংহুনা লৈজরমগে।

ঐনা খুমই'- ঐবু থাক্সবীহুনা সোমগী ইচলবু শিন্নবীরিবহু য়াম্না নুংঙাইজে। লমন ভোনবগী রাফম করিমত্তা লৈতে ঐনা অঙম্বা মতেং পাংজবত্তনি। সোমগী ইচলগা লৈমিন্নবদা ভশেংনা ঐ য়ুমদা ইনাওশিংগা লৈমিন্নবহু নিংশিংদবা ওমদে। অহুদগী মানা হায়রকখি,- নং, মা, দা, কোয়নদনা ওাংনসি মথংদগীদি ঐ সোম' সোম হায়হুনা কুইনা হায়বা হৈ-নদে!

ঐনা খুমই,- ঐসু মহুমক পামই। অদো, নংবু করি ভৌরিবগে অহুগা কদায়রাইদগীনো?

মানা খুমলই,—ইহে ঙরাং ইন্ট্রোডুস ভৌরমত্রমালে, ঐগী মিং নিংথেম কৌজে এলাংবম লৈকাইদগীনি হৌজিক হৌজিক ইম্ফালদা লো তমজরি ফাইনেল ইয়ারনি। ঐগী থম্মোয়দা মুমিৎ অহুদগী নিংথেমগী শক্তম কাওবা য়াদনা লৈহৌরে। মুমিৎ নিনিংনি মাগা খঙনরুবা। করম্বা মথলগী রিলেসননো ঐ খঙবা ওমদ্রে। মাগী মংং মতৌ রাঙাং শাঙাং পূম্বা ঐবু নুংঙাইহল্লি। নহানমথৈ ঐগী মরুপ অমত্তা লৈভবহুদা ঈশ্বর-না পীবা ওইরমগদ্রা অহুবু ঐনা নুংশি হায়না করম হায়না মতোন্দা চিঠী- থানি।

থা মথায় অমগী মন্নুংদা মাগী চিঠি থুংলরে।

থুনা ফাক্তোক্তুনা পারমই।

অস্নুম্না ইরমই,-

Dear friend.

ঙসি নিংথিরবা অয়ুক অসে নুংশিংবা সিরি সিরি হুম্নহুনা পুক্লিং অশি ইরাঙ লাঙহল্লি। ঐ ইম্ফাল য়োরে। নিংথমথাগী ইল্লাং নং-দি ফংলম্লোই থম্নুবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইহে। নোংমদি ঐনা ইচল পুহুনা লাকপদা ঈশ্বরনা নংবু খঙনহনবীবনি দমক্তা ঐনা ঈশ্বরবু থাগৎসি। করি-সু হায়নিংঙাই লৈতে। হয়েং নংনা ইম্ফালদা থোরক্লগা অমুক্তা চাক কৌজগে হায়দবু য়াম্না রাবৌরদ্র।? অহুগা ইম্ফাল থোরক্লদবা মতম অহু

হায়বীরকউ ঐ ঙাইজরমগে গাড়ী থাফমদা নংনা গাড়ীদগী হেক কুমথ-রকপগা ঐনা নংবু শোয়দনা ওক্নুনা লৈরমগনি।

নংগী
নিংথেম

ঐ তশেংমা মুংঙাইবনা লোয়রে। ঐনস্মু চিঠি কয়া অমস্মু হনখ্রবনি। অদুগী মথং মাস্মু উকিল ওইবা হৌরে কাস্মু হায়খ্রবনি। ঐনা চিঠি অমদা ঐগী অনৌবা পুন্সিগী মরুপ অমা ফংলে হায়না ঐগী মরুপ শান্তী-দা ইরুবদা মানা লক্ষরকই চিঠীদা, হৌদোং তুমিন লৈবনা চকু ওমই হায়বত্নি হায়দুনা। শান্তীনা নিংথেমবু হায়না মশক থওই হায়রকই। মরমদি শান্তী থাগেম পল্লিদগীনি নিংথেমথোয়গদি নকরে। শান্তীনা চিঠী ইবা খুদিংগী নিংথেমগী বা য়াওরকই অদুগা মসিমগা হেক হেক হায়-রকই মদুদি নিংথেম য়ায়া মরম ওকপা নিপানি মানা কুপ্না য়েংশিল্লি হায়। ঐনা থা অমা মুক্কী মমাংদা চিঠি অমদা ঐ থোরকুবা তারিক হায়খ্র-বনি অদুবু কৈদৌরবনো থওদে মাদি চিঠি অমত্তা থারকথিদবা থা অহুম মুক ফারে।

ফরে, ঙসিদি ঐস্মু ইম্ফাল থোক্লগনি। নিংথেমগীদমক্তা ফরগী টুপী অমা লৈরে অঙাংশিংগী খোংউপ থরগা অদুগা ঐথোয়গা তম্মিন্নবা ইম্ফালগী ছাত্র ময়ামগা লোয়ননা আসাম মেল তোংদুনা ইম্ফাল থোরকপা হৌ-রে। ঐনা য়ুমদা থোরকনি হায়বা মুম্মিং অদুদগী নিনি চোম্থরে। গাড়ী থাফমদা মী ওক্লমগত্রা ওক্লম্লোইত্রা থওদে থন্না থন্না এম এস টীগী গাড়ী তোংই। ওরাং অহিং তুমশিং ফারক্কবনে অদুগা ডিমাপুর লম্বেল থেক্কোই থেক্কোই শেম্বাং পাইবী লাম্থোরকপা অদুরাইদা ওনিং-বনা থাঙবা ওমদ্রে অদুগা কোকস্মু হায়নিংঙাই লৈতনা ঙাওরে। অদু-গা অম্মীদস্মু গাড়ী বেরা তৌবনিনা য়ুমস্মু থেঙনা য়ৌদৌরি।

ইম্ফাল য়ৌবদা পুং ৮ তারে হেক কুমথবগা কোয়য়েং য়েংই কনামত্তা ওক্লমদ্রে। ইমান্নবা ছাত্র ময়ামা ঐগী পোৎ চৈ লোইনা

থাংথবিরে। ফিক্সা অমত্তা য়েংগে তৌরিডেদা খঙহৌদনা ৱা ঙাংবা তারক্লমই,— রিক্সাকা লোয়না লৈরে ঐ ঙসি নিনি হৃম্নিসি নংবু ঙাই-রম্নিবনি।

য়েংথোকহিবদা অঙকপনি, নিংথেম ওইরম্লে। য়াম্না মম্নাং কংলম্লে। মশমস্থু ইফা ফারে। মানা রিক্সো ৱালা অত্থুদা পোৎ থাক্সংহল্লম্নগা ঐবু ভোংথৎনবা হায়রমই অত্থুদগী মানা সাইকল অমা থৌরত্থুনা ঐগী ইনাক্তা চৎলি। মরূপ মপাংশিং লোইনা কায়নরম্লে। মথোয়না খিনগনি হায়-বনি অত্থুবু ঐগী মী য়াওরে হায়বদগী লৈহৌরে।

চৎনা চৎনা নিংথেম্না ৱা পংভাংদা ঙাংই— য়েংও, ঐনা নং ঙাই-বসিদি ৱাবনা লোইরে, ঐনা হায়নিংবা য়ামইনে অত্থুবু মতমদি ভেল্লি Art is long and time is fleeting হায়বত্থু নিংশিংব্রা? ঐ উকিল ওইরে, নহান জিরিবামদা কেস অমা লেপ্পা চৎপি পুক্লিগী ven-ture হায়বত্থুনি অসঃ মত্থুদা গাড়ী এক্সিদেন্ট তৌত্থুনা ইমাইপেম্মা ঐ য়াম্না বন্না নারুরে, নংগী চিঠী লোইনা ফংই অত্থুবু পাওখুম হনবা ঙম-দ্রে, ৱাদবা ঙমদে। নংনা তেক্তা কায়দনা হল্লকপতা নীংত্থুনা লৈরম্ব-নি। ঐনা হাই,— এক্সিডেন্ট তৌবগী পাও তাক্লক্কবা করিগীনো? ফরে, থীনা শোকহৌদ্রিবসে।

য়ুম য়োশিল্লকদৌরে।

ঐনা হংলমই,— নথোয়গী নচন মুপীগী পরিক্ষা কয়াম ৱাৎলি হায়?

মানা খুম্নকই,— খঙদে, ঐ মাগী পাও তাদবা কুইরে ঐ য়ুমদা লৈ-তবা কুইরে।

ঐনা হংই,— থৎনরিব্রা? অত্থু ওইরবদি কদায়দা লৈ?

মা খুম্নক্তে। ঙাইহাক্ক থল্লগা হায়রকই'— ঐনা তাক্নুনা নং খঙলোই অত্থুবু ঐ নঙগা উম্নদবা য়াদে। নংনা ঐগী য়ুমদা থিরক্লবস্থু ফংগোই। ওত্থুনা হয়েং পুং ওগী অত্থুবাইদা ঐ এলাংবম লৈকাইগী মায়োকফা

মনাক্কী কেসি পাম্বী অনি অহুগী মরক্তা ভাইরমগে নং শোয়দনা লাকউ। ঐনা অমুক হংই,— অহুবু নংবু য়ুমদা লৈত্রিবা করিগীনো? রিক্সো অহ্ ঐখোয়গী কোম্হোংদা হাইজিল্লমই। ঐনা মঙোন্দা হায়রমই,— হয়েং নংগা উম্নবহুদা পিগে আ উপু মখাদা হাপখে, ঐনা নংগী ফরগী টুপি অমা লৈরকই।

মাদি কোম্হোংদা সাইকল পায়রহুনা লেপহৌই: ঐনা থোড থীন্দুনা কৌবদগী ময়াম হৌগৎনরক্কুনা ইরাং লাংই। বাবানা কনানা থিল্লকই হায়না হংলকই।- ঐনা ঐখোয়গী মরুপ অমনা থিল্লকই কোম্হোংদা লেপ-হৌই হায়বদগী বাবানা কৌশিল্লকউ হায়হুনা থোক্কুনা য়েংবদদি লৈরম-দ্রে। ভাইবা ৱারহুনা চৎথ্রমালে অহুবু তাক্লম্বদি য়াইদনা। মথংগী মু-মিত্তা ঐনা মুংথিল পুং অনিমুক ভাবদা শান্তী খোয়গীদা চৎলে ভরাং নিংথেম্না হায়রা মতুং ইন্না এলাংবম লৈকাইগী কেলি মখোঙদা মানা ভাইরমগনি ঐনা মঙোন্দা ফরগী টুপী অসি পিননবা পুরক্লমই। শান্তীনা ঐ হেক উবনা চেম্বারক্লমই হংলকই,— কৈদৌঙৈ লাকই !
ঐনা খুৎই,— ভরাং। অহুদগী মখা ভারমই,— শান্তী ভরাং ঐনা হল্ল-কপদা নিংথেম্না ভক্লমই পুং ৮ হেল্লে য়ুম ফাওবা থিনবীরমই। মাদি ময়ুমদা লৈত্রেস্ হায়। মশম্না ফারিবা ময়াংনা কংইবা। ভসি পুং ৩ দা এলাংবম লৈকাইগী কেলি মখোঙদা ভাইরমগে হায়রকই। নংসু লোইশিন্নু সুম চৎলুসি, য়াত্রা?

শান্তিনা শকফম হঞ্জিল্লগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংহুনা হায়রকই,— নংবু ঐনা রা অমা হায়গে খল্লম্বনি। চিঠীদা ইরক্লম্বসু রাবনি অহুবু নঙোন্দা অকায়বা অমা লাক্লগদ্রা হায়হুনা হায়দবনি তপথৌ ফিংগৎকনু ঐ পাও অমা হায়গে।
ঐনা হংলমই,— কৈনো?
শান্তিনা হায়রক্লমই'— নিংথেমদি জিরিবামদা কেশ লেপ্পা চৎপদা

বস এক্সিডেন্ট থোক্নুনা লৈখিদ্রে। নংনা হায়রিবা এলাংবম লৈকাইগী কেলি মখোঙ অতুদা মা পোলোইখি।

ঐ রান্থংগদৌরে। পুরিং ফাক্তিংশ্লবগা ঐ শাস্ত্রী খোয়গীদগী থোবক্লে। ফবগী টুপী অতু লৌথোক্নুনা য়েংই, মপু লৈত্রেকো খনবদা পিতাবক্কে তৌই। কবিগীনো মুমিৎ নিনিভা খঙনকবা মাগা কায়নবদা অশ্লুক য়াম্না রারিবসে।

ফরগী টুপী অতু সাইকলগী বাসকেটতা হাপচিল্লে। কেলি মখোঙ তম্না লাক্লমই। পূং ৩ তাবে কেলি পাম্বীতু রাংবা তান্নবিবনি হায়বগী মৎদা খম্ব্রাংননা লেপ্লি য়েংশিনগদবা ফাওবা কিবমই। ময়াম লাওনবা অমা তাবকই য়ে য়ে য়ে য়েংও য়েংও লাকখ্রে, উমাইবা অমনা পাইথরক্নুনা ঐগী সাইকল বাসকেতগী ফবগী টুপী অতু চেন্দুনা পাইখ্রে। ম্যাদি শত্রুমচেং ওইরবোই নিংলমালে। মতুদি ঐগী মপু লৈত্রবা ফবগী টুপিনি, ঐগী থরায়নি।

## মপু লৈত্রবা য়ুম

ফুক হৌগৎতুনা থোং হাংদোক্লমই। ঐগী মরূপ অসি য়াম্না কন্না তূমথখিবদা ভায়বি। ঐস্লু কন্না তূমথকরমালে।

মপান্দা থাবল মুশি মুশি কৈ। মপানগী স্লুমাঙ মতোন্দা খোয়রপ তৌবা য়ুবী পাম্বী অতুগী মখোঙদা মুপী অমা লেপ্নুনা লৈ। ঐ গীসিবু মঙলানে খড়িদা য়েংই পূং অনি নোংয়ায় মতুংনি। মসিদি ভকপদা খম চেংইনা। ঐদি ভসি মরি মঙানি কোরবা ওইনা বেঙ্গালোরদা লাকপনি ঐ চঙক্লে।

নুপী অতুনা কানাৱা মৱোন্দা ৱা ঙাংবা হোৌরবই। ঐনা ইংলিসনা ঙাংঊ ঐ কানাৱা থঙদে হায়বদগী নুপীচুনা হায়রকই,— ঙসাই ঐনা লাল বাগত ফমচুনা লৈবিরেদা নংনা ঐঙোন্দা য়েংলম্বচুদা, ঐগী মতৌ তচুদা নং য়াম্না ঙক্লমগনি হায়রে, ঐ ভাব তারে। ঙসাই ঐগা মরূপ অসিগা লাল বাগতা বোয়বা চৎপদা নুপীসি ঐ উখে। বোটানিকেল গার্দেনগী মনীংদা লালবাগতা নুঙৈগী চীংচুম মচা অমা লৈ। মচুগী মথক্তা মন্দির মচা অমা লৈ। মচু য়েংবা ওইনা ঐনা কাথৎলুবদা মনিংদা তকুৎপা ঈশিং তুংবা পাং মচা মানবা অমা লৈ মচুগী মপান্দা নুপী অমা ফমচুনা ঈশিং অত্থ মথুৎনা লুপশিন্দুনা লৈ। নাক য়েং অচু ইশেম শেম্বিদবগী মওংদা য়াম্না ইংশাঙ শোঙলে। ঐনা তপ্না তপ্না চঙশিন্নগা নুপী অচু মমায়দদি অমুক্তা য়েংগ হায়চুনা হৌরুবদা থংম্নেং য়েংলকখি। তশেংনা [illegible]কহেনবীনি থংবা তশংবা মচুগী শাড়ী অমা শেংলি কুচু ঙৌই য়াম্না ঙকপদি মা কন্নিমানে। ঐবু মরম হংফম থোকপ্রা, নত্রগা ঐগী [illegible] নত্রবরা ঐ খঙ্গানরিঙৈ সিদা নুপী অচু ইউকেলিপটস পাম্বীগী উমং তচুগী মতুংদা তপ্না তপ্না চঙখে, ইকাইরমানে। ঐবু য়াম্না তেন্না ঙকহনবদি হৌজিক নোংয়াম্ম মতুংদা থোঙ থীল্লরিবী নুপী অসি ঙসাইগী নুপী অচুনি। ঐগীসিবু মঙকাদি নত্রেকো। নত্রগা মসিবু ওক্তবী নুপীকা হায়বচুরানে!

নুপী অচুনা হায়রকই,— নং ঙসাই ঐনা কপ্পচুগী মরম থঙনীংবরা, নং ঐগী ইতেং অমত্তা পাংবিগেরা?

ঐনা হংই,— করিগীনো?

মানা হায়রকই,— পাংবিগে হায়রবদি ফি শেৎচিনবিরকউ ঐ সিদা ঙাইগে। ঐবু চংফম থোকপ্রানে, মহাকসিবু কনানো, মানা পাম্নিবা মতেংনা করিনো, ৱাহং মথং মথং কোক্তা লাকই। হেৱা নিপামচানি করিনোত্তদি ময়েংলগে। কাদা চঙলগা থোঙগ্রাও অমা শেৎচিন্নে জসি অমা লীং-

শিল্লে থাও মচা অমা য়েপশিল্লে মপাল থোরক্লমই। ঐগী মরুপসি তূম্নি, তূমজরসম্ন, থোঙ তন্থ তপ্না মপান্দগী ডাশিল্লে। নূপী অতুনা হায়রকই,— ঐনা পাম্বা মংেদি চৎনা চৎনা হায়গে ঐবু য়ুম ফাওবদা খিনবীয়ু। ঐনা হংই,— য়ুম কয়াম লাপই?

মানা হায়রকই,— লাল বাগ মনিংদনি।

থোঙাল হেক কাম্থোকপগা শাগোল গাড়ী অমা লৈরমই। মানা হায়-রকই,— ঐ সিদা তোংলকপনি পুম্না তোংখ্রসি। ঐখোয় অনি শগোল গাড়ী অতুদা তোংখৎলে। গাড়ী তাম্থা নাইনা কোক কোক কোক কোক চৎপা হৌখ্রে। অিংগী তথেংবতুদা কনামত্তা লম্বীদা চৎতে। মার-করি লেম্প ফুয়ুম পরেং পবেং ডাল্লি তিল কাও ময়াম্না থাংমৈ ময়ামতু ওমশিল্লি। শাগোল গাড়ীগী চেকশমগী শরিক ক্রিং ক্রিং ক্রিং লাওনা নুংশিবা মখোল থোকহল্লি। অিকপা অতু থুগাইনা নূপীতুনা হায়রবই,— ঐগা ইপুরোইবগা কায়নবা কুইরে, নংনা থবক চিল্লবনি হয়েংমক চত্তুনা ঐনা উন্নবা পামই হায়না হায়বিতুনা ঐখোয় অনি কায়নবসি অমুক্তা উন্নহনবিয়ু। করিনো ঙসি শৌরিবক্সিবা মসিবু তাইবঙদা থোকপা য়'বা হায়ানে, ডরাংতা লাকপা ঐনা সুকখঙ খঙনদবা মতৈ মনাও অমবু উন্ন-হনবা। ঐনা হংই,— করম হায়না কাযনশিবনো? নূপী অতু হন্দবমুক্তি চিক হিক চিংতুনা কপথোরক্লে। ঐ তৌফম খঙদ্রে। য়াম্না রানা থেমতুনা ঐনা অমুক্তা হংই।

মানা হায়বকই,— ঐখোয় তংগী অডাং অমত্তা পোক্কে। মসিনা মরম ওইতুনা ঐখোয় অনি ইনুং নুংঙাইনদ্রে। নোংমা মাগা ঐগা লাল বাগতা কোহবা লাকখি। বোটানিকেল গার্ডেন মনাক্তা ঐবু ফমহল্লমগা মানা অচাপোৎ লৈরুনি হায়না থোকখ্রগা হল্লকপা কৌবা লৈখিদে। নূমিদাংৱাইরম ঐনা লাকমল্লেদা হায়না য়েংগে ডৌরুবদা নিপা অনি অহুমখক লম্বী অদোমদা লাবখি: মা লাক্লমালে হায়ুনু কৌরুবদা

মা নংলমজ্রে। ঐবু খঙহৌদনা মখোয় অনি অহুমত্নুনা ফারমই। ঐনা নাম্বোক্ববা মখোয়দগী পাং অত্নুগী ঈশিংদা চোংথখি।

সি হায়রগা মানা ঐগী য়ুম য়ৌরক্লে হায়না কুমথখে। ঐনা নংগী মিং হায়রকউ হায়না হায়বদা কিশোরি কৌই মাগী নিপাত্নুগী এড্রেস অত্নুস্থ পীরমই বালকৃষ্ণণ আয়র ব্লোক-২ মালেশ্বরম সার্কল, ডোর নম্বর ২৪৭।

নুপী অত্নু লাল বাগকি গেট অত্নু হাংদোক্নুনা হন্না য়েংলমদনা প্রপ প্রপ চঙখিরমই কয়াদা ঙকখ্রবনো? পুং ৩ মখায় তারে। শগোল গাড়ী অত্নুনা ঐবু খিল্লকপদা পুং ৪ হেল্লে নুপী অত্নুনা মা লাকপা খোংপগী ভাড়া অমত্তা পীরমদে। ঐনা অহুম পীরে। খোঙজিন্দা ঐগী মরুপ্তু লেপ্তুনা লৈরমই। ঐ উবদা য়াম্না চিংনবা মীংয়েংনা য়েংত্নুনা হংই— কদায়দা চৎলুই।
ঐনা ব্বারী অত্নু লীবদা মানা থাজবা কৌবদা লৈত্রে, হায়রকই,— অমুক কুইনা ঐনা লৈরকপদা নোংমত্তা থোকখিদে। মানা অমুকস্থ হংলকই,— ঐ হৌদোরকপদি কৈদৌই, অঙাওবীত্নুম ওইরমগনি। মথংগী নুমিংত্তা নুমিদাংদা নিপা অত্নু খিবা চৎলমই। মীঙোন্দা ইহং হংদনা ওটোরিস্নো ড্রাইভর অত্নুনা তাক্লমই। য়ুম অত্নু হায়ফেৎ ময়ায় ওইনা ইনাক খুনবা মী অমগী য়ুম মাল্লি। শেম্বীত্রবা লৈকোল অমা লৈরি। সনারৈ থরা শাংলি অতৈদি ব্বাংলবা নাপী ঙাক্তনি। গেট অত্নুস্থ খোংবা নাম্মা ত্তেক্লে। তপ্না তপ্না চঙশিল্লমই। থংনবদা লৈবা য়ুম কয়াদি থাংমৈ মঙাম্না য়াম্না ঙাল্লি। মী অমত্তা লৈত্তবা ত্তাংলা। ও মাঙ্গোন্দা আরাম চৌক্রি অমদা ফিঙৌ শেংপা নিপা অমা ফম্লি মকোই চোমই। ঐনা তপ্না চঙশিব্বদা নিপা অত্নুনা ইংলিসনা হংলকই,— কব্বি হায়গে? ঐনা হংব্বদা মহাক অত্নুমক্তু ওইরম্লে বালকৃষ্ণণ হায়বা নিপাদো। ঐনা ঙরাগী, মাগী মুপীনা ঐ উন্নবা লাকখিবা ব্বারী অত্নু শারত্নুনা মুপী অত্নুনা

পাম্বিবা মখোয় অনি অমুক উন্নবা হায়বগী মভাংদু হৌদোকপদা হায়-রকই,—অ.দাম কদায়দনো অমা ভায়োম্নরে,— ঐগী কিশোরিদি শিখিবা কুইবে।

ঐনা হংই,— বরি!-

মানা হায়— হোয়! ঐগী ইরাল ভাক্তনি ঐ য়াম্না নীংঙমদে নোংমা মাবু ঐনা লান খাগ তা হুন্দোক্লমই।ঐখোয়গী অঙাং অমত্তা লৈতে। ঐ নুপী অমগা লুহোংগে লেপখি। নুমিৎ অত্তুগী নোংঙানবদা মাগী অশিবা হকচাং লাল বাগকি লেক্তা ভাওদ্না লৈরমই। নিপা অদু কপ্লক্লে।

ইসঃ মঙদা থোক্তদবা ভাক্তা! ঐনা হায়— ঙবাং ঐ.া মাবু শগোল গাড়ী ভোংদুনা লাল বাগতা থিল্লমইবদুবু শিখ্রববানে? মানা মখা ভারকই,— যবে, অদুদগী ঐ অতোপ্পা অমগা লুহোংখি মত্তুগী মতুংদা ঐ টি বিনা নারকপদগী ঐগী অকোনবগী নুপী অদু ঐবু থাদোক্লুনা চংখ্রে। ঐ য়াম্না নীংঙমখিদ্রে ঐ কিশোবিগী মফমদা য়াম্না লানখ্রে। নিপা অদুনা হায়ববই,— মানা ঐগা উন্নবা পামই হায় হায়বা, ঐ হৌজিক-মক চৎলগে হায়দুনা কুক হৌগৎলগা থোক্তাল্লোমদা পপ প্রেপ থোকখ্রে।

ঐনা মিষ্টর বালকৃষ্ণন অমুক্তা ভাইখো হায়না থাম্না থাম্না উখিদ্রে। গেটতা থোক্লগা ঐনা খল্লি,— মসিবু করি হায়বত্তনো। পাখোঙ চনব-দোনা,— ঐগী নুপী শিখ্রেস্নু হায়, অদুগা ঐমাগা উন্নবা চংলে হায়দু-না অমুক চৎখিবসে।

চৎলগে হায়না লম্বীচৎপা হৌরকপদা থংনবগী য়ুমদগী নিপা অমা থো-রক্লমই। ঐ উবদা হংই,— কদায়দগী করি মরমগী য়ুমদুদা চঙ্লুবনো? নিপা অদু ভদ্রলোক অমগুম উই ঐনা বারি পূম্বা লোইনা লীরমই। নিপা অদুনা শোনখি,— ও হন্দক্তা নংগী পালি ভারবা।

ঐনা হংই,—ঐ ভাব ভাবা ঙমদ্রে।

নিপাদুনা হংই-- নংনা ঙসি লাকখ্রিবা ভাসিগুম্বা নিপা ৩ শুরে লাকখ্রিবা।

হায়বদি— ঐনা হৎই।

মানা হায়রকই,— হায়বদি, বালকৃষ্ণনগী নুপীগী পাও পুথনা মাবু উন্নবা লাকখিবা মীশিংগী য়ানি।

মানা হায়— অদুবু বালকৃষ্ণননসি লৈখিদবা কুইরে মাগী মচা মগু অমত্তা মাগী লৈতে য়ুম অসে মপু লৈত্রবা য়ুমনি।

# খুজি উপাপ্রি।

মপান্দা কনানো ডমা কৌমালে।

ঐ না থাজংতুনা তারমই। হংলমই,— কনানো?

—ঐনি তামো।

—ও থেলেন নত্রা?

থেলেন মরম ওরুপা অভাংনি। চহি-গী ইনথললকপা ওইনা তৌবগা মাগী অনৌবা থওনিংবা অসিগনা ডাইহাক্তা পোথাজদ্রবা অভাংনি। মরক মরক্তা ঐনা পিক্লিক, আউটিং চৎপদা ঐগী তুং ইন্দুনা লৈবনি। ঐগী পুন্সিগী থোকখিবা অরা মুংডাই এক.পরিয়েন্স কয়া তাবা য়াম্না পাম্বা অভাংনি। মা লাকপা খুদিংগী বারী অমমমদি লীদবা য়াত্রে। অদুগা বারি অদুসু ঐনা থেংনরুকপা থোকখিবা ডাক্তা।

ঐনা হংই,— থেলেন কবি মুংডাইবা পাও লৈ?

মানা খুমকই,— পাও হায়রবু তামো খোইদোকপা লৈতে অদুবু হন্দক নিংথমথা থরা চওলকপসিদা মণিপুরগী চাংলোন মাপনগী লমদম অসি থোওনা অমুক্তা কোইকসি হোগে লাক্লিবনিনে।

ঐনা খুমই,— য়াম্না ফবা য়ানিনে।

মানা হায়রকই,— তামো, তামোগী থায়নগী একপিরিয়েন্স ময়াম অদুগা লোয়ননা অনৌবা এডভেনচর কয়া চৎলগা পুন্না ঐ লাইরিক অমত্তা ফোংগে। মথংগী চহিগী লাইরিক ফোঙবগী গ্রান্ট ফংনবা হোৎনগে। মথা শমথরকই,— তামো ফনা য়ায়েনে রারি ময়ামসে কৌক্র কাবগী, উখ্‌ল চীংজারোই খোঙনা চৎপগী, তোংজৈ মরিলদগী কাছার চৎপগী, ইশোক চীং কাবগী, অসিদা নত্তনা তামোনা আসামদা আসামগী ট্রাইব ময়াম অমা ষ্টডি তৌবগী থৌরম পায়খৎলুবগী অনৌবা রারী, লমখাং-দা কৈ শমুগণ্ডা থেংনবগী রারী, তামোগা লমকোয়বদা ডাকু থেংন-দুনা ফুন চৈনথিবগী রারী অশেংনা তামো এডভেনচররস ষ্টোরি অমা ঐনা মণিপুরগী ওইনা অহানবা ফোঙবা তারে।

ঐস্নু খুন্নমই,— হোয় ফরে, ঐস্নু ইনাও রাইটর কমপাইলর অমা ফংজ-রবনিনা ঐগী পুন্সিগী রারী ফোঙবিগদৌরেদনা।

খেলেন্না য়াম্না সিরিয়স ওইনা হাররকই,— তামো ফাগী নত্তে, হন্দক ঐখোয়গী এসোসিয়েসনগী চেফোঙ অদুগী সোর্ট ষ্টোরী অমা ঐবু হাপ্ত-বা য়াদে হায়রি, তামোগী লাইফতা থোকখিবা সোর্ট ষ্টোরী ওইনা ইথোকপদা মীনা পানিংগদবা মতাং অমত্তা লৌরকউ, অকন অথোগী মতাংবু ওইরবস্নু, হাৎন শুনবা ওইরবস্নু অদুবু ঐনা খ্বায়দগী পামজবদি মুপীকা কায়নথিবগী মতাং অমত্তা তৌবীরকউ। ঐ রারী অদু খঙনিং-নিঙশিংলক্লে। ইচম চম্না থন্দোক্লুরবা থৌওইক্রুদ্রবা পুন্সিগী তাঙ্কক অমনা ঐবু ইতৎ অত্তনা শাস্তী পীরৈ, ঙসিস্নু পীরি, অস্নুম পীথিদৌরি শিদ্রি-ঘাওবা। লানথ্রবা মীৎকুপ অদুনা ঐবু চুমথোক্লবগী তাঙ্গা পীদনঃ মুংশি-হৈতনা ঐবু থঞ্জিনহল্লি, কোক অসি ঙাওহল্লি। ওঃ ঐনা অদুক লায়না থল্লুরগা মানদি চান্নদা কাওরমদ্রবা।

ঐনা হাররমই,— ফরে, অদুদি রারি অমা অমুক তারো অদুগা তাদ্রিত্তৈগী মমাংদা ঐনা হায়গদবদি মুন্সিদা কনাগুম্বা অমত্তগা এটাচমেন্ট

অমত্তা থমদনবা হোৎনৌ। অসিগুম্বা অফা অপুন কয়ানা নংগী পূন্সিদা মাংনবা তৌরকপা য়াই। ইপা ইমা ইচিল ইনাও শিবদা কপ্লিংলিব-সি এটাচমেন্টনি। করিগুম্বা হেক পোকপদগী ঐসি অরাপ্পা লম অমদা য়োকখ্রগা ঐগী ইমা ইপা কনানো থঙহন্দ্রবদি ইমা ইপা অশেংবতু শিবদা ঐ করিমত্তা মুংঙাইতবা পোক্লোই নত্রা? ফরে ঐগী ৱারী হৌরগে।

কলিকাতাগী প্রেসিডেন্সি কলেজদা তম্লিঙৈগী ৱারিনি। ইন্থংলকপা মতমনি। কলেজগী ছুটি শাংনা হেক লৈবগা ঐগী হৈনবী লমকোয়বনি। মতমতুদা ময়াম্না ঐগী ইমিং লমকোয়গল্লি হায়তুনা টুরিষ্ট হায়না খো-ল্লি। ঘাজীপুরদগী রামশঙ্কর কৌবা লাইরিক য়াম্না ফবা নিপা অমগা ঐগা মরুপ শান্নৈ। মানা নোংমা এভোন্দা হৌদোরকই,— মিষ্টর সিং বিহারগী গওক মেলা তৌরি গওক তুরেন তোর্ব্বান্দা তৌবা অচৌবা মেলা অমনি মশক ফজবী লৈশাবী য়াম্না লাকই হায়নৈ চৎলুসি নং ৱাত্রা? ঐসু মেলা অতু য়েংনিংতুনা য়ারমই। মথংগী মুমিত্তা ঐখোয় অনি ট্রেন তোংলতুংগা মেলা য়েংবা চৎলমই। পাটনা ষ্টেশনদা ঐখোয় অনি কুমথরে। হেক কুমথবগা কুলি ময়াম অমা চঙলক্লুনা মেলা মফম তান্না থিলহনগে হায়ররে অসুম্না য়াম্না ৱাদনা মেলা মফম অতু য়ৌরমই।

তুরেল অচৌবা অমগী তোর্ব্বাল্লি। টেন্ট মচা মচা ময়াম মশিং থিঙমদনা লৈরি। লাপ্পা উবদা এন সি সি কেম্প তাবা মাল্লি। মাইকসু য়াম্না খোংলমই। অরং অরংবা শাড়ী শেৎপী মশক মতৌ ফজথ্রবী লৈশাবীতনা পিক থল্লি। মাইগৈ মাইগৈদা হোটেল তৌবা কাংবু কাংবু। শা য়োনবা কাংবু কাংবু। ময়ায়দনা ময়াম ক্লগোইশারী, লাওথোংলি, হরাও তয়াল্লি। মথং মথং মেলা অতু অসুম য়েংলকই মমৈ মকোক অমত্তা থঙত্রে। থঙহৌদনা নিপা অমনা ঐগী খুৎ তাপ পায়রকই। অমোংপা ফৈ-জোম অমা কৌনা শেৎলি। ফুরিৎ লিংতে। ঐবু মাগী ষ্টোল য়েংলনথা হায়-

ৱকই। ঐখোয় অনি মাগী মতুং ইল্লমই। ষ্টোল অতুদা খুজী উপ্নি তৌরমই। মুও অঙাংবা থৱা পরেং শানা থম্নি। খুজী অতু লুপা তৱাগী অহুম তৌই। ঐনা হংলমই উপ্না ঙম্নবদি করি পীনি। নিপা অতুনা ষ্টোল অতুগী মচি অমদা লেপ্তুনা লৈৱিবা লৈশাবী অমদা খুৎ থিল্লতুনা হায়ৱকই,— হেক উপ্না ঙম্বদা লৈশাবী অতু মনা ওইনা ফংনি। ঐ চময়বদা নত্তনা ইপঙ পঙশিল্লক্লে। খুজী উপ্নিগী মনা লৈশাবী ওইনা ফংবা তাৱবা। অতুবু ঐ য়ায়া খঙনিংলক্লে। লুপা তৱা পুথোক্তুনা ঐ খুজী উপ্নি য়াওরমই খুজী অনি অমনা ঐগী মরুপ অতুনা হুল্লি অতুবু অমত্তা উঙ্কা ঙমদ্রে। খুজী অমতু শৎ লংবদা মুও অঙাংবা অমদা উপ্লম্মি। নিপা অতুনা নুপী অতু কৌখোরক্তুনা ঐঙোন্দা পুখ্রা হায়না হায়ৱকই। নুপী অতুনা ঐবু কুম্হতুনা খুক্লমগা ঐগী ইনাক্তা চঙলকই। ঐ তৌফম অমত্তা খঙদে। নুপী অতুনা মাগী লৈ মচুগী পাৱবা শাড়ী অতুনা মকোক কুপশিল্লতুনা ঐবু মাগী মপুরোইবনি হায়ৱকই। হুমিং অতু পাথং ওইবগী মুংঙাইথোকপা হৌনবমথৈ মুংঙাইথোক্লৱগা ঐনা ৱামশঙ্করদা কমদৌশিংগে হংবদা মানা শাওনা হায়ৱকই,— অসিগুম্বা নুপী অমা কলেজদা পুশিন্দুনা চঙগদ্রা উপায় লৈতে মপাগী মনাক্তা থনমঙ। ভাড়াগী য়ুম অমদা নুপী অতুগা ঐগা অহিং অমা লৈমিন্নৱে। মাগী মমিং শশী কৌই হায়। নোংঙাল্লগা ঐ নুপী অতুগা কায়নৱম্লগা কলেজ তম্না লাক্লে। চৎলমদাইদা মানা ঐগী বেগতগী ঝোটো অতু লৌহৌৱগা হায়,— নঙ নোংমা ঐ লৌবা লাকথো ঐ নঙ লাক্তি-ফাওবা ঙাইৱমগে। ঐসু হোয় হায়ৱম্লগা কায়নখ্রে। অতুদগী শশীগী বাসে অদুম কাওখ্রে। মাগী শাড়ী অতু থজিক্কং চিংখৎলগা ঐনা চৎথিবা। অতু য়েংতুনা অতুম লৈহৌই।

নোংমা মুঙ্গেরদা চহি মঙামুক্তী মতুংদা ইউনিভরসিটীদগী মরুপ অমগা কোয়বা চৎলমই। মুংদাংবাইৱম মুঙ্গেরগী মচি অমদা ৱাকিং চৎপদা

মরুপ্তুনা হোটেল অমদা চংশি হায়রুন' চংলমই। হোটেল অদুগী মাঙ্গোলদা কা য়োন্দূনা লৈরম্বী শশীবু উবদা ঐ শ্বায় লাওই। ঐনা শশী হায়না কৌবদা মানা ঐবু অমুকা খুরুমই রা অমত্তা ভাংদে। ঐনা হংই,— নং কনাগা লৈ ? মানা খুয়কই ইথম্বুনি। মানা মথা তারকই, নংনা নোংমা লৌবা লাক্কনি হায়রম্বদুদা ঐ নংবু য়াম্না ভাইরে কোম্বংদা উপায় লৈতত্রুনা মুঙ্গেরসিদা ইনেগী য়ুমদা লাক্কুনা লৈরবা মতুংদা ঐ দুকান অসি ফমত্রুনা মতম লেল্লি।

ঐ তশেংনা মুংভাইরবা ফাওখি। মাগী মখুং য়েং অদু ঐনা তাপ লাওনা পায়শিল্লি কানা চয়না মখুং অদু মুশুক মুশিল্লে অদুগা ককথায়রে। ঐ মাগী নোংমগী তনৌ তনৌনা ফজরম্বী অদুগী মতৌ অদ নিংশিংলকই। ঐ মুংশিবনা খাঙা ঙমদ্রে। মাগী মমায়গী ফজবা অদু হম্বরমদ্রি।

মানা মাগী হেণ্ড বেগ অদু হাংদোক্লগা ঐডোন্দা য়েংউ হায়রুনা ফোটো অনিথক পীরকই। অমদি ঐনা মডোন্দা থায়না পীরম্বা অদুনি। অমদি মানা অডাং অমা পয়গা নম্বা ফোটোনি। ঐ চিংনবা অমা ফাওরক্কুনা হংলমই,— মসি নংগী অডাংলা। মানা খুয়কই,— ঐগী অডাং নত্তে ঐখোয় অনিগী অডাংনি, নংগী নচানি। ঐ শ্বায় লাওই, ঐগী ইচা। মথা তানা ঐনা হংলমই, কদায়দা লৈ ? মানা খুয়কই শিখে, কলেরানা নাদুনা। মাগী মমিত্তগী মপি তারক্লমই। ঐনা খল্লকখি,— মুপী অসিনা ঐগীদমক্তা সিয়োনা রাজরক্লবীনি মাবু পুথোক্কুনা য়ুমদা থোকখ্রগে। ঐনা হায়রমই,— ঐ হয়েং নংবু পুদুনা শোয়দনা চংলনি, ঐ নংবু ন্দোক্লমদুনা চংলরোই। মুপী অদুনা হরাওনা কা মতপ অমা তপ্লগ। ইনবীরকই। ঐগী মুপীসি থল্লুবদা পূক্লিং অসি মথুম মরাং হৌই। মরুপ অদুনা ভসাইদগী ঐগী মতৌ অদু য়েংলমই। ঐনা রারী

পুম্বা মঙোন্দা লোয়না খঙহল্লমই অমসুং মরুপ অতুগা ঐগা হয়েং পুং মাপলদা লৌবা লাক্কে পোৎ য়োল্লমউ হায়রম্নগা হল্লক্লে।

মথংগী নুমিত্তা মরুপ অতুগা ঐগা মুপী অতু লৌবা চৎলমই। হুকান অতু খোঙ লোল্লমই। ঐনা হোটেলতুগী মেনেজরতুদা হংবদা মেনেজরতুনা খুম্নকই,— শশী ওরাং অহিং হার্ট ফেল ওইছুনা শিরম্লে। লোয়রে ঐগী রারী।

তুমিন্না রারী তারম্বা খেলেম্না হায়রকই,— অস তামো মসিগী রারী অসিদি তশেংনা উপন্যাসনি। ওন্থোক্লা ওকখ্রদা। ফরে, ঐ রারী ওইনা ইখোক্লুরগে মরক্তা অতোপ্পা সিক্কেন্স খরা হাপচিল্লগা।

চৎলমদায়দা খেলেম্না হায়রমই,— তামো রারী অসিগী মমিং "খুজী উম্পি" খোনগেকো।

## ইচে-তোন

পুন্সিদা এডভেঞ্চর কয়া অমা তৌখ্রু

চীং কাবা খোঙনা লমকোয়বা, অতৈ অনৌবা লম কয়া থিবা অমদি সাইকলনা লমকোয়বনচিংবা। পুন্নমক অসি তোঙান তোঙানবা মহাও অমমম লৈ। মীনা কানদ্রিবা চীং কাবদা লম্বীনা মাঙখ্রবদা মোংশোং মরক অতুদা লম্বী শেমজ্বরগা কাখৎপা। রানা চৎপা ছোরকপদা চান্ থক্কবা পুরমদবসু য়াওই। সাইকলনা লমকোয়বদা সাইকল টায়ার তোয়না পোকথায়বা, চানবা ফংদবা খোঙনা লমকোয়বদা কাকৈ চীকুনা খোঙ পোম্বদগী চৎপা য়াদবনা কয়ানি পুন্নমক অসি নুংঙাইবা ইরৈ লৈতবদি নত্তে।

অসিগুম্বা এডভেনচর ময়াম অসিগী মরক্তগী ঐগী থম্মোয়দা ময়েক লানা য়েক্তুনা ঐবু মিকুপ খুদিং সিংশিংহনবা কাওঙমদবা এডভেনচর অমা লৈ। মসিবু অশেংনা এডভেনচর কৌগদ্রা?

অসুম্বা হৌখি।

ইচিল ইনাও অহুম্নি। অহল লমন লৈখিদবা কুইরে। ঐনা খ্বায়দগী পাম্বসি অয়ুক ঙম্না হৌগৎলকপদা মাঙ্গোন্দা ঈশিং খুজাই অধনবা অমগা মনম নুংশিরবা লৈ থরনা শেম্পাক্তা অচুগা অরু অরুনা ব্রাই তৈথোক্লবা মকম অহ্দা ধুপনা চাক্তুনা মৈথু থোকহন্দুনা মনম নুংশিবা অমা কোইয়েন য়েনবচনি। অচুবু নিপা ঙাক্তনা খুল্লিংবা ইমুং অসিদা সুকওই ওই-থোক্তে। ঐনা নোংমা তৌই নিনিশুবদা ঙমদে। চাকশঙদা চঙই, ঐনা চাক্ থোংই। থোংনা থোংনা থল্লকই,— চাকথুম অসি ফজবা পুবিরগা ঐগী অপাম্বা অসি খুংহনবিগদবসি কনা লৈনি? করিগুম্বা কান্দা কোন ফেঙবা কাওরুরবদি চাইতুনা হেক্তা লৈরমই। ফো তকপা কাওরুরবদি চাক্ থোংলমদাইদা নিংশিংতুনা হৌগৎতুনা ফো তক্ই। অয়ুক অঙন-বদা হৌগৎতুনা ঐনা কোন ফেঙবহু উরগা অব্রাংথংবগী ইচেনা লক্লরকই,— ইবুঙো, অমা থিজিন্নবা তৌরো য়াররোইয়ে। ঐনা ইমুংদা চঙলগা থল্লি হৌজিক্তিহু করি, মুপী থিজিনবা, অদ্গবু শোয়দনা ফরগদ্রনে।

ঐনা খ্বায়দগী ওইওইনবা অসিনা চন্দোন থিন্বা অসিনি। ইমান্ন-বগী লুহোংবা চৎলমদাইদা ঐনা লৈকাইগী অঙাংমুপী মচাশিং নেক্লগা চন্দোল থিলহল্লি। যৈজোম অঙৌবা শূবা মতাং হেক য়োরকপসিনি য়াম্না লুরিবসে। ঐনা শূবদি ইঙৌ ঙৌ হায়বা করিগুম্বা কান্দা ঐনা থল্লকই,— অসুম্না ঐ কয়া কুইখিনি। ফাগি ফাগিদগী ঐনা অসুম্না থল্লকপা য়াওরক্লে,— ঐ কৈদৌঙৈ শিনি।

মুংদাংব্রাইরম ইমান্নবা থেংনচুনা হজিনবা খরা থেঙখ্রবদি মপু

লৈত্রবা য়ুমদোমা ইমম মম্নতুনা লৈরমই। তাচৌগা তায়াইমগা হঞ্জিল্ল ক্লমদে। মুশুক মুনা মম্লবা মরক অতুদা য়ুম অহ্ তম্নরকদবা মাল্লি। ঐনা তপ্পা মোমবতি চুখৎলি, চাক থোংই মথং মথং।

পৈশা রাত্তে, লন থুম রাত্তে অতুদি ঐনা রারিবসি করিননো? ঐ খ ভলে য়ুম্বু ওইখিনবা লৈততুনা রাবা ওইবা তাই। ইঙ্গাং নাপি লৈশিন্দুনা য়াম্না থম্নুরে মতম শংদবনিনা থোংবা ভমদতুনা পক্তুনা হেক্লা মাঙই!

মথং ঐগী রাখলদি রারিবসিবু ঐতরা তাচৌগা তায়াইমগদি? নোংমা ঐনা শাওতুনা লাওরে য়ুম অসি মচেৎ মচেৎ থুগাইনসি হায়বা ফাওবা হায়নবদগী ঐথোয় খন্নরে করি তৌরগা ফগনি।

ঐখোয়গী য়ুমসি অম্নুম খঞ্জিল্লুরবদি হোষ্টেলকা মানশিল্লক্লে। ইমুং হায়বা অমা লৈবা তারবদি নুপী অমনা য়ুম অহ্ পানগদবনি হায়বসি অহল অমনা ঐভান্দা তাক্লকই মহাক্না হায়খি,— ইবুঙো, থুন্নু লাবা ভাক্তা মকোন অমদা লোইয়ু. খরা লৈরগা লোইনা লমখুনু ওনখিনি, নংনা লোইনিংলবদি অমোম অমা য়াওহল্লু শোয়দনা য়াগনি। ঐস্নু তশেংনা থাজরে

ঐনা ইমুংসিদা ইতৈমা অমা লাকপগী দরকার লৈবতু হৌদোকখি। তাচৌগী ওইনা থিবা তারে। তাচৌ রা য়াম্না ভাংগন্দবা মীতানি। খবকস্নু শূনিংই, লাইরিকস্নু এম এ পি আইচ ডিনি অতুবু মী তিন্নদবনা মাবু মশক খঙবসি তাঙই।

রা য়াম্না ককথোক ককশিন তৌনররবা মতুংদা তাচৌগী নুপী অমা থিবা হায়রবসি লেপ্লরে। মাগী খঙনবদি কনাস্নু লৈতে অতুগা নুপী হায়রুনবা অহল অমত্তস্নু লৈতে অমুক অরাবদা তারে।

অহিং করা. তায়াইমগা ঐগা মুপী অগম অথওবা কয়া নিংশিংবা গৌরক্লে, তাচৌগীদমক্তা হায়নরুনবনি। ককৃয়াগী খিলাসিনি, জন্মস্থানগী রেখা. খোংমনগী জয়মতি, খুরাইগী ইবেতোম্বী, উরিপোকি প্রিয়লতা, তেরাগী বিনো পুন্নমকসি ইয়া য়ানিংদবগুম থৌনম্নে। মতাং অসিদা ঐ রা অসি নিংশিংলক্লে। নোংমা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা খাগেমপল্লিদা উথিবিদো। মাবু হেক উবদা ঐগী থম্মোয়দা নোংথাঙনা ফুবগুম শ্বায় লাওখি। য়েনথাদা পোলাংথোক্তা দি লোক্তুনা মাদি করিমত্তো থৌওইদনা লৈ।

গুণ কয়ানা তাশিন্দুনা শাই, চহিদি ঐতোন্দগী মঙা থরা কক্তক লৈরমগনি খঙি। নোকপদা খজায় অহু কুংতক তৌই। য়েংবদা লেমবদা নক্তনা নুম নুম লাওই, শাওং শাবানম্মু ফজবদা মপা লৈতে। ঐনা ক্লাস টেন তগা মতম অহুদা মহাক বি এসসি তম্লি হায়। তশেংনা ফজবা, মুংঙাইবা, অহেনবা, অপেনবা হায়বহৃতনা তাশিন্দুনা শারকপগুম তৌই মহাক অহু।

মহাক অহু ইচেতোম্নি।

ময়ান্না ইচেতান হায়না অহুম কৌই।

ঐনা মরুপ অহুদা হংখি,— মরুপ অসিগী মুপী অসি কনানো? মরুপ অহুনা খুনখি,— য়ে য়ে কায়রবোই, নমা ওইগে হায়দি য়ানি।

খম্মায় শেংনা হায়দোকচগে,— ঐগী ওইবা য়ারবোই হায়বহু খল্লুবদা ঐ পুক্লিংদা কল্লকপা খম্নবা অমদি ফাওখি

ঙসিদি ঐ মমা ওইখিবা ঙমগদবা অমা পামই। ঐ ঙাইঙমক্রে ইচেতোম্মা ইতৈমা ওইনা লাক্লবদি ঐনা পেনগদবসি ঐনা মুংঙাইগদবসি তমহুনা থোক্লক্লোই। ঐনা রা অমম্মু খল্লক্লে,— ইচেতোম্মা অম্মুক

কুইবা ফাংবা য়ুম পান্দহুনা লৈরমইবসি ঈশ্বরনা ঐগী ইতৈমা ওইহন্ন-বা শীনবা ওইরম্বা য়াই।

অহুবু, কনানা হায়রুগনি। খীন্থবা য়াম্রে অনৌবা হৌদোকপা ওইনা ঐনা হায়রুরবদি কমদোই।

জাই কৃষ্ণ! ঐগী এডভেনচর হৌজরে।

ইচেতোন হেড মিষ্ট্রেসনি।

য়ুম অংগী গেট অহুদা পুক্লিং অসি তয়াং তশোয়না ঐ চণ্ডলকখি। কাহুদা হেক চণ্ডবদা ঐবু চৌক্রি অনদা ফমহল্লি। ঐনা হৌদোকফম খণ্ডদনা অস্নুম্মা হৌরমই,— ঐ ইচেতোনগা রা অমত্তা তান্নজগে লাক-চবনি।

অহানবদদি অমুক্তা রারি শাত্রিবা ঐনা ইচং থৌবত্থু উবদা ইচে-তোন চণ্ডকৈ মথংগী মিকুপ্তা রাথল ফাথরগা ইচেতোম্মা হায়রকখি,— হায়নিং হু হেক্তা হায়দোকপিয়ু।

ঐনা হায়বা হৌরে।

ঐখোয়গী অরাবা রারি ময়াম অহু লীরগা ঐনা শম্মা হেক্তা হায়রমই,— ঐ য়াম্না রারে অহুনা ইচেতোম্মা ঐখোয়গী তাচৌগী ইতৈমা ওইনা লাক-পিরগা ঐগী ইগা খরা ওইবিয়ু, ইচেতোম্মা লাক্লবদি ঐ য়াম্মা নুংঙাইগনি।

কা অহু ঙাইহাক উন রাইমুক চীকই। ইচেতোন আনোক অহু লৌথাক্লগা মপি থৈথোকখিবগুম তৌই। খল্লকই ঐবু করি লাল্লুরবগে।

লুম লুম লাংবা খোঞ্জেলনা ইচেতোম্না হায়বা হৌরকই,— ইবুঙো, নংগী অহুগুম্বা রাহু তারগা ঐ কপ্পিংঙকই, ফরে, নংনদি অস্নুক থম্মোয় শেংনা ঐঙোন্দা রা ঙাংবা ঙম্লগা ঐদি করিগী ঙম্মোই, তাও। ইচে-তোম্মা হায়রকই— ঐনা কলেজ তম্লিঙৈদা ঐখোয়গী ইচে লৈখিত্রে। মানা অঙাং অনি হুন্দোক্লমই মুপী অমা নিপা অমা। মুপী অহু

লৈশাবী কারে। ঐনা পিক্লিদগী য়োক্লকপদগী ঐবু মানা ইমা কৌই। ভগিদি ঐ মথোয় অনিগী ইমানি। লৈশাবী অসিনা বিএ পাস তৌ-হল্লগা ময়ুম পানহল্লিমথে ঐগী ইথৌ লোইহ্রি। ঐ লৈশাবীনি, ঐ হুমুরে, ঐ অঙাং অনিগী মমা শারি। ইচেতোল্লা মথা ডাক্কই—নারে ঐনা ডাক্তর কৌবা তাই অয়ুক চাক পিজহুনা স্কুল কাহনবা তাই অহুনা নিপাগী থবক মুপীগী থবক হায়বা ঐঙোন্দা লৈতে।

চিল্লবা কা অণুগী ঈংলবা মুংশিং মুংশা পুম্বা ঐনা ইমাং মাঙ-হনখিবগুম তৌরে। ইচেতোন কপ্পিমালে।
ঐগী এডভেনচর অসিরাইনা লোইশিল্লরে।

# সহর

মী চীনবা সহরনি। ইম্ফাল সহরনি।
হল্লাগাড়ী কার স্কুটর রিপ্লো অতং অথম লৈতনা চখোক চংশিন তৌরি। শারবা মুংশা মরক অহুনা মথৌ তৌনবগীদমক্তা কোয়চং চংলি থাগী শেংপা সারকারগী পুলিস ময়াম। মায়গৈ মাইগৈদগী বাজার কারকপা ময়াম অমা বস পার্কিংদা কুমথনরক্লি। থরনা চংনবগীদমক্তা শেম শানরি। ওটো ড্রাইভরশিংনা লাওনরক্লি ময়াম কোল্লা মুংঙাইনা লেং-বিরয়া, মুংঙাইনা তোংবিরয়ো। রিক্সাদগী কুমথনরক্লি লৈশাবী পাথং ময়াম তুংগী যুবী ময়াম অমনা হায়রক্লি ফ্রেণ্ডস তা তৌরিবা ভেনি

য়াওবা পিকচর অদুমুম য়েংলুবসি অমনা হায়রবই রূপমহলগী বর ইন্টর-ভিয়ু হায়বা ড্রামা অদুম্ব হেন্না নুংঙাইনি।

পইলবান পান চুকাননি। পাখং অমনা মীয়ায় চল্লবা অমদা হায়রি,— তামো ঐগীদি মিঠা পতিগা এন্নোবিস, কা মতম অদু হুক-টিল্লগা অমনা চেদা য়োল্লগা পাখংচুনা অমুক হায়বকই,— তামো হে ইক হৌজিক্কিদি ঐখোয়দগী হেন্না নুংঙাইবনি কনামত্তা লৈত্তে, হয়েংরাইদি খঙদে। মীয়ায় চনবচুনা হংই,— ইনাওনা নুংঙাইবসিবু করম হায়না তৌবা জাংনো? পাখংচুনা খুমই. হেন্না তমো সিদগী হিদাক খরা সং হেক থকচিল্লুবনি অদুদগী থেঙনা হণ্ডিল্লগা অদুম তুম্মুরনি মসিনা কান্নরিবসি নোংমা খঙহৌদনা থু। শিরনি, অরাবা অনৌবা খঙলবোই অদুগা য়ু ঙাওবনি ম্মরুনু হায়দুনা ঐখোয়গী ইনেম্বোকখোয়না ঐখোয়গী নুপীগা খৎনরবস্মু পংশাও শাওদে।

সিনেমা লোয়রে। চীংগী লৈশা লিন্দাঙবী, খুনীংরাংবী মেমসাহেব মানবী অনিথক থোরকই। শানাবা ভেম্পা তোংবা অদুনা শং চঙ-লক্কুনা হংই, ইনখোয় কদায় য়ো.লৌরিবনো? মেমসাহেব অনিচুগী মরক্তগী অমনা খুমকই,—চুরাচাঁদপুর পার্কিং ফাওবা।

লাওনে চৎলসি লাকওনে।

অনিমক ভেম্পা মনাংদা কাখৎখে।

চিল্লবা মারক চৌরা চায়না ঙম্নরে নিপা অমনা হংলি,— সাহেব টেট্রোনগী ফি পাম্বীরা?

—পিসত্রা কয়াদা পীবা শুমগনি।

—য়াথৌমঙা। মখাক্ক অমা করি অমা তাক্লগে আদগী চুকান অসিগী মনাংদা লাকপীয়ু?

কৈলাস হোটেলগী মমাঙনি।

থুংত্তা চাওরবা বোয় পায়রবা ৱায়ারলেস সেট য়ানবা পুলিস সাইকল থাংদোক থাংজিন তৌরি। নিল্লবা ভায়োনফমদগী নিপা অনি থোরকই। পুলিসতুগী মনাক্তা হাথু হাথু চঙলক্কুনা হায়রে,—সাহেব আদগী মুপী ভসিগা নিপা ভসিগাসি অমনা খোংজ্রোমদগীনি অমনা ককচাংদগীনি হায় মখোয় অনি অপ্সরা হোটেলদা চঙলুনি হায়নহৌরে।

. পুলিসতুনা ফিংনা হায়রকই,—কদায়?

চ.ঙ ফিরাল চারবা পাখং অমগা ফজখ্রবা লৈশাবী অমগা লম্বীদা নোক খেরহুনা অৱাং মুকান তম্মা চৎখি। পুলিসতুনা ডিটেক্টিভকুম্না, বাজার ডাকপগী তঙাইফদবা অহ্ থাদোক্কুনা মখোয় অনিগী মতুং ইনখি।

বোরা অমগী মথং বোরা কিহোম য়োনফম চীংমুক ৱাংনা পৈখে। ময়াম পুম্নমক মচীন্দা শোন্নে "কিহোমগী কৈথেল ওইরে, কিহোমগী কৈথেল ওইরে। লোকমায় মকোক্তা থোংলহুনা মৌনহাহুনা হায়রকই,—ইনম্মা ঐ থরা হাল্লমগে।

অহল ওইরপ তৌবীহুনা হায়রকই,—হায় করিনো মসিবো মঙ্গিস্নাগী হোটেলদগী চা কাহ্ চেঙপাক থাখহুনা থকউখিনিদনা, করি মুপীনো করি থবক লৈহুনা নিতৌগী ভস্তা ভস্তা হল্লিবনো? মখোঙ অনি অহুম থাংবা হৌরগা মৌনহাহুনা হায়রকই,—ইনম্মা নঙনদি খঙদবা মেমচৌহ্ লৈশাবী ফারেনে মথস্তা লৈরমগনি, ঐখোয় লৈকাইদো য়াম্না ফত্তেনে, মপানি থেঙেমখৈ হল্লকনিদো।

সাইকল লাকখে, বাবু সাইকল লৈরমদ্রে।

পুলিসতুনা হায়রকই—নম্বর খঙহৌব্রা? খঙহৌব্রবদি থিবা ৱাগনি খরে মিং পীরমউ হয়েং অয়ুক পুলিস ষ্টেসন্দা লাকউ।

ধোনগী নুংঙাইরবা তান্দা ফিগে শেংপী মোইরাংফি ইনবীময়াম মহারানী থোঙখোঙ তম্লক্লি। শগোল থৌবা খরা লাক্লুনা চংলিবা ময়ামদা হায়রি,—ময়াম মতাইনা খরা খরা থৈজিনবীয়ু।

মাইকতা হৌনা লাওয়ক্লি—ইমা নুনিং লৈমা পম্বোগা হরাও তন্নাম্লকপা ঙসি নুনিং শিংবুন তাননি ফারক্লেদো, ঙসি লমথোক্লি। অদুনা অসিগুম্বা নুমিৎ অসিদা পলেম পম্বৌ অনিবু লমলানবীদনবা হোৎবীয়ু? করিগুম্বা লমলানংিবা থোক্লবদি অফবা ওইরোই। ঙসিদি লাইনা মী চাবা নুনিং থোকই চেকশিনবীয়ু। ময়াম হন্দোকপিয়ু।

ময়াম পুম্নমক হন্দোক্লে। খরনা হায়নৈ,—উমংলাই হরাওবা হায়রগা বাজার ময়ায়দা লাক্লিবসিবু লাইরেম্বা লাইরেম্বী রাকিং চংনাংই হায়রবা জাংলানে। মীয়াম মরক্তগী নিপা অমদি মচান্দা শাঙনা শোল্লগা লাইগী মমাং শম্না চংথি, হায়রমই,—ডাক্তরদা ইমা শিদোননা লেরি, লাইনা হাংকে হায়রগা হাংলসনু।

মাইকতা লাওথোরকই,—গৌজিক্কি লমকেংপা পাখং অতু লাই লমলাল্লবনিনা হয়েং শোয়দনা শিরনি।

অদুংবা ফীজোন্দা মাইবা মাইবী, পেনা খেংবা, লাইপুবা, ছত্র পে, চুঙ, ফিরাল, শেম্বুং, ধুলোক মরক্তা মথোয় কারে খ্বায়রম্নন্দ বাজারগী শামু মখোঙদা দলাইগী মথক্তা উমংগী লাইনিংথৌ লাইরবী।

বীর টিকেন্দ্রজীৎ পার্কনি।

টিয়ুব লাইট থানগংলক্লে। নোং থুপকন মীনা ক্রক ক্রক ইন্নরি। থাক লাংরি থ্রাক থ্রাক থ্রাক ঝম ঝম ঝম, কৌবিনা পাবী ক্রেক ক্রেক ক্রেক, লম্বীগী ডিলক্স বস্ ঝিক ঝিক ঝিক, রাজদূত মোটর সায়কল খুপ খুপ খুপ, মিনিবস্ ধু ধু ধু, বজাজ স্কুপরনা টেঙ টেঙ টেঙ,

রিক্সা গাড়ী পো পো পো, একাগাড়ী ক্রিং ক্রিং ক্রিং কাংভৌ য়োনফম থাঙদা চৌ চৌ চৌ অত্তং অথম লৈতে ইম্ফাল সহর।

নোং থ্‌পক্ষম মরক্তগী লৈশাবী অমনা অতোপ্পা অমদা হায়রি,—মোমপাক ফিদক কুয়্রাখক হৌরুর হুমিৎ কুন্নিমুক ফারে অমত্তবু কক্কে ভমদে।

অমত্তুনা খুমই,—হেরা নমা নপাগী মনাক্তা লৈরিভৈদবু, মকোক্তুম শাইয়ু, থবক্কা শূরুন্নু, কয়া কুইনবু ওৎকনি হায়বগে।

নাকন অমদগী পাখং অনিনা অমুক শারকই,—নোংজুপাস্থা য়ৌরবনিনা চেঙস্থ য়ায়া তাঙলে।

অমত্তুনা খুমই,—হুন তাঙদে, কৈশামপাৎকী মিলদা তলব হেক যংবগা ধাক লাওনা চেঙ কুইন্টাল অনা থাংথরুরগা লোইরে নুংঙাইবা তমউনে নুংঙাইগোকপা হৈয়ুন।

মচি অমদা ওঝা কৃষ্ণমনিস্থু য়াওরয়, হংলকই—ইবুঙো কম কম পাল্লি?

—নুংঙাই হুরি।

ওঝানা হায়রকই,—চাউখৎপা হায়বস মৈগা ঈশিংগদা ওল্লি হায়নবদাই ঐথোয়দি টোটো ঈশিং ফংদবা থা মাপলমুক ফারে মৈস্থ হাপ্পা অমদা অনিরক্তমক ফংই, ইবুঙোথোয়গীবু কমদৌরিবগে?

—ওঝাথোয়গীদি হাপ্পা অমদা অনিরক্তুম ফংবিরি ঐথোয়গীদি অমুক্তনি মহুস্থ চুরুপ চিংবদৌনা অমুক ভান অমুক মম ভাবকা অমত্তা তাপোং নত্তেদা।

নোং হাংলে।

বাজার ইরাঙ লাঙলে। হো গাড়ী ঙ'ইখোও, রিপ্লো শিংজবৈ চৎসি য়াত্রা : হো ঐস্নু অমুক্তা য়াওগে, ইচে কেপিচানা লুপা অমতা লৈরকখিগে গাড়ী ঙাইহল্লমউ।

কোংকুৎ পূম্বা ঈশিং তুংথে্র। শেগাইরবা ছাটিন পায়বা, অমোৎপা ফৈজোম শেংপা লম্বীচৎপা অহল মথুৎতা খাও মচা অমস্নু য়াল্লি হাথু হাথু মচীন্দা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চৎলি! গ্রোং.........খঙহৌদনা ঈশিং তুংলবা কোংকুংতা পুংথহনা তুশিল্লমই ফুরিংখাওদগী হৈদোরকই অঙৌবা চানা থরা। ফুক হৌগৎলগা য়েংই হৈদোক্লবা চানাদা লৈখোম তৈরবা ফৈজোম অতু থৌওইদনা লৈখোম মরক্তা তারবা চানা অতু কুম্থরগা অমা অনি খোম্লগা ফুরিংখাওদা হান্রি মচিন্দা শোল্লি----ওঃ লোইনা হৈদোকথে্রদো, মেমচাপি তুমদনা ঙাইরমখিনিদো।

খাক লাওরি খ্রাক খ্রাক, ঝম ঝম, কৌবিলা পাবী ক্রেক ক্রেক ডিলক্স বস ঝিক ঝিক, রাঙচুত মোটর সাইকল খুপ খুপ, মিনিবস ধু ধু, বজাজ স্নুপর টৈত টৈত, রিক্সাগাড়ী পো পো, একাগাড়ী ক্রিং ক্রিং, কাংঙৌ য়োলকম খাংদা চৌ চৌ অতৎ অথম লৈতে ইম্ফাল সহর।

## তুম্না শুদ্রেবা পুংফম অমদা

ঙাইহাক্তং সোরোক্তা খোক্দবা ফাংবা তামঙ্গি, তাশামু, তাজুগে খোয় উম্লনি খনুবদা হেক তল্লি! মখোয়না য়াম্না হায়গনবা রাসি, ইবুঙো থবকস্নু ফমখোন অমা কারে তমুক্তদি শনৈ মুনৈবগী থৌশিল অমতদি

পাংথোকসিনে। অহানবদদি ফাগী ওইরবোই থর্লমই। সুম তোয়না হায়জিল্লকপদগী ঐস্মু নোংমদি শোয়দনা পার্টি অমা তৌগে হায়না য়াথোকখে। ওসিদি ঐ ফুরিংথাওদা পৈশা থরা হাপ্লহুনা মখোয়গী পেন্নবা তৌগে থনগে। মসিদবু লোইখ্রবদি থরা য়াংলনি রাখল অসে। তামঙ্গি মু ভ্রিয়মগী ক্যারেটর ওইনা থবক তৌই। মহাক্না হায়খি, —ইবুঙো ছুটি লুমিং অমদা ঐগী অফিসতা থোং-থাকপদু ঐগী পিয়োন্দু হেক তৌহনগে, ওহ্নোক্না এক্সপার্ট ওইখ্রবা জাৎনি।

ঐখোয় লৈকাইগী অমুতোম্বনা লোইজবা য়েন্বা কাংদোং ফারবা অনিথক লৈরে লুপা ৪৫/৪৫ তুম লৌহৌই। ঐনা লৈত লৈতা লুপা ৫০ মুক্না পার্টি তহু শিনগে থনখিবনি অহুবু লুপা ১০০ না কাওবা কোম্নররোই। হেক য়ৌবদা তামঙ্গিনে তাশামুমে তাজুগেগা লৈরম্মে। পিয়োন তহুনা য়েন্বা তনিঅহু ঐগী থুংতগী ওক্লহুনা হায়রকই —সাহেব থাওদি পৌরা অহুম চওনি। ঐনা হায় পৌরা অমনা য়ানবা তৌসি। পীয়োন অহুনা শাওরংননা হায়রকই, সাহেব পৌরা অমনা থোংবদি ঐদি হৈরোই নত্রগা ঐ তোকচবা তাবা, করানো অতোপ্পা অমনা তৌহন-গদ্রা? মানা হায়বহু ন্নাবা তাখে লুপা ১২ গী থাও পৌরা অহুম অমা লৌরে: তাপ্পা তসিদা তাজুগে, তামঙ্গি তাশামুদি হিদাক পার্টি তথায় য়ৌখে। পীয়োন অহুনা চনম কিলোমথায়মুক খোক্লগা শিং থরগা থাও পৌরা অহুমদা জো লাওনা থাদৈ অহুদগী ঈশিং অমুক হৈজিন্দুনা কুইনা ফুংলে। অহুদগী শেম্নবা য়েন অহু শুজিল্লি থরনা থাং মপান্দগী নাম্নহুনা তাবহু মাগী থাগী থোংগ্রাওহুদা শৎ শৎ তৈথোক্কুনা হাপ-চিল্লি। মতৌহু য়াম্না মীৎ নারবা জাৎনি অহুবু শনি অহুম অহুতনবু পেল্লবদি হায়দুনা অহুম থাওই। তাশামুনা হিদাক ভাওফিং ভাওফিং ঐভোন্দা হায়রকই, ইবুঙো য়ুমদা মুপী অঙাংনা তরু তরুনা থোংবহুবু

চানীংবনি মসিগী খুৎথোংসিদি চাগদবা তুকচে হায়রানি। শেল থাং-দোক্লিবা মী অমগী মফমদদি হাওই হাওই হায়না চাখিবা অত্তবুনি পামজবা সিদি শেলসু মাঙ খোইদৌসু শাওগৎ লাল্লুপসু কা রাশাসু চা হায়বত্তু তারে। য়াম্না রানা থেমত্তুনা চাবা থকপা লোইশিল্লে।

মহৈ মহৈ কায়নরে। রিক্সা অমত্তং ফংলবদি ফগনিদা। নিপা অনি তোংবা রিক্সা অমা লাক্লে। রাখলনদি খল্লি নিপা অনিসি কুমখ্রবদি মসিদত্তুম তোংখ্রগে। রিক্সা অত্তু নকশিল্লক্লে। মকোই খরা চরা চরা খদাংদা চোম্বা, টুপি অমুবা অমা উপ্পা, তাই অমা পুনবা নিপা অত্তুনা তামো হায়না হেক কৌরকই। ঐনা খল্লি ওন্নত্তুনা কৌরিবরা অত্তুবু রিক্সাদগী কুমথত্তুনা ইনাক্তা চঙলক্লগা মখুৎ অত্তু তিংথোক্লত্তুনা ঐগা হেণ্ড-সেক তৌনবা পাম্বগী মওং উৎলি। মানা তৌরিবা ফিভম মতা অত্তুগা মচীন অত্তু কাটলা মচিন্দৌনা তুমথোক্তুনা মমিৎতু উইথরগা হায়রকই - হাউ আর য়ু তামো। মতৌত্তু উবদা তিল হৌরে, শাওনীংবনসু শিরে। ঐসু মীনা কৌরবনিনা খিৎতং নোক্তুনা মাগা খুৎ পায়নরে। ভসাইগী রাঙাং মতা অত্তুমহায়না তামো রিক্সাদা পুন্না লেঙখ্রসি হায়ত্তুনা হেক্তা চিংলে। ঐনা ইবুঙো ইয়াম্বদি কম্বা চল্লরোই ঐখোয় অত্তুম করম হায়না রিক্সো অমত্তদা চৎকনি। রিক্সা ড্রাইভরত্তুনসু হায়জে চুনই ঐ মী অত্তুম পুবা ভমজরোই। নিপাত্তুনা লুশ্নমদা পাম্বৌরগা রিক্সাড্রাইভরগদা হায় ম্যুনিসিপালিটিগী থাগী শেৎপনা হায়রবদি য়াগে হায়বা অংগা অশেংবা পুলিস ঐনা হায়বা য়ারোই হায়রিবরা? রিক্সাত্তুসু য়ারে, ঐসু তোংলে নিপা অত্তু রিক্সারালাত্তুদা রা ভাংবদদি চুম্না ভাংই অত্তুগা ঐভোন্দা হেক হেক ভাংবদি মচীনঅত্তু তুমথোক্তুনা হেক্তা মতৌ অমা তৌই। থল্লকই, ঐবু ভসিসিবু করম্বা তুমা শুদবা মীকুপ অনদা থোরক্লবনো। নিপা অত্তুনা হায়রকই,—তামো ঐবু কাওবগী মতৌ অমা তৌইদা ননাওদি

কাওজত্রিবো অহুঙৈদা থাঙ তা তমজরম্বা তামোগী পরুবা ওইরম্ব: চিং-ঙৈগী খম্বা হায়বহু ঐনিনে। মথা তারকই তামোনা তম্বীবা থাঙ তা অহুনা ননাওনা শুমাং লিলাদা মচেক মচেক হাপচবহুদা ভাবোক্তি পেন্দুনা অমুক্তোইবা লোইরপোৎনি হায়হুনা মচিন্না ধন তর তর তর তর ধন তর তর হায়হুনা রিক্সাহুদা থাঙ হান্নবা হৌরক্লে। ঐনা কোয়না য়েংই এবু খঙবা কনা অমত্তদি উখিদমালে হৌজিক্তি করম হায়না নাম্বোক্কনি অঙাওবসিদগী ঐদি মশক খঙখিবসু লৈতে থাঙ তাদি ঐসু হৌরমই। নিপাহু লেপ্পা লৈতে—তামো ঐখোয় নুপী নংগী ননাওনুপীহু ঐগী থাঙ তাদা পেল্লহুনা ঐঙোন্দা লৈনি হায়হুনা মৈজ্রাওদগী চেল্লকপনি। পুম্নমকসি তামো নংগী নপান্দগীনি। ঐ লৌশিং অমা লাক্লে। ঐনা কাওশিন্নবা শারহুনা হায়রমই—হৈমা পোৎ অমা লৈবা কারে। ওনশিন্দুনা মঙোন্দা হায় ইবুঙো ইয়াম্বা ঙাইহাক লৈহৌ-খিগে অকাওবা অমা নিংশিংনক্লে। রিক্সাদগী ফন চোংথে। মচীন তুমখোক্কনা লাঙ্গহৌই—সি ইউ তামো সি ইউ তামো।

বস হেক রাই শংই। রিক্সা অমা লাক্লে—রিক্সা য়াইস্কুল চংনসি লাকও। খিৎতম চংপদা ঙায়রি হনুবী অমনা মাগী চৈশু অহু রাংনা পায়রহুনা থামই। রিক্সা তহু লেপহল্লে। চহী ৮৫ মুক শুরবীনি—ইবুঙো ইমা খরা য়াওগে। ঐনা হায়—ইমাবু কদায় য়োগদবনো? শিংজমৈ। ইমা য়াইস্কুল ফাওবা য়াওবা য়ানি।

তুমিন্না চংলি। ঐনা খল্লি হনুবী অসিগা ঙাইহাক রারী শাবদি কয়ি কায়। ইমা নংদি কনামত্তা লৈত্রবরা? হনুবী অহুদি ঙসাইমথৈ ঐনা রারী হৌরক্তে হায়হুনা শাওহুনা লৈরম্নবা জাৎনি। হায়রকই,—লৈত্রে, কনামত্তা লৈত্রে।

—ইমাবু য়ুম কে পানখিদবরো ?

—পাল্লি পাল্লি অহুবু নপন্দো হস্তানা লৈতহ্নুনা লুখ্রা ওইহৌরবনি হায়হুনা হেংথাহ্নুনা কপ্পা হৌরক্লে।

কমদৌনি হৌরিসিদি ঐবু করি মুংগী ৱাৱী হৌরকুরবনোনে থায়না মেত্রিক থাদিন্নরকপা বিলাসিনি লৈদা চৎলমই ঐগী মতৌহুদা হক্লা য়েংহৌরে। উচিন নাচিন্না নিত্তাইবাৎ চিথেক য়ৌরে। ঐনা কপ্পা হোক-খিনবা ৱা অমা হায়জিল্লমই। —ইমা অহু ওইরদি য়ুন অমমুক পান্‌বা য়াদ্রা ?

হনুবীহু কপ্পা খঙহোক হোকই হায়রকই — অহুগী হায়রুরবদি ইবুঙো নঙগুম্বা পাখং মচা কয়া কয়ানা ঐবু হালোইশিংদা চনগে হায়হুনা কয়া কয়া কোয়বা লাক্লমইপোৎনি ফকেক ফিজি হহুনা মপি তৈথোবই অহুবু ঐবু মখোয়না লৌখ্রগ কুইনদি লৌবিরোইদো লৈশাবী ফজবী অমা থরা লৈরগা অমুক পুরককনিদো। হহুদা অনৌবা অনৌবীনা কাংখল হঙৌবা খল্লগা ঐবু হুন্দোকপিগদবদো হহুদা ঐনা চাককদবদো খল্লুবদা য়ুম পালহৌদ্রবনিনে পালহৌৱবা।

রিক্সা ড্রাইভরহুনা হায়রকই – বাবু চেন তৎখ্রে গাড়ী চৎপা য়ার-রোই। ঐনা খল্লি হমুক দশা ফঙবা পুংফমসিদা অমুক ওই ওইনখ্রবা থৌদোক ডাক্ত থোকইবসি হন্দক্তি থরায়হুম শিবা য়াই। পৈশা পীথোক্লমগা ঐ য়ুম হন্না প্রপ প্রপ খোঙ থাংলমই। হনুবী হহুনা লাওহৌই – ইবুঙো অমুক শাংনা খোংবু ওইমিন্নরক্লবু চৎমিন্নসিনহৈ য়ানিমচা।

# লৌবুক

লৈকাইনা শোন্নৈ, মখোয়গী চাউতোম্বী মালিকা মতৈ মনাওসি ওংম্বাক্পা নুংশিননা লৈখ্রদা নোংমত্তা হেক খৎনদে। অমুম্না মালিকাগা চাউতোম্বীগাগী ৱারী অসি ইমুং কপ্পা কয়াদা শানৈ। মতৈ মনাও ৱারক্লবদা মালিকাগা চাউতোম্বীগগী ৱারী ইতৎ তত্তনা শানৈ।

লারোং হায়বা খুঙ্গং অহুদা পুম্নেন পাৎকী ময়াদা য়ুমজাওগী মৎংদা পিক্তুক তৌনা ইনা কুপ্তুনা শাম্বা য়ুম অমদা মতৈ মনাও চান্ন-চিন্ননা পাল্লি। মখোয় অনীগী অঙাং অনি গুরে অকোনবগী অঙাং অহু হুপীনি য়াম্না পীক্লি।

চাওতোম্বী খুঙ্গংগী এম ই স্কুলগী চৌকিদারনি। মাগী মথৌদি হুংথিলদা স্কুলদা শল চঙদনবা শঙবা, কাংশি মৈবা, পোৎ-চৈ লৈবা চৎপা, পরিক্ষাগী চে থ্রপ্পা, নোটিশ চৎপা অসিনচিংবনি।

মালিকানা অয়ুক ঙস্তানা হৌহুনা অয়ুকী থবক ইনথাং রাইরম কোললীক লোইথোক্তুনা ইরুঞ্জহুনা চাকখুম চঙই। অয়ুকী পুং মাপল নংনবা চাক লোইহুনা চাউতোম্বীবু চাক পীজরগা স্কুল চৎহনখি। মচা-নিপা অহলম্বু মপাগী মতুং ইন্দুনা লাইরিক তম্বা কাম্ন।

হুমিদাং রাইরমগী মতমদা হুমিৎনা চীংম্বা য়ৌবা মতম পুম্নেন পাৎ তশেংনা নিংথিজৈ। হি হোন্দুনা ঙা ফাবগী নৌনা হিদা ঙা তানবগী কোং কোং গুবগী মখোল, শল পিজনবা শজিক ফানবা কাংবু অমম্বু

হি হোন্দোল্লকই, হৈকক্ য়েলী ফোয়ন্থনা নিপামচা থরম্ব শান্নরি, কবোকও মরক্তা উচেক শঙ্গু শঙ্গু পাইখৎলকই পরা অমনা নিংঙাইদনা পাৎকি ঈশিংদা ঈরুপ্পুনা শান্নরি উরোক পরেং পরেং পাইরক্লুনা চীংয়া তময়াদা তিনখি। অসিগুম্বা মতমসিদা মালিকানা কোকশেৎ শেৎলন্থনা ফৌ ফৌ দং দং শুথরকপদি ওম্থোক্লা ফজখে হায়নীংঙাই লৈতনা ফজে। নীংন্থদগী থরা হেল্লপ শাংবা শম অন্থনা ফৌশু তাম্বা চানা মনমদা জ্বায় জ্বায় লাওনা য়ৈরি।

ফৌ শুরা শুনা মালিকানা থল্লকই,—ঐখোয়গী নিপা অসিবু ময়াম্না ফৈ ফৈ হায়নরিবসিবু করম্বা মতাংদনো, অন্থগা অথবা নিপাদা য়ুম পাল্লকপা ঐসিনা লাইবক ফবী হায়বন্থরা, ফৈ ঙসিদি ফাগী হৌন্থনা শাওহনগে, রাখল ময়ামসি থহ্নিডৈদা শুম্বন্দগী ফৌহ্নু রা লাওনা হেক পাথখি।

স্কুলদগী পুং মরি হেক তাবদা কুয়ক্লগা চাওতোরীম্বু ঙাইহাক পোথাই অন্থদগী অয়ুক্তি মতম ইকং ফংদবনা য়োপাক লেংথোং লান্থনা লৌবুক তম্না চৎলি। অন্থনা লৌ শূবা লোইন্থনা হল্লকপদা য়ুম য়োরগা মুংদাংগী পুং মাপল তাই। অন্থদগী মতৈ মনাও চাক চামিন্নরগা অরা পোথামিন্নৈ। নোংমা রানা লৌ শূরুন্থনা হল্লকপা চাৎতোম্বীদা মালিকানা শাওজিন্নরন্থনা হায়রকই,—ঐদা য়ুমসিদা লৈত্রবদি ফরনি, ওম্থোকপা লাইবক হায়বন্থনি। রানা থবক শূরুবগী ময়া লৎত্রিক লংবা য়োপাক অন্থ কাচিন্দা ঙাশিল্লগা মকোক্তা য়েৎলুবা থুদে অন্থনা শুমাং তৈথোক্ তৈথোক্লা চাৎতোরী ফুঙ্গাদা তপ্পা ফমথরকই, হংলকই,—করি তৌরব্গনে, কনানা করি হায়রকএ? মালিকানা অমুক্তা হেন্না শাওজিন্নন্থনা হায়রকই,—হে কৃষ্ণ ওন্থোকপা হায়বন্থনি, নংনা অহিং থবক শূবা চৎলগা থবক্তি

শূত্রহুনা পাথং শাহ্নুনা লৈরগা ঐনা অঙাং পিশক অসিগা অহ্গা নংনা লাক্লগা পোংবীররিনে।

চাওতোম্বীহু ক্রং হেক শাওরকই, —মালিকা নমায় কায়নি নংনা হেক লাকপদগী ঐনা খুপাক্লা শেৎ ফাওবা থাঞ্জি অহুনরা নংনা খৎনবা হৌরিবসে, ঐখোয় অনি খৎনরগা লৈকাই রাথোক ওইবা করিস্থু ফজরোই। কনানা তমশিল্লকপা পাওনো ময়া খু:দক্কেনে।
চাওতোম্বীহু ওস্থোনা শাওখে্র।

মালিকানা ময়া ইহি হিগৎলহুনা হায়রকই, —লৈকাইনা ঐখোয় অনি খং:দে অমুক্তা হায়বহুদা ঐনা খৎনবা হৌনীংহুনা তৌবনে, শাওরবরাও হায়হুনা চাওতোম্বীগী মশম অহু তপ্না নাম্ববিরকই। শা্ওফম চাদনা শাওরোকউরবা চাওতোম্বীদো হঞ্জিনফম হেক থঙদে, মচিন্দা থীদা হায়হুনা শোল্লি। অহুদগী শাওবা থোক হঞ্জিন্দুনা মালিকাবু মনাক্তা চিংশিল্লগা করি ইঙ্গাং থোংই হায়হুনা হুংলকপদা মালিকানা অহাওবা থোংই চারগা খঙগনি হায়হুনা চাকখুমলোমদ্রা চঙমিন্নৈ।

অস্থুন্না ওসিম্থু চাওতোম্বী স্কুলদগী হল্লকপগা লৌবুক্তা চংখিরমই। চৎনা চংনা মপুক্লিংদা খল্লকই, ঐনা থেঙনা থেঙনা হঞ্জিনবা অসিদা মাম্থু য়ানিংত্রমালে ওসিদি খরা ওন্না হঞ্জিনগে। লৌবুক মচিদা থাবা মাইরেন অনি অমস্থু লিরম্লে মহুগা হেকচিল্লে খল্লকই মাগী মুপীনা শোয়দনা হরাওরনি। মুংঙাইবা রাথল অহুনা চাওতোম্বীগী মচিন্দগী খুল্লং ঈশৈ নতেক অমস্থু হেক ঙংথোকখি। থবক শূনা শূনা অমুক খল্লকই —ওসাই মালিকাদা থবক শূবা চৎলমদাইদা ইঙ্গাং অহাওবা থোংলমউ হায়রম্বনি, অহুনদি ওসি চাক চাথোক্লগা মঙাং তুমহনখ্রগা অহিং থেঙল-ফাওবা মাগা বারী শারগা লেনগে।

চাওতোম্বী থবক ঙম্ভা লোইশিল্লে। মাইরেন অনি অহু খুদৈ অমনা য়োম্লগা য়োপাক অহুগা লেংথোং নারে অদুগা লৌবুকী মহৈ মরোং ফগংলকপা অহু য়েংনা য়েংনা য়ুম্নোমদা হল্লক্লমই। চৎনা চৎনা ঙাইহাক ভাবক্কি দলান শাগংলি। হোৎেন য়ুম হেক য়ৌবদা অঙাং তুমহল্লগা চাক থিদোক্কুনা মালিকানা ঙাইরম্বা। অহুদগী ঐহাক্না মাইরেন অনি অহু শং হেক পীশিনবা অহুদগী মমানা হরাওবিঙ হরাওরিবৈ তাঙ্গাদা মাগী লুমাংগী শমহু শং হেক চিংবা। নত্রগা ওরাং মানা থং-নবা হৌবা অহুম হায়না ঐস্মু হৌসিরা, অহুবু শাওদোকখ্রবদি কমদৌ-বা মমা শাওহনরবসি য়াম্না মাঙইনে। চাওতোম্বীনা ফিরৈদগী বেরী অমা লৌথংলগা চমথংলি। বেরীহু হেক মৈ চাকপদা চাওতোম্বীনা থল্লি সং-সারদগী হাওবদগী হাওবসি বেরীনা মহাওরে চারনৈনা, অগোরনা শোক-পোং নত্তে ওস্থোক্লা হাওখে। অমুক রাখল থনবা হৌরকই হয়েংদি মমাগী করি য়াওরকসিগে খ্বাইরম্বদ বাজারদা স্কুলগী পোং-চৈ লৈগদ-বা লৈ। অঙাংশিংদি য়াম্না শেংলকখিনি মমাসিদি য়াম্না রাজরক্লবনি। ফরে লুপা কুনমুক পীরবসু কৈশামপাং থোং রাংমদগী মোরেগী তুকান্দগী নাইলোনগী ফুরিং অমা লৈবীরবদি মাস্থু হরাওরনি অহু ওইরবদি খোলসি থরা পোঙনা ঙাংবা য়ারেদনা। য়ুম থুনা য়ৌনীংবা মুমিৎ অসি য়ৌবা কেবা লৈত্রে। থামম্বা অহিং অহুদা হৌখিবা থৌদোক করাস্থু নিংশিংলক্লে। অঙাং ওইরিঙদগী কোবী হুরানবা, রা হুরানবা, লীকোন শান্ন-বা চৎপা হরি উথানগী লৈ লেংবা চৎপা অসিনচিংবা। থৌদোক অমা খংনীং নীংশিংলক্লে! তসিগুম্বা মমথ্রবা চীকথ্রবা অহিং অমদা মানা মাল্লি-কাবু পুহনা চেল্লকই। মাল্লিকানা হায়খি,— ঐদি হান্না চেনগনিস্থু থঙ-দবনা পোং চৈস্থু অমত্তা য়াওরক্কে ঙসিদি তোক্লসিবা। চাওতোম্বীনা খুমই,— অস কৈদৌবগী পোংচৈনো ঐনা লোইনা লৈবীনি ঐখোয় ইমাগী

কোকথোং অমা থয়মহ্নু নংনা লোইনা লৌদোরবনি।

মালিকানা হায়রকই,— হয়েং ঐথোয় পাবনা য়াদবা তৌরবদি নং শাওহুকো, ঐগীদি নংনা খঙলিবহ্নু ঙাই।

চাওতোম্বীনা খুমই,— নথোয় পাবা য়োং হন্নুবহুনা হয়েং খাইদোক্কে খাইদোকসনু ঙসিদি নং ঐগী ঙইরেদনা: মালিকানা মচিন্দা শোল্লকই,— চো হুরাম্বা।

চংনা চংনা চাওতোম্বী মালিকাবু য়াম্না নুংশিবা অমা ফাওরক্লে। পুখ্রি ভচৌবা অহু য়ৌরক্লে। লোংমা চেল্লকপা নুমিৎতা পুখ্রি মপানসিদা মালিকানা ঙাংখিবহু অম্নক নিংশিংলক্লে। চাওতোম্বীনা হায়খি,— নং নয়ুনদগীসু থোরক্লে, করিগুম্বা ঐনা নংবু পুখ্রি মপানসিদা হুন্দোক্লম-বনি নং কমদৌনি?

মালিকানা খুমই,—ঐবু য়ুমনসু চঙবা য়াহন্দ্রবা ননা কুম্নু লৈহন্দ্রবদি পুখ্রি-সিদা চোংথহুনা শিনি।

চাওতোম্বী পুখ্রি অহুদা মুন্না অমুক্তং য়েংই। অমম্বা অহিং অহুদা পুখ্রি অহু পাল্লবা সুমাং অমগুনই করিমত্তা মোং হাদে। পুখ্রিহুদা ঙাই-হাক য়েংহুনা চাওতোম্বী মোমোন তৌই।

—হো তাদ! কনানো! অমুক্তা ঙাইখোও!

চাওতোম্বী থংপ্রেক থংই, পুখ্রি মপান্দগী নুপী অমগী খোঞ্জেলনি মহাক ঙাইহাক লেপই, অমম্বা অহুদা বেরী অহুদা কন্না অমুক্তং চিংই অহুদগী থল্লকই,— কনাগী মখোলনো, ভাবনা তাবা জাৎলা, নত্রগা কনাগুম্বী অমা পুখ্রিদা চোংথহুনা শিগে তৌরিবরা, অহু ওইরগনা করিগী কৌরকইবা, হেলোই হায়বহুরানে। ফীজিদা মাহুনা য়েংই মৈ-খেৎ য়াওরি, বেরী মৈ চাক্লি, লাইবু ওইরবদি করিমত্তা কিনিঙাই লৈতে।

—হো তাবিরিবো, ঐবু অমুক্তা থিন্‌বিরমও।

চাওতোম্বী চপ লেপই, লাইদি নত্তমালেনে অহুবু, অমুক থেঙলগা মুপী অমনা কৈদোবা চৎকদৌরিবনো অহুগা কদায়দবু ওইরমগবা। মহাক পুথি মপান্দুদা চঙশিল্লমই। থোঙ্গা ময়াদা মুপী অম লেপ্লু-না লৈরমই। তমম্বা অহিং অহুদা মানা শেৎলিবা ফিগী মচু লাকশিন-বা ঙমদে, ইল্লিবহু অঙৌবা ওইনা তৌই। লৈশাবী ওইরম্বা তারবদি মুপীহু চহী কুম্থ্রাগী মথক্কি লৈশারীনি নত্রগা মৌ নহানি। চাওতোম্বীমু মুপীহুগী শাওং শাবান কুপ্না য়েংশিল্লুদ্রে। অথেংবা অহিং অহুদা মুপী অহুনা লৈরমইবা মতৌহু কৈথেল লাইরেম্মনা ভৈরবীগী মুর্ত্তি লৌহুনা লৈবা হায়বহু, অহুম তৌরমগদবা মাল্লি।

চাওতোম্বীনা হংলকই,—ইবেমা কনানো ঐবু শক লাকশিনবা ঙমদ্রে অমম্বসিদা, ঐবু হান্না থঙবিব্রা?

মুপী অহুনা খুম্লকই,—তাদা ঐ অমুম থেঙনোকখে অহুদা ইথন্তা চৎপা হল্লোইরহুনা কনাগুম্বা লাকপা ঙাইরম্লিবনি থোঙবু ওইনবা। তাদনা চুরুপ থক্লগা লাকপহু উবদা খুঞ্জিন ফাওবা লেপ্লিয়, হায়জগে হায়হুনা......

চাওতোম্বীনা হায়রমই,—ফরেনে, ইবেম্মদি কদায় য়ৌগদবনো?
—হৈবী মথোঙ ফাওবনি।
—ইস লাপইংহে, অহুবু ফরে খুঞ্জিনফাওবা থোঙবু ওইরসি।

চাওতোম্বী য়ুম থুনা য়ৌংলম্বা শোয়রে। মীনা থনবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা। য়ুম য়ৌগদবদি ঙাইহাক্তা ঙাইরবনিসে, অহুবু মুপী অসিনা অমুক বৈরী ওইগ্নরে।

চৎনা চৎনা চাওতোম্বীনা হংলকই,—ইবেমা হৈবী মথোঙগী কনাগী ইমুংনো?

মুপী অহনা ঙাইহাক খল্লগা খুম্নকই,---তাদা ঐ য়ুমদগী থৎনরগা থোরক্লবনি। ঐখোয়গী নিপা অহু য়াম্না ওক্তে অহুদা ঐদা কদায়দনো অমা চৎলগা শিরুরগে খন্দুনা থোরক্লবনি।

---ইমাইপেমা! য়ুমদি খঙহৌত্রা নঙনা থোরকইবসে?

---কনাস্থু খঙহৌপাৎ নস্তে।

চাওতোম্বীনা খুম্নকই, —ইস! হৌজিকপু তান্নরক্লগা থেংনরবদি ইবেম্ম-গী ইবুঙোহনা ঐবু হু ওইবিরোইদ্রা; হুম ইবেমা নঙ লৈহৌরো নঙনা থোকপা তৌহৌরো।

মুপী অহনা হায়রকই, —তাদগী তুং ইপ্পরগে তাদনা তৌ হায়বতা তৌজগে, ঐগীদি চঙজফম অমত্তা লৈজদে।

চাওতোম্বী খ্বায় লাওই, করি হায়বা মানা হায়থিবদো, তাদগী তুং ইপ্পগে, বিষ্ণু বিষ্ণু। মহাক্না হায়রকই —ইবেমা ঐদি ইচা অনি শুরে অহুগা নখোয়গী ইনম্মা অহুনা চাক থিরহুনা ঐবু ঙাইরমথিনি থেঙলে ঐ য়ুম য়ৌরে চঙহৌরগে।

চাওতোম্বীগী খুংতা মোন মোন লাওবা খুৎ অমনা তাপ পায়রকই। খ্বায় লাওনা য়েংথোকখিবদা মুপী অহু ওইরম্মে। মুপীহুনা হায়রকই, —ঐনা হায়জরিবসি য়াবিদ্রবদি ঐস্থু ঐগী ঙমজবা লৈকাই তানবা ঐবু অহিং পুথোকপিরক্লগা হন্দোকপিরে হায়না লাওনি খঙলব্রা? চাওতোম্বী পুমপঙ পঙথরমই, মহাক মুপী অহুগী লাংদা তারে। মসি পুম্নসি থোক্কনি খঙলম্নবদি মুপী অহুনা থিল্লু হায়বহু য়ারম্মোইদবনি। হৌজিক্তি কমদৌবা!!

মুপী অতুনা মখা তারকই, —কদায় ঐবু ইমুংদা পুশিনবিয়ু ইচে অতুগা খৎনদনা লৈজগে।

জ্ঞান মাঙলবা চাওতোম্বী রাগী কোম্মোংজে অতু তপ্পা তপ্পা অমমতা শৎতোক্লুনা মাঙ্গোলদা বাখৎলকই, মুপী অতুসু মতুংদা অতুম ইন্নরকই।

ওন্না হল্লকই হায়তুনা মালিকানা হরাওনা চেম্মারক্লুনা য়োপাক অতুনে খুদৈ ময়োম ভতুনে ওকপিররে। মাইরেন অসিত্থু উবদা মালি-কানা হরাংবনা লাওরমই সত্য মুংঙাইজরেদা ঐদি ওন্থাক্লা চানীতুনা লৈরম্বনি। অতুদগী চাংতোম্বীদ ওনশিন্দুনা হায়রকই, —ঙংকা লোইনা তুমহনখ্রে, নহানমথৈ নংনা সেবা পেন্দবা অতু উবদা ঐস্থু মুংঙাইত্রতুনা ঙসিদি পেন্না সেবা হৌরগে ঙাইরিবনি লাকও ঈশিং শারবনি, খোঙ খুং হান্দোক্লরো, কৈদৌরবগে লেপ্পুনা লৈরিবসিবো?

মালিকাগী মগায়দা মুন্না ষেংলুরগা চাওতোম্বী কপ্পোরক্ল। মালি-কাদি মঙতু ঙাইরে, হংলকই, ---কৈদৌরবগে, হৈমা ফাগীরাঙ?

তাঞ্জা অসিদা মাঙ্গান্দা লেপ্লিবী অতু শৎ হেক চংলক্লুনা ঐ হায়স্নগে হায়তুনা ৱারী মথং মথং লীবা হৌরকই অমত্তুং হায়রকই, ---য়েংউ ইচে ঐস্থু ইবুঙোগী সেবা তৌবা য়াওগে হায়তুনা ঙসিদি লাক্লবনি ইচেনা হায়বা রা অমত্তা হীক্তোকচরোই, ঙসি তৌরিবস মতাংনা য়াদতুনা তৌরিবনি।

চাওতোম্বী তুম্মিন্না লেপ্পুনা লৈ। মালিকানা চাওতোম্বীগী মখোঙদা তুরতুনা হিক হিক কপ্পুনা হংলকই, ---হায়রিবসিবু অচুম্বরা ইবুঙো ঐদি মাঙজরেদনা, নংনা অহিং চৎলমম্রগবু অম্বম্মা থোকত্রা ঐনা অহিং চৎ-কন্থ ফনা য়াম্না হায়বনি। ঐগী সেবাদা কয়ামুক য়াম্না পেন্দ্রতুনা অসিগুম্বা

থবক অসি ভৌরক্লিবনো। নংনা পেন্দবতু ঐঙোন্দা হায়বা য়াদ্রা? যরে অঙাং অহল অসি নও লৌহৌরো ইচানুপী অতোম্বী অসিদি ঐগোয় ইচেনা য়োকচরগে হায়বনি। ঐদি যিশুহিদাক চারগা ভসি অহিংমক শিগনি। ঐ সুমহায়না হিংহুনা লৈবা ঙম্মোই!

চাওতোম্বীনা মালিকাবু থেমহুনা রারী পুন্বা তাহল্লমই। নুপী অহুনা ফমাংদা থাবা যক্ অহুদা ফমহুনা লৈরমই, চাওতোম্বী মতে মনাওনা ফুঙ্গা মপান্দা শুৎ শুৎ কপ্পরি। চাওতোম্বীগী নিনি চৎকদবা বেরী অহু অহিং অহুবা লোইনা তুমখ্রে, খল্লকই, বেরীসিমু করিনো ওস্থাক্লা থাখ্রে।

নোং ভাল্লে। নোংমাইজিং নুমিৎনি। চাওতোম্বী নুপী অতোম্বী অমা পুরক্লে হায়বসি লৈকাই রা রা লাওহুনা লৈকাই মীনা ভ্রুং ভ্রুং তিল্লরে। লৈকাইগী অহল লমনশিংনা খল্লরবা মতুংদা নুপীহুগী হান্নগী মপুরোইবহুদা পাও তাক্লবা চুমই হায়নরে। খরনা পাও হায়দোকপা চৎনখ্রে। মালিকাসু চাওতোম্বীসু নুঙগী মৃত্তিহু ভায়খ্রে খিনখিবগী লেঙদ্রে। অভাং অনিহু ইভাও ভাওরে। নুপী অহুদি থোইদোক্লা অরাবা উদে ফক্কা ফমহুনা অহুম লৈ।

ময়াম তিল্লরক্লে নুপীহুগী হান্নগী মপুরোইবা লাক্লে হায়না। ময়াম্না শকখভ মায়খভনবা মীনি। নিপা অহুনা লৈরিবা ময়ামদা ইয়েং য়েংদনা ইমুংদা প্রপ প্রপ চভলক্রুনা চাওতোম্বীগী মনাক য়ৌরমই। নিপা অহুবু উবদা চাওতোম্বীনা ইভক ভকা মামতোন হায়না কৌই। নিপা অহু চাওতোম্বীগী মমাগা পোকমিন্নবা মামতোন্নি।

চাওতোম্বীনা মাগী মামতোন্দা ভরাং নুপীহুনা করম্না খুদোংচাবা লৌশিল্লগে, করন হায়না খেংনবা পুন্নক লীরবনা মাগী মামতোম্না

হায়রকই, —ইবুঙো য়াম্না ফরে ঐ ৱারী লীগে মুপী অসি ঐগী হন্দক অতোপ্পী ওইনা লৌই হায়বত্নি। ওরাং ঐগা শাওনরগা থোকখিবনি। নংগী ননেত্তোন অহনা মচা অমত্তা পোক্রবদা ঐগী ইংখো। শম্ন য়েং-শিনহৌনবা নিপা অমত্তং ফংবা য়াত্রা য়েংগে হায়তুনা অতোপ্পী ওইনা লৌবা থা অহুম মপুং ফাদ্রি। ইমাক্না লৌশিন্দুনা থম্মবা ফরেনা, ঐদি শিরম নারমগত্রা হায়তুনা থৱায় য়াম্না রাক্লরবনি। ঐ হৌজিকমক পুথগে ওসিদগী থওনরো অসিস্থ ননেত্তোম্নিকো। হৈ লাকও হায়তুনা মাগী মামতোম্না মুপী অহু পুরগা চৎখিরমই। লৈকাই পুম্নমক তুমিন্না মতৌ অহু য়েংনহৌই।

চাকলেন চারে মালিকা মতৈ মনাও ইকাইহনবোই হঙ্গোইনবোই বা অমত্তা ওাওনদ্রে। চাওতোম্বীনা য়ারক্তা ওংলতুনা হায়রকই, —ওসিগী ইঙ্গাং অসি ওানপ থোংবা ওইনা হৌরমগদবনি।

মুংথিল চাওতোম্বী লৌবুক চৎপা তোক্লে মতুগী মহুত্তা থাওঙৌ অমা পায়তুনা মোরোক মখোও শোম্লমই। ওরাংগী অহিং অহু অস্থম থম্নুবদা তু চুংই বিষ্ণু বিষ্ণু! মামত্তোন লৈরমত্রবদি শিরমগনিদা।

—বেরী অসিমত্তা ফানবিয়ু।

চাওতোম্বী থংপ্রেক থংই। মালিকানা বেরী অমা পায়রতুনা মাগী মতুংদা লেপ্লমই। চাওতোম্বীনা তাপ লৌতুনা করিমত্তা হায়দনা চিংই।

মালিকানা মনগন্দা লাক্লুনা ইল্লগা অনৌবা হায়না লক্লরকই। চাওতোম্বীস্থ খোইদৌ শাওগংলতুনা মালিকাগী মখুদাংদা পায়রগা লাক্লুনা চিংশিল্লগা নং উশিত্রা হায়তুনা হায়রকপদা মালিকানা হন্নবা হায়তুনা চাওতোম্বীগী মমায়দা খুৎতুম্না তুপ লাওনা গুরম্নগা নোক্লুনা চেনখিরমই।

# য়াম্বেম হৈকোল

কালেন ছুটী মনুংনি অঙাং ময়াম কবাদি শানরি কনানা উ হায়-না লাংছনা তান্বা য়াওই, কনানা কবাদি কবাদি হায়নসু লাওহনা তাল্লি। অঙাং অমনা কম্না তানশিল্লক্লি— উদগী চাওবা খোংনাংনি, মনা পুংবা হৈনৌনি, মরেপ য়াংবা কেলিনি শোয় তংকদোরহনা থুনা হুঞ্জিনখি। অমনা থুনা তানশিল্লকই— তে তে তেনবা কৈশামপাৎকি তেনবা হৈনৌনা মুল্লগা তেনবানা হয়াওই উ উ উ... ... ...

ইবোতোম্বীনা শান্নবা লেপ্লগা হায়রকই বা অমা নিংশিংলক্লে বোয়াই।

—কৈনো ?

ইবোতোম্বীনা হায়রকই,— মোইবুঙ লোকপা লৈকাইগী য়াম্বেম হৈকোলগী হৈনৌ মুঙহোরে।

শান্নবা তোকুনা ময়াম ইবোতোম্বীখোয়গী শক্তোয়দা মীতিন অমা ফংখে।

কেশোনা হায়রকই,— হয়েংসি হেক্কা চৎলসি, হয়েং মুংদাংরাইরম ময়াম শেম শানরকও।

গৌরোনা হায়রকই,- ফরে নখোয় ময়াম হৈকোলদা চঙউ ঐ কো-ম্ফোংদা মী লাকপা য়েংগে ছুই খোংলকে ফাইনবা য়াদেকো।

জিতেন্না হায়রকই,- ঐদি ভাই উ কাবকাসে য়াম্না হৈবত্রাৎনি-নে। ঐখোয়' মাম্মখোয়দা হৈক্রে হেকপদা হৈনৌ হেকপদা ফাওরি-

পোৎনিনে লফুনা কাহ্নুনা লংকাইফাওবা ককপা উম্বজাংনিনে।

শামুসু য়াওরকই,- হেরা 'অহুগী ওইরবদি ঐসু তাচন্দ্রমনীগী মতুং ইন্দুনা য়াওশঙগী কোবী হুরানবদা মৈ হৌরিপোৎনিসে।

অসুমা মিটিং চৎথরিঙৈদা ইংবোতোম্বী খোয়গী তাচৈগী মখোল তারক্লমই। ইবোতোম্বীনা মচিন্দা খুদোম্বী থম্লহুনা মচিন্দা সু লাওনা কাম্লহুনা মমীৎ কুপ্লকই। মখোয়গী তাচৌ তাখৎবদি প্লান খুদিংমক ফেল ওইখিবা তারে। মথংগী মুমিৎতা শেম শাবা লোইরহুনা মুংদাংরাইরমগী মতমদা ইবোতোম্বী, বোয়াই, কেশো, গৌরো, জিতেন অমসুং শামু মখোয় তরুক য়াম্বেম হৈকোলগী মাইগৈ পাংলক্লমই। অসুম লাকপনা চেক শাফমগী লমহাং অহু লাম্থোক্তুনা উকু অচৌবা অহু য়োরক্লে। রাগী উরোক থোং অহু লাল্লগা লফৎনা থম্লা হৌবা ইংখোল অহুগী নাকন্দা চৎখিরবা শাংলবা লম্বেল অহুগী তুংইন্নুনা লাকপনা শূরূপ তৌনা উমংওম্লা তাম্লা উরমই য়াম্বেমগী হৈকোল।

মোইবুঙ লোকপা হৈকাইসি মী য়াম্লা তাদে কন্নিগীনো থঙলে, য়াম্বেম হৈকোলগী মনাক্লনা অমুক্তা হেন্না চীকই। রাং চাউরবা হৈকোলগী গেট অহু কারগা মখোয় ময়াম চঙলমই। গেট অহু কোলইং চারবা শো অমা লোল্লি। গৌরোনা গেটকি মপান্দা মী শঙবগীদমক্তা লেপ্তুনা লৈহৌরে।

হৈকোলগী মমুং অহু মতম কুইনা মী চঙ্ক্রনাল খোঙলম্বী পুন্নমক

নাপী শোঙজিল্লে, মচি মচি খুদিংদা অকংবা উনাভনা পৈছনা হাবুং ওইনা লৈরে, লৈপংখাওভ অমদি ইকাইখিবীভনা থম্মা হৌরে, উগী উথোঙ থরদনা শৰিনা লৈচাক ইনখৎলক্লি। মথোয় ময়াম হৈনৌ পাম্বীগী মথোঙ ভম্মা চঙশিল্লক্লে।

কেশোনা শোম্বাংননা লাওরকই,— হৈ মী লৈরে! উথ্রমালেদো। মথোয় ময়াম উগী মরুমদা লুম্নবা হোৎনরমই। মুপীমচা ওইরম্লে হৈনৌ মথোঙদা হৈনৌ খুল্লি। পাম্বোমদা পোঙথোকপী ফ্রোক অমা লিৎলি য়েংবদা পুপ পুপ লাওরছনা ওম্বোক্লা কজথ্রে, লাক্লিবা ময়াম অছবু করিমত্তা থৌওইদনা হৈনৌ খুন্দুনা ফিগাওদা হাপ্লি।

ইবোতোম্বীনা ময়াম মরক্তগী খ্বায়দগী অহলনি: মানা পাখং শারছনা হংলকই,— মেমা নমিং করি কৌই ? মুপীমচা অছনা হৈনৌ খুম্না খুম্না খুম্নকই, রোমোলা। শামুনা হংই,— নংবু নথত্তা হৈনৌ খুল্লিবসি কিদ্রাও, ভূত লাকচনি।

বোয়াইনা অমুক হংই,— নং কদায়দা লৈগে ?

রোমোলা পাওখুম অমত্তা পীরক্তে থৌওইদনা হৈনৌ খুন্দুনা লৈ।

ইবোতোম্বীখোয় মথোয়গী থবক্তা পূক্নিং থিংজিল্লকই। জিতেন্না উদা কাথিরমই, ইবোতোম্বী কেশো বোয়াই অছগা শামুনা উথাদা থাদরকপা হৈনৌ খুম্নবা লৈরমই। হৈনৌশিং অছ মথজায় ঙাংশং ঙাংশং ঙাংনা য়াম্না ৱাংনা পাল্লি। জিতেন্না খ্বাইদগী ৱাংবা মশা অছদা কারগা হৈনৌ অমুন্বা থৱা হেক্তে তৌবদা থংনবা উশাদগী মেঙলবা থোম্বোক্তা কনানো অমনা হায়রকই,— এঙোন্দা হৈনৌ অমুন্বা অমত্তা পীয়ুনা। জিতেন্না ঙক্লা য়েংথোরক্লমই। ৱাংথ্রবা হৈনৌ পাম্বী অছগী থংনবা উশা অমদা রোমোলা মথোঙ য়াম্বছনা কমছনা লৈরি।

নশিনো তৌরিবসিদি। অম্মুক ব্রাংখ্রবা উপা অসিদা রোমোলা করম হায়না কারক্লিখনো।

জিতেম্মা হায়,— হৈ নঙ করম হায়না কারক্লিবনো? অম্মুক ব্রাংবা সিদগী তারবদি নকোক্লু কায়হুনা নখায়হু মাঙলোয়ব্রা? ব্রাসি তাবদা রোমোলানা নোক্লুনা হেরা য়েংজোসে হায়হুনা অব্রাংবা হৈনৌ পাম্বী অদগী ফল চোংথখে্র। জিতেনগী মমীৎ তন্দন পইরমই, অম্মুক পী-ক্লিবা মুপীমচা অসিনা অম্মুক ঙকপা থবক তৌরকপা অসিদা মাগী হক-চাংহু কিবনা থক থক নীক্লমই উদগী কুমথগদবা কিরমই থল্লকই, এ-ঙেন্দা তম্নরেনা।

জিতেন থুনা উদগী কুমথরমই। মনাক অহুরাইদা রোমোলা উখি-দ্রে। ইবোতোম্বীখোয় লোইনা হৈনৌ মখোঙবা জ্ঞান মাঙহুনা তাহুনা হৈরি। জিতেম্মা লোইনা হৌদোক্লুনা জ্ঞান তাহল্লমই। জ্ঞান তারক্লগা মহোয়না হায় মহুদি রোমোলানা অমুক্তদা উদা ফল চোংখৎখিব উবদা পাখৎতুনা জ্ঞান মাঙলুবনি।

খঙনীংমনখ্রহুনা ইবোতোম্বীনা মুংদাং মমাদা য়াম্বেম হৈকোলগী ব্রারী লীবিয়ু হায়রমই। মমানা শয়া ব্রারী লীবিরকই,—

য়াম্বেমগী ভোমচা হায়বা ইনাকখুবা অমা লৈরমই মাগী মচানুপী অমভং পোকই, রোমোলা কৌই। মমা মপানা রোমোলাবু লুনা চান্না তৈজে। হৌজিক লৈরিবা য়াম্বেম হৈকোল হায়বা অসিগী মমুংদা পুখ্রি অমা লৈরমই। নোংমা হৈনৌ থুনবা চৎপদা রোমোলা পুখ্রি অহুদা তাহুনা শিখি। ঈশিংদগী লোৎলকপদা মাগী ফুরিংথাওদা হৈনৌ অমুনবা য়াওরমই হায়। মুমিং অহুদগী পুখ্রি তহু ফুজিনখে্র।

মমানা অসিমু হায়রমই,— ইবুঙো য়াম্বেমগী হৈকোল অসি মুমিং অহুদগী শো লোনখ্রবনি, চৎলু লাকউহকো, রোমোলাহু ভুত ওল্লগা মরক মরক্তা হৈনৌ থুনবা পোকই হাবনিকো।

# শংবান্নবা আতিয়াদগী অখাক অরাও

মতমহু নিংশিংলি ডিসেম্বরগী অরোইবনি।

হন্দক মরক অসি কলিকাতা সহরসি অঙকপা ফংনা ঈংই। অতুগীসু মথক্তা অইংবা নুংশিংনা হু হু হুম্বদা শন্ন ফাওবা চীক চীক লাওই।

মেডিকেল কলেজদা ঐগী অরোইবা চহীনি, ফাইনেল পরিক্ষা নকশিল্লক্লে, ইমারজেন্সি ডিউটি তারি: ঐগী জুনিয়ার অতুদি কা মমুংদা নিংঙাইদনা তূম্মি। ঐদি ইশাগী ফমুং নত্রবদি নোংমতা তুম্বা য়াদে অতুনা ডিউটি রুমদা ফমতুনা লাইরিক অমা পারি। ষ্ট্রেচর বিয়ারার অনি অতুগা জমাদারশিংহুদি কম্পোর চিংখৎলতুনা নিংঙাইদনা তূম্মি।

ঙাইহাক্কি মমাংদা মরক মরক্তা অচৎপা ইঞ্জিনগী মখোল, অতুগা টুং টুং লাওবা মখোল তাবা ফংলম্বনি হৌজিক্কি মতুম্ তাখিদে। মাইগৈ পূম্বা পুমচীক চীকখে। খঙহৌদনা নাকোংদা মুপীগী খোঙ্গেল অমা তারকই।

—ডাক্তর বাবু কদোমদা লৈবগে —!

—কনানো? মায় থাজৎতুনা য়েংলুই।

ইমারজেন্সি রুমগী পংঙান ঙান্দবা থাংমৈগী মঙান্দা মুপী অমা লেপ্পি। মাগী চহীসি সুম থনবদা কুম্‌হ্রাগী মথক্তি ওইরোই, কুচু ঙৌবী তোপ্পানবী শাবাম্নি। মাগী ওই থংবগী পীশুম ময়াদা অশোকপগী মকম অমা লৈ মহুদগী ঈ তা তপ তারি। মহাক্কি লাইবক্তা অমদি শমখায়ফনদা সিন্দুর নমই। মথুং কহু লতেং অমত্তা য়াঃদে ইহাও হাংই।

মুপী অহুদা য়েংলবদা মীৎ কুমিংখিদমহুদি মহাক্কি চাংদম্নিঙাই লৈত্রবা শক্তম অহুবনি। অহুক নিংথি জবা মহাক্কি মমিৎ অনিদো, অহুগুম্বা বাংনা তুম্বা নাতোন অমুক্তা উত্রি। —ডাক্তর বাবু কদোমদা লৈবগে, —ঐগী ইপুরোইবা এক্সিডেন্ট অমা তৌরুরে!

অদোমগী ইপুরোইবদি কদায়, হল্লমুক্তি ঐনা হংলমই।

—মপান্দা রিক্সাদা লৈ।

ঐহাক হৌগৎলমই, হায়রমই, —মহাকপু মঙ্গংদা পুশিনরিরকউ

—ঐথস্তা পূরকপা ঙমদ্রে —জ্ঞান অমত্তা য়াওদ্রে।

ও ফরে ঙাইহিবিখো

ঐনা ষ্ট্রেচর বিয়ারারশিং অহু কৌহুনা হায়রমই, —নখোয় অনি হৌগৎলু মপান্দা অশোক্পা অমা লাক্লে ষ্ট্রেচরদা পুশিল্লকউ।

মুপী অহুম্মু চৎননবা মমায় লৈথোকখিরমই।

মুপী অহুনা শেৎলিবা অঙৌবা শাড়ী অহু ঈথেংনা ঈঙাংনা পাক্লরে।

মানা চৎকে তৌবদা ঐনা থিংলম্ই, —অদোমগী শাড়ী মশাপুম্বা ঈ তৈরে, অদোম পোখাবিয় অদোমগীম্মু শোক্‌লুনা য়াম্না নারম্লনি।

মুপী অহু মমায় লৈথোরক্লমদে, হায়বত্তমক হায়রক্লমই, ঐগীদমক্তা অদোম য়াবিগম্মু—অহানবদা ঐগী ইপুরোইবগীসি ওইনা অমুক্তা লায়-কম্লবিখো।

মুপী অদো ঐগী য়া থৌওইদনা মপান থোকখিরমই ঙাইহাক লৈরগা ষ্ট্রেচরদা জ্ঞান য়াওদ্রবা অমথকপু পুশিল্লক্লমই ষ্ট্রেচর বিয়ারারশিংনা

অশোকপা নিপা অদো পুময়াৎ কৈজোম শেৎলি অহুগা শাল অমা হকচাংদা মক্কম মরাং খঙদনা য়েৎশিল্লি। শাল অহু উফুলগা ঈগনা

পুম মোৎ মোৎলে। নিপা অদু চহী পংয়াম য়ায়মোই- নিকুগী মথা ওইরমগনি নীংই।

ইচপ চপ্পা মুশিন মুবা ফিভম্নি।
চৎলো টেবলদা পুখ্ৰ‌্বা— ঐনা মখোয় অনিহুদা হায়রমই। স্ট্ৰেচর অদু মখোয়না মনুংদা পুশিনখ্ৰে।
জুনিয়ার অদু কোরগা ঐদি ড্ৰেশিং রুমদা চঙলে।
জুনিয়ার জয়ন্তনা হায়রক্লমই,— করি কেসনো ডাক্তর?

—মাগী মুপীনা হায়ববু লম্বীদা এক্সিডেন্ট তৌবা ওইরমালে, অনকন্সসনি, হেড ইঞ্জুরি ওইরম্বা তাই, চৎলো য়েংলুসি ঐনা খুৎ হায়া হায়া হায়। জয়ন্ত টেবল মনাক্তা চঙখরে—

—ডাক্তর!
—কৈদোরে?
—নিপাসিদি য়ু য়ায়া থকচিল্লুরে।
—য়ু
—উম নকশিনবীরকউ, মনম নয়কনি।

অশেংবনি মনাক নকশিল্লুবদা থ্‌ক থ্‌ক লাওই, আলকোহোলগী মনম্না নাভোন্দা চঙলক্‌না প্‌ক মথক মথা ওন্নমই। টোর্চ কাপশিন্দুনা মাগী মমীৎ ফাক্তোক্তুনা য়েংলমই,—ডাইলেটেভ পিউপিল, খঙলে নিপাসি য়ু য়ায়া থকচিল্লুরে। মহাক্কী মকোক্কী য়েৎথংবদা ইঞ্জুরি অমা লৈরি, থরা শাংনা শোক্লে, স্টিচ অমা অনি তৌবা তায়ে।

স্টিচ তৌরে অহগা হকচাংগী মকম অতোপ অতোপ্পদা শোকপা অদুনা ড্রেসিং তৌরে। মরক অসিদা নিপা অসিগী জ্ঞান থরা থরা লাকপগুম তৌরমই, নিশাগী ময়াই লোইরক্লবা ওইরমালে।

অমুক কুইবসি নিপা অসিগী মুপীতুগী বাদি কাওথোক্লুরে। খুং হায়া হায়া নিংশিংলক্লমই খঙহৌদনা, জয়ন্তদা ওনশিন্দুনা হায়রমই,— ইহে নিপাসিগী মুপী অদুমু ইমারজেন্সি রুমদা ফমদুনা লৈরমগনি য়েং-লুচো। মুপী অদুমু মমায়দা থরা শোক্লবনি, মাগীমু ড্রেসিং তৌবা দরকাররনি।

জয়ন্ত থোকখিরমই।

ডাইহাক লৈরগা জয়ন্তনা হঙ্খিল্লক্লগা হায়রকই,— কদায় ডাক্তর কনামু লৈহৌদেনা।

—করিনোনে লৈহৌদে হায়ববো' মহাক মশামক্লনি মহাকী মপুরোইববু পুরক্লম্বা।

—ফজনা য়েংলক্লবনি কনামু লৈহৌদে ডাক্তর।

—অদু ওইরবদি

—চৎলম্লনি

—করি ৱানোনে, মপুরোইববু পুরক্লম্লগা হোসপিতালদা থনম্লগা চৎখ্রবা, চৎলো য়েংলুসি।

ইমারজেন্সি রুমদা চঙলগা য়েংবদা কনামু লৈরমজে। মপান্দমু চৎতুনা থিরমই অদুবু কদায়দমু কনামু লৈবা উরমদে। মুপী অদু কদায়দমু উবা ফংখিদ্রে, অঙকপনি। ঐখোয়দা তাক্লমদনা মহাক্না চৎখিদ্র-বসি করিগীনো, অদুগা মহাকী মপুরোইবমু সিগী ফিভমদা হুন্দোক্লম্লি ওশেংনা অঙকপনি!

নিপা অসিগী মমিং মথামু হায়রমদ্রি।

ঐখোয় ড্রেসিং রুমদা অমুক চঙলক্লমই। নিপা অদুগী জ্ঞান থরা থরা লাক্লে। অদুবু ভশেংনা ভাব তাবা হায়বদু মক্তি ওইদ্রি।

ড্রেসিং রুমদগী হেক হল্লকপদা জয়ন্তনা হংলক্লমই,

—ডাক্তর কমদৌরে খরা জ্ঞান তারব্রা?
—তাত্রি
---নিপা ঙসিগী রাদি ঐদি খনবু খল্লুদে, মাগী মুপীতুগী রানি ঐনা খল্লম্বদি। মহাক্কী মমান্নগী অশোকপা মকমদগী ঈ তাহৌবনি। শেৎলিবা শাড়ী অত্থম্ব ঈনা ভাঙহৌরবনি: অত্থবু মুপী অত্থনা অম্মুম হায়না মপু-রোইববু হন্দোক্লম্বা করিগীনো। অমুকন্থ খল্লমই অনকপদা লৈবা খঙন চান্নবা কনাগীদা ফি হোংদোকপা চৎলমগদ্রা অত্থবু মত্থম্ব তৌরমগনি হায়বা য়ানীংদে। চুরুপ অমা চমখৎলমই।

পুংমুক হৌখ্রে অত্থবু মুপী অত্থ হল্লকপা কৌখা লৈত্রে। য়েংথোক-খিবদা উরমই, মকোক্তা বেণ্ডেজ পুন্বা নিপাদো ইমারজেন্সি রুমদগী লেপখৎলক্লে।
--- ঐ য়ুম চৎলগে, নিপা অত্থনা হায়রক্লমই।
হোয়নে চৎপিয়ো অত্থবু নোংতদি ভানখিসম্নুদনা অত্থগা অদোমগী মুপী-দি ভাইবিরোইদ্রা।
—ঐগী মুপী, নিপাত্থনা ভক্লা হংলকই।
অহোয় মহাকমরুনি অদোমবু হোসপিটাল সি ফাওবা রিম্নদা পুবিরক্লম্বা-।
—ঐগী মুপীনা পুবিরকপা।
অহোয় অত্থবু মহাক্ল চৎখিবসিবু কদায়দনো?
অত্থ ওইরবদি হন্দকন্থ রোমানা ঐবু হোসপিতালদা থিনবিরক্লম্নবা, নি-পা অত্থগী খোঙ্হোক অত্থ নীক্লমই। ফম্বীয়ু ফম্বীয় অদোম হৌজিকন্থ মপুংকানা ফত্রি। নত্তে নত্তে ডাক্তরবাবু ঐগীদমক্তদি করিমত্তা খনবিগম্ন ঐ করিমতা তৌদে, নিশা চারুবনি লম্বী লাম্হোকপদা টেম্পি অমনা থেংত্থনা শীৎতুনা তাবনি:

—টেক্সিনা থেংবা!

—হোয়, তুবা মতমদা কনানো অমনা ঐবু হৌগৎপগুম ভৌখি। জ্ঞান মাঙলুরে, জ্ঞান হেক মাঙখ্রিঙৈগী মমাঙদা থঙই রোমানা ঐবু ফাবনি নত্রবদি ঐ গাড়ীগী চাকাদা তারমগদৌরবনি।

—অদোমগী মুপী অদুসু অদোমগা লোয়নবিরকপ্রা?

—হুম: নত্তে—

—অদু ওইরবদি?

—ঐগী মুপীদি লৈখিদবা কুইরে

—করি হায়রবা, ঙকপনা ঐ পুমপঙ পঙশিনখিরমই। অদোমগী মুপীবু শিখ্রবা?

—হোয় শিফম ইথোক থোক্তনা শিখিবনি, নিপা অদু কপথোকখিরমই,- ঐনা মাবু হাৎপনি।

—করি!

—হোয় ডাক্তর বাবু। ঐবু থিনবিরকপা মুপী অদু ফিভম মুর্তি কমদৌই?

কুচু ভৌই, ভোজানৈ, শমথায়রকমদা সিন্দুর নমই শাড়ী অঙৌবা অমা শেৎলকই, শকহেনবীনি।

—উম মহাক ঐগী মুপী রোমানি। ডাক্তরবাবু মহাক্না মীয়োল্লিঙৈদা ঐনা নিশাগী ময়াইনা মঙোন্দা চৈ অমনা লংলম্মী মতুদা মহাক অদুম শিখ্রে। মহাক তুশিনখি, মমায়দা থীনা শোকখি। ইস: লেংঙম শাঙমত্রবা মহাকী হকচাং অদুদগী লেপ্পা লৈতনা ঈ শীন্থরকখি মতু অ-ঙকপা রিডিংনি, ঐ শা অমনি শা।

ঐগী খুৎ পায়রহুনা শোর শাংগা হোল্লগা হায়রকই,— অমুক্তবু নত্তে,

মসিগী মমাঙদা মহাক্কা ঐবু জ্ঞান য়াঙব্রবা মতমদা লম্বীদগী হোসপিতাল-দা থিনবিরমই।

মাগী ম্নারীত্থ্‌ থাজদবগী মতিক ঙকই।

ওঃ জ্ঞান মাঙলমদ্রবদি মাবু শোয়দনা উবা ফংলমগদবনি থাজবিয়্রু ডাক্তর মাগা উম্ননবগীদমক্তা মরক মরক্তা য়্রু য়াম্না থকচিল্লগা লম্বীদা হেক হেক চৎলি। খঙই এক্সিডেন্ট শোয়দনা তৌনি অহুবু মহুদা শোকচর-বম্নু মানদি ঐবু কনবিবা লাক্কনি, মতমহুদা মথুং অহু তাপ লাওনা অমুক্তা ফাহেংগে তৌববু হেক্তা ঙমহৌদে। জ্ঞান মাঙই— জ্ঞান মাঙ-বগা মহাক হেক্তা লাকই— হুম ডাক্তরবাবু ঐ য়েৌজখ্রগে, থেক য়্রু। নিপা অহু ইমারজেন্সি রুমদগী থোকখিরমই।
ঐথোয় অনিমক ইপঙ পঙশিল্লহুনা চমম্ননা ফমহুনা অহুম লৈরমই। মাবু থামগদবা ফাওবা কাওরমই।
ভাব তারকপদা কৌরমই,— তাবিরিব্রা হো মরুপ ঙাইবিথো ও ......।
থুনা হৌগৎতুনা থোঙলোমদা থোরক্লমই।

করিনো তৌরিবসিনা! মহাক্তুনা অমুক কদায়! মাঙগী লম্বী অহু ইহাঙ হাঙই ......... অতিয়াদা য়েংথৎলুই তরু তরুবা অতিয়াহু থরানমিচাক ময়াম্না কুযেৎ কাযেৎ তৌরি।

অহিংগী অয়োইবা য়ুথক্তুদা হু হু হুম্নি অইংবা মুংশিংনা।

# হেলোই

কলেজ অহানবা কারে, ইমুংগী অহল লমন্দা তরুহুনা টেরেলিন খোঙ্গাও ফুরিৎ, থোঙউপ, সাইকল অহনবা সনাখুদোপ লোইনা লৈহল্লমই।

অঙাং ওইরিবৈদগী মসিগী পুন্সি অসি করি মুমিত্তা লাকুবা থন্দু-না লৈরম্বনি।

ঝুলোনগী পূর্নিমা মুমিৎ লাক্লে। ঐগা লেখেন্দ্রগা অহানবা লোংপেন শেংপা ওইনা লুনা নাম্না থাবলগী মণ্ডালদা ঝুলোনগী কুম্মৈ য়েংবা থোকমিন্নরকই। ঝুলোনগী কুম্মৈ ময়াম্না শোম্নৈ।

জ্ঞান তাদ্রিবৈদা ঝুলোন কমদোথিবনো খঙহৌদ্রে অহুবু চহী তরামুক শুরকপা অহুম্বাইদা ইমা ঝুলোনগী ঈশৈ হল্লমই। ইমানা ঝুলোনগী ঈশৈ হনবা চৎপদা ঐসু মতুং ইন্দুনা ঝুলোন কোয়বা য়াম্না চৎখিবামোন লৈকাইদা, চৌধুরিময়ুমদা জগন্নাথ অচৌবদা গোবিন্দগীদা ভাইবা ভমদহুনা ফক্তা কয়া অমা তুমখি। গোবিন্দগী পৌগল লোইরম্লগা হল্লকপদা নোং ভানবসু য়াওখি। অবাকনা ঝুলোনগী মুংভাইবা ব্রারী কয়া লিখি। ব্রারী ভহু তাবগা ঐগা খনখি নোংমা ঐসু লোংপেন শেংলকখিনিদনা সাইকল অতাবা ত্রোংলকখিনি। ঐনা নোংমা পাবুংদা চংলগা হায়রুই,— পাবুং ঐ পোংগাও অশাংবা শেংলগেনা ইমান্নবা লোইনা শেংনখে, সাইকলসু লৈনখে, ঐতা ভায়রে।

পাবুংনা লাইরিক্কুম তৌগে হায়দহুনা, হায়হুনা লীচৈনা কনগে তৌরবই। ঐনা খ্বাইদগী মুংভাইখিবা ঝুলোনগী ব্রারীদি খুড়া কানহায়না লীবিখিবহুনা ইহেন হেল্লি। মহাক্না ঝুলোন্দা থুবাক ঈশৈ শকপীগী মতুং ইনবগী ব্রারিদা ঐসু খুবাক ঈশৈ শকপীগী মতুং য়াম্না ইন্নিংলমই। মানা লীরমই,— ইবুঙো থুবাক ঈশৈ শকপীগী মতুং ইন্দুনা শেংদম তম্মদগী শৈকম অমদা অহুম চৎকদবনি, মথোয়দা থারকপা অচাপোম্ব কিম্বাম, কা মতপ, লোইনা ঐভোন্দা লাম্লকই, পাথং ময়াম কন্নরুরিপোংনি।

ঐনা হংখি,— খূড়া হৌজিক্তি য়াররোইত্রা ?

অহল অহনা খুমকই,- করিগী য়াদনি।

অহুদা নত্তনা অহল অহুনা হায়রক্লমই- ইবুঙো রার মমাংগী সাই-কল অসিনা অহনবা ওইরিডৈগী রারিনি, ঙাইথোংগী ইবেচা হায়বী অমা লৈরমইপোৎনি, অমুত্তাইবা খুড়াগী গাড়ী মমাংসিদা তোংলহনা খুড়ানা থৌ থৌহুনা চৎলমইপোৎনি- অসিনচিংবা

ঐগা লেখেন্দ্রগা পূক্লিং ইরাঙ লাঙই। লখী সোরোক পুম্বা ফী-ডো শেংপী ঈশৈ শক্লবী ঈশ্বরগী থৌগল শৌরুবী ময়াম পূং নাকন্দা য়ানবা পূংয়ৈবা অনিনা মাঙ থারহুনা চৎনরি। বোকুল অমদি থাবল্লৈগী লৈনম্না পূক্লিং অসি নুংঙনবা অমসু ফাওরকই।

পূং মাপল মথায় তাশিল্লক্লে থোইদোক্লা নুংঙাইবা ফংদ্রে। মা-ন্দোপ কয়া কয়া য়ৌরুর খুরাইগী ঐজ্ঞা পিশক্কী মান্দোব, রাংখৈগী অঙোমগী মান্দোব, কোংবগী ঐজ্ঞ তোম্বাপুগী মান্দোব অসিদা নত্তনা অহম্বেম লৈকাই, নিংথৌম লৈকাই, ক্বাকৈথল উরিপোক, তেরা পূম্নমক নীংবা কায়রে।

পূং তরামথায় তারে ঐনা হায়রমই,- ভাই পুন্যবতী খোয়গী মা-ন্দোবতু য়ৌরুরগা য়ুমদা হল্লিল্লসিনে।

লেখেন্না হায়খি,- বামোন মুপীগা মুংশিনবসে পোলোইদা নীংবা কায়বনিকো।

ঐনা নোক্তুনা খুমখি,- মতু ঐনা হৌজিক উরুবা য়াদয়েবানি।

পুন্যবতীহুনা ঐবু হেক উবদা মন্দীর মনীংদা কৌথোক্তুনা লাইদা ফংপা লড়ুগা তলগা কা মতপ খরগা পীরকই। ঐনা হরাওনা হায়-

রমই— ঝ্‌লোনগী কুমৈ হায়বহ্নদি সিদা লৈরম্লেদনা। মাস্থ ঐ-ডোন্দা খুজপ্পী অমুক্তং লৈরম্লগা চেনখিরমই।

ঐনা কা, লডু, তল পীজবদা লেখেম্না হায়রকই,- নংদি দাও কারিনে, ঐগী লাইবক অসিদি সাপম খুদৈগী লাইবক হায়বহ্ন ওই-রেনে। ঐখোয় পুন্যবতী খোয়গী মান্দোবত্তা খরা কুইনা লৈরমই। খুবাক ঈশৈ অমা তৌরমই। মরেপ ৱাংবী মমীৎতি লুকথরপ পাওবী শাবাল তোঙ্গানবী মশকস্থ ঈংনা ৱাশী লৈবো অমা খুবাক ঈশৈহ্নদা য়াওরি।

ঐনা লেখেন্দা হায়খি,- ভাই আদগী মরেপ ৱাংবী অসি লাইরিক লাইশুগা য়াম্না হৈরমগদবা মাল্র্রা ?

লেখেম্রস্থ খুম্নকই,- হোয়নহৈ।

ঐনা পুক্লিংদা খল্লকই, মসি লেখেনগী শেপ্পীরগে ঐনা হৌদে ক্লমই-ভাই খুবাক ঈশৈ শকপী মতুং ইনসিনা। মাস্থ খুম্নকই,- য়াইনে ঐখোয় বাজীনস্থ নহালৱাই খুবাক ঈশৈ শকপীগী মতুং ইনবগী ৱারী ঐখোয় ইমাদা লৌবিবদা ঐস্থ তাখে।

খুবাক ঈশৈ হেক লোইবগা ঐখোয় গাড়ী ইম্থোক্লনা শেম শা রমই; পুন্যবতীহ্ন ঐ থোকখিবা য়েংহৌবনি খুৎ অহুম হাইরম্লে।

পুংয়ৈবা অনিহ্নুনা সাইকলদা পুং য়াশিল্লগা তুং ইথং থংনা চৎপি ছহ্নুগা অহল অনি অমগস্থ য়াওরি খুবাক ঈশৈ শকপীশিং অহুগী মপা মপল ওইরম্বা অই, হৌজিক্তা খুবাক ঈশৈ শক্লম্বীশিংহ্ননি।

ঐনা পুং য়ৈবা অনিহ্নদা খঙনবা হৌরমই- ওঝাবু মথংদি মকম কদায়-ৱাইদা লৈরিবগে ?

—ইবুঙো খোঙাম লৈকাইদা লৈরিয়ে।
পুংরৈবা অমদি তামধুগীদা উ শূরম্বা তাখোইতুম ওইরমে। মানা হান্না কৌরকই, ইবুঙো ঈশৈ তাবা লেঙইবরা?
ঐনা খুমই— তাখোইতুম খঙদে নাম তাবসি কন্না পামখৎলকইয়ে, তাখোয়তুম খোয়গী হৌজিক্কা শকখিবতুস্থ তাহৈই, ওম্থোক্না মুংঙাইখে, অতুনা অমুকস্থ তাননবা তাখোইতুম খোয়গী তুং ইল্লগদবনি।

তা খোইতুম্না ভাব তারতুনা হায়রকই— ফৈ ফৈ। অতুদগী ঐনা চুমত্রিং হায়জিন্দুনা মরেপ রাংবী রাশী লৈবা অহগী মনাক্তা চংশিল্লগা কৌরমই,— মেমা ঈশৈবু ওম্থোক্না মুংঙাইখেনে।
মুপী অহুনা মখোল খোক্না নোক্লকই। মখোয় মরি সাইকল অমমমদা অনি অনি তোংতুনা মকোক খুমজিল্লগা চংলি। ঐনা অমুক্না হায়রমই,— থাবল অমুক ফবা অসিদা কোক খুমজিল্লিবা করিগীনো হাংদোকউনে।

মুপীনু মকোক হাংদোরক্লমই, হায়রক্লমই,— নিপা ঙাওশিন্নবশিংনা য়ায়া লক্লে মতুদা তন্দুনা তৌবনিদা।
লেখেম্না পাংশিল্লকই— ঐখোয় য়াওরিবসিদি।
ঐনা হায়রমই— ইবেম্মা নখোয় অনি তোংলিবতু ওম্থোক্না রানা উরে অতুনা নংনা ঐগী মরূপসিগী কেরিয়ারদা নপ্পরো অতুগা অতোপ্পা কে-রিয়ারদা তোংলিবী অতুদা হায়রমই,— ইবেম্মা নংনা ঐগীদা নপ্পরো।

য়াম্না ইকাইগদবোই নীংলমই অতুবু ফন্ ফন্ চোংথতুনা হরাও হরাও ঐখোয় অনিগী সাইকল মনীংদা শৎ শৎ নপগৎলকই! ঐখোয় অনি মুংঙাইবনা লোইরমই। ঙসিগীসিনা মুপী পুবা অহানবনি। ঙসাইগী মরেপ রাংবীতুনা লেখেনগী সাইকল মনীংদা তোংখে অমতুনা ঐগীদা তোংলে। লেখেনগা অমতুগা রারী চীকথনখে।

ঐদি ঐগী গাড়ী মনীংদা তোংলিবীহুদা করি হায়গদগে খঙদহুনা হংলমই,— মেমা মথংসিবু কদায়দা শকদৌরিবগে ?

—থোংঙাম লৈকাইদা।

মুপীগা ব্রারী শাবসি অহানবদা য়াম্না নীকই হায়নৈ অহুবু ঙসি ঐখোয়গী অসিদদি মাস্নু ঐস্নু অমত্তা নীক্তে। থোংঙাম লৈকাই য়ৌরে। লৈখেন গা ঐগগী কলেজ অহানবা কাবগী সাইকল অহনবা অনিহু থাজিল্লগা মখোয়গী ফী হোংলে। লেখেনখোয়গী বাক্সীহন্না কলেজ কাবগী লৈবিবা পিস্টোন হম্বর সাইকল অহনবা অহুদা মখোয় ময়ামগী ফনেকশিং তহু য়াল্লমই। মখোয়দা থারকপা কামতপ য়ুবী, কিহোম পুম্বা ঐখোয় অনিদা লাল্লক্লমই। লেখেন্না কা মতপ অমা হুকচিল্লগা হায়রক্লমই,— ঙসিগী মুমিৎ অসিদি য়াম্না মুংঙাইনা, নোং ঙালহল্লিংদেবো। পাথং মচা ময়াম পুম্বা ঐখোয় অনি উবদা মমীৎ নারমই।

খুবাক ঈশৈ লোইরে। ময়াম্না ফিলম ঈশৈ শক্লমউ হায়নরকপগী মরেপ ব্রাংবী মুপী অহুনা ঈশৈ শরুবা শেম শাখে। ঈশৈ হৌরক্লমই, প্যার কিয়াত্তো ডরনা ক্যা .....।

পাথং অমনা চঙলক্কুনা মুপী অহুগী মকোক্তা নোট চবুন অমনা ব্রা ব্রা চাইথবিরমই। পাথং অমনা অমুক হান্নগীহুদগী হেন্নবা ওকপা ঙমদব মথে পৈশা থাজিল্লকই। পুক্লিংদা থরা শাওনীংবা ফাওই। পাথং আতোপ্পা অমনা হিদাক ঙাওরগা চঙলক্লমই, অহুগা ঈশৈ শক্লিবী অহুগী খুদাং পায়গদবগী কোয়লাম লামই। ঐখোয় অনি মখোয়গী মত্তো অহু য়ানীংদ্রে। অতোপ্পা পাথং অমামুক চঙলক্কুনা ঈশৈ শক্লিবী অহুগী শমজিদা আতরগুলাব অমা নমহুনা থেংচিল্লমই।

লেখেনগা ঐগা ঈ কারমই : ঙাইহাক্কুং মখোয়গা তিনরুবহুদা পুক্লিংসিনা

থম্বন চাওরকই ! নৈখেন্দি অমুক্তং ঈ কাখিবগী হম্বরকপা নৈত্রে। ঐনা লেখেন্দা গেমজিন্নি, ভাই মখোয়সে কৃষ্ণগী লায় শোল্লিবনি হায়হু থায়নদি য়াম্না ইকাইখুম্নরবজাংনি হৌজিক্কি চৎনবরবা সমাজসিনা মখোয়সিবু ভাইহাক অরাবা পোখাকম ওইনা লৌনরি। তশেংনা ভসি দি মখোয়শিংসে নাম পামহুনা তৌবা ভাক্তা নত্তে, হিংনবগী লাম্নেংনবদা থোক্লরিবা ভাক্তনি, সরকারনস্থ মখোয়বু থবক পীবিবা নত্তেদো।

ঐখোয় কনামত্তা তাক্লমদনা থোরক্লে। ঐগী মরুপ লেখেন্দ্রদি তশেংনা থম্মোয় শোকখ্রবা জাৎনি। থঙদে মাগা অমহুগা ভসাই সাইকল তোংহুনা লাকমিন্নবদা করম্বা রা অমা লেপথোকনখ্রবনো থঙদে সাইকলদা য়াল্লম্বা ফনেকশিংদো লোইনা খোৎথরম্লে। মোইরাংখোম মপা য়োবা ফাওবা ঐখোয়নি রা অমত্তফাওবা ভাংনদে। ঐনা নোক্লিংভক্ত্রনা হৌনা নোকখোক্লই।

লেখেম্না চাক্লা হায়রকই,— মখোয়সি হরিনাম শোল্লি হায়বগীদমক্তা হন্দক্কি ভাকপিরবনি।

ঐনা হায়রুই— ঐখোয়নিগীসিবু ভসাইমখৈ হেলোইনা পুবা হায়বহু ওইরমালেনে।

ঐনা হায়বহু তাদনা লেখেম্না শোল্লকই,— ঐখোয় ক্লাসকি মৈনো নৈরকী গীতাবলীখোয়গী মনাক্তা ভসাই লিলা তৌনি হায়হৌবনি মহুহুম চৎ চরমগদবনি।

চীংথৈ ফীতুপ হুল্লক্লে খুম য়োশিল্লক্লে ঐনা হায়রমই,— নংবু ভসাই থুবাক ঈশৈ শকপানা কা মণ্ডপ লাল্লকপদা নোং ভালহন্নিংদে হায়থিবহু নোংবু ভাল্লমালেনে। ভসাইমখৈ নোক্লমদবা ঐগী মরুপ লেখেন্দ্র থজিক্তং নোকখিবগুম তৌই।

# বৃন্দাবন পরিক্রমা

টেক্সি ভাড়ানে চাবা থকপনে ৬সি মুমিৎ তরামণ্ডানি সিদা লুপা চানিপানকুন লোইখ্রে। পাপ পুন্য মশক খণ্ডবা থবক কয়া অমা ভৌরক্লে। অরেম্বা শেল থরা অসিনা ইমাগী পিণ্ড অমত্তা কৎকে হায়রুনা বৃন্দাবন যাত্রা ভৌরে।

ঐগী পুন্সিসি মখল মথেল কয়া কয়া থেংনররো হায়না লাইনা তম্নক্লমাল।

মৈতৈপুং য়ৈবা য়াম্না হৈ। রেডিওগী অণ্ডাংগী থৌরমদা লুপা মণ্ডা মণ্ডাদা কনট্রেক্তা পুং য়াম্না য়ৈরমই। কাংদা ইমান্নবা কয়ানা সাইকল পুহনা নত্রগা ময়াম্বগী স্কুটর মনীংদা নত্রগা কারদা কোয়বা চৎলবা মতমদা ঐনা জয় জয় শ্রীজগন্নাথ আরাতি করেগী পুং য়ৈহুনা লৈ। মুংদাংদা ইমান্নবশিংনা মান্দোব কয়াদা খেচি চাবা চৎনৈ ঐনা জয়া-জগদ্ধেগী পুং য়ৈহুনা লৈ। লাইবক থীবদি ঐদি ওইনানা পুং য়ৈবা মীনি। ওইনানা পুং য়ৈবদি সঙ্কির্তনগী ময়ারদা চঙবা য়াদে। পাবুং-নসু চৈবু চৈরে করিকাদবদা ওইরোই হায়রুনা। ঐসু পুং য়ৈবা তোকখি।

ওইনানা তাবলা য়ৈবদি করিমত্তা কায়দে; ঐসু ওঝা সনাতোম্বদা তাবলা তম্বা হোরে; ওঝাগী মতুং ইন্দুনা অহিং ঈশৈ ক্লাসি কেলদা তাবলা য়ৈবা চৎপা হোরে। পাখং ফারকম্ম হায়বদি য়াদে! ইমান্নবা ময়াম্বা মথোয় মথোয়গী চান্নবীগী ঝারী লীরকপা অহু তারকগা ঐসু থনবা হোরকই ঐগীসু চান্নবী অমকাদি লৈবা য়াদ্রা? খোংমন্দা নোংমা ঈশৈগী তাবলা য়ৈবা চৎপদা খোংমনগী সোসিয়েলিষ্ট মপী ওঝা

কুলবিধুগী মজাইবেমা রাশীতুগা থঙনবা হৌথি। ঐ তাবলা তম্বা তোক্লে। রাশীনা শোয়দনা লাইরিকী মতাংদা হংলক্লনি, ঐনা করি খুম্বা। মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদবগুম ঐ কনানো হায়বদু লোইনা থঙদোকখে। অদুবু রাশীগী থম্মোয় অঙকপনি ঐবু থেমজিনবিবা ওইনা হায়রকখি—কাময়দে পৈশা পায়রগা লোইরে, এম, এ, থবক ফংদবা ওইগদবগী শরুক।

অহিং মুংথিল চুপ্পা রাশীনা পৈশা পায়রগা লোইরে হায়বদুতা নাকোংদা তাত্তুনা লৈরে। মোরে বর্ম্মা ললোমবদা মী চেকী বিল্ডিং শানখে, ঐদি হৌজিক ফাওবা চত্রিবা করিগীনো। লুপা চনীমুক লন্নাই-গী লৈজে মতুগী মথক্তা পৈশা থরগা হাপচিনগে হায়দুনা ইমাগী থায়না উল্লকপা সনাবুল অদুনে কোফু অদুনে ইনে লুখোইবিদা য়োংহোক-পদা লুপা চনিয়াখৈ অমগা শীংলে। পৈশা থরদংগা হাপচিন্নবা—হোৎনখদা খুড়া ইবোচানা তাক্লক্লুনা মুংদাং মুংদাং চেথাও শারে। রানা হোৎনদুনা লুপা চাৎরুকথক পায়রে।

নোংমদি তা-পম্বগী মতুং ইন্দুনা মোরে যাত্রা তৌরে। টেট্রোন ফি থরা, ফুরিংফি থরা ফোল্ডিং ছাটিন থরা পুরক্লে। ফোল্ডিং ছাটিন অমদি রাশীগীনি থন্দুনা চেকশিন্না পুরক্লে। হক্লকপগী লম্বী ওন্থোকপা লম্বীনি। খোঙনা জঙ্গল অমা ফাওবা তারমই। পোৎ ময়াম অদু নম্বো ওইনা পোরে। হান্নীংডাই লৈতনা পাক্লবা লমহাং অমা লানবা হৌরে। লম্পাক অদু লাল্লগা তুরেল অমমুক লাল্লমই। চীং অমুক কাবা হৌরে। পোৎ পুম্বা লংথান্নীংলে অদুবু পৈশা পায়নবনিক্কো ঐনা হোৎনরিবসে।

খঙহৌদনা সিফাই খরা খোররক্লমই ঐ কোকচাওবী কায়। সিফাই-শিং অহুনা তা খম্বদদি করিস্থ তৌদে অহুবু ঐবুদি ইপোৎ মুনবিরগা ফারগা পুরমই।

ঐনা জেলদা লৈরুবা থা তরুক্কুখনি। হেক খোক্লকপগা রাশী উন্ন-নীংহুনা খোংমন্দা চৎলমই। মঙোন্দা পীননবা তাখম্বদগী ফোল্ডিং ছাটিন অমা লৈরগা পুরমই। ঐনা খোংমন মংজীন হেক য়ৌবগা কিলা থুগাইবী শান্নরম্বা অঙাংশিংনা ঐঙোন্দা অমনা হল্লগা ময়ায়া খুম্নহুনা "য়েনা কাঙক্রম মফোম্থোক পুনা শঙবাই নাত্তৎপা" হায়না লক্লরকই। ইকায়রবস্থ ইকাইনা রাশীগী পাও অমত্তদি খঙখিগেকো হায়না ইচে লৈরিকী পোকমদা চঙলমই। মাগী পাওখুম অহু তাবদা ঐ লৈক্রক অহোবদা চঙনীংলে, রাশী লুহোংখিবা থামুক ফাখিরয়ে। শারবা মুং-শাগী মৈশাহু খরা কোকপ্রা য়েংগে হায়হুনা ফোল্ডিং ছাটিন অহু খন্দো-ক্কুনা তুপলে অহুবু মুংশাগী মৈশা কোক্লবস্থ খমুংগী মৈশাদি কোকহনবা ঙমদ্রে অহোয়নহুম ওমচারুরে কান্নদে হায়হুনা ছাটিন অহু থুপচিল্লগা সেগাদা য়েপশিল্লগা হল্লকখি।

মথংদি তা ইশ্রাবোতকিদা লাইরিক বাইণ্ডিং তৌবা য়াওবা হোরে। পৈশা খরা খরা অমুক লোকপা ঙমজরে। মতাং অসিদা এলাংবম লৈকাইদগী মোনোরামা কৌবী অমনা ঐবু য়ায়া খঙনা তৌহুনা লাইরিক অথাবা অমা পুরক্কুনা বাইণ্ডিং তৌননবা হায়ররে। অহিং তুমদনা লাইরিক অহু বাইণ্ডিং তৌখি। লাইরিক অহু অহনবা ওল্লে। লাইরিক অহু উবদা মানা শোয়দনা হরাওরনি। মথংগী মুমিৎতা এলাংবম লৈকাই তানা লাক্কুনা মনোরোমাগী ময়ুম থিরমই। অঙাং অমনা তাক্লক্কুনা

মুম অহু খঙলমই। বাইশিং অতোমন লুপা তরা অমসু লৌরোইং দৌরিবনি। ঐনা মনোরোমা হেক হংবগা মখোয়গী কাদরছুনা কোম্মোং অহু হাংলম্বহ্ লোনশিল্লি। কোম্মোং রাংমা রাংমা লেপ্পরগা মানা মরম পংহংদা হংই। ঐনা খুমই,—ঐ মনোরোমদা লাইরিক অমত্তা পীগে তৌবনি। মখোয় কাদরছুনা লাইরিক অহুদি ঐঙোন্দা থনম্নবসু য়াইদনা হেক হায়রকই। মশাদা লাইরিক অহু পীবা ফংব্রে মপাদা ওইনা পীরম্লে। দাও কাদে হায়ছুনা লাইরিক বাইশিং তৌবা তোব্লে।

ঐ ফুরিৎ তুবা অমা অমুক ওইরে। অহানবদা কৈশামপাৎকি জানটা টেলরিং ইন্সটিটিয়ুটতা তম্নম্বদগী শিলংদা ফনা কুইনা তম্বগী খুদোংচাবা ফংখি। মাইগে মাইগে কয়াদগী মীনা খুরক হাঙদনা ফুরিৎ থোঙগ্রাও তুবা লাকপদা ওর্ডর লৌবা ঙমদ্রে। মতুংগীসু মথক্তা মরুওইনা কৈশামথোং হাওখুলগী হাংলৈশাবী কয়াগী জম্পর ফুরিৎ তুবগিনি ঐনা থিং নম্না তৌরিবসি। অমরোমদা ঐগী য়েৎতুম মখুম্না তাঙবা শেল শোংপদা থাঙবা ঙমদ্রে। ছুকান্দা লাক্নুনা ফম্নবা অহল অমগী গঙ্গা ললোনবগী রারী তাবদা ঐ শুঙ্মংথিরমই। ঐসু অমুকুং আসামদা গঙ্গা পুবা চৎলগে লেপ্লে। কনানা খঙনি লাইবক্তা হন্দকী মতাংসিদগী খুবাক ময়িদগী হৌ হায়বা লৈরম্নবদি।

প্লাসটিকি খাও তুছনা তৈয়ারী লোইরে। ঐগী মরুপ অজিত জৈন হায়বা কারবার তৌবা অমা লৈ। মঙোন্দগী লুপা লিশিং অহুমথক শেঙ্গং ওইনা পুরে। বেডিংগী মমুংদা মোমপাক মাম্না তুরগা গঙ্গা মন অমা পুরে। নাগালেণ্ড নাম্মোক্লে মথংগী মুমিৎতা ডিমাপুরদগী ট্রেন তোংনবা থৌরাং তৌরে। ট্রেন তোংলমদাইদা মুংশাগী মৈশানা মৈবদা গঙ্গাগী মনম য়াম্না হেনগৎলম্নমই। ঐ পাথৎপনা লোইয়ে। খাগী ফি শেৎপা ময়াম অমনা চেক তৌবা

হৌরক্রে। পৌং অহু কোকথোং নারহুনা এঁদি উচিন নাচিন্না ট্রেন টাংলিদা লাখোক্লুনা মনিপুর হোটেলগী মমাঙ য়ৌরে। টেক্সি অমা ফারগা ডিস্কু রোমদা চংহল্লে। নাইলালাং য়ৌরে অহুবু পোং অসি কদায়দা কনাদা য়োনগদগে খঙক্রে। লাংচোলিয়েং অমুক য়ৌরে মহুদা কুলি কাংবু অমনা গল্লা রৌই ভাবদগী মোংথ্রবা গলি অমদা চঙহুনা গল্লা কিলো অনি শীংলে। মথং লমচাখাঙ তম্না অমুক চংলে খোইনা কান্নবা ফংক্রে।

হোজাই তম্না যাত্রা তৌরে। মপামপু ইম্ফালদগীনি হায়হুনা মৈতৈমচা সনা শাবা অমা লেংনয়ে। মানা তরাম তরাম তৌরহুনা ঐবু মাগীদা পোখাহল্লে। মানা পোং অহু য়োনবিরগে ঐবু ইম্ফালদা থোকখ্রা অশীংপা পৈশা থাররুগে হায়রে। ঐনা ঐস্বু য়াওনা নোংমা নিনি চঙহুনা য়োন্নসি হায়বদা মানস্তু কৈ কৈ অরেয়দা মতম মাঙনেদনবা হায়বনি হায়মা হায়রে। পোং অহু থাদোক্লুনা ঐ ওাইহাক্তুং ফাঙবা চংথোক্কে। লুংদাং পুং মাপল তাবা মতমদা যুথু অদুমা হুন্দিল্লক্লুনা থোঙ হাংউ হায়না মপান্দগী মাগী মুপাবু কৌরকই। চিংনহুনা ঐনা থোঙ কারক্তা য়েংবদা য়ুথুহু পুলিস অমানি লৌরনবকই। সিদি মামক্না ঐবু ফাইনবা হোৎনবনিদমা। ঐস্বু মানা ওমহনবদি য়াদে হায়হুনা মনীংথোঙ হাং-দোক্লুনা পোং অহু পুরগা হোজাই রেল ষ্টেশন লৌরে। ট্রেন থাখিরম্নে খীস্নবদি য়াদে। পোংলুম অহু পুরগা খোঙনা রেল টাংলিদা মাইল মাপল লাপ্পা লক্না তম্না চংলমই। পুলিসনা কাগত্রা হায়বগী চিংনবনে, পোংলুম পুবগী রাবনে ঐবু রাহল্লিবা অসি ঐগী পোং অসিননিকো খনবদা খোংবান্দা হুম্ফুনিংগে।

মোৎথ্রবা ট্রেন টালি অদুদা চৎলিভৈদা মৈরা পায়বা মুশিন মুবা নিপা অমা রেল টালি ভাক্তুনা লৈরমই। মানা লাওরক্লমই,—"হৈ কৌন হৈ, ট্রেন আনে বালি হৈ হট জাও"। চংশিল্লক্লগা হায়রক্লমই—"ক্যা লে জাতে হো তুম"। ঐনা খুমমই মকম মরাং খওদনা "রূপৈ-য়াকা ছুনিয়া হৈ ভাই"। মহাক মথা থোইদোকপা হংলক্কে। লক্কা য়োরে। ঐ তিন্নবা মরূপ অমা লৈথিবনি পংবা বাদনা ৰংলে। মাগা হেক উদৎবদা ঐনা গঙ্গা অদু পীরগা হায়রমই,—ভাই মসি এভোন্দা থম্নলগে, নংনা য়োনবদা শীৎলবদি ময়ক মরক্তা লুপা য়াথে অমা চান্দা অমা থাবিরকউ, শীৎত্রগনা থোংবান্দা ছন্দোকপিথ্রো। পাপকি থবক ভাক্তা ভৌক্লরে। পীক্লিভৈদগী ঐবু মী ওইনবা য়োক-পিরকথ্রবা লৈথিত্রবা ইমাদু নিংশিংলকই, য়ায়স্থ মুংশিরকই মীরমসিদা। গঙ্গা মপাল কোয়না চৎলিবী লম্বোইবী ময়ামসিগী মরক্তা য়াওরমগদবা মাল্লুরে। মরালতনা থল্লবা পূক্লিং অসি করি ভৌরগা কোক্কদগে। ঐ লুকোক্লে। ঐতা নত্তে মী খ্বায়স্থ কোক্লৈ।

# বারক্কী ভয়াল অঙাংবা

খ্বাইরম্বন কৈথেলগী চেকথোং নম্বোনবী মথোওদা লেপ্তুনা মথক্তা লৈরম্বী মুপী অদু উরুরবদা ঐ মায় লৈথোক্লিংথিদে। থওদে মাগী করম্বা মীওমওম্বা মভৌনে। ঐভোন্দা য়েংলকপা মমায়দো লৈথোকপা কৌবা মরৈত্রে। মাগী নিংথিজবা চীং লেম্বা মভৌ অদুবু করম্না খাসিগে ঐবু য়েংনা য়েংনা মৌ নহা অমগী মতুং ইন্দুনা কৈথেল পোথলকলো-

মদা চঙখে। মহাক অহুবু উবদা থম্মোয় অহুক চিংশিনথিবা মুপী অহুদি কনানো হায়বা খণ্ডদে মাগী মরী মখোণ্ড মমিং মথা অমত্তস্থু খণ্ডদে, অমুক্তস্থু উথিদ্রি।

ঐনা ওসি লীগদৌরিবা বারী অসিদি মুপী অসিগী মরমদা নত্তে। মহাক মনা নোংমা মফম মরাং খণ্ডদনা উথিবা মণ্ডলৈপাক অমদা থেংনথিবা হৌজিক্কি মুপীহুগা মশকস্থু হাইরপ মান্নবী ভারতীগী বারীনি।

বারী লাইরিক কয়াদা, সিনেমা কয়াদা, তাইবঙদা নিপা অমনা মাগী মুংশিবী অয়গীদমক্তা তৌবা ওমদবা লৈভবা বাকগী উরেন, কালেনগী শারবা মুংশা, মোংজু থাগী ফুদিং ফুবা নোং থৌওইদনা মাগী চান্নবীগী মনাক নক্লবা হোৎনবদা তৌবা ওমদবা লৈত্রবা, পূন্নমক অসি অহানবদা মণ্ডগুন্না থল্লমই। অহুবু ইশামকস্থু ওসি থোক্লরবসিদদি ঐহাকস্থু মহুগী ঈপাক অহুদা মতম থরদি ইবাক্লরবনি। অণ্ডকপনি! ভারতীগনি নোংমা মণ্ডগুন্না উন্নথিবদো।

শেওড়া ফুলী রেলবে ষ্টেশননি। অপিকপা রেল ষ্টেশননি। গাড়ী ওাইহাক্কীদমক্তা থামই। ঐস্থু লফোইগুম্বা অমত্তা লৈগে হায়হুনা থোণ্ডনাওরোমদা য়েংথোক্লমই। প্লেটফোর্মগী মনাক্তা বেলামাটিনা চনবা বেঞ্চ অহুগী মনাকী থোংনাং পান্নী অহুগী উক্লমদা মুপগী অমা মথস্তা লৈ। মাগী শক্তম অদো মরেপ বাংই, শাড়ী খাওথাংনবা অমা শেৎলি, কুচুদি মুনরং ভৌই। শকফল্লবী হায়বহু মহাক ওইরমগদবা মাল্লি। পুক্লিংদা ৎ স্নুক নক্লা লৈরিবী মহাকসে ওসি মীৎ উইশিনবদা মাগী নিংথিক্সথ্বা শাওং শাবান পুন্না নিংশিংবা ওম্নবস্থু মাগী মমায়তদি মীৎ উইশিনবদা উনা কংদে।

ঐ রেলবেগী থবক তৌই। ঐগী ইথৌদি হৱানপোৎ পুবা থিংবা অম্যদি কাবনি। ঐ মতম চুপ্পদা থবক চিনদে ট্রেন লাকপা মতমদতনি চিনবা। মতম লেম্নবগীদমক্তা ঐ শিকার তৌবা চৎলি য়াম্নস্থ পামল্লে। লমঙাম্থ, শময়েন, কাংঙা, শজিনচিংবা শিকার তৌবা য়াম্না হৈল্লে। ঐগী নোমৈসি ঐগী থবক তৌবগী অনিশুবা তনব ফংবদা লৈখিবনি।

কাকানা লৈরিঙৈদা নোংমা হায়খি,— ইবুঙো নঙ য়ুমকৈ পানবা মতম য়োৱে, নংনবু য়ানিংলবদি কাকানা য়ানবা শীনগে। ঐনা খুমখি,— কাকা ঐনা নোংমা মনিপুরদা তঙ তানা থবক অমা তৌদ্রি ফাওব- তদি ……। মথং কাকাস্থ অমুক হায়রকপা তৌখিদ্রে।

ঙুপী অসিগা ঐগা য়েংনহুনা অহুম লৈরে। ট্রেন থারে অহুবু থোঙ- নাওদা ঙক থিন্দোক্লুনা মাবু উরিবা মথৈ য়েংই। মাস্থ য়েংহৌই অকোনবদদি খুৎ থিন্দোক্লুনা হাইরমই মাস্থ মাগী বেগ অমুবা অহু থাঙ্গৎলুনা হাইহৌই। খল্লকই, অহুক কুইনা ট্রেন থাম্ববু করিগী মনাক্তা চঙহুনা মমিংদস্থ হংহৌদে।

ত্রিবেনী ষ্টেশন্দা ঐ কুমথরে। রেলরে ষ্টেশন লৈবা মফমদা ঐগী লৈফম রাস্তে। ষ্টেশন মাষ্টর উমহুনা ঐগী লৈফম শেম্নে। ষ্টেশনগী জমাদার অমগী মফমদগী তারে মহুদি গঙ্গা মপালদা লম কাংঙা থরা ঙুংদাং রাইরম তাই হায়না। জমাদার অহুনা তুং ইল্লহল্লগা ঐগী নোংমৈ পুরহুনা গঙ্গা মপান্দা হাইদোরক্লমই। গঙ্গা মপাল য়োবদুদি ঙুংদাংরাই- রমগী ললোনবা হল্লকপা হি মম্নাম অমা থুংলরে। থাট অহুদা ঙুপী মম্নাম অমা ইরুজরি। হি হোনবা অমনা ঐবু হি তোংলোলাও হায়না কৌরি। খঙহৌদনা ইরুজরিবী অমগী মমায়দা ঐগী মীংফম তাগমই।

ঐ পীং লাওই শোর মপী হোল্লকই। মুপী অদু ঐঙোন্দা অমুক্তং য়েংলমই অদুদগী কাখৎলগা প্রপ প্রপ চৎখিরমই। ঙসাই শেওড়া ফুলীদা লেপহোবীদু নত্রা! মাগী মতুং ইন্নরমই মানা চঙখিবা য়ুমদু থঙহৌরে।

মথংগী অয়ুক্তা ইথন্তা চৎতুনা গঙ্গা মপালদা ঙাইরমই। থাজদনা অয়ুক অদুদা মাগা উন্নরমই। মাস্থ ঙসিদি চপ লেপ্লে ঐস্থ মিকুপমুক্তি য়ুংদুনা লৈরুরে। ঐনা হায়া হংলমই— অসিরাইদা শিকার তৌকম লৈব্রা। মহাক্না তাক্লকই, মকম অদুরাইগী মহাক্না থোইদোক্না কা হেন্না থঙলুদে, অদুবু মখোয়গী মনেখোয়গী চানাগী লৌবুক্তা চানা মতোন চাবা শক্তি য়ায়া লাকই। মহাক্না মথা তারকই, মহাক্না লৈরিবসি মনেগী য়ুমনি, কলিকাতাদগী হল্লকপদা মনেখোয়গীদা মুলিং লিনিগীদমক্তা পোত্থাবনি। মাগী মমিং ভারতী কৌই ডেরাদুনদগীনি হায়। মহাক কলিকাতাদা লাইরিক তমই হায়। মখোয়গী মনে অদুগী য়ুমদা ঐস্থ চঙলমই। মখোয়গী মাম্ম অদু লৌউবনি, ঐবু উবদা হরাও হরাও তৌই। মুং-দাংরাইরমগী ঙাঙ্গান্নবা মতমদা ভারতীনা ঐবু চানাগী লৌবুক্তা পুরমই। মুংশিৎনা হুন্নকপা মতমদা চানা পাম্বীশিংদু লৈপাক থেংবামথৈ হাই হুন্নি। অদুদা নত্তুনা লমহেন্বা মুংশিৎনা ভারতীগী শম্নাং মরক্তা চঙদুনা চাইথাইদুনা শান্নরুরি। থঙহৌদনা মাগী শাড়ী মতোল অদু ভিংখং পাম্বী অমদা পন্নমই। ঐনা মাগী শাড়ী অদু ভিংথংনা পনবা অদুদগী লৌথোক্লবা খুদোংচাবা কংবদুদা পুক্লিংসি মথুম মরাং হৌরকই।

মথংগী মুমিংতা হল্রেড টুয়েলভ অপ ডেরাদুন এক্সপ্রেসতা স্লিপীং বার্থ রিজার্ভ তৌবিদুনা মাগী মুংভাইনা চৎখিবা য়ানবা শীনবিরমই। ট্রেন

থাখিবগা মানা খুং হাইরম্বহু উরগা খঙহৌদনা পূক্লিংদা কায়নবগী নীংঙমদবা অমদি ফাওরকখি।

মতম শাংনা হৌখ্রবা তুংদা ঐনা ঐগী পোষ্টিং অমুক্তং ডেরাছুন্দা তানবা হোৎনবহু মায় পাক্লে। ঐ ডেরাছুন্দা হোংলে। অমরোমদা ভারতীগা উন্নবা খুদোংচাবা অমা অহুগা অমনা ডেরাছুন্দগী মৌসুরি, নৈনিতাল শিকারগীদমক্তা য়াম্না ফবা মফম্নি হায়বা ঐনা তাখি।

ডেরাছুন হেক য়ৌবগা নকুল হায়বা নিপা নহানবাই কাটিহার জংকশন্দা লেভেল ক্রোশিং গেট পান্নবা নিপা অহু উন্নরমই। মহাক্না ডেরাছুন্দা মফম হোংবিয়্ হায়বা দরখাস্ত অমা অহুঙৈদা ঐনা ইবিখি। মহাক্না, বাবুনা ঐবু ঐগী লমদা ট্রান্সফর তৌহনবিরে ঙসিদি ঐগীদা লৈতবা য়াদে হায়রমই। নকুলনা বেডিং অহু মকোক্তা থাংগৎতুনা চৎপা হৌখিরমই। বস ষ্টেশন ফাওবা চৎলগা ঐখোয় অনিমক বস তোংলমই। ডাকপথর কোবা খুঙ্গং অহুদা মাগী ময়ুম ওইরমই। চাওরবা মাগী ইংখোলনি মাইরেন, খোংক্রুম কোবী, আলু, গাজর, চানা হরাইথরাক্না চিংবা ময়াম অমা লৌবুক থন্না থারি, লৌ পরি মন্তামুক চাওবা অমগা উরি। অশেংনা হায়বা তারবদি মহাক রেলরেগী থবক তৌদুনা পৈশা তানবগী দরকার ওইদবা মীনি। মহাক লন থুম নিংথিনা লৈবা মীনি। ঐনা থল্লকখি, ভারতীগী লৈফম হয়েং নোং ঙাল্লগা নকুলদা হংগে অহুবু ডেরাছুনগী কদায়রাইদনো হায়বসু খঙদে ভারতীগী লৈফমদো।

মুংদাংগী চাক চারে। নকুলগী মুপীনা ঐবু ফজনা সেবা তৌই। মচা মশূতনা লৈরিক লৈরাক থনবা ইমুংনি।

নোং ভাল্লমদাইদা নোংমৈ পায়দুনা লৌবুক ময়াদা থোক্লুই। খঙহৌদনা ঐগী থোঙ্গাও মত্তোন অদু তিংখং পাম্বী অমদা পল্লমই খংনীং নীংশিংলকই, অদুঙৈ ভারতীখোয়গী মনেগী য়ুমদা লৌবুক্তা মাগী শাড়ী মত্তোন পনবদা ঐনা লৈথোকপিখিবদো। ঐনা কাদা হেক হুপ্তিল্লকপদা মুপী অমনা চা গ্লাস অমা পুরদুনা চঙলক্লমই। মুপী অদুগা ঐগা মীৎ চানরমই। মহাক্না চা গ্লাস অদুমা ঐঙোন্দা পীরকই। নকুলসু চঙলক্লমই মুপী অদুদা খুৎ থিল্লদুনা' সাব মেরী বেটি সরস্বতী''হায়না মশক তাক্লকই। মুপী অদুনা নমস্তে হায়না হায়রকই।

রাখল অমা থুনা খল্লকখি সরস্বতীদা হংলবদি ভারতীগী মরী মখোঙ থরা খঙবসু য়াই অদুবু করম্না অহানবা উন্নবা অসিদা রাফম অদু হেক হংলসিগে। ঐনা হংখি মদুদি মখোয়গী লমসি ডেরাদুন কৌব্রা হায়না। সরস্বতীনসু হোয় হায়না খুমমি।

সরস্বতীনা মপোয়গীদা লিচু পাল্লি য়েংউ লাও হায়না ঐবু পুদুনা চৎলমই। লৌবুক্কি মচি অমদা চপ চপ লেপ্পা লিচু পাম্বী ময়াম অমা লৈরি মদু সরস্বতীনা মথুৎনা লামদুনা হেক্লগা ঐঙোন্দা পীরকই। চারগা য়েংবনু ওহোক্না থুমখে।

লিচু হেকপা লোইরগা সরস্বতীনা মাগী কা য়েংলরাও হায়না কৌরমই। কা অদু তক্ল তনাল্লি। সিতার অমা ফক্লাংদা ভাদুনা লৈ। কাদু অশাংপা লৈ থরা হেক্লদুনা লৈত্তেং ভৌরি। থোঙনাও অদুদগী লৌবুক অদু উবা ফংই, চানা পাম্বী ময়াম ইশং শংনা হৌরি। পূম্নমক ভারতীবু নিংশিংহল্লি।

ফক্লংদা ফোটো ময়াম অমা থেংলি। সরস্বতীনা মথং মথং মশক তাক্লকই। নকুলনা নহা ঙইরিংঙেগী ফোটো অমা য়াওরি। সরস্বতীনা তাক্লকই মথোয়গী মপানি হায়দুনা। মথং মথং য়েংথরকপদা থোঙনাও মথক্তুদা থেংলিবা মুপী অদুগী ফোটো অদু উরুবদা ঐ মীৎফম হোং- নিংখিদে। ঐনা হংলমই, সরস্বতী মসি কনানো?

সরস্বতীনা মায়থোঙ লাংশিন্না হায়রকই মাগা লুনা তিন্নবা মরুপ অমনি, মথোয়গী মথাথংবদগীনি, মমিং ভারতী কৌই।

অস ভারতীগী মরী মথোংঙদি খঙলেদনা, পুক্নিং লাংতক্লরকই। সর- স্বতীনা মথা তারকই, ইহং তৎতনা মহাক চানাগী লৌবুক্তা চংলি অদুবু মরায়বক থীবনি নোংমা মহাক চানাগী লৌবুক্তা লিন্না চিক্নুনা শিখ্রে য়াম্না নুংঙাইতে।



............ও ঐবু খণ্ডবিত্রো, চুরুপ অহুদা পেয়া চিংলগা শাংনা মৈখু কামথোক্লগা হায়রকই, —মহুগী ঐগী মিং অহুন্দি থায়নগী বানি, ঐ ভানবী কৌই, থোংথোঙ কৈথেলগী ভানবী হায়বীদো ঐনি।

............ ঐনা শিরবদা নংভনদি শোয়দনা কপকনি নংগী তোয়বী লিটল ভোটরগীদমক্তা নত্রা? ঐ য়ায়া শিনিংলে ...... অশুক মুংভাইবসিবু কদায়দগী লোক্লগদগে?